মৈতৈ পুরাণ

# মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি

## সূর্যচন্দ্র কুলচন্দ্র ও টিকেন্দ্রজিৎ চরিং

পঞ্চম খণ্ড

শকাব্দ—১৮৯১

ইংলোক—১৯৬৯

সম্পাদক

শ্রীলাইহ্রম মণিসিংহ ভক্তিরন চূড়ামণি

বাংখৈ ব্রহ্মপুর

শ্রীলোংজম মণিসিংহ অলঙ্কার চূড়ামণি

উরিপোক পোলেম লৈকাই

ভক্তি শাস্ত্রীয় সমাজ

মমল—সুপা [illegible] অনি।

মৈতৈ পূরান

# মণিপুর ইতিহাস শুরচন্দ্র কুলচন্দ্র ও টিকেন্দ্রজিৎ চরীৎ

## *বিজয় পঞ্চালি*

**পঞ্চম খণ্ড**

—ঃ(০)ঃ—

## ৱাহৌদোক

মণিপূর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি ৫ শুবা খণ্ড অসি ফোংজরকপা অসিদা ৪ শুবা খণ্ডগা অনি অসিগী কোংননবগীদমক মণিপূর ষ্টেট ইহুৎকেসন্না গ্রান্ট লুপা ১৭২০৭ পিবিরকই। অসিনা মতেংওইহুনা মণ্ডাশুবাখণ্ড অসিসু নমজরে। মথক্কী মরিশুবাখণ্ডসু নম্বা লোইজখ্রে। মণ্ডাশুবাখণ্ড ফোংজরিবা অসি পাবিরগা অমসুং তাবিরগা শুরচন্দ্র, কুলচন্দ্র অমসুং টিকেন্দ্রজিৎ অহুম অসিগী স্নাহাক্তক্তা থোকখিবা থৌদোক্ পূম্নমক খণ্ডবিগনি। শুরচন্দ্র নিংথৌনা পানবদগী তান্থোক্লুনা কুল-চন্দ্রনা পান্লহৌবা অসিগী মরোং, অহুদগী কুলচন্দ্রনা পাল্লবা কান্দা কোইরেং ফাবা লাকপা সরকার কমেসনবু হাৎপগী মরম। অহুগা সরকারগা মণিপূরগা লাল তৌনবা, খোংজোমগী লানফমদা পাওনা ব্রজবাসিগী মতিকমগুণ অসুক মথৌনা অসুক কৈ হায়বা খণ্ডবিগনি। সরকারনা লাল ঙমহুনা মণিপূর লৌবা মরোঙ, কোইরেং থাঙ্গাল অনিগী বিচার তৌবা, বিচার লোইরগা অনিগী ফাঁসি তৌরা অহুগীতুংদা মণিপূর নিংথৌ নরসিংগী ধারা থিহুনা চুড়াচাঁন্দবু নিংথৌ ওইহনবা অসি ফাওবা লেংজবা লোইহুনা ফোংজরিবা অসিনি। পাবিরগা তাবিরগা মরোঙ অসুম তৌথিবোরে হায়বা থংবিগনি। অহুগা হৌজিক নমজরিবা ৪শুবা ৫শুবা খণ্ড অনিসি ননাই ঐয়োয়না অহৈ-অসিং সাহুনা ফোংজবা নৎচদে মণিপূর নিংথৌ বোধচন্দ্র মহারাজগী স্নায়াথং মতুংইন্না কোন্নুংগী চৈথারোন কুম্বাবদগী লৌহুনা স্নায়াথং মতুংইন্না লেংথোকচহুনা ননাই ঐখোয়না ফোংজবনি অরানবা অসোইবা পূম্নমক ঙাকপিয়ু লাইরিক অসি অমম্মমদং লৌবিরগা পাবিহুনা-নুপী অঙাং, লাই-গুরু পূম্নমকপূ তাহনবিহুনা মণিপূরগী ৱারি-পূরাণ অসিবু খঙহনবীয়ু হায়না কোটি প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রীলোংজম মণি সিংহ স্বরসিদ্ধান্ত চুড়ামণি, খ্বাই উরিপোক পোলেম লৈকাই।
শ্রীলাইশ্রম মঙ্গিসিংহ ভক্তিরস চুড়ামণি ৱাঙ্খৈ ব্রহ্মপুর থাঙঙপাং মপাল।

মমল — লুপা ৬ তনি

নম্ফম্—মাহাভারত প্রেস।




# সূচিপত্র

হিরম— লামায়—

# মণিপুর ইতিহাস শুরচন্দ্র ও টিকেন্দ্রজিৎ চরীৎ

## বিজয় পঞ্চালি

### পঞ্চম খণ্ড

—ঃ(০)ঃ—

কান্তাভাব বিভুষিতাঙ্গ সহজ প্রেমার্ণ্ণব পতিত মুগ্ধ বিশাল। উজ্জল তুলসীকন্ঠ কম্বু কণ্ঠ সুপরি মণ্ডিত ললিত বিলোল ॥ নর্ত্তক বপুরস্থ স্নিগ্ধ স্বর্নাঙ্গ কান্তি লজ্জিত কোটিমন্মথ রাজ। গোপিত গুপ্তরস রঞ্জিত নবদ্বিপ মুদয়তি গৌর রসরাজ ॥ (১) * ইতি

(পদ)

জয় নিত্যানন্দ রাম করুণার সিন্ধু।
ভুবন পাবন দীন দুঃখিতের বন্ধু ॥
প্রভু কৃষ্ণ চৈতন্যের স্বরূপ প্রকাশ।
তুমি পূর্ণ্ণকর মোসবার অভিলাস ॥ (১)
জয়জয় শ্রীঅদ্বৈত দেব দয়াময়।
করিলা এজীবের দারুণ দুঃখ ক্ষয় ॥
তুমি কৃষ্ণ চৈতন্যের অংশ অবতার।
কেবল্লিতে পারে প্রভু মহিমা তোমার ॥ (২)
জয়জয় গদাধর পণ্ডিত গোসাঞি।
প্রভুশক্তি শ্রেষ্ঠ তুয়াগুণ অন্তনাই ॥
জয় প্রভু ভক্ত শ্রেষ্ঠ শ্রীবাস পণ্ডিত।
দেবের দুর্ল্লভ তুয়া চরিত্র বিদিত ॥ (৩)
বৈষ্ণব চরণে বন্দে অধম পামর।
স্বতন্ত্র বৈষ্ণব প্রেম নিগুঢ় ভাণ্ডার ॥

(মঙ্গলা চরণ গৌরবন্দনা) ॥ শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুবু খুরুমজৈ, ইবুংঙো মহাক্তি শ্রীমতি রাধীকাগী ভাব কান্তি লৌদুনা, শ্রীঅঙ্গদা লৈতেংদুনা, ইবুংঙো মাগী প্রেম্না থন্দুনা প্রেমসমুদ্র অতুদা তাওরবা। ইবুংঙো ফজখ্রবা কম্বুকণ্ঠদা তুলসিগী মালা পরেংনা লৈতেংবা। ইবুংঙোনা জগোই থোনবদা, সনানা য়ৈদুনা শারবা মুত্তিগী মঙালনা কাম কৌবা লাই কোটি ১দগী হেন্না ফজবা। অথুপ্না ব্রজরসনা ডাল্লবা নবদ্বিপচন্দ্র থা ওইদুনা ডাল্লি অদুগুম্বা শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুবু খুরুমজরি ॥ (পদ) ঃ- (১) থৌজাল্না সমুদ্রগুম্লবা নিত্যানন্দ প্রভুবু খুরুমজৈ। পৃথিবু য়োকপা অতোনবগী মবুংঙোনি। গৌরাঙ্গপ্রভুগী স্বরুপ প্রকাশনি, অসিগুম্বা ইবুংঙোনা নিংজববু থ্ংবা পিনসন্ন ॥ (২) অদ্বৈত-প্রভুবু খুরুমজৈ, কলী জীবগী তমথিবা অরাববু মাংহনবিবা ইবুংঙোনি ॥ শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী অংশ অবতারনি। ইবুংঙোগী গুণবু কনানা লেংবা ঙমগদগে। (৩) শ্রীগদাধর পণ্ডিতপু খুরুমজৈ প্রভু অথোইবা শক্তিগী গুণনা লোইবা নাইদবা ইবুংঙোনি। শ্রীবাস পণ্ডিতপু খুরুমজৈ, লাইমরুবু পান্নরবা

এক কৃষ্ণনামে করে সর্ব্ব পাপ নাশ ।
প্রেমের কারনে ভক্তি করেণ প্রকাশ ॥ (৪)
প্রেমের উদয়ে হয় প্রেমের বিকার ।
স্বেদ কম্প পুলকাদি গদগদাশ্রু ধার ॥
অনায়াসে ভবক্ষয় কৃষ্ণের সেবন ।
এককৃষ্ণ নামফল পাই এত ধন ॥ (৫)
হেন কৃষ্ণনাম যদি লয় বহুবার ।
এমন বৈষ্ণব পাদে বন্দে বহুতর ॥
প্রণত হইয়া বন্দে শ্রীগুরু চরণে ।
ব্রজেন্দ্র নন্দণ গুরু পতিত তারনে ॥ (৬)
মূক কবিত্ব করে যাঁ চরণ স্মরনে ।
পঙ্গু গিরি লঙ্ঘে অন্ধদেখে তারাগনে ॥

এসব নামানে যেই পণ্ডিত সকল ।
তাসবার বিদ্যাপাঠ ভেক কুলাহল ॥ (৭)
শ্রীগুরু নামানে যেবা করে কৃষ্ণভক্তি ।
কৃষ্ণকৃপা নাহিতারে নাহি তারগতি ॥
পূর্ব্বে যৈছে নরজাতি আদি রাজগণ ।
বেদধর্ম্ম করি করে দেবের পুজন ॥
গুরুনাহি মানে তাতে দৈত্যকরি মানি ।
গুরু নামানিলে তৈছে দৈত্যতারে জানি ॥ (৮)
* ( তথাহি ॥ গুরুবন্দনা গ্রন্থকার ) *
পরম সুখদ ধামং কৃষ্ণ নামাভিলাসং ।
হরিহুরি কৃত জল্পং লোচনং প্রেম ধারা ॥
অধম পতিত দীনে কৃষ্ণমন্ত্রং প্রকাশং ।
চরণ যুগল দেহি শ্রীগুরো প্রাণনাথ ॥ (১)

---

চরিত্রনি ॥ (৪) তোল্লবা ননাইনা বৈষ্ণব থিবিকপু খুরুমজৈ, নিংতম্নবা প্রেমগী ভাণ্ডারনি ॥ কৃষ্ণ হায়ব্বা নামবু অমুক্তং শোনবদা পাপ কোকথিহুনা কৃষ্ণ ভক্তি ফংঙি। (৫) প্রেম ফংহুনা প্রেমগী বিকার, হকচাংদা হুমাং কাবা, নিকপা, তুজুংবা, হিক হিক লাওবা, মিত্তা পি তাবা । ইলাই লাইনা সংসারগী লাইনা কোক্তুনা কৃষ্ণ সেবা ফংহল্লবা কৃষ্ণগী নামনি, হায়রিবা অসি কৃষ্ণ নাম অমুক্তং শোনবগী মহৈনি ॥ (৬) অদুগুম্বা কৃষ্ণগী নামবু কাংদনা শোলবা বৈষ্ণবনি, অসিগুম্বা বৈষ্ণবকী পাদবু খুরুমজৈ। শ্রীগুরুদেবগী চরন্দা খুরুমজরি। গুরু হাইবা অসে তশেংবা শ্রীগোবিন্দনি ॥ (৭) অসিগুম্বা গুরুদেবগী কৃপা লৈরবদা মরোন থোক্লমদবনা পণ্ডিত ওই। মখোঙ তেক্লম্বা ফত্নুনা চীং লাল্লি, মিং উরমদবনা উরক্নুনা থল্লানমিচাক্ থীবা ওম্মি ॥ অসিগুম্বা গুরুদেববু থোওইদ্রবদি, মানা থীবা বেদদো হঙোই খোংবগুম্বনি ॥ (৮) শ্রীগুরুবুদি পূজা তৌদনা কৃষ্ণ ভক্তি তৌরিবা জীবদো কৃষ্ণনা মাবু য়াদে ভক্তিহু লৌবিদে। মাংদগী হৌনা মীওইবা ১দি নিংথৌ থিবিক্লা বেদ ধর্ম্ম কাইদনা পূজা তৌই। অদুবু রাজঋষি ভক্ত নিংথৌ কৌনৈ। শ্রীগুরুবু নিন্দা তৌরবদি [দত্য] হিংচাবনি হায়নৈ। হিংচাবগী জাতি নত্রবসু গুরু নিন্দা তৌবহুদি হিংচাবা কৌই । (লাইরিক্ লেংবনা কৎচবা, গুরুবন্দনা শ্লোক্) ॥ অথোইবা মুংঙাইবা ফংনবা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী নামবু পামহনবা পিনরবা । হরি হরি কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা নামবু শোল্লবদা মীৎ পি তাজবৰু ওমহল্লবা ॥ তোল্লবা ঐঙোন অসিদা কৃষ্ণ মন্ত্র পিনরবা। থরায়গী মবুঙো শ্রীগুরুদেবগী চরণ অনিবু নিজরি ॥ (মখা অসি লাইরিক্ লেংবা গ্রন্থকার্ত্তা শিক্ষাগুরুবু খুরুমজরি শ্লোক্) ॥ খাইদগী হেল্লা তোল্লবা পংলবা অঙাংগুম্ জ্ঞান লৈত্রবা । কৃষ্ণগী ভক্তি রসগী লম্বীবু খংত্রবা ঐ অসিদা। মৌজারবিহুনা, লাইরিক তম্বীহুনা ভক্তিরস তাকপিহুনা পুম্নমক্ তম্বীরবা শ্রীশিক্ষাগুরু-দেববু স্মরণ তৌজে ॥ (১) ব্রজরাজনন্দগী মচাইবুঙো শ্রীকৃষ্ণ তোল্লবা জীববু লানবিবা, অদুগুম্বা

* ( তথাহি ॥ শিক্ষাগুরু বন্দনা ) *

পরম পতিত মুর্খঃ মুগ্ধঃ বালা প্রবিষ্ঠ ।
অহমপি বহুমুগ্ধঃ কৃষ্ণপন্থং নজানে ॥
সদয় হৃদয় দৃষ্ট্বা দর্শিতং গ্রন্থমার্গাণ ।
হৃরিরস কৃতশিক্ষা শ্রীগুরুং চিন্তয়েহং ॥ ইতি(২)

ব্রজেন্দ্র নন্দন কৃষ্ণ পতিত তারণ ।
মণিপুর শ্রীগোবিন্দ চরণ বন্দণ ॥ (৩)

( লাচাড়ি ॥ ছবি ) *

মণিপুরোদয় গিড়ি, পূর্ণচন্দ্র মধুভরি,
কৃপাকরি হইল উদয় ।
পাপতাপ হৈলনাশ, মণিপুরের উল্লাস,
দেশভরি হরিধ্বনি হয় ॥
সেইকালে নিদ্রালয়ে, উঠিয়া প্রেমভাসয়ে,
নৃত্যকরে আনন্দিত মনে ।
ভাগ্যচন্দ্র প্রজাসঙ্গে, নামসঙ্কীর্ত্তন রঙ্গে,
প্রেমে নাচে কেহো নাহিজানে ॥ (১)

দেখিপ্রেম রাগ হাসি, শীঘ্র মন্দিরেতে আসি,
আনন্দে করিল দরশন ।
পাইয়া প্রেমক বলে, আপনার মনবলে,
গোবিন্দেরে দিলা নানাদান ॥
মণিপুরানন্দময়, দেখি মনে সবিস্ময়,
ভাগ্যচন্দ্রে কহে হরিদাস ।
তোমার ঐছেন ধন, মোরামন পরশর্ণ,
দেখি কিছুকার্য্যে আছে ভাস ॥ [২]
এইমত ভক্ততিতি, মণিপুর দেশে স্থিতি,
যাহাতাহা পায়া মনবলে ।
নাচে করে সঙ্কীর্ত্তন, আনন্দে বিহ্বল মন,
দানকরে চরণ যুগলে ॥
ব্রাহ্মণ সজ্জন নারী, নানাদ্রব্য পাত্রভরি,
ভক্তিকরে সন্দেশ লইয়া ।
ঘন কাদম্বের দ্যুতি, দেখি শ্রীগোবিন্দ মুর্ত্তি,
আত্মসাত করে সুখ পায়া ॥ [৩]

শ্রীগোবিন্দনা মণিপুর অসিদা ডানবিরি অসিগুম্বা গোবিন্দগী শ্রীচরণবু খুরুমজরি ॥ ( লাচারী । ছবি )
(১) মণিপুর লৈপাক্না থা থোক্লবা উদয়গিরি ওইরে । শ্রীগোবিন্দনা অমৃতনা থল্লবা থা ওইদুনা, কৃপাগা লোয়ননা থোকপিরে। পাপ তাপ পুম্নমক মাংখিদুনা পুকচেল ইংনা, দেশ অপুম্বা হরি ধ্বনিনা নিনলে। মতম অদুদা মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী য়ুমদা কৃষ্ণ প্রেমনা তাওদুনা, হা-গোবিন্দ, কৌদুনা জগোই শাহল্লি ॥ মনাই ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগা, প্রজাগা লোয়নদুনা নাম সঙ্কীর্ত্তণ তৌদুনা প্রেমদা তাওহল্লি ॥ (২) অদুগী তুংদা প্রেমগী ৰিকার পিদুনা গোবিন্দগী মন্দিরদা লাকচদুনা দর্শণ কংহল্লি । দর্শণ ফংজবদগী প্রেম পিনদুনা, সংসার মায়া ককচদুনা, গোবিন্দদা আত্মা কৎপবু তৌজে ॥ গোবিন্দগী প্রেমদা মুংঙাইজববু কংলবদা, পুক্নিং ওকুনা ভাগ্যচন্দ্রগী মপান্দগী ফংজবনি মহা হরিদাসনি থাগংলি । হে ভাগ্যচন্দ্র নহাক্না অসিগুম্বা নরনসে ঐখোয়স্থু ফংজরে অসিদগী হেনবা অমা লৈত্রে । (৩) অসুম্না মণিপুর গোবিন্দ ভক্তিদা লেপ্তুনা, মানা মানা মবুক্না পান্থা ভক্তি কন্তুনা, জগোই শাই, সঙ্কীর্ত্তণ তৌই অদুদা প্রেম্না ডাওদুনা যুগল চরন্দা আত্মা কৎলি । ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী মণিপুর প্রজা অপুম্বা মাগী মাগী লৈজবা পোং পাত্র থন্না হাপ্তুনা ভক্তিগা লোইন-দুনা ইবুঙোদা কৎলি । অনৌবা হৌরকপা নোংগী মচু মান্নবা গোবিন্দগী শ্রীমুর্ত্তি উবদা, আত্মা পুম্নক্ কৎচৈ । ( পদ ):- (১) অসুম্না মণিপুর অসিদা ডানবীরবা গোবিন্দগী চরন্দা খুরুমজরি তোল তারবা

[ পয়ার ]

এমন্ত প্রকাশ প্রভু চরণে বন্দন ।
অধম পতিত মুঞি প্রেমভক্তি হীন ॥
কৃপাকরি দেহ মোরে পতিত তারণ ।
অনাথের নাথ প্রভু ভকত জীবন ॥ [১]
পতিত পাবন নাম রাখোক সংসারে ।
দয়াময় নামরাখ ভুবন মাঝারে ॥
ব্রজপ্রেম ভাবদিয়া দাসিনী হইয়া ।
নিজ বৃন্দাবনে রাখ শ্রীচরণ দিয়া ॥ [২]

* [ তথাহি ॥ কৃষ্ণ প্রার্থনা গ্রন্থকার ] *

কলিকাল কাল ভুজঙ্গ দংশানণ জারঙ্গ
কলিত দেহং । ক্ষীনাঙ্গ তর ঘন কল্পিত
মপি জীবন কলিত বিমোহং ॥ সিঞ্চয়
মামপি করুনামৃত রস মণ্ডল মুগ্ধ মুরারে ।
গোবর্দ্ধন ধৃতচারু ত্রিভঙ্গ গোকুল পালিত
দেব হরে ॥ [১] *

[ তথাহি ॥ শ্রীমতি প্রার্থনা ]

ব্রজ বিপিন নিকুঞ্জে রাসলীলা বিদগ্ধা ।
স্মিত নয়ন কটাক্ষেঃ মূর্চ্ছিতা মুগ্ধ কামা ॥
মধুরিপু মন চৌরি ঘূর্ন্নিতা কামরাগং ।
ভবতরনি নিবাসং দেহি মে প্রাণরাধে ॥ [২]

( পদ ) *

মণিপুর পুরন্দর শ্রীগোবিন্দ রাজ ।
রাজবংশ জাতি নৃপ শ্রীগোবিন্দ সেজ ॥
প্রভু ভক্ত দুইজনে এদেশে বিরাজ ।
ভক্তের পালন করি দিবানিশি রাজ ॥ [১]
এসকলের কৃপা বলে লেখিয়ে পুরাণ ।
সতনট ক্রমভঙ্গ ক্ষমিবে চরণ ॥
ভাগ্যচন্দ্র নরপতি এদেশে পালন ।
তারপুত্র লাবণ্যচন্দ্র প্রজা পালন ॥ [২]
মধুচন্দ্র নরপতি প্রজার রক্ষণ ।
চৌরজিত নৃপহয়া গোবিন্দ সেবন ॥

ননাইনি ভক্ত প্রেম রাংলবা ননাইদা কৃপা পিবিদুনা তোল্লববু লানবিবা, মপু লৈতবগী মপু মনাই ভক্তগী হিংনবা ওইবা ॥ (২) পতিত পাবন হায়বা নাম অসি সংসারদা থম্বীয়ু। ব্রজরস প্রেম পিনদুনা ননাই ওইহন্দুনা শ্রীচরণ পিনদুনা বৃন্দাবন্দা থম্বীয়ু। ( গ্রন্থকার্ত্তা লাইরিক্ লেংবনা কৃষ্ণ প্রার্থনা কৎচবা শ্লোক্ ) ॥ কলি কৌবা লাইনা অমুবা লীন ওইদুনা চিকপদগী মাগী দুনা চাক্লবা দেহ। নোংমা নোংমগী মংয়েং তাশিনলক্লুনা হকচাং নিকুনা হিংগনি থক্লবা। অসিগুম্বা ননাইদা কৃপাগী অমৃত পিনদুনা পুম্নমক কোকহল্লবা, হে মুরারি, হে গোবিন্দ তবপ্রেমদা তাওহল্লু। গোবর্দ্ধনবু থাঙ্গৎতুনা ব্রজমণ্ডলবু কনবীবা ত্রিভঙ্গনা লৈতেংবা দেবহরি হে গোবিন্দ ॥ (গ্রন্থকার্ত্তা না, শ্রীমতি রাধীকাদা কৎচবা প্রার্থনা শ্লোক) ॥ ব্রজবৃন্দাবনগী নিকুঞ্জবন্দা রাস শান্নবদা হৈ শিংলবী হে রাধে। মোমোন নোকপা মীনোক্লা কাম কৌবা লাইবু সুমহৎপা। ব্রজনাথ গোবিন্দগী পুক্লিংবু হুরান্দুনা কাম রাগদা ঙাওহল্লবী হে রাধে। সংসার সমুদ্রদগী লানবীদুনা চরনগী নাক্তা থম্বীয়ু। (পদ) :- (১) মণিপুরগী পুরন্দর নিংথৌ ওইদুনা গোবিন্দনা ঙাক্লি। রাজবংশগী অপানবা নিংথৌনা সেবা কংজে। গোবিন্দনে মনাই নিংথৌনে ২না মণিপুর অসিদা ঙাক্লি। গোবিন্দনা মনাই নিংথৌ অদুবু পুম্নমক্তা ঙাকপী। (২) অসিগুম্বা রাধা গোবিন্দ। নিংথৌ ভক্ত খিবিক্কী কৃপানা ইতিহাস পুরান অসি লেংজগে, সত নট অকাইবা পুম্নমক ঙাকপিয়ু। মণিপুর অসিদা

অতপরে মারজিত এদেশে রাজন ।
সাতবর্ষ দেশভঙ্গি অদ্ভুত লক্ষণ ॥ [৩]
কাচারে গোবিন্দ যায়া দর্শন দিন ।
গম্ভীরসিং নৃপমণি আসি প্রজা পালন ॥
নরসিংহ নৃপহয়া গোবিন্দ সেবন ;
চন্দ্রকীর্ত্তি রাজাহয়া প্রজা পালন ॥ [৪]
এবেকহি শুরচন্দ্র গোবিন্দ সেবন ।
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব রক্ষা প্রজার পালন ॥
বসুশুন্য ভোগেন্দু জৈষ্ঠ কৃষ্ণা দ্বিতীয়া ।
গুরুবার শুভদিন শুভলগ্ন চায়া ॥ [৫]
মণিপুর নরপতি হৈল শুরচন্দ্র ।
জন্মহৈতে পঞ্চত্রিংশ শরীর প্রকাণ্ড ॥
সেইদিনে বোড়াজাওবা ইয়া যে শ্বর ।
নরসিংহ রাজপুত্র প্রবল শরীর ॥ [৬]

মণিপুর রাজ্যলাগিঅন্তপুর হৈতে ।
গোপণ করিয়া যাই নম্বোল গ্রামেতে ॥
তথারহি সাজকৈল কতসৈন্য গণ ।
ব্রজবাসি পাওনাসিং বীরেতে গনণ ॥ (৭)
ফুঙ্গানাই গৃহেশ্ব আর পুখ্রম্বাতঙ্কো ।
ইগুহুম সনামণি অহৈবা হেমাঙ্গ ॥
চোংথামিয়া আদিকরি কত সৈন্যশুর ।
সাজন করিয়া রহে রণ করিবার ॥ (৮)
এথা অন্তপুর মধ্যে বোড়াকে না দেখি ।
বিচারেতে নাহিপায় ভাবে মনদুঃখী ॥
লোকদিয়া বিচারিস না পায় বোড়ারে ।
হেনকালে লোকআসিকহিল রাজারে ॥ (৯)
ইয়ায়েশ্ব রনসাজে নম্বোল বাজারে ।
কথাশুনি তোপবাজি সাজিল সত্বরে ॥

ভাগ্যচন্দ্র প্রজা ঙাক্‌না গোবিন্দ সেবা তৌই ॥ অহুগী তুংদা লাবন্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওইহুনা গোবিন্দ সেবা তৌরে ॥ (৩) অহুগী তুংদা মধুচন্দ্রনা পাল্লে । অহুগী মথংদা চৌরজিংনা নিংথৌ ওইহুনা গৌবিন্দ সেবা তৌই ॥ অহুদগী মারজিৎ ময়াং ঙম্বনা পাল্লে । মতুংদা অরাগী লানজ ও লাক্লুনা চহি ৭ লৈপাক্ কাইরে। মণিপুর অরাবদা তাওখ্রে ॥ (৪) শ্রীরাধা গোবিন্দ কাছারদা লেংশিন খিহুনা লৈখ্রবদা গম্ভীরসিং নরসিং অনিনা অরাদগী মুন্দুনা গোবিন্দ লেংথোরক্লুনা গম্ভিরসিংনা নিংথৌ ওইহুনা সেবা তৌরে ৷ অহুগী তুংদা নরসিংনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লে । মতুংদা দেবেন্দ্রসিংনা নিংথৌ ওইরে। অহুদগী চন্দ্রকীর্ত্তিনা নিংথৌ ওইহুনা গোবিন্দ সেবা তৌরে । (৫) মথা অসিদা শুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইহুনা গোবিন্দ সেবা তৌবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব রক্ষা তৌবা লেংজরক্কে। শোক্ ১৮০৮গী কাল্লেন থাগী ১৭নি পানবা শগোলশেল মুমিত্তা অফবা লগ্ন য়েংহুনা॥ (৬) শুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওই । পোকপদগী চহি ৩৫শুবা মতমদনি। মুমিং অসিদা য়াইস্কুললাক্পা, বোড়াজাওবা ম্না, নরসিং নিংথৌগী মচা ইবুঙো, লান্দা থৌবা ॥ (৭) মণিপুরগী নিংথৌ ওইগে আশা তৌহুনা থন্দুনা কোম্লুংদগী লোম্না থোকখিহুনা মাগী তেঙ্গোল থোমহুনা নম্বোল কৈথেন্দা পৈখ্রে। তেঙ্গোলগী লুচিংবা ব্রজবাসি পাওনা। (৮) ফুঙ্গানাই সংলাকপা, পুখ্রম্বা তঙ্কো ইগুহুম সনামনিক্। অহৈবম হেমাঙ্গ, চোংথা মিয়া, অসিনচিংবা অথৌবশিংগা লোয়ননা সাজোন তৌহুনা লৈখ্রে ॥ (৯) অসোমদা কোম্লুংদা বোড়াজাওবা উদ্রবদা ময়াম্ চংহুনা থীনৈ, কংদ্রবদা রাখল রানৈ । থীবা তোক্কে মাইকৈ ওদা মী থাহুনা কুপ্না থীনৈ কংবা ঙমদ্রে । মতম অহুদা নম্বোন্দগী মী লাক্লুনা পাওহঙ্গংলরে।

ব্রাংখৈরেম্ব বীরসাজে কাগুডবা মেজর ।
মাইস্না মেঞ্জ চোংথামেজ্ঞ ইরুংব মেজর ॥ (১০)
ব্রাংখৈ পোইলা আর কোঙ্গেংবা সাজোর ।
মাইস্না থিংগু্‌জাম্বা তুই যে সুবিদার ॥
অশাংবা অকোইজাম্বা আর সুবিদার ।
হাওব্যা সুবিদা হৈগ্রু্‌জাম্বা সুবিদার ॥ [১১]
লাইতোঞ্জাম্বা সুবিদা মাইশ্ন্যা জোমান্দার ।
ব্রারেপ্পা কুতআর উশবা জোমান্দার ॥
ইত্যাদি শুরের সঙ্গে কতসৈন্য লয়া ।
টিকেন্দ্র কম্বান চলে মহাক্রোধ হয়া ॥ [১২]
য়ারৌনাম স্থানে তুই মহাঘুর রণ ।
নোলির ধুমেতে অন্ধ হইল গগণ ॥
কারকের মত যেন গুলির পড়িল ।
আখ্যারী আখ্যারি যুদ্ধে খড়্গাখড়্গা ভৈল ॥ [১৩]

তিমেনে তিমেনে যুদ্ধ মুখ নাহিফিরে ।
কোনস্থানে মল্লযুদ্ধে পাদ মুষ্টিমারে ॥
কেশাকেশি ভুজেভুজ অদ্ভুত লক্ষণ ।
জয়পরাজয় নাহি মহা ঘুররণ ॥ [১৪]
কুতপ হইতে যুদ্ধ দিন অবসান ।
ব্যাঘ্রযেন গর্জ্জেলাম্ফে আগেআগে যান ॥
পুনঃফিরে পুনঃধায়ে মারমার বলে ।
রণভাঙ্গি না সহিয়া বোড়াসৈন্য গেলে ॥ [১৫]
টিকেন্দ্রের সৈন্যগণ রণসাঙ্গ করি ।
সন্ধ্যাহয়া রহিলেন নরব্যোহ্ন করি ॥
ওথা বোড়া যুদ্ধাগণ একত্র করিয়া ।
খুরাইরাক আলিতে সাজন রহিয়া ॥ [১৬]
প্রভাত হইয়া লোক নিজনিজ সাজে ।
ভোজন পূজন করে অস্ত্রশস্ত্র সৃজে ॥

(১০) বোড়াজাওবা, য়াইস্কুললাকপনা লানগী থৌরাং তৌহ্নুনা নখোল কৈথেন্দা লৈহোরে অহু তাবদা তোপ কাপ্পুনা লানগী পাও পিরে। অহুগী তুংদা লানগী থৌরাং তৌনরকই। ব্রাংখৈ লাকপা, কাগুবা মেজোর, মাইস্না, চোংথা, ইরুংবা, মেজোর ৩। (১১) ব্রাংখৈ পোইলা, কোনজেংবা সাজোর মাইস্না, থিংগু্‌জাম্বা সুবিদার ২। অশাঙবা সুবিদার, অকোইজাম্বা সুবিদার। হওব্যা হৈগ্রু্‌জাম্বা সুবিদার, অনি। (১২) লাইতোনজাম্বা সুবিদার মাইশ্ন্যা জোমান্দার, ব্রারেপ্পা কুং উসবা জোমান্দার। অসিনচিংবা অথৌবা তেঙ্গোল কয়ানি। অসিদগী য়াম্না শাওহ্নুনা মনাও ইবুঙো কোইরেং কম্বান লান চংলি।(১৩) কোনুংদগী হায়থখিবা তেঙ্গোলসিংগা নম্বোন্দগী লাকপা, বোড়াজাওবগী তেঙ্গোলগা, য়ারৌদা থেংনহুনা লান পানরে। নোংমৈ কাপ্পবগী নোনলি চিনদোম্দা থোরকপা মৈখুনা মমখ্রে। নোংমৈ মরুনা লেন তাবগুমখ্রে। শগোল তোংবগা তোংবগা থাঙ্গ থাঙ্গ য়ান্নে। [১৪] তা, পায়বগা প্যায়বগা পানৈ হন্দুনা চেন্নদে, মাই লৈনদে। মচি ১দা পাইরম্বা খুংলাই লোইখ্রহুনা, মল্লযুদ্ধ তৌনৈ। শম পাইহুনা কোইদংনৈ, পাম্বোম্ পাইহুনা মুকথেক্লে, অকনবা লান্নি ১নাহেন্দে ১মা ব্রাংতে ভমনদে। [১৫] নুমিৎ য়ুংবদগী পানরকপা অহুনা নুমিৎ তারক্লে, অহু ফাওবদা হুম্নদে কৈগুম্না ভংভি চোংশিন্নে। অমুক হন্দোকই অমুক চংশিননৈ, হাংলু হাংলু লাওনৈ। থাংবা ভমগ্রহুনা বোড়াজাওবগী তেঙ্গোল হন্দোকখ্রে। [১৬] অসোমদা নুমিৎ তাখিবগা লোইনহুনা কোইরেং কম্বানগী তেঙ্গোলসু নরবেহ্ন সাহুনা লৈখ্রে। অসোমদা বোড়াজাওবগী তেঙ্গোল পুহুনা খুরাই লাকপা পন্দা পৈহুনা লৈখ্রে। [১৭] নোংভাল্লবদা তেঙ্গোল অনি মাগী মাগী স্নান ক্রিয়া লোয়নহুনা প্রসাদি ফংহুনা খুৎসু-খুৎলাই শেমশাখ্রে অসোমদা কোইরেংগী তেঙ্গোলদা দরবার য়া তানাহুনা অহুম থোক্লা খাইদোক্লে। [১৮] মাইস্না

ঐথা টিকেন্দ্রাদি সৈন্য বিচার করিল ।
তিনভাগ করিসৈন্য বাটিয়া সাজিল ॥ [১৭]
মাইস্না রাঙ্খেরেখাদি কতসৈন্য লয়া ।
পশ্চিম দিগেতে চলে রণমুখ হয়া ॥
কাঙজবা থিঙঙজাম্বাদি কতসৈন্য সঙ্গে ।
পূর্ব্বমুখ হয়া চলে সমর তরঙ্গে ।। [১৮]
টিকেন্দ্রাদি কতসৈন্য দক্ষিণেতে চলে ।
ধ্বজের ইঙ্গিতে চায়া বেড়িল সকলে ।
এককালে তিনসৈন্য সমর প্রবেশে ।
মহাঘুর রণহৈল বল পরকাশে ॥ [১৯]
না সহিয়া বোড়াসৈন্য ভাঙ্গিয়া পালায় ।
কতমরে কতপড়ে কতজীয়া ধায় ॥
চোংথামিয়া ফুঙ্গানাই গৃহেশ্ব মণিসিং ।
ইগুহম্বা পুখ্রম্বা তঙ্কো আরতোম্বাসিং ॥ [২০]

ইত্যাদি যে দশজন জীরিতে ধরিল ।
আনিয়া সকললোক রাজারে অর্পিল ।
যার তার দোষচায়া রাখি বন্দিঘর ।
পরদিনে সবেমেলি করে দরবার ॥ [২১]
রাজাকহে শুন প্রজা আমার বচন ।
রণজয় পুরস্কার লও শুদ্ধমন ॥
কাঙজবাকে চারিক্ষেত্র আর পিকদানি ।
মাইস্নাকে তিনক্ষেত্র ধ্বজ নবদানি ॥ (২২)
চোংথা মেঙ্গ রাজবস্ত্র আর পাচধ্বজ ।
ইরুংবামেঙ্গ রাজবস্ত্র সে সাতধ্বজ ॥
রাঙ্খে পোইলা রাজবস্ত্র আর পাচধ্বজ ।
কোঞ্জেংবা সাজোর রাজবস্ত্র তিনধ্বজ ॥ [২৩]
মাইস্না জোমান্দার রাজবস্ত্র সুমুখ ।
অশাংবা জোমান্দার রাজবস্ত্র সুমুখ ॥

সুবিদার রাঙ্খেরাকপা অনিনা চিংহুনা তেঙ্গোল অহুম থোকপগী মশুং অমা পুহুনা নোংচুপ পাংনা লাল চঙনবা থাইহুনা চংখ্রে । অমনা কাঙজবা মেঙ্গোর থিংঙজাম্বা সুবিদারনাচিঙহুনা মশুং অমনা নোংপোক পাংনা লান চঙ্গদৌবগী থাইহুনা চংখ্রে । [১৯! টিকেন্দ্র কোইরেংনা চিঙহুনা মশুং অমনা খা পাংনা লাল চংগদবগী থাইহুনা চংখ্রে । লানগী পাও অসি ফিরান হায়নহুনা পিনৈ । ফিরান মরোন লৌনহুনা মতম ১মতদা লান চংলে । মাই ওন্নদনা শিবকিদনা থরাই পামুনদনা লান পানরে । [২০] মাইকৈ ৩মা তকশিনলকপদা বোড়াজাওবগী তেঙ্গোল অসি থাংবা ডমদ্রহুনা কাইহুনা চেল্লে কয়ানা শিখ্রে । কয়ানা থুংলাইনা পান্দুনা তুহুনা লৈ । কয়ানা হিংহুনা চেনখ্রে । হিংনা ফাবা চোংথা মিয়া, ফুঙ্গানাই সংলাকপা, মণিসিং, ইগুহম্বা, পুখ্রম্বা তঙ্কো তোম্বসিং । (২১) অসিনচংবা মুপা তারা ফারে । যোড়াজাওবনা চিংহুনা মী কয়ানা চেনখ্রে । লান লোইরহুনা কোমুংদা হল্লকুনা পাও তম্লে অফাবা মী নিংথৌদা কংতুনা মাগী মাগী দোষ য়েংহুনা বন্দিঘরদা থমখি । অহুগী নোংডানবদা দরবার তৌই । ॥২২॥ শুরচন্দ্র নিংথৌনা স্না য়াথং পিরকই । হন্দক বোড়াজাওবগী লান ওল্লকপা অসি য়াম্না পেনখ্রে অহুনা পুক্লিং সেংনা মনা লৌ । ইপু কাঙজবা মেঙ্গোর, লৌ পরী মরিগা কাসেনগা ফংজরে । মাইস্না মেঙ্গোরনা লৌ পরী অহুমগা ফিরান মাপললগা ফংজরো ফিরান হায়বা অসি মৈতৈ ঐথোয়গী লানওম ফিরান্নী, মাবু পঙ্গেং ফিরান তোনানবা কৌই । ॥২৩॥ চোংথা মেঙ্গোরদা নিংথৌগী সাইজোনবা ফিরান ৫ গা পিরে । ইরুংবা মেঙ্গোরদা নিংথৌ ফি সাইজোনবা ফিরান ৭কা পিরে । রাঙ্খে পোইলাদা নিঙথৌ ফি সাইজোনবা ফিরান ৭কা পিরে । কোঞ্জেংবা সাজোরদা নিংথৌ ফী সাইজোনবা ফিরান ৩গা পিরে ।

অকোইজাম্বা সুবিদারে চিত্রবর্ম্ম দান।
লাইশ্রবা সুবিদারে চিত্রবর্ম্ম দান ॥ [২৪]
হাওব্যা সুবিদারে রাজবস্ত্র সাৎধ্বজ।
হৈগ্রুজাম্বা সুবিদা রাজবস্ত্র সাৎধ্বজ ॥
লাইতোন সুবিদা রাজবস্ত্র সুমুখ।
মাইশ্না জোমান্দা রাজবস্ত্র সুমুখ ॥ [২৫]
উশবা জোমান্দারে রাজবস্ত্র সুমুখ।
ব্রারেপ্পা কুতেতে যে রাজবস্ত্র সুমুখ ॥
এইমতে নৃপমণি পুরস্কার দিল।
রাজার প্রসাদ পায়া আনন্দ হইল ॥ [২৬]
আর যত রণেমৃত্যু শ্রাদ্ধের কারনে।
ত্রিংসটাকা করিদিল প্রতি জনেজনে ॥
আরজ্ঞায়ে সৈন্য দশটাকা করিদিল।
এইমতে নরপতি পুরস্কার দিল ॥ [২৭]

রাজার প্রসাদে লোক দুঃখ না পাইল।
এইমতে রাজা প্রজা গোবিন্দ সেবিল ॥
শুণিবেক শ্রুতাগণ পুরাণ কথণ।
রাজার প্রসাদ সেই অদ্ভুত লক্ষণ ॥ [২৮]
পূর্ব্বজন্ম দোষে রোগ যাহার সেখনে।
আর রোগে মৃত্যুহৈল কর্ম্মের কারনে ॥
এবেকহি পুরাবৃত অদ্ভুত কথণ।
শুনিতে আশ্চর্য্যহবে এইত ঘটণ ॥ [২৯]
যবিষ্টের পুত্র রাজা খেমচন্দ্র নাম।
মণিপুর রাজ্যপালে সর্ব্ব গুণধাম ॥
অকস্মাত প্রাঙ্গনেতে একস্বর্প এল।
মাতাজ্ঞাতে অস্ত্রেমারি স্বর্প মৃত্যুহৈল ॥ [৩০]
স্বর্পদেখি নরপতি মানিল অদ্ভুত।
ঐশান নন্দিনী কহে শুণ প্রাণপুত্র ॥

॥২৪॥ মাইসনা জোমান্দারদা নিঙথৌ ফি তাজিন পিরে। অসাঙবা জোমান্দারদা নিঙথৌ ফি তাজিন পিরে। অকোয়জাম্বা সুবিদারদা খামেন চপ্পা ফুরিং পিরে। লাইশ্রবা শুবিদারদা খামেন চপ্পা ফুরিং পিরে। ॥২৫॥ হাওব্যা, হৈগ্রুজাম্বা সুবিদার ২ দা নিঙথৌ ফি সাইজোনবগা, ফিরান তরেৎকা পিরে। লাইতোনজাম্বা সুবিদারগা মাইশ্না জোমানদারগা ২ দা নিঙথৌ ফি তাজিন পিরে। ॥ ২৬ ॥ উশবা জোমান্দার ব্রারেপ্পা কুৎ অনিদা নিংথৌ ফি তাজিন পিরে। অসুম্না শুরচন্দ্র নিঙথৌনা মনা অসি মথঙ মথঙ পিনরে। খুরম খুরমহুনা রাজ প্রসাদ মনা হরাওনা লৌনৈ, মুঙঙাইনৈ। ॥২৭॥ অহৃগী তুঙদা লানদা শিখিবা মীগী,শ্রদ্ধকর্ম্মগীদমক লুপা ৩০।৩০ পিরে। অতোপ্পা তেঙ্গোল কয়াদা লুপা তরা তরা য়েনবিরে। অসুম্না নিঙথৌনা লানঙম্বগী মনা পিরে। ॥২৮॥ নিঙথৌগী মনা, থৌজান ফঙবদা প্রজা মুঙঙাইনরে; অসুম্না গোবিন্দ সেবা তৌহনা পাল্লি। তাবিয়ু শ্রুতাথিবিক, মতাং অসিদা মাংদা ওইথিবা পুরাণগী রারী অমতং সেঙজগে, নিংথৌগী মনা ফি হায়বা অসি য়াম্না অঙকপা ফংনা মগুণ লৈবনি। ॥২৯॥ মপোক অমদগী তৌরকপা দোষনা লাইথুং পকপবু সেবা তৌরগা লায়না কোকই। মনাফি অসিদা দোষ তৌরগা লায়থুং পকই। মনাফি রতন মাপললগী ওইরকপা রারী অঙকপনি, অদু লেংজরকে। ॥৩০॥ মণিপুর অসিদা পানবা যবিষ্ঠগী মচা খেমচন্দ্রনা নিংথৌ ওইহনা পানবা কান্দা। নোংমা সঙ্গায় মাঙ্গোল্দা, লিন অমা চঙলকই। মমাসীজগী য়াথঙ লৌহনা লিন অদু হাৎলে। ॥৩১॥ শিরিবা লিন অদু উবদা অকিবা অঙকপা ওইরে। অদু উবদা মমাসীজ লাইম্নানা ইমাগী ইবুঙো নিংথেম লিন অসে অচবা ওইরোই, অদুনা গুরু কৌরুহনা পূজা তৌহল্লু। ॥৩২॥ অদু উবদা রাঙথৈ পন্দণ গুরু

এইস্বর্প স্বর্পনহে ঈশ্বর লক্ষণ ।
গুরুকে ডাকিয়া শুদ্ধে করহ পূজন ॥ [৩১]
শ্রীরাঠৈ পন্দন নাম গুরুকে ডাকিল ।
খেমচন্দ্র কহে গুরু এইকিবা কল ।
গুরুকহে লৈনুংলোঞ্জা নাম ইষ্টদেব ।
কোনকৃপা দিবে বলি এস্থানে উদ্ভব ॥ [৩২]
পূজন করহ রাজা অতিশুদ্ধ মন ।
পুজাদ্রব্য আয়োজিয়া করিলে পূজন ॥
সেইরাত্রি স্বপ্নেআসি উপদেশ কৈল ।
নৃপের ভুষণ দিব কেনেভয় হৈল ॥ (৩৩)
মোরকণ্ঠে খুল্যনাম পাগড়ি হউক ।
মোরফনা লোলৈনাম শিরেতে ভুষৌক ॥
মোরপেত চিত্রবস্ত্র কটিতে ধারণ ।
মোরপার্শ্ব রাজবস্ত্র কপচ ভুষণ ॥ (৩৪)

মোরলেঞ্জ নিংখম্নাম ভুবন মুহন ।
মোনফনা উরেম্রেক বিজয় ভুবন ॥
মোরকর্ণ গোখুরক দুঃকর্ণেতে ধারি ।
মোরপ্রুত অঙ্গদ যে কঙ্কন অঙ্গুরি ॥ (৩৫)
মোরপৃষ্ঠ কাক্লৈনাম উত্তম জানহ ।
এই নবরত্ন লৈয়া ভুষণ করহ ॥
কথাঅন্তে খেমচন্দ্র হৈল জাগরণ ।
সেইকালে প্রাতহয়া উঠি প্রাতঃস্নাণ ॥ (৩৬)
গুরুকে ডাকিয়া দেখে পূজার যে স্থানে ।
স্বর্প নারহিল মাত্র আছে নবরত্নে ॥
সে ইহতে রাজভুষা অদ্যাপি রহিল ।
মণিপুর পুরাণেতে একথা কহিল ॥ (৩৭)
এইহেতু রোগখণ্ডি যাহার সেবনে ।
আররোগ অপমৃত্যু দুস্কর্ম্ম কারনে ॥

কৌরুহুনা য়েঙহল্লি, নিংথৌনা হে গুরু তৌরিবসি করিনো করি থোক্কদৌরি, গুরুনা হঙ্গংলি, লিন নত্তে লৈনুঙ লোঞ্জা কৌবা পাখঙবনি করিগুম্বা কৃপা পিগে লেঙঙকপনি । ॥৩৩॥ অহুনা হে নিংথৌ পুজা তৌ পুকচেন শেঙনা, অহুদি গুরুনা পুজা তৌবিরো হায়হুনা পোৎচঙ লাঙহুনা পুজা কংলে । অদুগী অহিঙ অদুদা খেমচন্দ্র নিংথৌগী মঙদা লাক্লুনা তাক্লকই । হে নিঙথেম মণিপুরগী নিঙথৌগী লৈনেঙ পিবা লাকপনি কিগনু । ॥৩৪॥ ঐগী খোরিনা লমথাঙ খুল্লক ওইনৌ । ঐগী (ফনা) মতোক তখাই অমনা লোলৈ ওইদুনা কোক্তা লৈতেঙঙু ঐগী ইবুক্লা খামেনচপ্পা ওইয়ু । নাক নাক অনিনা নিঙথৌ ফি ফুরিৎ ওইয়ু। [৩৫] মমৈনা নিংথম ওইনৌ । মতোক তখাই অমনা উরেম্রেক ওইনৌ । নাকোংনা গোখুর ওইহুনা, নাদা লৈতেঙঙু। খয়াৎনা তান, খুজি, খুদোপ ওইনৌ। [৩৬] নঙ্গমা কাকৈল ওইনৌ। অসিগুম্বা রতন মাপল অসিনা লৈতেঙনৌ। অসি তাকপিরমগা লেংখ্রে। মতম অহুদা নিংথৌ মিকপ থোকই । মতম অহু নোংঙাল্লে, নিংথৌ হৌগত্তুনা প্রাতগী স্নান ক্রিয়া তৌরগা। [৩৭] অহুদগী রাঠৈ পন্দোল গুরু কৌরুহুনা, ওরাং পুজা তৌহুনা থমথিবা লিন অহু য়েঙঙ্বদা, ওরাংগী লিন অহু ওইরমদরে, মংদা তাক্লম্বা, অলঙ্কার রতন মাপল অহু ওইহুনা লৈরম্লে, অহুদগী হৌহুনা নিংথৌগী রাজ ভুষা ওইনথি, পুরান্দা অয়াওবা য়ারীনি। (৩৮) মরম অসি লৈরনা, সেবা তৌবদা লাইথুং কোকপনি। মরাইবক ফবনা মনাওইনা কংগ্গরবদা ফত্তবা কর্ম্ম তৌরবদি লাইথং পাল্লি। মাসিনা কুইথ্রবা য়ারীনি হৌজিক মথং মথং ওইরকুপা য়ারী

জৈষ্ঠ কৃষ্ণা একাদশী বৃহস্পতি বারে ।
সেদিনে কৌমার গিরে কন্দুবাজি করে ॥ (৩৮)
কালিকা মন্দিরে রক্ত পড়িল অনেক ।
পণ্ডিত চলিয়া পূজে ঈশ্বরে প্রত্যেক ॥
শ্রীগোবিন্দ পাদপদ্মে বহু পূজাকৈল ।
শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্রেতে কতদান কৈল ॥ (৩৯)
আষাঢ় তিতিয়া বুধে সেনাপতি মৈল ।
রাজাদুঃখে শ্রাদ্ধকর্ম্ম করি সমাপিল ॥
কর্ম্মান্তে কন্বান স্থানে সেনাপতি দিল ।
বৃদ্ধারাণী কুমুদিনী রোগবশ হৈল ॥ (৪০)
রাজা যুবরাজ আদি সেবা বহুতর ।
দিনেদিনে রোগবশে দুর্ব্বল শরীর ॥
পৌত্রগণ ডাকি কহে শুনহ বচণ ।
বালক লক্ষণ ছার প্রজার পালন ॥ (৪১)

একথা স্ত্রীবাক্য বলি মাকর হেলেন ।
এই মণিপুর দেশ গোবিন্দ রাজন ॥
তাহার কারণ কহি শুন পৌত্রগণ ।
ভাগ্যচন্দ্র নরপতি মণিময় প্রাণ ॥ (৪২)
যার প্রেমে মণিপুরে গোবিন্দ উদয় ।
সামান্য জনম নহি সাক্ষাৎপ্রেম ময় ॥
মণিপুর পদ্মাকর কমল প্রকাশ ।
মুখনেত্র গণ্ডস্থল নির্ম্মল বিশেষ ॥ [৪৩]
সূর্য্যবংশ মহারাত্রি প্রদীপ প্রকাশ ।
রাজপুরি রত্নাকর সম্পদ অসেষ ॥
ধর্ম্ম স্বর্ম্ম ডরে জোড়ি আছয়ে প্রবল ।
কৃষ্ণনাম গুণগাঠি করিয়া তরল ॥ [৪৪]
রাজেন সুন্দর করি নৃপ বক্ষস্থলে ।
বিনা অলঙ্কার মণি যে হয়ে শোভিলে ॥

লেংজরগে। কালেনথাগী ২৬নি পানবা শগোলশেন মুমিত্রা কৌব্রাদা নোংমৈ কাপই। (৩৯) কালিকা দেবীগী মন্দিরদা ঈ তাই। মাইবা মাইবী পণ্ডিৎ চত্নুনা ঈশ্বর পূজা তৌই। শ্রীগোবিন্দগী পাদ পদ্মদা সেবা পূজা কৎলি। বৃন্দাবনচন্দ্রদা, দান কয়া কৎলি। (৪০) অহুম প্রতিকার তৌনা তৌনা ইংঙাগী নিনি পানবা য়ুমশকৈশদা, ঋলকীর্ত্তি সেনাপতি কৃষ্ণ চরণ তানখ্রে (শিরে) নিংথৌনা শ্রাদ্ধকর্ম্ম ফজনা লাংহুনা কৎলি। অহুগী তুংদা মনাওইবুঙেঙা কোইরেং কম্বানবু সেনাপতি হাপলে। অহুগী তুংদা, কুমুদিনী নিংথেম পোকপী মমাসাজ অনাবা হেক্তিল্লক্লে। ॥৪১॥ নিংথৌ, যুবরাজনাচিংবা মাইবা মাইবী মনাই-মশম্না সেবা তৌই, নোংমা নোংমা হেক্তিল্লক্লে। কুমুদীনী মমাসীজনা, মশু ময়াম কৌ-শিল্লে, অহুগা তাক্লকই, অঙাংগী পূকচেন থাহুনা প্রজা ডাকউ। (৪২) গুসি ঐনা ঙাংবা রাজনীতিসে মুপী রানি হায়হুনা থৌশাদবা তৌগনু। মণিপুরগী নিংথৌসে শ্রীগোবিন্দনা ওইবনি। মাগী মারী হায়গে, হে ইগুশা, নবুথৌ ভাগ্যচন্দ্রসে চিন্তামণিনি। (৪৩) মাগী প্রেমনা মণিপুরদা গোবিন্দ কাওরে। অহুনা ভাগ্যচন্দ্রবু মীনি হায়না লৌবা য়াদে, তসেংবা প্রেমনা পোকপনি। মণিপুর অসিনা (পদ্মাকর) পুখ্রি ওইরগা থম্বাল ওইনা শাৎপনি, মুখ, নেত্র,গণ্ডনাচিংবা পুম্নমক থম্বাল ঙাকুনি। (৪৪) সূর্যবংস ছায়বা নিংথৌ শাগৈ অসিনা অহিং ওইরগা, থাংমৈ ওইহুনা ঙাল্লবা ভাগ্যচন্দ্রনি। কংবা কৌবা কোন্নুং অসিনা অরাং-অপা লৈতবা লণগৈ ওইরে। ধর্ম্মনা মাগী লাংমুং ওইরে। অহুদা কৃষ্ণ নাম, প্রেম অহু পরেং ওইনা লেংলগা। [৪৫] ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী থবাক্তা ঙানবনি, লৈতেঞ্জ মতৈ য়াওপ্রবমু অহুগুম্বা নাম মণি মালা অহুনা ঙানবনি। অহুগুম্বা

হেনরূপ ভাগ্যচন্দ্র শ্রীরাধা গোবিন্দে।
এই মণিপুরদেশ দান পাদপদ্মে ॥ [৪৫]
মণিপুর পুরন্দর শ্রীগোবিন্দ রাজ।
মহারাণী হইলেন রাসেশ্বরী সাজ ॥
আর কথা শুরপৌত্র পূর্ব্বের প্রসঙ্গ।
নরসিংহ নরপতি কৃষ্ণপ্রেম রঙ্গ ॥ [৪৬]
শ্রীগোবিন্দ সেবনে দ্বিতীয় ভাগ্যচন্দ্র।
জলকেলি আর দয়া পাগড়ির বৃন্দ ॥
কৃষ্ণদাস গোস্বামীতে যতন পুছিয়া।
আর বৈষ্ণবের গ্রন্থে লইল দেখিয়া ॥ [৪৭]
ঝুলনাদি সেবাতে দ্বিতিয় বৃন্দাবন।
আরযত নবনব করে প্রচারণ ॥
যারপ্রেম নাজানিয়া অবলা অবুদ্ধি।
যারস্থানে পুত্রলাগি হইল কুবুদ্ধি ॥ [৪৮]

নবীনেরে আজ্ঞাদিয়া কৈল অপরাধ।
সেইদোষে পলাইল ধর্ম্মপথ বাধ ॥
শুরপৌত্র যথাধর্ম্ম তথা কৃষ্ণজয়।
তথাকৃষ্ণ যথাজয় বেদেতে কহয় ॥ [৪৯]
ধর্ম্মজ্ঞ দেবর নরঃ গোবিন্দ সেবয়ে।
তৎকালে রাজার বংশে ডাকিয়া কহয়ে ॥
শুন রাজবংশ গণ আমার বচনে।
এই নবছত্র দণ্ড গোবিন্দ চরণে ॥ [৫০]
সমর্পণে মোরইচ্ছা তোমা মন কহ।
সবেকহে মোরাবাঞ্ছা যে ইচ্ছা করহ ॥
ভালবলি নরসিংহ গোবিন্দে অর্পেণ।
সেইহৈতে এইদেশ গোবিন্দ রাজন ॥ [৫১]
গোবিন্দেতে দৃঢ়ভক্তি সেই চিরজীবি।
শ্রীগোবিন্দে অনাদর বিষখায়া ডুবি ॥

ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা রাধা গোবিন্দগী শ্রীপাদদা মণিপুর কৎলম্বনি। [৪৬] মিংনা মণিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দ কৌব্রবনি রাশেশ্বরী ইবেম্মনা মহারাণীনি। মাসি কাওরোইদবনি। অহুগী মথাদা হে শুরচন্দ্র নিংথৌ নরসিং হায়বা নিংথৌসে কৃষ্ণগী প্রেম পাত্রনি। [৪৭] গোবিন্দগী সেবাদা অনিসুদবা ভাগ্যচন্দ্রনি। মাগী হাক্তক্তা গোবিন্দদা জলকেলি লিখ্নজুনা কৎলম্বনি। অহুগা কোয়েৎ অচৌবা, কৈজোম শুপ্তা, খাংয়েৎ, কোরতান মরি অশাংবা নরসিংহ নিংথৌনা চৌদোক্নুনা গোবিন্দদা কৎলম্বনি। কৃষ্ণদাস গোস্বামীদা হংহনা বৈষ্ণব গ্রন্থ লাইরিক য়েংহনা। [৪৮] অনিশুবা বৃন্দাবণগুম ঝুলোম্নাচিংবা সেরা কৎলি। অতোপ অতোপ্পা অনৌ অনৌবা সেবা কৎপা, ধর্ম্ম কাইথিব্রবা নরসিং নিংথৌনি। মাগী অহুক্ লুবা প্রেম খংডুদবনা, মুপী অপংবী ওইরদগী নপাবুং চন্দ্রকীর্ত্তিগীদমক্তা মথরাই য়োনবা শুমবা ইনাওহুবু। ঐনা পুকচেল কত্তবনা। (৪৯) নবিন সনাদা হাৎলু হায়রনা থৌদারুরে, থাংনা কক্কপদা মানদি ধর্ম্ম কায়দবা মুপানিনা গোবিন্দনা কন্দুনা শিত্রে অহুগী দোষনা নবীন্না শিত্রে ধর্ম্ম কাইবা মরমদগী মণিপুর থাহনা মীরৈপাক্তা ভিক্ষা নিহুনা জীব হিংঙি। হে ইশুসা ধর্ম্ম কইদবদা গোবিন্দ লৈবনি। গোবিন্দ লৈবা মকমনা জয় ওইবনি। (৫০) মাগী সাথিবু ইচানা নিংথৌ ওইরগা মানা যুবরাজ ওইহনা পুনসি সিমগী নিংথৌ ওইররোই দবা মানা ঐনা ধর্ম্ম কাইরবদগী ধর্ম্ম কাইদবা মানা নিংথৌ ওইহনা গোবিন্দ সেবা তৌখি। মানা নিংথৌ ওইরবদা, রাজ বংশ পুম্নমক কৌহনা হায়দোকখি, মণিপুরগী নবদণ্ড ছত্রসে। (৫১) গোবিন্দগী চরণদা কৎকে নিংঙি নখোয়না করি হাইবগে। অহু তাবদা ময়াম্না হংগৎখি ঐখোয়না পান্নবা

শুন পৌত্র গুঢ়কথা গুরুজন বাক্য ।
কোনকোনে বন্ধুমিত্র সংসার নাহিক ॥ [৫২]
যারতার ব্যবহারে শত্রু মিত্র হৈল ।
ইহসুখ না দেখিহ দেখ পরকাল ॥
কার্য্য কালে পণ্ডিতেরে কখণ না ছাড় ।
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব বাক্য সকলের সার ॥ (৫৩)
দুঃসঙ্গ ছাড়হ পৌত্র গুরুজন জান ।
তাহার কারণ কহি শুন পৌত্র গণ ॥
ভয়াতুর অত্যালস উন্মত্ত প্রমত্ত মত ।
ক্রোধাশীল বহুভোগি বহু নিদ্রাগত ॥ [৫৪]
সু চঞ্চল অনাশক্ত এই দশজন ।
কাহাধর্ম্ম পরায়ন সঙ্গ ছাড়িবেন ॥
কামুক 'লোলুপ' দ্বেষি অমর্ষি নিন্দক ।
কামাচারি অধর্ম্মি বাচাল মলিনাঙ্গ ॥ (৫৫)

এই নবজন বাক্য কখন নাশুন ।
অন্বয় ব্যতিরে শুণি লোকের বচণ ॥
গুরু শশুর পিতা মাতুল মাতামহ ।
অধ্যাপক মন্ত্রদাতা নিজ রাজসেহ ॥ [৫৬]
পৌষক আর নিজস্বামী আর জ্যেষ্ঠভ্রাতা ।
এই দশগুরু নাম বেদেতে সর্ব্বথা ॥
গুরুজন জানি পৌত্র সর্ব্বদা রক্ষণ ।
আর গুঢ়কথা শুন পণ্ডিত বচন ॥ [৫৭]
তোর পিতা চন্দ্রকীর্ত্তি চলিশ বসর ।
মণিপুর রাজাহবে কহে পণ্ডিতের ॥
চারিবর্ষ গৌণ মৃত্যু নাজানি কারণ ।
পণ্ডিতে পুছহ পৌত্র ইহার কারণ ॥ [৫৮]
হরি হয়া খুনু লাংবা চারি যুগজান ।
খুরাই রাখ্যে খুরাই ইয়াই লক্ষণ ॥

অহু হৌদোরক্লে, কৎলো। অহু তাবদা ফরে হায়তুনা নরসিং নিংথৌনা গোবিন্দদা কংথিবনি। অহুনা গোবিন্দনা নিংথৌনি। (৫১) গোবিন্দদা ভক্তি কাইগ্রগা কুইনা পানগনি, কাইরবদি হু চাবগুম্ থুনা শিগনি অসি খংনা গোবিন্দ সেবা তৌ ধর্ম্ম কাইগনু। অহুগা হে পৌত্রগণ ইশুসাগুরু-জনগী রারী হায়গে। কনা অমনা মাগী মরুপ ওইরুরগদবনি হায়হুনা পোক্লকপা নত্তে। (৫৩) কনা অমনা কনাবু য়েক্লবা ওইনা পোকপা নত্তে। সাজৎকী মতুং ইন্দুনা য়েক্লবা ওই। মরুপওইবনি। হৌজিক্কীভাক্তা য়েংগনু, শিরগা কালুগদবা য়েংঙু। থবক অমা তৌবা তারবদা পণ্ডিৎকা রা তানৌ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবগী রা, য়াথং মচি ওইনা লৌ। (৫৪) ফৎতবা সঙ্গ থাদোকউ গুরুজন মশক খঙু মাগী মরম হায়গে ইশুশা। কিগম্বা অতনবা, ময়াইকাবা, ঐনা মহেনলে, শাওগনবা, চারগা লোইরেহাইবা তুমলগা লোইরে হাইবা। (৫৫] থকপা, তৌবা থবক্তা মবুক্চংদবা হাইরীবা, মী ১০ সে, করিগুবদা ধর্ম্ম লৈররোই দবনি মাগা তিন্ন ফদে। তত্তুগা মীগী মপোং পাম্বা লৌনিংগনবা মীগা মুংশিনদবা রাথন লৈতবা মীবুনিন্দা তৌবা কামাচার ওইবা ওকতবা ধর্ম্ম লৈতবা মচিনথীবা, মশা মোৎপা। (৫৬) হাইরিবা ৯ সিগি মরা তারুগনু। মীনা ভাংবা রা, লোইনা লৌগনু মুন্না থন্দুনা লৌ। অতুগা গুরু হাইবদী মুপীবু পোকপা ইকুবোকনে ইপানে,, ইমাগা পোকমীননবা মাতুলনে (মামানে) মহৈ তম্বীবা ওঝানে মন্ত্র পিবা গুরুনে লৈপাক অহুগী নিংথৌনে। [৫৭) ঐবু য়োকপিবনে ঐনা থনবা মপুনে পোকমীননবা ইয়ামবনে হাইরিবা ১০ সে গুরু ১০ হাইব অহুনি হে ইশুসা গুরুনী থন্দুনা পুনমক্তা ভাক্কদবনি অদুগা পণ্ডিৎসিগী অচেৎপা রা১ হাইগে। (৫৮) নখোইবু পোকপা চন্দ্রকীর্ত্তিনা

শিংকক শিংথা শিংগত কিতামারত ।
এসব পূরাণ কথা প্রহেলির মত ॥ [৫৯]
অতিগুঢ় অর্থআছে পণ্ডিতেতে জানে ।
স্বেচ্ছামত না করিহ গোবিন্দ সেবনে ॥
আরশুন পৌত্রগণ দেশরক্ষা কাজ ।
ভবাঙ্গ বহালিঙ্গ স্বর যে মহাবিজ্ঞ ॥(৬০)
অহলুপ, লাইফম, নহারূ, খাবম, ।
তেংনৌ, পলেন, শিঙ্গা যে আলি তিনধাম ।
এদেশের শির বাহু আর মুখ নেত্র ॥
বক্ষ পেত উরু পাদ ভজন প্রণত ॥ (৬১)
লৈমুংলোঞ্জা তাংজলীলা সেন্দ্রেং নাম তার ॥
নোঁদালাইরেন চারি ছয় নামধর ॥

সুখদুঃখ কালে কাল বার্ত্তা অনুক্ষণ ।
পণ্ডিতের আজ্ঞা মতে এদেশ রক্ষণ ॥ (৬২)
এইমতে কুমুদিনী পৌত্রে বুঝাইল ।
দিনেদিনে রোগাকর্শি প্রেমেতে বিভোল ॥
ব্রাহ্মণে বৈষ্ণবে দান গোবিন্দ চরণে ।
ভাগবত পুরাণাদি অনেক শ্রবণে ॥ (৬৩)
কৃষ্ণনাম উচ্চারিয়া স্বর্গতি হয়েন ।
সুরচন্দ্র নরপতি রাণীর সেবণ ॥
গ্রন্থের বাহুলভয়ে সুত্রমাত্র করে ।
তোপবাজি হরিধ্বনি সঙ্কীর্ত্তণ করে ॥ (৬৪)
নরনারী লোকবৃন্দ ক্রন্দনেতে রোল ।
রাজমাতা যোগ্যবেশ সাজন করিল ॥

পানগদবা চহি ৪০নি মসি পণ্ডিৎসিংনা চেংনা হাইবনি অদুবু চহি ৪ রাংনা শিগ্রে। মসিগী মমুংদা রা সৈরমগনি পণ্ডিৎতা হংঙু। (৫৯) হরিচক হয়াচক খুনুচক লাংবাচক যুগ মরিগী রা খংগদবনি খুরাই রাওখৈ থ্বাই য়াইস্কুল ৪গী লক্ষন য়ামনা মুন্না খঙগদবনি। সিঙকক কৌবা সিঙথা কৌবা কিতানারত কৌবা পুরানসিদা মনিপুরগী তৌরকদবা পূনমক পাখোঙ ওইনা লেঙবনি। (৬০) মমুঙদা অর্থ লৈবনি পণ্ডিৎতনা খঙবনি হঙবা কাওগনু। গোবিন্দগী সেবাদা ননিঙ নখা তৌগনু। অমগা হাইগে ইশুসা মণিপুর অসি ঙাকনবগি ঈশ্বর। ভবাঙ্গ। মাহালিঙ্গ। স্বর। মহাবিজ। মরি। অসিনীকো। (৬১) অহল্লুপ। লাইফম। নহারুপ। খাবম। পানা ৪ অসি কমদৌরিবনো করি লৈবগে হংঙু। মণিপুর লৈপাক কাইদনবা থিংনবা পন ৩ লৈবনি মমিং তেংনৌ পননে শিঙ্গা পননে পললেননে ৩ অসি থিংগদবনি। লৈপাক অসিগী কোক পামবোম চিন মীৎ থবাক পূক কৈবোম খোং মুন্না খংঙু। চংনফম হাইজফম খংগদবনি। (৬২) লৈমুং লোঞ্জা তাংজলীলা শেন্দ্রেং নোংদা লাইরেন পাখংবা নবুঙ্কৌ ৪ অসি খংঙু। অদুদা মিং ৬শুবনি সেন্দ্রেং পাখংববু লোলাং পাখংবসুং কৌবনি। নোংদা লারেন পাখংববু যবিষ্ট হাইনাসুং কৌনবনি। লৈপাককি মুংঙাইবা লাকলমদাইদা। অদুগা অরাবা তারমদাইদা পাওতাকপনি। অদুনা পণ্ডিৎসিংদা হংদুনা পুজা তৌদুনা লৈপাক ঙাকউ। (৬৩) অসি হায়ইদুনা মশুসিংদা রারি তাকই। চহি ২দা মবুঙোনা হুনদোক্লমলবা মচা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মমক পণ্ডিৎসিংদা হংদুনা মনিপুরগী লাইকমশুনা খংলবা খুমুদীনী মমাসীজ মহারানীনা অসুমনা তাকখি। নোংমা নোংমাগী অনাবা হেক্সিল লকুনা খাংবা রারবদা কৃষ্ণ চরন তানগে নিংলদুনা ব্রাহ্মন বৈষ্ণবতা গোবিন্দদা মনিং থুংনা দানকৎলে ভাগবতনা চিংবা পুরানতাক্ট। (৬৪) অদুদগী ইংঙেন ২৪নি পানবদা কৃষ্ণগী নামগা লোননা কৃষ্ণ চরন তানগ্রে। শুরচন্দ্র নিংথৌনা সেবা ফংঙি

বিমানে লইয়া করে রাণীর সংস্কার ॥
পথে পথে কাংশকেলি হৈল বহুতর ॥ (৬৫)
শ্রাদ্ধ দিনে কতদান নাজায় বর্ণণ ।
এইমতে শ্রাদ্ধকর্ম্ম হৈল সমাপণ ॥
একদিনে রাজাস্থানে করিয়া বন্দণ ।
পাকাম্মা অশ্বেশ্ব কহিল বচন ॥ (৬৬)
গুরুজন তীর্থসেবা মোরে কৃপাদেহ ।
সবে বিচারিয়া কহে ভাল হৈল যাহ ॥
আজ্ঞাপায়া সাজিলেন যাত্রা করিবার।
কুমুদিণী চন্দ্রকীর্ত্তি আর সেনাপ্তির ॥ (৬৭)
আশ্বিন শুক্লা দ্বাদশী শুক্রোর দিনে ।
শ্রীগোবিন্দ মন্দিরেতে উংসবে যতনে ॥
মণিপুর প্রজাগণ দানকরে কত ।
চৌরজিৎ বংশআর সেতুম্না ভার্য্যাপুত্র । (৬৮)
সেনাপতি লাগিকরে কত রুপ্যদান ।
পরদিনে শুভক্ষণে করিলা গমণ ॥
প্রজাসভা মাঝে নির্ণ পুছিলগুরুকে ।
গুরুকহে মহারাজ বলিবে সুত্রকে ॥ (৬৯)
শ্রীধামের গুণগণ কেবর্ণিতে পারে ।
সুদ্ধ ও অসুদ্ধ হৌক শুনি পাপহরে ॥
নবদ্বীপ অম্বীকা শান্তিপুর সেবণ ।
সুত্রমাত্র বর্ন্নাইব শুন প্রজাগণ ॥ (৭০)
নবদ্বীপ চন্দ্র অনুপ্রভু মায়াপুর ।
নিত্যানন্দাদ্বৈত গদাধর শ্রীবাসের ॥
ছয় গোস্বামী অষ্ট কবিরাজ অষ্টমহান্ত ।
দ্বাদশ গোপাল আর চৌষটি মোহান্ত ॥ (৭১)
জগনাথ মিশ্রদেব গৌরভক্ত বৃন্দ ।
শচীমাতা বিষ্ণুপ্রিয়া আর দাসীবৃন্দ ॥

লাইরিক অসি চাওথ্রনি কিবদগী সুত্রদা লেংজরে। তোপ কাপই। সঙ্কীর্ত্তণ তৌই। (৬৫) নর-নারীনাচিংবা মীয়াম পুম্নমক কপ্পনা নিনথ্রে। অহুদগী রাজমাতা ১গি মতিক চাবা ফিজেৎ লৈতেংহুনা বিমান্দা তোংহুনা লেংথোরকলে লম্বিদা সেন য়ামনা চাই অসুমনা যজ্ঞ কর্ম্ম তৌরে। (৬৬) অহুদগী শ্রাদ্ধ মুমিংতা শঙ্কীর্ত্তন অহুগা দান কয়া তৌহুনা কর্ম্ম লোইরে। অহুগী তুংদা নোংমা সগোল হঙবা পাকা স্নানা শুরচন্দ্র নিংথৌদা হঙংলি। (৬৭) য়ামবুং মহারাজবু গুরুজনগি তীর্থ সেবাসে ঐ ফংজগে। নিয়ে ময়াম থননবদা ফরে য়ানরে। সেবা ফংজরো হাইবা য়াথং ফংলবদা সেবা চংফদবগি লাংখ্রে, কুমুদীনীগী চন্দ্রকীর্ত্তিগী সেনাপতিগী পুম্না নিংথৌ প্রজা তাম্নহুনা। (৬৮) লাংবনগী ১২ নি পানবা দ্বাদশী ইরাইদা গোবিন্দগী মন্দিরদা উশোপকংলি। কুল ও পুথোক তুনা প্রজানা থোরমনৈ মানা মানা ডমবা দানকংলি। চৌরজিৎ নিংথৌগী মচাইবুডো ইবেম্মা সিংনা সেতুম্নানা চিংবনা। (৬৯) সেনাপতিগীদমক লুপা য়ামনা কংলি। হয়েং যাত্রা তৌথ্রগনি হাইহুনা কয়া কপনৈ। অসুমনা উশোপ কংপা লোইরহুনা প্রসাদি ফংবা লোইরহুনা পোংথাজবা কান্দা সভা ময়াইদা শুরচন্দ্র নিংথৌনা গুরুদা শ্রীধাম চংপগি ফোল হংডি। আচার্য্য গুরুনা হে নিংথেম হংলিবা রা অহু সন্দোকনা লীবা ঙম্মোই। সুত্রওইনা লীগে। (৭০) শ্রীধামগী গুনকনা অমতনা লোইনা লিবা ঙম্বা য়াওরোই। অহুগা, চুম্নবসু লাম্নবসু শ্রীধামগী গুনবু তারবদি পাপতি লোইদনা মকোকলে। অহুনা, নববীপ, অম্বীকা, শান্তিপুরগী সেবাগী ময়ম সুত্র ওইনা লিরগে তারো হেপ্রেজা খিখিক। (৭১) নবদ্বীপতা, নবদ্বীপচন্দ্র, মনিপুরদগী লেংশিনখিবা অনুপ্রভু, ইমুডোমী

ভাগীরথী গঙ্গা আর নবদ্বীপ ধাম ।
ইত্যাদি শ্রীনবদ্বীপে অসঙ্খ্যাতধাম ॥ [৭২]
শ্রীক্ষেত্রেতে পূণ্যধাম অনেক অপার ।
শ্রীশ্রীজগণাথ বলভদ্র শুভদ্রার ॥
সুদর্শন চক্র বট কৃষ্ণাক্ষর বৃক্ষয় ।
রোহিনী কুণ্ড যে শ্বেতগঙ্গা মার্কণ্ডেয় ॥ [৭৩]
মহোদধি নরেন্দ্র যে নন্দন তলাতে ।
চন্দন সরোবর যে আঠার নালাতে ॥
ইন্দ্রদ্যুম্ন আর ইন্দ্রদ্যুম্ন সরোবর ।
মহাবীর গুণ্ডিচার আনন্দ বাজার ॥ [৭৪]
মহাপ্রসাদ বিমলাদেবী নীলাচল ।
শ্রীভুবনেশ্বর আর শ্রীসাক্ষীগোপাল ॥
ক্ষীরচোরা গোপীনাথ নীলাচল ধাম ।
ইত্যাদি যে শ্রীক্ষেত্রেতে অসঙ্খ্যাত ধাম ॥(৭৫)

গয়া কাশী বড়াণসী ত্রিবেণীর স্থান ।
অতপরে বৃন্দাবন ধামের বর্ণণ ॥
পরিক্রমা ধামসব করিয়ে শ্রবণ ।
শ্রীরাধা গোবিন্দ রাধা মদনমুহন ॥ [৭৬]
শ্যামসুন্দর বঙ্কবীহারী রাধাকান্ত ।
কুঞ্জবিহারী রাধাবল্লভ গোকুলানন্দ ॥
গোপীনাথ দামুদর শ্রীরাধা রমণ ।
রাধাবিনোদ গিরিধারী শ্রীব্রজমুহন ॥ (৭৭)
স্বরস্পতি কুণ্ড আর দমানল কুণ্ড ।
বলভদ্র কুণ্ড আর সেই ব্রহ্মকুণ্ড ॥
আদি বরাহ বরাহঘাট কালীহ্রদ ।
কদম্ববৃক্ষ অক্ষয়বট সুর্য্যঘাট ॥ (৭৮)
দ্বাদশাদিত্য গোপালঘাট চীরঘাট ।
যুগলঘাট আবারঘাট চীরবট ॥

জন্মস্থান মায়াপুর। নিত্যানন্দ অদ্বৈত, গদাধর, শ্রীবাস, গোস্বামী, অষ্ট কবিরাজ অষ্ট মহান্ত। দ্বাদশ গোপাল, চৌষষ্ঠি মহান্ত। [৭২] জগনাথ মিশ্র, গৌরভক্ত বৃন্দ, সাচীমাই, বিষ্ণুপ্রিয়া। ভাগীরথী গঙ্গা, দ্বিপ ৯, হাইরিবা অসিনা চিংবা ধাম অসি পরিক্রমা তৌগদবনি, ওমজবা দান কংকদবনি। (৭৩) ধাম সিমগী অসিনা ওইরসি। মথা অসিদা ক্ষেত্রগী রা তারো, শ্রীজগনাথ ক্ষেত্র হাইবা সিদি মহাপুণ্য ধামনি। শ্রীজগনাথ,বলভদ্র, শুভদ্রা ওসে, নিংবা নিংবা পিরবা, অগন্নাথী লানবা য়াত্রবা সাক্ষাৎ ঈশ্বরনি। সুদর্শন চক্র, [ বটবৃক্ষ ] মাবু অক্ষয় বোট কৌই প্রলয় য়াওব্রবা উপাম্বীনী। রুহিনীকুণ্ড, শ্বেতগঙ্গা, মার্কণ্ড সরুবর। (৭৪) লবন সমুদ্র, নরেন্দ্র শরুবর, নন্দন তলা, চন্দন সরুবর, আঠার নালা, ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌ, মাগী ইন্দ্রদ্যুম্ন সরুবর, গুণ্ডিচা মন্দির, আনন্দ বাজার। [৭৫] গুণ্ডিচা মন্দির, বিমলা দেবী, নিলাচল, ক্ষেত্রদা লৈবা পূজা দর্শন, তৌগদবনি মথং ভুবনেশ্বর মহাদেব, সাক্ষি গোপাল, ক্ষীরচোরা গোপী নাথ, অসি কাওবা শ্রীখেত্রগি ধামনি অসিনা লোইবা নত্তে অশিং লাকপদা ওমদবা ধাম কয়ানি। [৭৬] অহুগা, গয়া, কাশী, বড়ানশী ঘাট, ত্রিবেণী, অসিনা চিংবা ধাম অসি পরিক্রমা মকমনি। অসিগী তুংদা, শ্রীবৃন্দাবনগী, ধাম বর্ণনা থাগে। বৈষ্ণবনা গোস্বামীনা পরিক্রমা তৌনবা মকম। শ্রীরাধা গোবিন্দ, মদন মুহোন [৭৭] শ্যামসুন্দর বঙ্কবীহারি,, রাধাকান্ত কুঞ্জবীহারী রাধাবল্লভ গোকুলানন্দ গোপীনাথ রাধাদামুদর রাধারমন রাধাবিনোদ গিরিধারি ব্রজ মুহোন। [৭৮] স্বরস্পতী কুণ্ড দাবানল কুণ্ড বলভদ্রকুণ্ড ব্রহ্মকুণ্ড আদি বরাহ বরাহঘাট কালীহ্রদ কদম্ব বৃক্ষ অক্ষয়বট সুর্য্যঘাট। [৭৯] দ্বাদশটিলা

গোবিন্দঘাট চিরবিহারী কেশীঘাট ।
ভ্রমরঘাট কিশোরীঘাট রাজঘাট ॥ [৭৯]
দানঘাট বিহারঘাট শ্রীবংশীবট ।
ধীরসমীর আমলীতলা শিঙ্গারবট ॥
যমুনা পুলিণ আর শ্রীরাস মণ্ডপ ।
নিভৃত নিকুঞ্জবন সেবাকুঞ্জ স্থল ॥ [৮০]
ললিতাকুণ্ড বিশাখাকুণ্ড অক্রূরঘাট ।
মথুরাধাম কৃষ্ণগঙ্গা বন খন্দিত ॥
ভুতেশ্বর পৌর্ণমাসী আর মধুবন ।
তালবন তমালবন খজুরবন ॥ [৮১]
ধ্রুবটিলা কুমুদবন কুমুদকুণ্ড ।
কৃষ্ণকুণ্ড বহুলাবন শান্তনুকুণ্ড ॥
বহুলাকুণ্ড আর শ্রীবলদেব কুণ্ড ।
বলদেবজী শ্রীরাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড ॥ [৮২]
কুণ্ডেশ্বর মহাদেব ঝুলন তলার ।
গৌঘাট জাহ্নবাঘাট দাস গোস্বামীর ॥
বৃন্দারাণী চপোতরা কুণ্ড ললিতার ।
গোপকুয়া রত্নবেদী শ্রীসূর্য্যকুণ্ডের [৮৩]
গিরিরাজ গোবর্দ্ধণ কুশুম সরোবর ।
নারদকুণ্ড উদ্ধব কুণ্ড গোয়া পুষ্কর ॥
হরদেব ঋন মোচন পাপ মোচন ।
শ্রীদানঘাট আর চন্দ্র সরোবরেন ॥ [৮৪]
গোবিন্দকুণ্ড রামকৃষ্ণ মণ্ডলকুণ্ড ।
অপ্সরাকুণ্ড সুরভীকুণ্ড ঐরাবতকুণ্ড ॥
হলদিকুণ্ড মুখারবিন্দ শ্রীগোপালদেব ।
মানসী গঙ্গার চক্রেশ্বর মহাদেব ॥ [৮৫]
লাঠাবন আদি বদ্রি বদ্রিনাথ দেব ।
কাম্যবন আর কামেশ্বর মহাদেব ॥
বিমলাকুণ্ড বৃন্দাদেবী শ্রীমদনমুহন ।
গোবিন্দ গোপিনাথ চৌরাশী খম্বাস্থান ॥ [৮৬]
পঞ্চপাণ্ডব লুকালুকি কুণ্ড সেতুবন ।
চরণপাহারী আর শ্রীচরণ চিহ্ন ॥
পিছলা পিছলী যে বোকাসুর গোকার ।
ভোজনথালী আর ভোজন সামগ্রীর ॥ [৮৭]
মানকুণ্ড কদম্বখণ্ডি বৃষভানু পুর ।
বৃষভানুনন্দিনী ললিত্যাদি সখীর ॥

গোপালঘাট চীর ঘাট যুগোলঘাট আধারঘাট চীর বট গোবিন্দ ঘাট চীরবীহারী কেশরী ঘাট ভ্রমর ঘাট কিশোরী ঘাট রাজ ঘাট । [৮০] দান ঘাট বিহার ঘাট বংশীবট ধীরশমির আমলিতলা শিঙ্গারবট। যমুনা পুলিন রাস মণ্ডল নিভৃত নিকুঞ্জ সেবাকুঞ্জ [৮১] ললিতা কুণ্ড বিশাখাকুণ্ড অক্রেরঘাট মথুরা ধাম কৃষ্ণ গঙ্গা বনখণ্ডি ভুতেশ্বর. পৌর্ণমাসী, মধুবন, তালবন, তমালবন, খজুরবন ॥ (৮২) ধ্রুবটিলা, কুমুদকুণ্ড, কৃষ্ণকুণ্ড বহুলাবন, শান্তনুকুণ্ড, বহুল কুণ্ড; বলরামকুণ্ড, বলদেবজী, রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড ॥ (৮৩) কুণ্ডেশ্বর মহাদেব, ঝুলনতলা, গোঘাট, জাহ্নবা ঘাট, দাস গোস্বামী সমাধি, বৃন্দারাণী চপুতোরা, ললিতা কুণ্ড, গোপগুহা, রত্নবেদি সুর্য্যকুণ্ড। (৮৪) গিরিরাজকুণ্ড, মানসরুবর, নারদ কুণ্ড. উদ্ধবকুণ্ড, গোয়া পুস্কর, হরদেব, ঋন মোচন, পাপমোচন, দান ঘাট, চন্দ্রসরুবর। (৮৫) গোবিন্দ কুণ্ড, রামকৃষ্ণ, মণ্ডলকুণ্ড, অপ্সরাকুণ্ড. সুরভীকুণ্ড, ঐরাবত কুণ্ড। হলদি কুণ্ড. মুখারবিণ্ড, গোপালদেব, মানসীগঙ্গা চক্রেশ্বর মহাদেব। (৮৬) লাঠাবণ, আদিবদ্রি, বদ্রিনাথ, কাম্যবন কামেশ্বর মহাদেব বিমলা কুণ্ড বৃন্দারাণী মদন মুহোন গোবিন্দ গোপিনাথ চৌরাসী খম্বা। (৮৭) পঞ্চপাণ্ডব লুকা লুকি কুণ্ড সেতুবন চরনপাহারি চরণ চিহ্নু। পিছলা পিছলী বোকাসুর গোকা ভোজন থালি, ভোজন শামগ্রী ॥ (৮৮)

বৃষভানু রাজা আর কীর্ত্তিদা রাণীর।
শ্রীদামের ভানুকুণ্ড গহ্বর বনের॥ [৮৮]
মাখরখর ময়ূরকুঠি পিয়াল কুণ্ড।
সমস্ত বৃষভানু আর বিলাস কুণ্ড॥
প্রেম সরোবর পৌর্ণমাসী ভগবতীর।
সঙ্কেটবট কানণ শ্রীনন্দ গ্রামের॥ [৭৯]
শ্রীনন্দনন্দণ রোহিণী নন্দণ আর।
শ্রীদামাদি সখাবৃন্দ শ্রীনন্দ বাবার॥
যশোদামাই আর পাবন সরোবর।
সমস্ত যে নন্দগ্রাম নন্দের মন্দির॥ (৯০)
নন্দিকেশ্বর মহাদেব অক্রুর কুণ্ড।
খদিরবন বেঠন শ্রীকিশোরী কুণ্ড॥
শ্রীযাবত কোকিলাবন কোকিলাকুণ্ড।
চরণপহাড়ী চরণগঙ্গা সূর্য্যকুণ্ড [৯১]
শেরগড় দানঘাট নন্দঘাট ভদ্রবন।
ভাণ্ডিরবণ মাঠবন শ্রীবেলবণ॥
লক্ষ্মীদেবী মানসরোবর পাণিঘাট।
নৃসিংহ লৌহবন আনন্দি বিনন্দিত॥ [৯২]
দাউজী গোকুল মহাবন ব্রহ্মাণ্ডঘাট।
চীরঘাট রমনরেতী শ্রীধ্রুবঘাট॥
বিশ্রামঘাট চব্বিশঘাট মধুপুর।
কূর্ম্মপৃষ্ঠ প্রায় যেই মধ্য বৃন্দাবনের॥ [৯৩]
নবদ্বীপ ক্ষেত্র কাশী শ্রীবৃন্দাবনের।
সূত্রমাত্র কহিয়াছি শ্রীবৃন্দাবনের॥
এচারি ধামেরস্থান করিয়ে বর্ণন।
যেইজন এইধাম শ্রবন কীর্ত্তন॥ (৯৪)
অচিরাতে পাইলেন ধাম বৃন্দাবন।
মায়াজাল খণ্ডিহয়া পাই শ্রীচরণ॥
তীর্থযাত্রা কালে কোন সুকর্ম্ম শ্রবণ।
সর্ব্ববিঘ্ন নাশহয়া বাঞ্ছাএ পূরণ॥ (৯৫)
রোগশোক মৃত্যুভয় সকল নাশেণ।
গঙ্গাজলে বিষ্ণুপাদ করেণ ক্ষালণ॥

মানকুণ্ড কদম্ব খণ্ডি বৃষভানুপুর ভানুনন্দিনী অষ্টপথি মন্দির ভানু রাজা, কৃত্তীকারাণী শ্রীদাম ভানু কুণ্ড গহ্বরবন। (৮৯) মাখরখর ময়ূরকুঠী পিয়ালকুণ্ড বৃষভানু মন্দির বিলাস কুণ্ড প্রেম সরুবর পূর্ণিমাসী কুঠী সঙ্কেটবন সংকেট কানন নন্দগ্রাম॥ (৯০] রাম কৃষ্ণ শ্রীদাম সখা শ্রীনন্দ বাবা যশোদা মাই পাবন সরোবর নন্দগ্রাম নন্দমন্দির। [৯১) নন্দিকেশ্বর মহাদেব অক্রুরকুণ্ড খদিরবন বেঠন শ্রীকিশোরী কুণ্ড। যাবট কোকিলাবন কোকিলা কুণ্ড চরণ পহারী চরন গঙ্গা সূর্য্য কুণ্ড॥ (৯২) শেরগড় দানঘাট, নন্দঘাট ভদ্রবন ভাণ্ডিরবন মাঠবন শ্রীবেলবন শ্রীলক্ষ্মীদেবী মান সরোবর পানিঘাট নৃসিংহ লৌহবন আনন্দি বিনন্দিত। (৯৩) ডাউজী গোকুল, মহাবন, ব্রহ্মাণ্ডঘাট চীর ঘাট রমন রেতী ধ্রুব ঘাট। বিশ্রামঘাট মধুরপুরগী ঘাট ২৪নি থেংগী মনমগুম্বা মধ্য বৃন্দাবন্নি। [৯৪] নবদ্বিপ, শ্রীক্ষেত্র কাশি ধাম শ্রীবৃন্দাবন ধাম ৪ অসিগী সুত্র ওইনা বৃন্দাবনগী প্রসঙ্গ থরদং থাব্রবা অসিগী বৃন্দাবন লীলা মৃত কোৎবা লাইরিককী মত মতুং ইন্না বৃন্দাবনগী অমসুং ধাম ৪গী প্রসঙ্গ বর্ণণ তৌরবা অসিনী অসিবু কনাগুম্বনা তাজরবা অমসুং শকচ শোনজরবা॥ [৯৫] কুইদনা শ্রীবৃন্দাবন ধাম ফংজৈ, মায়াগী জাল অসি কক্‌না শ্রীচরণ ফংঙি। তীর্থ যাত্রা তৌরমদাইদা ধাম পুন্নমক অসিবু সক্কম তৌদুনা তাজরবদি অকাই অত্তোই লৈত্তনা নিংবা পুন্নমক থুংঙি। [৯৬] অনাবা অবা মুংশিবা অবমৃতু অকিবা পুন্নমক কোকই মাংই। গঙ্গাজল অমু সাদ

ব্রহ্মহত্যা গোহত্যা প্রভৃতি পাপকরে ।
কুশাগ্রে পরশে যদি সর্ব্বপাপ তরে ॥ (৯৬)
স্নানেতে কতেক পূণ্য বলিতে না পারি ।
বংশের উদ্ধারকরে পাই গঙ্গাবারি ॥
যতদূরে যাইবেক গঙ্গার বাতাস ।
যমদূত নাহিচলি যায়তার পাশ ॥ (৯৭)
পূরে মরে অস্থিলয়া গেলে গঙ্গানীরে ।
সর্ব্বপাপ মুক্তহয়া যায় হরিপূরে ॥
শতেক যোজনে থাকে গঙ্গা বলিডাকে ।
তাহাশুনি যমরাজ চমৎকার লাগে ॥ (৯৮)
পক্ষিগণ থাকে যত পূণ্য কহিকত ।
সর্ব্বক্ষণে জলপাণ পূণ্য অদভুত ॥
রাজা চক্রবর্ত্তী যার আছে কোটি হস্তী ।
সেইজণ সমনহে পক্ষির মহত্ত্ব ॥ [৯৯]

গয়াক্ষেত্র বরাণসী দ্বারিকা মথুরা ।
কাশী গিরিরাজ গুহা আর হরিদ্বারা ॥
ইত্যাদি তীর্থের গণ বিষ্ণুর মহত্ত্ব ।
দর্শণ স্পর্শন স্নান কিকহি মহত্ত্ব ॥ [১০০]
কোনজন ভাগ্যবান তীর্থকে ভ্রমিয়া ।
গঙ্গাজল কিছুআনি যতন করিয়া ॥
শ্রীবৃন্দার পত্র অধে রাখিয়া যতন ।
তারপরে শালচক্র করিয়া ধারণ ॥ [১০১]
শালের উপরে পত্র করি আবরণ ।
সেই গঙ্গাজল লয়া ঈশ্বর সিনাণ ॥
মাতার কুলের সপ্ত আর পিতৃকুল ।
নর্ত্তণ করিয়া চলে হুভূজ তুলিস ॥ [১০২]
সপ্তকুল কুলযায় শ্রীহরি ভুবন ।
চরণামৃত পানে পায় শ্রীকৃষ্ণচরণ ॥

চক্রুদা স্নান চাইথজরবদি ব্রহ্ম হত্যা গোহত্যানচিংবা পাপ পুন্নমক কোকই । কুশগী মতোন্দা পকপা মরিক অত্থমত্তং ফংজবদা পাপ পুন্নমক কোকখ্রে । (৯৭) অদুগুম্বী গঙ্গাদা স্নান তৌজরবা অদুগীদি পুন্নদো হায়বা ঙমজরোই । গঙ্গা স্নান ফংবদা মাগী বংশ অদু উদ্ধার তৌরবনি । গঙ্গাদগী হুন্নকপা ফুংশিংনা অদুকী মথৈ কংলিবা মকম অদু যমগী দুৎ চংদে । [৯৮] কনাগুম্বনা শিখ্রিবা মীদুগী অস্তি অদু পুদুনা গঙ্গাদা থাদরবদি শিখ্রিবা মীঅদু শ্রীহরিপুর যৌই পুরিবা মী অদুসু চংনা লাল্লবনি । গঙ্গা ফংগদবা য়ুথক ১০০ লৈরিঙৈদা গঙ্গা গঙ্গা কৌজরবা অদু তাবদা যমরাজনা অঙকপা ফংনা কিরে । (৯৯) গঙ্গা মপান্দা লৈবা মীদি থমথো উচেক্লা গঙ্গাগী জল অদু থকচবদগী মানা ফঙজবা পুন্যদি লৈপাক অমগী নিংথৌ ওইদুনা মনাই মশম্মা রাত্তবা শামু কোটি অমা লোয়বা নিংথৌগা উচেক অদুগা মান্নদে উচেক অদুনা হেল্লি । ॥১০০॥ গয়া শ্রীক্ষেত্র বরানসী দ্বারিকা মথুরা কাশী গিরিরাজ গুহা হরিদ্বার । অসিনচিংবা তীর্থসে শ্রীবিষ্ণুগী মহত্বনি । দর্শনস্পর্শন স্নান তৌজবদা গুণ অমুক চাওই হাইবা ঙমলোই । [১০১] কনাগুম্বা মরাইবক ফবা ভাগ্যবাননা তীর্থ চৎচক্লগাগঙ্গাগী জল অদু যোতন তৌনা পুজরক্লগা হরি মন্দিরদা চংতুনা তুলসী পত্রনা আসোন থারগা অদুগী মথক্তা শাল চক্র লেংশিল্লবা । [১০২] শালচক্র অদুগী মথক্তা তুলসী পত্র অদুনা অমুক কংলগা গঙ্গাগী জল অদুনা চাইথরবা অদুগী সেবা অদু তৌজরবদি মাত্রিকুল তরৎ পিতৃকুল তরেৎ সাগৈ অনিসে শান্দোম্ন রানা থাজংদুনা জগোই শায়গা । [১০৩] পুরোম তরেৎ পেলোল তরেৎ শ্রীহরি ভুবোন ইখুডোগী নাক্তা কংজে । অদুগা চরণামৃত অদু ফংজবা অদুসু কৃষ্ণ চরণ কংজে অদুগা বৃন্দারাণী মাগী বৃন্দাবন

বৃন্দারাণী লয়াযায় নিজ বৃন্দাবনে ।
হাতে স্থাপিলেণ শ্রীরাধা চরণে ॥ [১০৩]
যুগল বিলাস স্থান দেখিল নয়ন ।
নিজকুণ্ডে রাখিলেন সেবার কারণ ॥
শ্রীরাধা কুণ্ডের গুণ কুনজন লেখা ।
স্নানদানে কৃপাস্ফুরি যেই জন দেখা ॥ [১০৪]
কুণ্ডের মৃত্তিকা লঞি ললাটে ধারণ ।
যাহার থাকুক সেই দেখিলে নয়ণ ॥
বর্ষকৃত যারপাপ অবিলম্বেতে নাশ ।
অচিরাতে পাইলেন শ্রীকুণ্ডের পাশ ॥ [১৯৫]
এইমতে তীর্থগুণ করিল শ্রবণ ।
পরদিনে যাত্রাকরি তীর্থেতে গমণ ॥
দোষগুণ ক্রোমভঙ্গ বৈষ্ণব ক্ষমিয় ।
মণিপুর রাজেশ্বর বোধচন্দ্র রায় ॥ (১০৬)

রাজাআজ্ঞা শিরেধরি চরণ বন্দিয়ে ।
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পায় শিরিতে ধরিয়ে ॥
শীক্ষাগুরু পাদপদ্মে ভজনে সম্মতি ।
মণিপুর পুরাণ দীন মঙ্গীরচতি ॥ (১০৭)
✱ (ইতি শুরচন্দ্র চরিত্র প্রথম সীমা) ✱

(দ্বিতীয়া খণ্ড)

জয়জয় শ্রীচৈতন্য জয়নিত্যানন্দ ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥
জয়রূপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ ।
শ্রীজীব গোপালভট্ট দাসরঘুনাথ ॥১॥
এইছয় গুরুকরি চরণ বন্দন ।
যাহাহৈতে বিঘ্ননাশ বাঞ্ছিত পূরণ ॥
পুনরপি শ্রীগোবিন্দে দীনে নমস্কার ।
প্রবন্ধে পুরাণ পদ করিব প্রচার ॥ ॥২॥
জ্ঞানী সাধু ব্রাহ্মণক নমস্কার করো ॥
মধ্যস্থ জনক লাগি হাতযোরকরো ॥

পুখী অহুগা ইবেম্মা শিন্নবী। ॥১০৪॥ রাধা গোবিন্দগী যুগোল বিলাস স্থান উজবা ফংজে। ইবেম্মা শ্রীকুণ্ডদা সেবা শিন্নহুনা থম্মী। শ্রীকুণ্ডগী গুণবু কনানা হায়বা লেংবা ভমগদগে কনাগুম্বা ভক্তি লৈবনা শ্রীকুণ্ড স্নানকংজবা স্নান তৌজরবা ॥১০৫॥ অহুগা কুণ্ড মৃত্তিবা অহুনা চন্দোনথীজরবা থীল্লীবা ভক্ত অহুদি থমথো অউবা জীবদো চহি অমগী পাপ কোকই। থিন্দনা শ্রীকুণ্ড ফংজে। ॥১০৬॥ অম্মুম তৌহনা গোবিন্দগী মাগুপ্তা নিংথৌ প্রজা পুন্না তীর্থগী শ্রীধামগী তাহুনা পুন্নমক মুংঙাইনরে অহুদগী মুমিং অহু শ্রবন লোইরহুনা নিংথৌ সঙ্গাইদা লেংশিনখ্রে প্রজাসুং হন্নখ্রে। অহুগি নেংঙানবদা, শগোল হজবা প্যাকান্না তীর্থ সেরা চংখি। মতাং অসিদা তীর্থ সেবাগি লেংজবা লোইরে, দোষগুন পুনমক বৈষ্ণবশিংনা ঙাকপিয়ু। মণিপুরগী নিংথৌরেন বোধচন্দ্রগী স্না য়াথং মতুং ইন্না লেংজবনি। (১০৭] রাজ আজ্ঞা কোক্ত পুজহুনা চরণবু কোঞ্জহুনা, ব্রাহ্মন বৈষ্ণবগী চরন কোক্তা থাগৎচহুনা, শিক্ষা গুরুগী চরন্দা চংজহুনা, দীনহীন মাঙ্গিসিংনা পুরান অসি লেংজে। মতাং অসিদা বিজয় পঞ্চলী কৌবা লাইরিকী ৫ শুবা খণ্ডগী অহানবা অধ্যায় লোইজরে। পাংত্রবা তোলখা ননাই মনিসিং মাঙ্গসিং ২না মৈতৈ লোন্দা হন্দোকচৈ অরানবা পুন্নমক ঙাকপিয়ু।

(২শুবা অধ্যায় হৌজরে।) (১) শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা খুরুমজে। অদ্বৈত প্রভুগী গৌরভক্ত থিবিকী চরন্দা খুরুমজে। খুরুমজরি শ্রীরূপ সনাতোন, ভট্টরঘুনাথ, শ্রীজীব, গোপালভট্ট, দাস রঘুনাথ। (২) গুরু গোস্বামী ৬কী চরন্দা খুরুমজরি, কৃপাদগী বিঘ্ন পুন্নমক ঙাকপিহুনা নিবা মুংজপুরি। শ্রীগোবিন্দগী চরন্দাবু হন্না খুরুমজরি। ইংঙোগী কৃপাদগী

ইতর জনক মুই বোলে প্রিয়বাণী ।
নিন্দা নাকরিবা মোক অতি অল্পজ্ঞানী ॥ [৩]
আকাশত পক্ষীউরে যত দূরপারে ॥
মইপদ করিবোহো মতি অনুসারে ।
যদ্যাপি পুরাণযুক্তি নজানি নিশ্চিত ॥
তথাপিত কহে বোহো গোবিন্দ চরিত্র ॥ [৪]
যেণ বরিষার মেঘে গঙ্গার উপরে ।
মিশ্রজলে মহাপাতে কতহন্তে তরে ॥
যেন অগ্নি কাক্ষা কাষ্ঠা দহি করেছাই ॥
তেন গোবিন্দের গুণে পাপ নাশপায় ॥ [৫]
আরবার নমস্কার পদার বিন্দত ।
শুনিয়োক মণিপুর হয় যেনমত ॥
শ্রীগোবিন্দ লীলা যত যেমরূপ হন ।
প্রজাগণ বৎস জানা দোহক রাজন ॥ (৬)

পুরাণ সে দুগ্ধহৈলা অমৃত সমাণ ।
পরম আনন্দে সাধু সবে করেপাণ ॥
এবে মণিপুর কথা শুন শ্রুতাগণে ।
কার্ত্তিক শুক্লা সপ্তমী সোমবার দিনে ॥ ॥৭।
বোড়ারণ বার্ত্তাকহি পুরেতে রাজার ।
নৃপের আজ্ঞাতে ইরুংব মেজর আর ॥
সাইখুবা পোইলা আদি আগে যাত্রাকৈল
পরদিনে গজেশ্বর রাখৈরেখ বল ॥ (৮)
সেনাপতি চোংথামেজ চোংথা পানাহাজারি
ইত্যাদি সৈন্যেরে লৈয়া পুণঃযাত্রা করি ॥
য়ৌয়াংতেক নামস্থাণে করে বহুরণ ।
বোড়াসৈন্য ভঙ্গহৈয়া জয়হৈল রণ ॥ (৯)
ত্রিংশলোক জীয়ে ধরি পুরেতে আনিল ।
পুণঃ ত্রয়োদশী রবীরণ বার্ত্তাদিল ॥

পুরাণ অসি লেংজগদবনি। (৩) পণ্ডিত, সাধু, ব্রাহ্মণ থিবিকপু খুরুমজৈ, বয়য়, মাল্লবা থিবিক্তা খুৎলোয়জরি। ঐনা চহি হনবা ইনাওশিংদা প্রেমগী রাহৈনা হাইজরি। লেংজরিবা লাইরিক অসি দোষ লৌথিগনু। (৪) প্রমানদি উচেকশিংনা আকাশদা মানা ওয়া শক্তিগী মথৈ পাইবগুম। ঐনা গুমজবা শক্তিগী মথৈ, পদ তাহনা লেংজবনি। মণিপুরগী ইতিহাস পূরাণ অসিনা চাওখিবনা, লোয়না লেংবা ওয়া ইতিক নত্তে অহুমদি ওইরগা পামজবদগী গোবিন্দ চরণ খুরুমজহনা অগুম্বা থরদং লেংজরি। (৫) প্রমান্দি বরিষাগী নোংনা চুবদগী মাইকৈ কয়াগী ঈশিংনা গঙ্গাদা তিন্নে। অহুবু গঙ্গাগী মগুণ মাংদে স্নান তৌরগা পাপ অহুম্ কোকই। প্রমান অমনা মৈনা অকংবশিংগা তিন্নরগা অচোংপা সিংবু চাকুনা উৎ ওনহল্লি। অহুগুম্না গোবিন্দগী গুণ নাম য়াওবনিনা পাপ পম্মক শোইদনা কোক্কনি। [৬] অসিগী তুংদা ভক্ত থিবিক্তা খুরুমজরি, তাবিয়ু শ্রুতা থিবিকপু গোবিন্দগী লীলানা মথোম্ য়াম্না যোকপা যণবী ওইরে, নণিপুর প্রজানা বন্নাও ওইরগা, নিংথৌনা শঙ্গোম্ শুষা ওইহনা ॥ ॥৭॥ ইতিহাস পুরান্না শঙ্গোম্ ওইহনা লৌরগা, সাধু প্রজানা মরাং কাইনা থকই। অসিনা অধ্যায়গী অহৌবা বন্দনানি, মথা অসিদা প্রসঙ্গ লেংজরগে তাবিয়ো শ্রুতা থিবিক্। মেরাগী ৭নি পানবা নিংথৌকাবা। (৮) মণিপুরদা অমুক বোড়াজাওরগী লান লাক্লে, নিংথৌদা হঙ্গংলরে, তোপ্ কাপ্তুনা প্রজা মন্ত্রি মেজোরনচিংবা দরবার তৌরগা, নিংথৌনা য়াথং পিহনা ইরুংবা মেজোরগা সাইখুবা পোইলাগনা ভেজোল পুহনা, য়ুমিং অহুনা লান থীবা চৎলি। অহুগী তুংদা ফৈজাওসবা শাযুহজবা, রাখৈলাকপা য়চাইযুতো ॥ (৯) কোয়রেং সেনাপতি

মহিষ গ্রামেতে করি ঘোরতর রণ ।
মারামারি বহুতর অনেক মরণ ॥ (১০)
সেকালে দুইফিরিঙ্গি পঞ্চাস সিফাই ।
রণের সহায় লাগি রণে প্রবেশয় ॥
দুইসনে ঘুররণ প্রবল হইল ।
চৌদিগে বেড়িয়া যায় মুখ না ফিরিল ॥(১১)
না সহিয়া বোড়া সৈন্য অজয় হইল ।
আগপাছ বেঢ়িকরি বোড়ারে ধরিল ॥
পাওনা খুলৈ কৈরুংবা রাজপুত্র নয় ॥
ক্রমেক্রমে করিধরি হাতে অস্ত্র লয় । ॥১২॥
আর একশত ত্রয়োদশ লোক ধরে ।
অস্ত্রসনে ধরিলেন করি বলৎকারে ॥

তেত্রিংস বন্দুক পাই আর অস্ত্রকত ।
সকল লইয়া দিল নৃপে স্ব অগ্রেত ॥ ॥১৩॥
পরদিনে বোড়াসনে চারি রাজপুত্র ।
ফিরিঙ্গির স্থানে দিয়া গেল পশ্চিমেত ॥
আরযত লোকবৃন্দ বন্দিশালা থৈল ।
শান্তহয়া প্রজালোক এমন রহিল ॥ [১৪]
চৈত্র শুক্লা প্রতিপদ বুধবার দিনে ।
বৃন্দাবন হতে এলা অশ্বেশ্ব যে দিনে ।
বার্তাপায়া অনুব্রজি করিল মঙ্গল ।
শ্রীগোবিন্দ পরিক্রমা পুরে প্রবেশিল ॥ [১৫]
রাজা যুবরাজ সঙ্গে কথা অলাপণ ।
অবভৃত যজ্ঞকরি কর্ম্ম সমাপণ ॥

চোংথা মেঞ্জের চোংথা পানা হাজারি অসিনাচিংহুনা তেঙ্গোল পুহুনা লান যাত্রা তৌহুনা চৎলি। য়ৌয়াং তেকতা অকনবা লান পানবদা মণিপুরনা জয় ওইরে বোড়াজাও সনাগী তেঙ্গোল কাইরে। ॥১০॥ খুংলাই পাইবা লান্মী ৩০ চংনা ফারে; লান লোইরহুনা কোন্নুংদা অফাবা মীগা ফংলকপা খুংলায়গা নিংথৌদা কংলে । অহুগী তুংদা বোড়াজাওবগী কাইহুনা চেনখ্রিবা অহুনা অমুক হঙ্জিন্দুনা লান লাক্লে হায়হুনা তরাহুমদোইনি পানবা নোংমাইজিংদা হঙ্গংলরে । খুদক অহুদা লান যাত্রা তৌহুনা ইরোইশেম্বা খুনজিন্দা লান পানৈ মী য়াম্না শিনৈ॥ ॥১১॥ মতম অহুদা সাহেপ ২না সিফাই ৫০গা লোয়ননা লান পাংডি । মণিপুরগী অথৌবা কয়ানা থরাই পামুনদনা লান পানবদা মাই লৈনদ্রে । ॥১২॥ গৌবিন্দগী কৃপানা মণিপুরনা জয় ওইহুনা বোড়াজাওবগী লান কাইরে অহুদা মাকৈ ৪দা কোইশিন্দুনা বোড়াজাওববু চংনা ফারে ॥ খুংহৈবা কৈরুংবনা বোড়াজাওববু ফারে, পাওনানাচিংহুনা নিংথৌ মচা ৯স্নু ফারে মথুক্তগী খুংলাই মুল্লে । ॥১৩॥ অহুগী তুংদা লান্মী ১১৩ স্নু ফারে খুংলাইগা লোইনহুনা নমথেক্নুনা ফাবনি॥ নোংমৈ ৩৩গা থাং তানাচিংবা খুংলাই কয়াগা থোমহুনা নিংথৌদা কংলে । (১৪) অহুগী তুংদা দরবার রা তানহুনা বোড়াজাওবগা লোয়ননা নিংথেম মচা ৪গা সাহেপকী মথুক্তা শিন্নহুনা নোংচুপলোমদা পুশিনহনখি । অতোপ্পা মীয়াম্না মাগী মাগী মরানগী মওং য়েংহুনা লোয়থাই কৈগুমশংদা থম্বনাচিংবা তৌখ্রে । লৈপাক ইংনা গোবিন্দ সেবা তৌহুনা পাল্লে । (১৫) অহুগী তুংদা লমতা থাগী নোংমা পানবা য়ুমশকৈশদা, শগোলহঞ্জবা বৃন্দাবন পরিক্রমা তৌরুববু থুংওরে। পাও তাহুনা মঙ্গল তৌহুনা লৈপাক মীয়াম তিন্দুনা ওকই । গোবিন্দ পরিক্রমা দণ্ডবৎ কক্তি কৎহুনা কোন্নুং চংলে ॥ (১৬) নিংথৌ যুবরাজগা লোয়নহুনা তীর্থগী ব্রারী শানৈ, নোঙঙাল্লগা গোবিন্দদা উসব চাওনা কংলি অহুদগী সঙ্গাইদা

বৈশাখের শুক্লা পঞ্চমী মঙ্গলবার ।
বসুশুন্য ভোগইন্দু শেষ চড়কের ॥ (১৬)
তারাস্তম্ভ আরোপিল স্বেচ্ছামত হয়্যা ।
বার্ত্তাশুনি সেনাপতি মহাক্রোধ হয়্যা ॥
ফিরিঙ্গিরে কহে এহ কিশের কারণ ।
ফিরিঙ্গি কহেন এই তারার স্তম্ভন ॥ [১৭]
তারাকরি দেশবার্ত্তা সত্বর পায়েন ।
একঘর রাখিবেক বার্ত্তার কারণ ॥
সেনাপতি কহে সাহে কারআজ্ঞা কারি ।
এদেশে স্বতন্ত্রমত তুমিহ না কারি ॥ [১৮]
এখনি উফার নহে এদেশে নারহে ।
একথা কহিয়া ফিরে সেনাপতি তাহে ॥

ভয়হয়্যা উকারিল তারার স্তম্ভন ।
মনেক্রোধ মুখেহাসি শুম্ভেতে ভাবন ॥ (১৯)
ফিরিঙ্গির লটপট অদ্ভুত লক্ষণ ।
মনেবিষ পয়োমুখ বুদ্ধিতে প্রবীণ ॥
রাজাস্থানে পত্র লিখি প্রার্থনা করেণ ।
দরবারে বিচারিয়া শুম্ভে পত্রের কারণ ॥(২০)
রাজাকহে ভালকর্ম্ম করোক ইহার ।
কাওওবা কহেন শুন কারণ তাহার ॥
শ্রীযুত ঈশ্বর কালে ম্লেচ্ছ ক্রুরমতি ।
একবৎষ চর্ম্মস্থান রাজে মাগে মাটি ॥ (২১)
নাজানিয়া দানকৈল ভিক্ষার কারনে ।
দেখ এ হাপ্তা বাঙ্গলা সেই চর্ম্মস্থানে ॥

লেংশিনখি । অদুগী তুংদা শজিবু থাগী ৫নি পানবা লৈপাকপোকপদা, শোক্ ১৮০৮গী লোয়রকপা চৈরাওরমদাইদা ॥ (১৭) নিংথৌদা রা অমা হঙ্গৎতনা, সাহেপ্না তারা য়োৎলি তিংনবা, য়ুম্বী য়ুংঙি, পাও তাবদা কোইরেং সেনাপতি মৈ চাক্লা শাওদুনা. সাহেবকী নাক্তা চৎতুনা হায়রকই । হাই সাহেব নংনা য়ুংলিবা য়ুম্বী অসি করি তৌগদৌরিবনো । সাহেপনা খুম্মি সেনাপতি য়োৎলি তিংনবনি । (১৮) মীরৈপাক্তগী তারা য়োৎলি অসি তিংদুনা পুররুগা, অসিদা য়ুম অমা শাদুনা মনুংদা তার পুছিন্দুনা থমগনি অদুগা টেলী তৌদুনা পাও হায়খিবা য়াই ঐথোয়নসু তাবা ফংগনি পাও থুনা তাবা য়াবা টেলীগ্রাম হায়বা অদুনী, অদু তাবদা সেনাপতিনা হে সাহেব কনাগী য়াথং লৌদুনা তৌরিবনো, লৈপাক অসিদা ননিং নখা তম্বা য়ারোই ॥ [১৯] হৌজিক মক্ ফুকতোকউ, অদু নত্রবদি লৈপাক অসিদা লৈবা য়ারোই । অসি হায়রম্লগা কোইরেং সেনাপতি লেংশিনখ্রে ॥ সাহেবনা কিরদুনা খুদক অদুদা য়ুংলকইবা য়ুম্বী পুম্নমক লোয়না ফুক্তোক্লে । সাহেব মবুক্তদি শাওই, মচিন্দদি নোকই । য়াথল কুপ্না তৌই । (২০) সাহেব হায়বা অসিগী আকন অসিদি অওকপা মশক্তি, মাগী ফনবতা য়েংবা সাহেবনি । মবুক্তা হু কুম্বা, মচিন্দা খোইহী তৈবনি । মাগী বাঙ্গালা চংদুনা য়াথল তৌরগা নিংথৌদা প্রার্থনা, পত্র, কৎলক্লে । পত্রগী মরোল তাবদা পাত্র মন্ত্রি তিন্দুনা দরবার রা তাম্লে । (২১) নিংথৌনা হায়রকই অকবা কর্ম্মনি তৌজসনু অদু তাবদা থাজাল মেল্লোরনা হে নিংথেম ইপুগী রা তাও, পাবুংথ,। শ্রীযুত ঈশ্বর চন্দ্রকীর্ত্তি না হাক্তক্তা, সাহেবনা আকল তৌখিবনু । লমনিবদা পিত্রবদা যম্লাও মচা অমগী মউন সবু অমত্তগী লম্নদি পিনৌ নিংে মাগী আকল খংহৌদদুনা মানা শিরগা য়ম্লবা লৈপাক মচেং অমা নিংবোই নিংদুনা পিখোকখ্রে অদুগদি সউন সবুদুমনা কুপ্না শমনাম্লমদা চাওনা য়াৎলগা, ওনদুনা লৌখিদুনা

আগে একপাদ হৈল পিছে দুইপাদ ।
তাতপরে বসাইল ক্রমে হৈল ক্ষেত্র ॥ (২২)
মেরানাম বোলি ম্লেচ্ছ পিতার ভুবন ।
এতক্রূর ম্লেচ্ছস্থানে নাদিহ কথণ ॥
রাজাকহে ক্রোধসম হানি নাহি আর ।
পীরিতি হইলে শুভ সুখের সাগর ॥ (২৩)
দ্বন্দ হৈলে কার্য্যনাশ পিচ্ছে ভালনহে ।
বিচার করিয়া কর ভাল মন্দ তাহে ॥
সেনাপতি কহে শুন মণিপুরেশ্বর ।
ম্লেচ্ছনহে এহব্যাঘ্র খাবে পোষ কেরে ॥ (২৪)
কুনকালে ম্লেচ্ছ রাজা হইবেক দেশ ।
সযতনে শুভহয় অযতনে নাশ ॥
পুরুষ পুরুষঃ গণে নিজ ভুজ বলে ।
চৌদিগের লোক বসি রাজ্য প্রজাপালে ॥(২৫)
ইহকাল সুখচায়ে পরকাল নাশ ।
রাজ্যমান্য যশধন সকল বিনাশ ॥
তথাপিহ রাজামন মোরা ভাল হৈল ।
স্বতন্ত্র করহ ঈশ্ব যাহা মনভাল ॥ (২৬)
রাজাকহে শুন ভাই পীরিতি কারনে ।
স্বতন্ত্র করোক কার্য্য এইমোর মনে ।
রাজবাক্যে যতলোক স্বীকার করিল ।
ঈশ্বরের ইচ্ছা কর্ম্ম কাহা না বুঝিল ॥ (২৭)
কালসম বলবান জগত নাহিক ।
কালের অনুগা যাই জন্মমৃত্যু লোক ॥
ধনবান বলবান বুদ্ধিতে প্রবীন ।
ইত্যাদি সকল কর্ম্ম তালের কারণ ॥ (২৮)
কার্য্যকর আজ্ঞাদিল ম্লেচ্ছের সদনে ।
এইমতে আরম্ভিল তারাস্তম্ভ গণে ॥

বাঙ্গলা শাখ্রিবা অসিনি। (২২) থংহৌদহনা মানা নিবা পিরুবদগী, হাপ্তা বাঙ্গালা শাহনা লৈখ্রিবা অসিনি, অহানবদা থোংকম অম নি, মথংদা অনি গুই, অহুদগী ফম্না য়ানবা হোংনৈ অহুদগীদি মাগী মফম অহুম ওইখ্রে (২৩) মথা তাবদদি মাগীনি হায়খ্রে, মমৈদদি ইপাগী শোতোনি হায়খ্রে অহুম লৌখ্রে। মরম অসিনা সাহেব হায়বা জাৎ অসিদি করিগুমদা পিথোকপিবা তৌবিগনু। নিংথৌনা অহুবু ইপু মেঙ্গোর অশাওবা হায়বা অসিগা মান্নবা ফত্তনা অমা লৈতে। অহুনা খৎনগদবগী শক্তি। চান্নবনা ফগনি মুংশিনরগা মুংঙাইনৈদো। (২৪) খৎনবা হায়রসে থবক পুম্নমক্তা অমাংবনি মমৈদা অকবা ওইদে অহুবু লৈপাক প্রজানা অসিনা ফগনি হায়বা অহু খন্নবিয়ু। সনা য়াথং তাবদা কোইরেং সেনাপতিনা য়াম্নুং মহারাজবু সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু সাহেপ হায়বসে থাঙ্গৈশেংবা কৈ মচানি। মখোয়গী ফনবা কিশিন্নরিবনি, মপাঙ্গল লৈরগা মাবু য়োকপা মীবু কৈনা চাবগুম। [২৫] সাহেবনা ঐখোয়বু হাৎলগা, সোইদনা লৈপাক লৌথিনি, অহুনা যোতোন তৌহৌসি। মণিপুর অসিদা পাল্লবা, গুরুজন খিবিক্লা, মাপান্থোমগী পাঙ্গন্না মা ইকৈ ৪গী য়েরুবা ঙাকুনা পাল্লম্মী। (২৬) রাম্নুং মহারাজবু হৌজিক্তী মুংঙাইনবা য়েংলগা মমৈদা মাংহৌগনি নিংথৌগী বেভার মাংথিনি ললহু লৈপাকসু মমৈদা মাংলকনি। অহুবু স্নাবুদ্ধি বিচারদা অসিনা ফগনি হায়বা অহু নিংবা থুংবিবদা অয়েংপা তৌজরোই। (২৭) নিংথৌনা ইনাও ইবুঙো সেনাপ্তি খৎনবা ফত্তে চান্নবা মুংশিনবা কৈএ মানা তৌগে হায়রিবা অসি তৌহনবা পাম্মী অহু তাবদা লৈপাক্লা ফরে হায়হনা য়ানখ্রে। তাবিয়ু ক্রত্তা খিবিকপু মীওইবনা চৎলিবা কর্ম্মসে ঈশ্বরগী ইছানি কনানা খংবা ঙম্না নত্তে। (২৮) কাল

গ্রহশুণ্য ভোগেন্দুর শ্রাবণ মাসের ।
কৃষ্ণাপক্ষের দশমী শুভ গুরুবার ॥ (২৯)
দিবা দ্বিযামগতে সপ্ত দণ্ডাভ্যান্তরে ।
সোমন্ত যামার্দ্ধে শুভ মাহেন্দ্র দণ্ডেরে ॥
ফম্বান চড়িয়া নাম চিঙলেন লাম্বুবা ।
শুরচন্দ্র নরপতি তাহা শুভ কিবা ॥ (৩০)
ফম্বান সময়ে তোপ পঞ্চাশ বাজিল ।
অনেক্ মঙ্গল করি গগণ পূরিল ॥
লৈশাংখোম্বী রাণীহৈয়া রাজার সেবণ ।
রাত্রে চারি পাণার স্ত্রী নর্ত্তণ করেন ॥ ॥৩১॥
সরাংপণ্ডিতের স্থানে নেত্ত বস্ত্র ধুতি ।
বলয়া কঙ্কন দিল বহু ভুষনাদি ॥
আশ্বিন কৃষ্ণৈকদশী ভৌম সেইদিনে ।
লাবন্য চন্দ্রের পৌত্র মহাধৈর্য্য গুণে ॥ (৩২)

রাখৈরেশ্ব মৃত্যুহৈল রণের মাঝারে ।
ইহার প্রসঙ্গ কিছু কহিব শুনরে ॥
মনসুখে শ্রীগোবিন্দে প্রেমসেবা করে ।
রাজা জীতামত্য হৈল থাঙ্গাল মেঙ্গরে ॥ (৩৩)
হেলেদোলে চলে সেই মহাগর্ব্ব করি
রাজাদিক সর্ব্বজন তার বাক্যধরি ॥
কেহত তর্কিতে নারে তাহার বচনে ।
ভয়ে মুখে হয়হয় মনেতে না মানে ॥ (৩৪)
তাহাতে লাবণ্য পৌত্র রাখৈর ঈশ্বর ।
সত্যবাক্য সদাবলে পরম সুধির ॥
সত্যহৈলে মনে মানে অসত্য নামানে ।
মুখহৃদি সম চলে রাজার নন্দনে ॥ (৩৫)
রাজমন্ত্রি ভয়বাহি ধর্ম্ম মাত্র ভয় ।
নির্ম্মল হৃদয় সেই সর্ব্বদা অভয় ॥

হায়বা মতমগা মাল্লনা মপাঙ্গল কনবা অমা লৈতে, পোকপা শিবা কালগী মতুং ইনবনি মরন্ লৈবা মপাঙ্গল কনবা শিংবা হৈবা পুন্নমক অসি মাগী মাগী মতমগী মতুং ইনবনি। কাল কৌবা লাইনা উমথিবনা নিংথৌনা য়াথ্রবনি। (২৯) অত্থগী তুংদা নিংথৌনা সাহেপ্তা ননিং তৌজরো য়াথং থাথিদুনা টেলীগ্রাম তৌনবা সাহেপনা অপনবা লৈতনা হোৎনখি। অদুগী তুং শোক ১৮০৯ গী ইঙেন থাগী ২৫ নি পানবা শগোলশেল মুমিত্তা। (৩০) শুভক্ষন মুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ৭ তাবা নিংথৌকাবগী যামার্দ্ধ মাহেন্দ্র দণ্ডদা ফম্বান কাই। ফম্বানগী মিং চিংলেন লাম্বুবা কৌই, ফম্বানগী ফিজেৎ থোনবদা শুরচন্দ্রনা হায়নিঙাই লৈতনা ফজে মগুললৈ। (৩১) তোপ ৫০ রক কাপই মতিক চানা মঙ্গল তৌই। লৈশাংখোম্বী মহারণীনা থৌগল্লি। অহিং অত্থদা লৈকাই ৪গী মুপীনা জগোই শাত্থনা মঙ্গল তৌই। (৩২) সরাঙথেম চা পণ্ডিৎ অচৌবদা খামেনচপ্পা লমথাংখুলক খুজি তান পিনৈ। অত্থগীতুং লাঙবনগী ২৬ নি পানবা একাদশি লৈপাকপোকপদা লাবন্য চন্দ্রগী মশু ইবুঙো ধর্ম্ম কাইত্রবা মগুল য়াম্না লৈবা। (৩৩) রাখৈরাকপা লান্দ শিয়ে। মাগী প্রসঙ্গ থরদও লেঙজরক্কে তাবিয়ু শ্রুত্তা থিবিকপু ॥ মণিপুর অসি অল্লা অনা লৈতনা গোবিন্দ সেবা তৌত্থনা, শুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওই, কুলচন্দ্রনা যুবরাজ ওইত্থনা পাল্লি। লৈপাক অসি নিংথৌ ওম্বা অওম্বা ওইত্থনা থাঙ্গালনা শুপই। মণিপুর অসিদা থাঙ্গাল মেঙ্গোরনা শুপ্পুনা মানা তৌনিংবদা তৌই, কনাগুম্বা অমনা খিংবা ওমদে নিংথৌশু থাঙ্গালনা হায়বদা ইল্লি। অত্থুম্ অরান থিদে থাঙ্গালনা চুমলে হায়রগা লোইরে, লৈপাক্না য়ানিংদবা কয়া রাওই অত্থবু থাঙ্গাল ক্রিবদগী কনানম্ম য়েংতে। (৩৫) অত্থদা য়েংপা

রাঙথৈরেশ্ব ভয়েমাত্র স্বতন্ত্র নাপারে ।
কৈছে কৈলে স্বতন্ত্রতা হইবে আমারে ॥ (৩৬)
কাঙগুবের মনে এই মাত্র চিন্তাকরে ।
বিদেশ যাব্রাব কিবা মারিব তাহারে ॥
কেমনে করিয়া মুঞি মারিব পরাণ ।
এইমাত্র সদা চিন্তে ভুজনে শয়ণ ॥ (৩৭)
অশ্বেশ্ব পাকাস্না দুহে মন্ত্রনা করিল ।
যারযত মন কথা সকল কহিল ॥
ভালবলি শ্রীপাকাস্না স্বীকার হইল ।
কবেহব বলিদুহে ছিদ্র চাহি রৈল ॥ (৩৮)
দৈবেতে যেকরে তাহা খণ্ডিতে কেপার ।
দৈবগতি একদিনে শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তির ॥
দুশত পঞ্চাশ ভরি স্বর্ন্ন বিরচিত ।
হুকার নলিকা এক পরম চিত্রিত ॥
তাহাকে লইয়া তিনি পাকাস্নারে দিয়ে ।
শুন রাজাপুত্র তুমি হেলানা করিয়ে ॥
অতিযত্ন করিরাখ নির্ভয় হইয়া ।
শুরচন্দ্র রাজাপ্রতি বলে প্রলাপিয়া ॥ ৪০॥
তবপিতা রাজানল চুরি করি নিল ।
শুনিয়াত শুরচন্দ্র মনে চিন্তাহৈল ॥
নির্জ্জনে বসিয়া দুহে যুক্তিসার কৈল ।
কেনিল মেঙ্গর মোর পিতা সমতুল ॥ [৪১]
পিতৃজ্ঞানে সেইনলি সযতনে থৈল ।
তুমিত সুবুদ্ধি বড় মোরকাছে বল ॥
শুনিয়া কাঙগুবা ছলে চিন্তামগ্ন হয়া ।
কহিতে লাগিলা বহু বিদূষক হয়া ॥ [৪২]
কেনিবে রাজার বস্তু নির্জ্জন বিনা ।
রাথৈরেশ্ব চুরি করে এই ভাবে মনা ॥

---

অসি লাবণ্যচন্দ্রগী মশু রাথৈলাকপদি অচুম্বদি য়াই অরানবদি য়াদে । মছানা ধর্ম্ম কাইদবা, অচুম্বা চৎপা নিংথৌ মচা অসেংবনি, পুকচেনগা হায়দোকপা রাগা মান্নে। [৩৬] নিংথৌবুসু মন্ত্রিবুসু অকিবা লৈতে ধর্ম্ম, অকাইববুদি য়াম্না কিনা হোংনৈ। ধর্ম্মগী মরিদা থব্রায় পামুদে অদূগুম্বা রথৈ রাকপবু কিবদগী থঙ্গাল মেঙ্গোর মনিং মথা তম্বা ঙনদে অদূদা থঙ্গালনা খল্লি মানা লৈরিবা মথৈদি ইনিংতম্বা য়াররোয়। [৩৭] অসিগী রাথম্না তুম্বা চাবা চঙদনা খনবদা রাথৈরাকপবু হাৎপা অমা অহু নত্রগা মীরৈপাক্তা তানথোকখীবা অমা অঙম্বা অমা হোংনগে অসিগী রাথন্দা চিন্তা ওইনা লৈখ্রে। [৩৮] মথন্দনা হোৎনবদা উপাই লৈরক্তুহুনা পাক্কাস্না শগোল হঞ্জবগা চিক্রা রা তান্নহুনা মাগী মবুক্তা খল্লিবা পুন্নমক অহু ইসেঙ সেঙনা হায়দোকই। অদূ তাবদা পাক্কাসনা ফরে হায়হুনা য়ারে, কদৌঙৈ হায়হুনা অচেঙবা য়েঙদূনা লৈরকই। [৩৯] ঈশ্বরগী নোঙদম কনানা ককপা ঙমগদগে। অহুম্না লৈরকপা অসিনা নোংমদি তাঞ্জা চারদূনা চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা থক্লম্বা সনা মুহোর ২৫০ না শাবা খুদোং তোংজৈ য়াম্না ফজবা। [৪০] অদূ থাঙ্গাল মেঙ্গোরনা হুরগা পুরক্তুনা পাক্কাসনাদা পিররে, মচা ইবুঙো পোংশক অসি য়াম্না চেকশিন্না থম্মু, অদূগা মচা ইবুঙোগী সনা পুল্লিংদা অকিবা লৈগম্ম। অসি হায়দূনা থনম্নগা থাঙ্গাল মেঙ্গোর হল্লক্তুনা নিংথৌদা হঙৎলি। [৪১] নিংথেম ননাই ইপুনা হঙৎপা তাখিয়ু পাবুং নিঙথৌনা কাল্লম্বা সনাগী তোংজৈ অহুবু হুখ্রমাল্লে, অহু তাবদা শুরচন্দ্র নিংথৌ জ্ঞান মাংন্তি মাইথোং মুনা কাই। অহুগীতুংদা অচিকপদা চিক্রা মপু ননাই রা তান্নে, কনানা লৌগদৌরিবনো পাবুংগী তোংজৈ অসিবু। (৪২) পাবুংগী শক্ য়েংজবগুম্ য়েংজহুনা, নিংজহুনা

স্থনিয়াত শুরচন্দ্র মনেত মানিল ।
হয়হবে বলিরাজা কাওভবে কহিল ॥ [৪৩]
তাহৈলে কেমনে পাব বিচার করিয়া ।
কেমনে নলিকা পাব কহ বিচারিয়া ॥
কাওভবা কহেন প্রভু তাহারে ধরিয়া ।
কারাগারে ধরি আনি তারে নাজানায়া ॥[৪৪]
ভালবলি রাজাসঙ্গে নির্ণয় করেন ।
কেমনে ধরিব বলি মেঙ্গরে পুছেন ॥
অন্ন খায়াবার ছলে তাহারে ডাকিয়া ।
তাহাকে ধরিব রাজাকহে না জানিয়া ॥ [৪৫]
ভালবলি গোপনেতে এমন রহিল ।
কারস্থানে এইকথা নাকহি রাখিল ॥

একদিনে দরবারে নৃপতি বলিল ।
শুনপুত্র রাঙ্খেরেশ্ব প্রতাপ প্রবল ॥ [৪৬]
কালিদিনে তুমিআমি একত্র মিলিয়া ।
গোবিন্দ প্রসাদ খাব হরষিত হয়া ॥
ইহাভাল বলি শুর স্বীকার করিল ।
এইমতে শুরচন্দ্র সুখেতে রহিল ॥ [৪৭]
প্রভাতে থাঙ্গালবীর যুগার করিল ।
এথা রাঙ্খেরেশ্ব বীর স্নানাদি করিল ॥
দুর্জ্জনের লতপত নাজানি সুখিত ।
শ্রীগোবিন্দ দরসিয়া পুরে আসিলন্ত ॥ [৪৮]
নিজদাস সঙ্গীজন সহিতে না এল ।
এসএস প্রাণপুত্র বলিয়া ডাকিল ॥

যত্ন তৌনা থমজবনি । ইপূ মেঙ্গোর য়াম্না শিংবা ইপূনি কনানো লৌরিবা অসিবু । অদু তাবদা থাঙ্গাল শকক্‌ম হনজিনদুনা, য়াম্না রাবা শাদুনা শেমদুনা হঙ্‌ংলকই ॥ (৪৩) হে নিংথেম নিংথৌগী মপোৎপু কনানা হুরানবা ওমগদগে, মহারাজগী সনা নাক্তা হঙ্গোয়দনা চংবা নত্তনা, অসিদা অকাইবা রানিদা নিংথেম ননাই ইপূনা নিংবদি মাইপাকসনা নচা ইবুঙো রাংখৈলাকপবু থাজে । অদু তাবদা নিংথৌসু থাজখ্রদুনা ইপূ ওইরবা তাই ॥ (৪৪) অদুবু ইপূ মেঙ্গোর মাংখ্রক্রা কমদৌরগা ফংগনি । থাঙ্গাল খুমদে মুলুকই । নিংথৌনা খুম্মু ইপূ কন্নম তৌসিগে, থাঙ্গাল মেঙ্গোর রাখল তৌরগা হঙ্‌ংলি মহারাজ অতৈনা কান্নরোই মরোনমরি অমতা হায়দনা, পাক ফারগা কৈশুমসংদা হেক থমজিনবা । (৪৫) নিংথৌনা ফরে অদুদি কমদৌনা ফাগনি ইপূ মেঙ্গোর । থাঙ্গালনা নিংথেম মাবু ফাগদবদি সঙ্গাইদা চাক চামিন্নসি হায়দুনা মরৈ তৌদুনা কৌবিরো প্রসাদী ফংবা লাকপা অদুদা ননাই ইপূনা কনা থংহন উহন্দনা ফাগনি ॥ (৪৬) অসুম্না রা তান্নদুনা, কনা অমা থংহন্দনা নিংথৌগা থাঙ্গাল মেঙ্গোরগদা লৈখ্রে । নোঙমা দরবারদা নিংথৌনা হায়রকই । ইচা ইবুঙো রাংখৈলাকপবু তারবরা নগুণ লৈবা, প্রতাপ চাওবা ইচা ইবুঙোনি ॥ (৪৭) হয়েংদি ইতোনগী সঙ্গাইদা গোবিন্দগী প্রসাদি ফংমিন্নসি য়াম্না হরাওনা রারী থরসু শাসি, অদু তাবদা মাইপাক সনা রাঙখৈলাকপনা হরাওনা য়াই নিংথৌসু য়াবদু উবদা হরাওনা তৌদুনা রারী শাদুনা দরবার অদু লোইরে ॥ (৪৮) কোন্নুংদা থাঙ্গাল মেঙ্গোরনা, ফাগদবগী সিক্কাই থুংলাই পাইবা থৌরাং তৌখ্রে । অসোমদা রাংখৈলাকপা প্রাতগী স্নানক্রিয়া ঈশ্বর শরনি, সেবা লোয়রগা হরাও হরাওনা কৎতবা মীনা কত্তবা কর্ম তৌরমগনি থল্লদনা ইসেং সেংনা হরাওনা লাকুনা গোবিন্দ দর্শণ পরিক্রমা তৌরগা সওগাই মাঙ্গন তাম্না লাকই ॥ (৪৯) মনাই মখল অমসু লোয়নরক্রে, অদ,

ভক্তিকরি দুইজনে বসিল আসনে ।
কথোপ কথনে করি রহে কতক্ষণে ॥ [৪৯]
প্রসাদ পাইব বলি ভুঞ্জি দুইজন ।
ভালবলি রাজাসঙ্গে সুখে ভুঞ্জিলেন ॥
অর্দ্ধেক ভোজন করে মহাসুখ মনে ।
বড়স্বাদু স্বাদুবলি কারণ নাজানে ॥ [৫০]
রাজাকহে এককথা প্রশ্ন তুমাস্থানে ।
কহকহ কিবাকথা শঙ্কাকর কেনে ॥
রাজাকহে মোরপিতৃ স্বর্ণের নলিরে ।
হারাইল বহুদিন চিনিতে নাপারে ॥ [৫১]
অন্যজন প্রজালোক নাআসে প্রতীত ।
নিজজন নাহইলে নাপারে হরিত ॥
হয়হব বলিরাজে প্রশ্ন উত্তরেণ ।
কেওজন পারিবেক রাজস্ব হরণ ॥ [৫২]

রাজাকহে শুনপুত্র বচন আমারে ।
তুমিনিল কিবা উপহাস করিবারে ॥
তাহাশুনি মাইপাক্ক সন্দেহ জন্মিল ।
নিস্তব্ধে ক্ষণেক সেহ বিমর্ষে রহিল ॥
রাজার সহিতে মোরে ভেদ করাইতে ।
গোপনে থাঙ্গাল মোরে বিশ্বাস রাজাতে ॥
মোরে রাজদণ্ড দিতে যুক্তিকৈল সার ।
সত্যকরি আজদিনে পাই কারাঘর ॥ [৫৪]
এইভাবি রাখৈরেশ্ব কহি নম্রবাত ।
আমিনাহি চুড়ি খুড়ে কহিল নিশ্চিত ॥
রাজাকহে সত্যকহ আমিসে মানিন ।
তোমাবিনা লইবার আছে কুনজন ॥ [৫৫]
হাসিকহে মাইপাক্ক শুনহ রাজন ।
পূর্ব্বে চন্দ্রকীর্ত্তি রাজা পণ্ডিতে কহেন ॥

উবদা নিংথৌনা ইচা ইবুঙো চংলকউ হায়দুনা কৌশিনলি । হরাওনা চংলক্লুনা ভক্তি কংলদুনা খুদা অসোনদা লেংশিন্দুনা ফম্মি ঙাইহাক ৱারী শানৈ ॥ (৫০) প্রসাদি লুক শেম্বা লোয়রদুনা থৌগল পাও হঙ্গংলরে লেংশিনদুনা প্রসাদি ফংলকই, তংখাই চন্না ফংনরক্লে, য়াম্না হাওই কৈ কৈ হায়নৈ । মরম খংদবনিনা মাইপাকসনা ৱাংখৈলাকপা ইতিং তিংনা প্রসাদি ফংঙি ॥ (৫১) নিংথৌনা ইচা ইবুঙো ৱা অমা হংনিংঙিনে, ৱাংখৈরাকপনা তাকপীবা য়াগনি চিংনবীগন্নু । নিংথৌনা ইচা ইবুঙো পাবুংনা ফাল্লম্বা খুদোং তোংজৈ সনাগীদো, হুরানখ্রে থীবা খংদ্রে ॥ (৫২) অচম্বা মীচম প্রজানা হুগনি হায়বদি থাজদে ঐগী মনুংগী মী হঙ্গোইনদবনা হুবতাই অহু তাবদা ৱাখৈরাকপনা খুম্মী চুম্মী মহাজারবু নিংথৌগী মরনবু মীচমশিংনদি কদাইদগী হুবা ঙমগদবনো (৫৩) নিংথৌনা অহুবু ইচা ইবুঙোনা ফাগী তৌগে হায়হুনা লৌশিললাকশিনব্রা ; অহু তাবদা মাইপাকম্না চিংনবা অমা পোক্লুনা ৱাথল তৌহুনা ৱা ঙাংদনা থল্লকই । (৫৪) নিংথৌগা ঐগা য়েংথিনহনগে হায়হুনা থঙ্গাল মেঙ্গোরনা নিংথৌদা ঐবু হায়জিন্দুনা থাজহনবোয়রে ঐবু হুরানবা শিরগা ৱাজ দণ্ড পিগদৌরিবোয়ে । শোইদ্রে ঙসি ঐবু কারগা শোইদনা কৈশুমশংদা থম্নগনি । (৫৫) অসি খল্লগা ৱাখৈরাকপনা লু-লুক্লা হঙ্গংলি । নচাদি তোংজৈ লৌজদে হুরানবম্নু হৈজদে নিংথৌনা ইচা ইবুঙো শেঙনা হায়য়ু ঐনা থাজৈ নহাক নত্তনা লৌবিনিঙাই নৈত্তে । (৫৬) অহু তাবদা মাইপাকম্না ৱাখৈরাকপনা নোক্লুনা হায়রকই মহারাজ ইবুঙো শ্রীযুৎ ঈশ্বর চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা মণিপুরগী নিংথৌ অসি ঐগী তুঙদা কনা ওইহৌগদগে হায়হুনা পণ্ডিৎশিঙদা হুঙি

মোরপিছে কোনজন হইবে রাজণ ।
কংলা শিলা উকারিয়া দেখিব নয়ন ॥ [৫৬]
পূর্নচন্দ্র কহেপ্রভু নাকর কথন ।
অসুভ লক্ষণ এই স্থিরকর মন ॥
রাজাকহে একবার দেখাহ নয়ন ।
রাজাবাক্য বলি হয়া খুলিয়া দেখেন ॥ [৫৭]
তিনজন দেখিলেন রাজার নয়ন ।
শ্রীণরসিংহ রাজপুত্র বীর অঙৌম্ব ॥
তারভাই বোড়াচাওবা গুণ সাগর ।
লাবন্য রাজার পুত্র কৈফা সেনাপ্তির ॥ [৫৮]
তাহার জ্যৈষ্ঠক পুত্র তরঙ্খোম্বা নাম ।
কণিষ্ঠ শ্রীসাজৌসিংহ গুণ অনুপম ॥
শ্রীবোড়াচাওবা আর সাজৌম্বা অঙৌম্বা ।
তিনজন দেখিলেন রাজার নয়ন ॥ [৫৯]

পরদিনে সাজৌম্বা ডাকিয়া কহেন ।
শুন প্রাণপুত্র সাজৌ আমার বচন ॥
স্বগোষ্ঠী কলহ রণ কভু না করিয় ।
যেআজ্ঞা বলিয়া সত্য তখণ করয় ॥ [৬০]
তুষ্টহয়া সেনাপতি দিলেন তাহারে ।
বৃদ্ধকালে মোরপিতা ডাকিলে পুত্রেরে ॥
পূর্ব্বের প্রসঙ্গ এই কহিল যতনে ।
অদ্যাপিহ পিতাবাক্য রাখি পঞ্চজনে ॥ (৬১)
জেষ্ঠ গজেশ্বর আর দিনচন্দ্রসিংহ ।
কনিষ্ঠ যে শ্রীকালাসিং আর ভাংবাসিংহ ॥
মোরা পঞ্চজন খুড়া পিতৃআজ্ঞা পালে ।
নলচুরি ধরিদিবে দেখিব কপালে ॥ (৬২)
ইবোলিয়া উঠীচলে গৃহের বাহিরে ।
লজ্জাহয়া শুরচন্দ্র দেখিতে নাপারে ॥

কংলাগী মুং ফুরুগা ঐবু উহল্লু সনায়াথং পিরকই। (৫৭) পূর্ণচন্দ্র পণ্ডিৎ অচৌবনা হঙ্গংলি মহারাজবু সনায়াথং তাকপিরিবা অসি অফবা কর্ম্ম নত্তে সনা বুদ্ধি বিচার তৌবিয়ু। নিংথৌনা পণ্ডিৎ অফবা ওইরবস্থ ফত্তবা ওইরবস্থ ঐনা উগে সনা য়াথংনা কনবনা কংলা মুং হাঙহুনা সনা মিৎয়েং তাহনলি। (৫৮) নিংথৌনা মিৎয়েঙ তাবদা নিপা অহুম উইয়ে। নরসিংহ নিংথৌগী মচা ইবুঙো অঙৌম্বা সিমা। অনিশুবা মনাও ইবুঙো বোড়াজাওবাম্বা সিমা। অহুগা লাবন্যচন্দ্র নিংথৌনা পোকপা কৈফাম্বা সেনাপ্তি। [৫৯] অহুগী ময়াম্বনা পোকপা তরংখোম্বাম্বা অহুগী মনাও শ্রীসাজৌসনা মুপা অহুমসে। হে মহারাজ ইবুঙো অঙৌসনানে অনিশুবা বোড়াজাওবাসনা অহুশুবা সাজৌসনা নিপা অহুমসে উরে। (৬০) অহুগী তুং নোংঙাল্লগা চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা পাবুং সাজৌসনা কৌশিন্দুনা তাকপিরকই। হে ইচা ইবুঙো সাজৌসনা ইপাগী ব্রা অসি লৌ শাগৈ মসেন লাল পানবা অসি তৌগনু। সনা য়াথং ফংবদা ফগনি হঙ্গংলি অহুদা নিংথৌনা থাজদে হায়বদা পাবুংনা ব্রাশকখি। (৬১) অহুদা পেন্দুনা সেনাপ্তি ফম পিহুরা লৈপাক ভাকলম্মী অহুনা পাবুংনা শিরমদাইদা ঐথোয় পুমমক কৌশিন্দুনা ব্রারি অসি লিহুনা শিন্নরম্মী মরম অসি লৈবনা ইচিল ইনাও ঐথোয় মভানা রাখল অমা থন্দনা নিংথৌ থৌগন তৌজবা অসিনি। [৬২] য়ান্নুং শামু হজবা অহুগা দিনচন্দ্র সনা ইনাও কালাসিং ভাংবসিং ঐথোয় মঙাসি পাবুং য়াথং ইন্দুনা ঙসি ফাওবদা অকাইবা রাখল অমা তৌদ্রিবা অসিনি। অহুগা তোংজৈ হুরানবা মুপাদো ফাহুনা পিজগে লাইবক য়েঙজগে [৬৩] অসি হঙ্গংলগা আচমোন তৌরগা সঙ্গাই মনুভদগী অহুম লেংথোরকই। ইকাইখিবনা

বাহিরেতে কাণ্ডবের বাক্য অনুসারে ।
কতকত সৈন্যগণ হাতে অস্ত্রধরে ॥ (৬৩)
রাজাগৃহ চারিদিগে ঘেরিয়া রহিল ।
তাহাদেখি রাখৈরেখ মনে চিন্তাহৈল ॥
মুখে কৃষ্ণকৃষ্ণ বলি স্বাভাবিক যান ।
তুমাবিনা নাইবন্ধু নাই কুনজন ॥ (৬৪)
পূর্ব্বে কাণ্ডবের বাক্যে অস্ত্র নামারেণ ।
বলকারে ধরিবেন আছয়ে বচন ॥
প্রতাপ দেখিয়া কেও স্পর্শিবারে নারে ।
হুকুম নাহিক রাজা তারে মারিবারে ॥ (৬৫)
এইলাগি শঙ্কাহয়া ধরিতে নাপারে ।
আগেপাছে ফিরাফিরি নির্ভয় অন্তরে ॥
এইমতে চলিচলি নিজঘরে এলা ।
তবেরাজা দাসসঙ্গে দরবার কৈলা ॥ (৬৬)

ধরিতে নাপারি দুহে নিভৃতে মন্ত্রনা ।
সত্য এবে যুদ্ধোত্তম করিবেক নানা ॥
রাজাকহে তারস্থানে রাকহ কুকথা ।
খেচহ কার হয়া রহো ত্রবে যথাতথা ॥[৬৭]
এথা রাখৈরেখ গৃহে গিয়া উত্তরিল ।
স্বগণ ডাকিয়া মিলি বিচার করিল ॥
সভেবলে রণসাজ কপাল দেখিব ।
রাখৈরেখ বল শাস্ত ধর্ম্ম নাভাঙ্গিব ॥৬৮॥
কোনজন নলচুড়ি বিচার করিয়া ।
নলসনে চুড়িজন রাজাস্থানে দিয়া ॥
তাতপরে শাস্তিকিবা কিবা দুররণ ।
গোবিন্দের ইচ্ছা সেই নাজানি কারণ ॥৬৯॥
ইবোলিয়া রহিলেন সাজন করিয়া ।
নলের বিচার করি গুপ্তে মন্ত্রনিয়া ॥

শূরচন্দ্র নিংথৌ বদন লুকথখিবদগী হায়গংপা ঙমখিদ্রে । মপান অহুদদি থাঙ্গালগী য়াথঙ মতুঙ ইন্না খুলাই পাইবা সিফাইনা ফুন্না লৈখ্রে। [৬৪] সঙ্গাইদগীনা কোইহুনা পৈরিবা লাংঙবা অহু উবদা রাখৈরাকপা রাখন রাই। প্রতাপ চাওবা রাখৈরাকপা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা ইথৌ থৌওইদনা হেন্দোক্নে হায়হুনা লাকই। থম্মোইদা কৃষ্ণ চরণ কোল্লগা প্রার্থনা তৌজৈ ননাইবু জীব কল্লু। (৬৫) সিফাইশিংদা থাঙ্গালনা খুংলাই থাবদি য়াদে নমদ্না ফাগদবনি য়াথং পি । রাঙখৈলাকপগী প্রতাপ তেজ উবদা কনা অমতনা, শোকপা ঙমদে হাংলু খুংলাই থাও হায়বা য়াথং ফংদবনিনা ॥ (৬৬) ফাবা ঙম্বগী শক্তি উদবনা ঙক্নুনা লৈনৈ, মাইপাকসনা নাকু য়েং মাং তুঙ য়েঙলগা অকিবা লৈতনা কোন্নুঙদগী লানথোকখিদ্না সঙ্গাই য়ৌখ্রে । ফাবা ঙমহৌদবা উবদা নিঙথৌ ননাইশিঙ কৌশিনদ্না দরবার তৌই । (৬৭) নিঙথৌনা ইপু মেহোর ফাবদি ঙমহৌদ্রে করম তৌগনি মেহোৌরনা মহারাজ লানথোক্লগনি খিঙবা য়াররোই । নিঙথৌনা অদুদি রাহৈ অথিবা হায়গনুসি, মন্নিঙ মথা তৌনা লৈজসন্থু সুনা য়াথঙ হায়দোকখ্রে ॥ (৬৮) অসোমদা রাঙখৈলাকপা সঙগাই য়ৌরবদা মরাম্বুং মনাও ইবুঙো মচা ইবুংঙোনচিংবা তিন্দুনা রা তানৈ ময়ায়া লান হৌরসি লাইবক য়েংসি হায়নরকই, রাঙখৈলাকপনা লান হৌরবদি ধর্ম্ম কাইবা থোকই ডাইখো খাম্মি ॥ [৬৯] মণিপুর অসিদা সনামুহোর ২৫০না শাবা তোংজেবু পাক মাংবা য়াবা হৌনদে তোংজেগা লৌয়নমা হরান্নবা কারগা নিংথৌদা শিন্নখিগে, অহুগী তুংদা লানথোকপ্রা, ইংনা লৈরমত্রা গোবিন্দনা তম্বা লৈরমগনি খংবা ঙমদ্রে ॥ (৭০) অসি হায়রগা মহুংদা লানগী থৌরাং সাজোন তৌহুনা

কুনকহে টিকেন্দ্রেতে কুন যে পাক্কাতে ।
লোকদিয়া ছুয়োরীতি দেখিল তাহাতে॥৭০॥
টিকেন্দ্রজিৎ শেষামতে চলে যথাতথা ।
শ্রীপাক্কাম্বা গৃহমধ্যে রহিল সর্ব্বথা ॥
এইবার্ত্তা শুনি রাথৈ মনে বিচারিল ।
পাক্কার স্থানেতে নল নিশ্চয় রহিল ॥ (৭১)
একদিন সন্ধ্যাকালে পাক্কার মন্দির ।
একজন নাসঙ্গিয়া আসিল সত্বর ॥
গৃহেতে প্রবেশ করে খুড়া খুড়া বলি ॥
এসবলি আজ্ঞাদিয়া বৈসে ভালবলি ॥ [৭২]
রাথৈরেখ দেখি পাক্কা শয্যাতি বসিল ।
কিলাগি আসিল বলি ইষ্টগোষ্ঠি কৈল ॥
রাথৈবলে শুনখুড়া নললাগি এল ।
নললাগি গণ্ডগোল কর্ণকাটি হৈল ॥ (৭৩)

নলদেহ তারে লয়া রাজাস্থানে দিব ।
পাক্কাকহে নলনাহি কাহাহৈতে দিব ॥
লোকমুখে কানাকানি নাকর প্রত্যয় ।
রাথৈবলে গৃহেদেখি তাহৈলে প্রত্যয় ॥ (৭৪)
তাহাশুনি স্তব্ধহয়া মৌনেতে রহিল ।
উঠি রাথৈশয্যা তুলি নলক দেখিল ॥
নলপায়া যাববলি ফিরিয়া আইল ।
রাজার মন্দিরে যায়া নলদান কৈল ॥ (৭৫)
আরকথা নাকহিয়া আইল গৃহেতে ।
সেইদিনে হৈতে রাথৈ নাচলে পূরেতে ॥
লোকমুখে সর্ব্ববার্ত্তা হৈল গোলমান ।
নিশ্চয় হইবে রণ কহে জনেজন ॥ (৭৬)
একদিন শুরচন্দ্র ভাবি মনেমন ।
রাথৈরেখ ভাইভাংবা কালা দুইজন ॥

লৈনখ্রে ॥ অহুদগী তোংজৈ হুরিবা অসি কনা ওইগদগে, মন্ত্রনা তৌনবদা, খরনা কোইরেংবু খরনা পাক্কা সনাবু খৈ়ে । অহুদি মখোয় অনিগী শাজং য়েঙঙ, হায়হুনা মী থাহুনা য়েংহল্লি ॥ (৭১) কোইরেং সেনাপতিদি মনিং মখা তম্না লেংথোকই মশাদা হঙ্গোইবা করি অমতা লৈতে। পাক্কাসনাদি সঙ্গাইদগী হেন্দে, অহুগা মী হেক লাকপগা খুদাগী কমুডদা লেঙশিনহুনা কম্মি । পাও অসি তম্মরে; অহু তাবদা রাঙথৈলাকপনা খল্লি তোঙজৈ অসি পাক্কা সনাদা লৈরবোইরে, মী উবগা খুদাদা চঙশিনবা অসিনদি মোম্‌পাক মখাদা তোংজৈ লৈবতাই নিংডে । (৭২) মতুং মুমিৎ খরহু য়েংবদা অহুমঙাইরে অহুদি লোৱগে হায়হুনা নোঙমা রাঙথৈলাকপনা, সন্ধ্যা য়াচঙব মতমদা পাকাসনাগী সঙ্গাইদা লাকই, কনাগুম্বা মনাই অমা লোয়নদনা চংলকই, অপনবা লৈতনা খুরা ইবুঙো হায়না তোয়না কৌহুনা সঙ্গাই মহুংদা লেংশিনলি, হরাও হরাও কৌশিন্নুনা খুদাদা লেংশিনলে ॥ (৭৩) রাংথৈরাকপা উবদা খুদা অহুদা লেংশিন্নুনা কম্মি । করম্বা মরম লৈবগে হায়হুনা রারী শানৈ অহুগী তুংদা রাংথৈরাকপনা খুড়া ইবুঙো তেংংজৈগী মরমদা লাকপনি, তোংজৈ অসিগী থংনবদা নাকোং অসি কাইথিদোরে ॥ (৭৪) তোংজৈ অহু থরপিয়ু নিংথৌদা শিন্নরুগে, অহু তাবদা পাক্কাসনানা ইচা ইবুঙো খুড়াদা তোংজৈ লৈতে মীনা পঙঙাং ডাংনবা থাজরুগাহু । রাংথৈরাকপনা, ইমুং অশিদা থিজবদা ফংত্রবদি থাজদবা য়াই অহু নত্রনদি থাজদবা ঙমদে ॥ (৭৫) অহু তাবদা পাক্কাসনা পংথহুনা তুমিন্না লৈখ্রে । অহু উবদা রাংথৈরাকপনা হোগৎনুনা লুথুমগী মোমপাক হায়গংলুবদা তোঙজৈ লৈয়মহুনা লৌরগা ঐ হরগে, হায়রম্নগা লাকুনা নিংথৌগী সঙ্গাইদা চঙলকই অহুগা

খুরাইরাকপা কোলিরপুত্র কোম্বীরৈ ।
অপান নাম গৃহেশ্ব বৃদ্ধ অতি শুরৈ ॥৭৭॥
তিনজন ডাকি গুপ্তে কারন পুছিল ।
শুনপুত্র তিনজন রণ কিবাভৈল ॥
কোম্বীরৈ ভাবেন সত্য কহিলে এখন ।
কতেক জঞ্জাল হয়া অসুভ হবেন ॥৭৮॥
বৃদ্ধকালে মিথ্যাকথা কহিব কেমনে ।
এতভাবি মৌনমাত্র নাকহে বচনে ॥
তাহাদেখি দুইজনে পুনই পুছিল ।
দুইকহে গুরুজনে কথা নাবলিল ॥ (৭৯)
মোরাদুই কেমনেতে কহিব বচন ।
কথাশুনি রণহবে জানি রাজামন ॥
ছলকরি রাজাসনে তোপ গারতেতে ।
নানাকথা আলাপিয়া আসিল তহিতে ॥(৮০)
রাজাজ্ঞাতে তিনজন রাখি কারাঘরে ।
বার্ত্তাশুনি রণসাজে রাখৈর ঈশ্বরে ॥
রাখৈরেশ্ব বলে শুনভাই পুত্রগণ ।
রাজপুত জাতি মোরা ধর্ম্ম সনাতন ॥ (৮১)
সম্মুখে মরিলে যায় বৈকুণ্ঠ ভুবন ॥
বিমুখ হইলে সত্য নরকে গমণ ।
জেষ্ঠআর পুত্রবলে যেআজ্ঞা তুমার ॥
এইমতে কতদিন উদ্যমে সমর ॥ (৮২)
আশ্বিন কৃষ্ণা দশমী পিতৃগণ লাগি ।
সমর্পণ কৈল কৃষ্ণে কৃষ্ণ প্রীতিলাগি ॥

---

সনা খুত্তা তোঙজৈ শিন্নরম্নগা ॥ (৭৬) সিদগী ফংবনি হায়বনচিংবা মরোনমরি অমা ফাওবা হায়রমদনা সঙ্গাইদা হাল্লক্লে । অহুগী সুমিত্তগী কোম্মুং কাবা তোকখ্রে । নোঙডানবদা অস্থম তৌখ্রেহায়না পাও অসি মণিপুরদা শেং কাইনা নিনখ্রে । লৈপাক্লা ঙাংনৈ শোয়দনা লান থোক্লরগনি হায়না ॥ (৭৭) অহুগী তুংদা সুমিং কয়ানি লৈরবা তুঙদা শুরচন্দ্র নিঙথৌনা, রাঙখৈরাকপগী মনাও ইবুঙো ঙাঙবাসনা কালাসনা, অহুগা সনা কোলিনা পোকপা, কোম্বীরৈসনা ফমনা সঙ্গাই সঙলাকপা অহম্নী য়াম্না থৌই । (৭৮) অহুম অসি সঙ্গাই মনুংদা কৌশিন্দুনা রা হংডি ইচা ইবুঙো লৈপাকনা লানগী রা ঙাংনরিবা অসিবু অচুম্বরা অহু তাবদা কোম্বিরৈম্নানা রাখল তৌই । ঐনা অসেংবা হায়রবদি য়াম্না জঞ্জাল ওইনবতাই অহুনদি অফবা ওইরোই । (৭৯) অহুগা অসুক অহন ওইরবা ঐনা ওইদবা মিনম্বা রাম্ন করম হায়গনি অসি খন্দুনা খুমড্রে অহু উবদা ঙাংবগা কালাগা অনিদা অমুক হংডি । অনিনা অমুক হঙ্গংলি ঐখোয়গী ইথক থোংবা গুরুজলনদি খুমত্রগা ঐখোয় অনিনা খুম্বা ডমলোয় য়াদ্রে । (৮০) নিংথৌনা তোইনা হংবদা অহুম খুমড্রে অহু উবদা নিংথৌনা লাল তৌবতাই লেপখ্রে । অহুগী তুংদা নিংথৌনা রাম্নি অতোপ্পা শাহনা তোপ গারোং তান্না লাকমিনরে । (৮১) অহুগা নিংথৌনা য়াথং পিহনা মথোয় অহুমসি কারাঘর ( জেলদা ) থমখ্রে । পাও অসি তাবদা রাখৈরাকপা লাল কুইররোই খন্দুনা তৌগদবা থৌরাং লাংশিল্লি অহুগা মচা ইবুঙো শিং কৌশিন্দুনা রা তাম্নৈ নিংথৌ মচা ঐখোয়দি লান্দা শিবা হায়বসি সনাতন ধর্ম্মনি । (৮২) মাইওন্দনা শিরগা বৈকুণ্ঠ কাই । চেন্দুনা শিরগা নোরোক তাই । অহু তাবদা মচা ইবুঙো অহুম্না হঙ্গংল্লি ঐখোয়না পামজবসু অহুনি অসি হায়নহনা লালগী থৌরাং তৌহনা সুমিং কয়ানি কৈখ্রে । (৮৩) অহুম্না লৈরকপা অসিনা লাংবন থা য়োরহনা ২৫নি পানবা দিন্দা পিতৃ লোক্তি

বহুজন মিলি তাহা প্রসাদি সেবন ।
তাহাদেখি রাজদূত নৃপে কহিলেন ॥ (৮৩)
যুদ্ধলাগি রাঙখৈরেম্ব অন্ন ভুঞ্জায়েন ।
আজিরাত্রে যুদ্ধহবে নিশ্চয় সাজন ॥
শুনিরাজা লোকদিয়া তদন্ত করিল ।
ভোজনের সর্ব্বলোক গতাগতি কৈল ॥ (৮৪)
বহু লোকদেখি সবে প্রত্যয় করিলা ।
নিশ্চয় সংগ্রাম হবে নৃপে বুঝাইলা ॥
আজ্ঞাদিয়া রাজাপুরে দরবার কৈলা ।
মণিপুর শুরবৃন্দ সকল রহিলা ॥ (৮৫)
রাজাবলে রাঙখৈ ধরিদিতে কেপারিবে ॥
পুনঃপুনঃ রাজাবলে মৌনি লোক সবে
রাঙখৈরেম্ব গুণভয়ে কেহ না উত্তরে ।
রাজার প্রসাদ দিব বলে বারেবারে ॥ (৮৬)

রাজার মলিন দেখি তরুং সুবিদার ।
আমি যায়াধরি আনি তাহে কিবাভার ॥
শুনিরাজা অতিসুখে প্রসাদ দিলেন ।
পঞ্চাশ সিফাহি সঙ্গে সত্বরে গমন ॥ (৮৭)
রাঙখৈরেম্ব ঘরেশীঘ্র আসি উত্তরিলা ।
সেইকালে রাঙখৈঘরে পুরুষ অবলা ॥
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবগণ প্রসাদ খাইলা ।
ভোজনের কালে আসি প্রবেশ করিলা ॥৮৮॥
দেখি রাঙখৈরেম্ব আয়াইমা চাওতন ।
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব সেবে নাকরে ভোজন ॥
দেখি রাখৈ এসবলি মর্য্যাদা করনে ।
কিবাকাজে এলাতুমি আমার সদনে ॥ (৮৯)
সুবিদার বলে আসি রাজাজ্ঞা কারনে ।
কিআজ্ঞা বলয়ে কহ শুনাব আপনে ॥

দমক কৃষ্ণনা পেনবীনবা হায়বুনা উসোপ কৎলি। খর চাওনা কৎতুনা মীয়ু য়ায়া লাংঙে অহু উবদা নিংথৌগী মনাই ছুৎনা নিংথৌদা হঙ্গংলরে। (৮৪) রাখৈরাকপা লালগীদমক লালচাক খাংলে ওসি অহিং শোইদনা লান থোক্লগনি। অহু তাবদা নিংথৌনা মনাই থাহুনা অশেংবা শেংদবা য়েংহল্লি অহুদা উসোপ অহুগী মী ময়ায়া হন্দোক হল্লিন চৎপা। (৮৫) মীয়াম অহু উবদা অওইবা ওইনা নিংহুনা শোইদ্রে হায়হুনা নিংথৌদা হঙ্গংলে অহু তাবদা অকন অথৌ কৌশিল্লুনা দরবার তৌই অহুগা কোম্বুং ভাকনবা মাইগৈ মরিদা লানথোং শিনথ্রে। (৮৬) কোম্বুংদা দরবার ময়াইদা নিংথৌনা হাইরকই অকন অথৌ কনা কনানো রাখৈরাকপবু ফাবা গুমগদবা নিংথৌনা তোইনা তোইনা হ্যবনু কনায়ু খুয়দে মক লুকুনা লৈবৈ রাখৈরাকপবু কিনবদগী। নিংথৌনা মনানাটিংবা কম পিগে হায়রকই। [৮৭] কনা অমনা খুমদবা নিংথৌনা মাই ভাংবউবদা তরুং সুবিদারনা মহারাজ ইবুঙো ননাই কারুগে মাবু ফরি কিরুগদগে। অহু তাবদা নিংথৌনা নংমা পাম্বা মনা পিরবনি। সিফাই ৫০ পুখো য়াথং পিরে। [৮৮] সনা য়াথং পুহুনা তরুং সুবিদার লাকপনা রাখৈরাকপগী য়ুম য়োরল্লে [নৈরিবা মকমসি হৌজিক থাইরম্বা লৈরিবা ভাতব ওইহুনা অনাবা য়েংলিবা মকম অসিদমি] মানা থুডলবা মতম অসি উসোপকী প্রসাদি কওবা মতম ওইহুনা মুপী অভাঙ ব্রাহ্মন বৈষ্ণব থিবিক প্রসাদি কওনরি তথাই চনবা মতমদা চংলকই। [৮৯] মতম অহুদা রাখৈরাকপগা মনা য়াইমগা চাওতোনয়াগা অহুম অসি প্রসাদি কওবা য়াওদে ব্রাহ্মন বৈষ্ণবশী সেবাগীদমক লৈবনি তরুং সুবিদারনা সিফাইনা থোজাদা থনয়াগা মবত্তা চংলকই

যে তে হয়া এইক্ষনে রাজার আলয়ে ।
রাখৈরেশ্ব বলে ভাল আমিসে আসিয়ে ॥(৯০)
প্রসাদ খাইয়া আমি আসি সায়ংকালে ।
এখনে আসিতে আজ্ঞা সুবিদার বলে ॥
তাহাশুনি লৈরেনম্বা ক্রোধিত অন্তর ।
লুটাধরি রাঙ্গাচক্ষু দংশিয়া অধর ॥ (৯১)
ওরেশুন সুবিদার আমার বচন ।
তোমার সমান বীর নাহিক ভুবন ॥
মানিলে ডাকিয়া আনি নামানে ধরিয়ে ।
এইলাগি ধরিবারে তুমিত আসিয়ে ॥ (৯২)
ভালহৈল ধরধর বলিয়া প্রবেশে ।
প্রতাপ দেখিয়া ভয়ে নাকরে পরশে ॥
মনেভাবে সুবিদার হস্তেতে কামান ।
কক্ষে ছুড়ি বাহুঅস্ত্রে বলেতে সমান ॥ [৯৩]
কেম্নে লাফদিয়া বলে তাহাকে ধরিয়া ।
মারণ করিব আমি ভূমে আছাড়িয়া ॥
এতভাবি ক্রোধ ভয়ে প্রবেশ করেণ ।
অনিমিষে চায়ে দুহু নয়নে নয়ন ॥ ॥ [৯৪]
সুবিদার ভাবে যায়া গৃহ বাত্তি দ্বারে ।
দ্বারেতে কামান বাজি মারিবে তাহারে ॥
এতভাবি পিছে গিয়ে মুখ নাফিরায়ে ।
লৈরেন প্রবেশ করে সুবাদার ফিরিয়ে ॥[৯৫]
দেখিয়া লৈরেন কহে শুনহ সুবাদার ।
মানিলে আনহ ভালে নামানিলে ধর ॥
এইআজ্ঞা কিবা তোরে দিয়াছে রাজন ।
সুবিদার বলে সত্য ধরিয়া নিবেন ॥ (৯৬)
শুনিয়াতে লৈরেনম্বা অতি ক্রোধকরি ।
পারিধরি নেও তুমি নাপারিলে মারি ॥

মাবু উবদা রাখৈরাকপনা য়াম্না বেভার তৌনা কৌশিলি করম্বা মরমগী লাকপগে হংস্তি। [৯০] সুবিদারনা সনা য়াথং পুহনা লাকপনি রাখৈরাকপনা হায়য়ু হায়য়ু করম্বা সনা য়াথডনো। সুবিদারনা হৌজিকমক সনা কোম্মুংদা লেঙকউ হায়রকই। রাখৈরাকপনা কনি কনি সুবিদার। (৯১) প্রসাদি ফডলগা মুমিদাঙ রাইদা লাকচগে হঙংলু। সুবিদারনা হৌজিকমক লাকতবা য়াদে হায়রকই। অদু তাবদা মচা ইবুঙো অহল লৈরেন সনা, প্রসাদিগী খুজাই অদু পাইরগা শাওহনা খাচিক্লনা হায়রকই। [৯২] ওরে হে সুবিদার ঐগী রা তাও লৈপাক অসিদা অকনবা অসি নথন্নদা ডাইবা তারে হায়রিবা রাঙাং অহুদি য়ারগা কৌরকউ য়াত্রগা কাহনা পুরকউ হায়বা তারে অদুনা তশেঙবদি কাবা লাকপাতায় ঙমগনি লাক্লবনিনা। [৯৩] য়াম্না করে ফারো ক্বারো হায়হনা চঙ-শিল্লি প্রতাপ অদু উবদা কিদুনা কাবা ঙমদে। লৈরেম্বানা থল্লি সুবিদারসিদি মথুত্তা নোঙমৈ পায়রি নাকতা ছোরি থেংলি খুৎলাই মানা হেল্লি। পাজলদি মান্নরবস্তু। [৯৪] কমদোনা চোঙশিল্লনা মাবু ফাশিগে লৈপাক্তা কমদোনা নমথসিগে অসি থন্দুনা থর থর চঙশিল্লি মিং কুপনদনা য়েঙনৈ। [৯৫] তরুং সুবিদারনা খনবনা থর থর হন্দোক্লনা থোঙ্গাল কাওবা থোক্লগা থোঙ্গাল য়ৌবদা নোঙমৈনা কাপুনা হাৎক্কে খন্দুনা তুঙলোমদা খজিক খজিক নিংহননা মাইথি লৈদনা হল্লকই। লৈরেনম্বানা চঙশিনবা সুবিদারনা হন্দোকপা। [৯৬] অদু উবদা লৈরেনম্বানা করিনো সুবিদার কোম্না লাক্কে হায়বদা য়ারগা লাকউ হায়রমলগা হল্লো য়ানিঙত্রগা ক্বারো করিগী হন্দোকই করম্বা সনা য়াথঙ পুহনা লাকপনো। সুবিদারনা তশেঙনা কাবা লাকপনি শোইদনা কাগদৌরিবনি

কিলাগি সুব্দার তুমি ফিরি পালায়ন ।
নাপালাহ ক্ষেত্রিধর্ম্ম দেখাহ এখণ ॥ [৯৭]
এতবলি লৈরেনম্না বায়ু বেগে গিয়া ।
জয়রে গোবিন্দ বলি দশনে চাপিয়া ॥
একলাম্ফে হাতের বন্দুক কারিফেলে ।
লুটাদিয়া তারমাথা ভাঙ্গায়া ফেলিলে ॥ [৯৮]
হাহাবলি সিকাইগণ ভাজি পালাইল ।
সেখায়েতে সুবিদার মুচ্ছিত হইল ॥
রাখৈরেশ্ব বলে বাপু নাম্মার এদ্ভুত ।
কথাশুনি ফিরাইয়া আসিল তুরিত ॥ [৯৯]
এথাতরুং উঠি চলে ক্রোধিত অন্তর ।
লানশোম্বি দাড়াইয়া লইয়া সৈন্যের ॥
কামান মারিয়া রহে মারমার বলি ।
এথারাখৈ পুত্রগণ বলে মহাবলি ॥ [১০০]
কামান খরিয়া হুহে ঘুরতর রণ ।
শ্রীলাইশ্রবা তরুং সুবিদার প্রধান ॥
গুলিখায়া পড়িলেন রণের মাঝার ।
সৈন্যভাঙ্গা পালাইল পুরের ভিতর ॥ [১০১]
এথা পুরবার্ত্তা শুনিঅদ্ভুত হইলা ।
তপবাজি তারগৃহ ভাঙ্গ আজ্ঞাদিলা ॥
রাজার প্রাচীর হৈতে নারেংব পোইলা ।
তপ গার তের লোক সাজন করিলা ॥ [১০২]
তপ সন্ধানিয়া মারে রাখৈরেশ্ব ঘরে ।
জগমুহন গৃহোপরে আগুণ পড়ে ॥
অগ্নিউঠী সর্ব্ব গৃহে ভস্মাহয়া গেল ।
ধনসম্পদ যতেক সকল নাশিল ॥ [১০৩]
হায়হায় বলিলোক অনেক কান্দিল ।
নিজগন লয়াতবে দরবার কৈল ॥
খড়্গদংশি যুদ্ধ লাগিনিশ্চয় করিল ।
স্ত্রীবাল বৃদ্ধক লাগি বিচারে সকল ॥ [১০৪]
অর্ধ্বৃবন্ধের রাহেংব গ্রামেতে রহোক ।
এতকহি বিদাইল স্ত্রীবৃদ্ধ বালক ॥

(৯৭) অহু তাবদা লৈরেন ম্না থমথেংনা শাওহুনা, ওম্লগা কারো, ওমত্রবদি নথরাই লৌব তাই। লাইবক য়েংনরসি করিগী হুন্দুনা চেল্লি চেনগম্ম ক্ষেত্রী মচাগী লাইবক য়েংনসি। (৯৮) অসি হায়রগা লৈয়েন ম্নানা য়াংনা চংশিন্দুনা গোবিন্দনা জয় ওইরে লাওরগা খা চিকুনা চোংশিল্লগা নোংমৈহু মুনহুনা হন্দোকখ্রে, অহুগা খুজাই অহুনা মকোক্তা থাই॥ (৯৯) অহু উরদা সিকাই-শিংহু হাই হাই লাওনহুনা কাইহুনা চেনখ্রে। চৈথা অহুদা তরুং সুবিদারহু রাম্বহুনা তুখ্রে। মখা তাগদবদা মপাবুং রাখৈরাকপনা ইবুঙো হুংনি হাংহৈদে লাওরকই তাবদা মখা তারমখ্রে অহুম হজিল্লরে। (১০০)অসোমদা তরুং সুবিদার জ্ঞান লাকুনা হৌগংলগা হন্দোকখিহুনা লানশোনবিদা চেনখিবা সিকাইগা লোয়ননা লৈরগা শিয়ু শিয়ু হায়হুনা নোমৈ কাপলকই। অহুউবদা রাখৈরাকপগী মচা ইবুঙো অথৌবাশিংগা। (১০১) নোংমৈ কায়বদা লাইশ্রব তরুং সুবিদার মরাইবক থিহুনা গুলিনা পান্দুনা তুরে মতুং ইনবা সিফাই ৫০ চেনখিহুনা কোন্নুং য়ৌখ্রে পাও মতখ্রে। (১০২) পাও তাবদা অওকপা ওইহুনা তোপ কাপ্পুনা মঙুম থুগাইরো য়াথং শিরে। য়াথং কংবদা নারেংবম পোইলানা চেকপন মতোন্দা তোপগায়োংনা সেম্বা শাখা য়াওহুনা। (১০৩) তোপ সন্ধান থাহুনা কাপ্পদা রাখৈরাকপগী জগমুহোনগী যুমথক্তা পান্দুনা মৈ হৌহুনা চাক্লে, পোৎ-চৈ লন-থুম তৈজবা পুম্নমক চাকখ্রে কনবা ভমহৌখ্রে।

তখনে মাতাকে বীর স্মরণ করিল ।
যাত্রাকালে মাতাপদে প্রণাম সকল ॥ [১০৫]
শুনশুন ওগোমাতা নিবেদি পায়েতে ।
গুরুমধ্যে মাতাসম নাহিক জগতে ॥
দশমাস গর্ভধারি কতদুঃখ পালি ।
জন্মেজন্মে মাতৃঋণ শোধিতে নাপারি [১০৬]
আজ্ঞাকর মাতাআমি সংগ্রামেতে যাই
শুনিয়া পুত্রের বাণি পতিব্রতা মাই ॥
শুনওগো পুত্রগণ মায়ের পরাণ ।
সংগ্রামেতে জয়াজয় কর্ম্মেতে ঘটন ॥ [১০৭]
যথাতথা নাবিস্মর নাম গোবিন্দের ।
হৃদয় মন্দিরে রাখি শ্রীমুর্ত্তি তাহার ॥
রনেতে বিমুখ নাহি হও কদাচন ।
পিতৃপিতামহ গুণ করহ পালন ॥ [১০৮]
হরিমাতা হরিপিতা হরিসে কেবল ।
গোবিন্দে অর্পিয়া করে কর্ম্ম যে সকল ॥
বিপদ সময়ে বাছা আমাকে নাস্মরি !
আমি আসি তোর দুঃখ মুচিতে নাপারি(১০৯)
মুখভরি হরিনাম জপ নিরন্তর ।
মোরজ্ঞান যতইতি সকলি নিস্তার ॥
এতশুনি পুত্রগণ সজল নয়নে ।
সপ্তবার প্রদক্ষিণ করিল তখনে ॥ [১১০]
মাতার চরণামৃত পিয়েকণ্ঠ ভরি ।
মাতার শ্রীমুর্ত্তি দেখে নিজনেত্র ভরি ॥
এমত বিদায়া রহে রাহেংবা গ্রামেতে ।
বীরবস্ত্র পরিধান সকল অঙ্গেতে ॥ [১১১]
উসব সিজমচাসিং আর মুত্তাসিংহ ।
মোইরাং যদুসিং আর ক্ষেত্রি তোম্বাসিংহ ॥

(১০৪)হায়হায় লাওদুনা কয়া কপনৈ, রাঙ্খৈরাকপা মাগী মীগা লোইন্দুনা দরবার রাতমৈ । থাং চিক্লদুনা লান চংবা হায়না লেপ্নরে, চুপী অভাং অশোন্ অনাগী থম্নবদা । (১০৫) শগোলবন্দী রাহেংবম লৈকাইদা থম্লসি হায়দুনা পুম্নমক লৈহনখ্রে । মতম অদুদা রাঙখৈরাকপনা যাত্রা তৌরমদাইদা বৃদ্ধ মাতা নিংশিংদুনা পুম্নমক চংদুনা খুরমই । (১০৬) তাবিয়ু জননি ইমাগী চরন্দা খুরমজরি, গুরু পুম্নমক্তগী অথোইবা গুরুনি, থা তরা গর্ভধারন তৌদুনা অরাবা কয়াগা লোয়ননা য়োকশিরকপনি মপোক কয়াদা ইমাগী লমনশিংবা ভমদবনি অদুবু হৌজিকসু সেবা থাদুনা লান চংবা তাই । (১০৭) য়াথং বিদায় পিনবিয়ু লানকমদা চংজগে, মচাশিংগী ভক্তি উবদা বৃদ্ধারাণী সতীনা ইমাগী থরাই ওইবা ইচাশা ক্ষেত্রি মচানিনা নরাইবক য়েঙজৌ, অদুগা লান্দা জয় ওইবা মাইথিবা হাইবা অসিদি ঈশ্বরগী কৃপা কর্ম্মগী মতুংইনবনি । [১০৮] অদুগা মক্ম মক্ম খুদিংদা গোবিন্দগী নাম কাওগনু থম্মোয়দা নবুঙোগী শ্রীমুর্ত্তি থমজৌ অদুগা গুল্লোইদবা লৈরগা লান হৌরুনু, হৌরুরবদি হন্দুনা চেনগনু । গুরুজনগী মগুণ ভাকউ । [১০৯] শ্রীহরিনা ইমানি, ইপানি অরেপ্পসু ইবুঙো মাতনি অদুনা তৌরুবা পুম্নমক গোবিন্দদা কৎলু নংনা রাররুবা কান্দা ইমাবু কৌগনু ইমানা লাকুনা নংগী অরাবা কল্লবা ভমগদবা লৈতে, নবুঙো গোবিন্দ কৌ, নবুঙোতনা নঙগী অরাবা কনগদবনি । থৌবোম থম্না নবুঙোগী নাম শোল্লু, নাম শোনবা অদুনা ইমাগী লমন শিংবা শকচৌ । অদ্ তাবদা মচাগী মথৈনা মিত্তা পি তাদুনা য়েংওইননা তরেৎলক কোয়দুনা খুরম্মি । (১১১) বৃদ্ধমাতাগী চরনামৃত থকনৈ, শ্রীমুর্ত্তি য়েংজদুনা প্রেম তৌজৈ, অসুম্না বিদায় লোরগা রাহেংবম লৈকাইদা তেঙ্গোল

খুমনথেম্বা চাওবা আর ফুরেম্বাসিং ।
নাহাকপা তোম্বাসিংআর রাহেংবা মোম্বাসিং ১১২
ইত্যাদি অনেক সৈন্য নাহিক গনণ ।
যারতার অস্ত্রসব অপার সাজন ॥
রাজ্যের শ্যালক সনরিক চনিংসিংহে ।
সেনাপতি দিয়াতারে সৈন্যগণ রহে [১১৩]
পুরমধ্যে টিকেন্দ্রজিৎ সাজন করিয়া ।
উত্তর দ্বারেতে যায়া বহুসৈন্য লয়া ॥
নাগ নদীতীরে আসি রণ প্রবেশিল ।
তাদেখিয়া সনরিক প্রবেশ করিল ॥ [১১৪]
মারমার কাটকাট হইল ডুমুল ।
কেহকারে নাহিজিনে তুল্য দুইদল ॥
কাটাকাটি বহুতর নাভাঙ্গে সকল ।
গুলেগুল খড়গাখড়গা বন্দুকেবন্দুল ॥ [১১৫]

দিনব্যাপি বহুরণ শ্যামের সময়ে ।
সনরিক পড়িলেণ সৈন্য ভাঙ্গ হয়ে ॥
তাহাদেখি রাজ্যেরেশ্বর জ্যৈষ্ঠ দিনচন্দ্র ।
আরজ্যৈষ্ঠ গজেশ্বর দাসসে যোগেন্দ্র ॥ [১১৬]
লৈরেনম্বা চাওতোনম্বাদি পুত্রগণ ।
শ্রীকোম্বীরৈ স্মার পুত্র জ্যৈষ্ঠ সনাহন ॥
স্নায়াইমা গোপালম্বা আর বিশ্বম্ভর ।
শ্রীস্নাতোম্বা আদি করি যতবীর বড় ॥ [১১৭]
একত্র প্রবেশ করে খড়্গা হাতলয়া ।
সঞ্চান উড়িয়া যেন আগে আগে ধায়া ॥
নাসহিয়া পুরসৈন্য পিছেপিছে গিরে ।
সন্ধ্যাহয়া রাত্রিকালে অন্ধে ঘুরতরে ॥ [১১৮]
টিকেন্দ্রাদি সৈন্যগণ প্রবেশিল পুরে ।
দ্বাররুদ্ধ হয়ারহে প্রবেশ নাপারে ॥

---

পৈহুনা মাগী মাগী বীরবেশ শেত্তুনা খুৎলায় শাজোন থৌরাং লোইখরে । (১১২) উশম সিজমচা সিং,মুতুম মুন্বাসিং, মোইরাংথেম যদুসিং, ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বাসিং, খুমন্থেম চাওবাসিং, খুমন্থেম ফুরেম্বাসিং নহাকপম তোম্বাসিং, রাহেংবম মোম্বাসিং। (১১৩) অসিনচিংবা তেঙ্গোল কয়ানি, থাবদা লোইবা ডগ্নোয়, মশামশাগী খুৎলায় শেমহুনা পৈরে, রাঙথৈরাকপগী মশেনম্নুপা সনরিক চংনিংশিংদা সেনাপ্তি হাপলে। অম্নুম্না লান চঙগদবগী সাজোন লোইখ্রে। (১১৪) আসোমদা কোন্নংদা কোইরেং সেনা- পতিনা তেঙ্গোল পুহুনা, অরাং থোঙদা থোরক্নুনা নাগ তুরেন মপান্দা লান চঙলক্লে, অদু উবদা সনরিক সেনাপতি লান চংহুনা কোইরেংগা পানৈ। [১১৫] তেঙ্গোল অনি মায়োক্নদুনা শালাওথোন লান লাওথোন লাওনদুনা হাংলু ককউ হায়নদুনা লান পানৈ, তেঙ্গোল অনি অমনা হেন্দে অমনা রাংতে, ডম্নদে থাঙ্গ থাঙ্গ তাগা তাগা নোংমৈগা নোংমৈগা মপা মপা পানৈ [১১৬] মুঙথিল অদুম্না য়াম্নবদা ঈনা তুরেন ওইখ্রে, মুমিৎ তারমদাইদা সনরিক সেনাপ্তি লান্দা তুদুনা রাঙথৈরাকপগী তেঙ্গোল কায়রে। অদু উবদা রাজ্যেরাকপগী ময়াম্বা য়াইমা দিনচন্দ্রম্না অহুগা ময়াম্বা অহল শামু হঞ্জবা মাগী মনাই অচানবা যোগেন্দ্রসিং অথৌবা। (১১৭) রাজ্যেরাকপগী মচা ইবুঙো লৈরেনম্বা পাকাম্বা চাওতোনম্বা নচিংবা অহুগা কোম্বীরৈম্বা জেন্দা লৈথ্রিবা অহুনা পোকপা সনাহল সনায়াইমা গোপালম্বা বিসম্ভরম্বা স্নাতোম্বা অসিনচিংহুনা অথৌবা থিবিক। (১১৮) অমত্তা ওইহুনা তিল্লগা চুক্লোই থাং পায়দুনা খুমুথরং পাইবগুম লান্দা চেনশিল্লি, থাজবা য়াক্রদুনা নিংথৌগী তেঙ্গোল অসি তুঙ লোমদা গর গর হন্দোকই। মতম অসি থাসিরমদাই ওইবনা মুমিৎ তাথিবগা পম্নপ পম্নপ মমশিনখ্রে

ফিরিল রাখৈর সৈন্য দুঃখে ভাবিমনে ।
বিচার করিয়াছে সিংথা মরিনস্থানে ॥ (১১৯)
পূর্ব্বে রাখৈ ইর পতি দিনচন্দ্র নাম ।
মাইপাক রাখৈ পতির জেষ্ঠ্য মধ্যম ॥
কনিষ্ঠ চাহিয়া কহে শুন প্রাণভাই ।
ফিরিয়া লম্ফেয়ে রহি নিশি অবশাই ॥ (১২০)
প্রভাত হইলে পুন কপাল দেখিব ।
রাখৈরেশ্ব কহেদাদা রণে নাফিরিব ॥
জিয়েভাল মৈলেভাল কপাল দেখিব ।
ভালবলি স্বীকারিল জ্যেষ্ঠ আরসর্ব্ব ॥[১২১]
মাইপাক সেনাপ্তি হয়া করিল গমন ।
চিরাইর দ্বাররুদ্ধ দেখিয়া তখণ ॥
মন্ত্রবলে দ্বারখুলি প্রবেশ করিল ।
রাত্রিমধ্যে ঘুরতর বহুরণ কৈল ॥ (১২২)
খিঙঙুজাম্বা আর নাওরেম্বা মহাশুর ।
খিঙ্গোবাদি কতজন পড়িল সমর ॥
প্রথম যে গোর হৈতে দ্বীতিয় প্রবেশ ।
তাহাদেখি তপবাজি নাপারে প্রবেশ ॥(১২৩)
তপের প্রতাপে কেহ না পারে গমন ।
সেইকালে প্রাতহৈল উদয়ে অরুণ ॥
সেসময়ে দুইভাগ রণের মাঝারে ।
একভাগে রাখৈআদি প্রবেশ সময়ে ॥ (১২৪)
আরভাগে দিনচন্দ্র চাওতনসিংহ ।
সনাতোম্বা আদি করি বীরগণ সহ ॥
কংলামুখে অতিযত্নে প্রবেশ করিল ।
খড়্গাবাকে কোনজন বিরুদ্ধ নাহৈল ॥ (১২৫)
ওথা রাখৈ তপদেখি ক্রোধিত অন্তর ।
ছিন্নচায়া লাম্ফে ঝম্ফে গমন সত্বর ॥

(১১৯) কোইরেং সেনাপ্তিগী তেঙ্গোল অসি থাংবা ঙমদ্রবদুনা কোন্নুংদা চেনশিনখ্রগা থোংজাও লোনখ্রে থিংখ্রে চংবা য়াদ্রে। উপাই উদ্রবদুনা রাখৈরাকপগী তেঙ্গোল অসি থরাই মুংভাইতনা হন্দোকুনা শিংথা মরিন মপান্দা দরবার তৌন্দুনা তেঙ্গোল পৈয়ে। (১২০) হায়া রাখৈরাকপা ওইরম্বা রাখৈরাকপগী ময়াম্বা য়াইমা দিনচন্দ্র সনানা মনাও য়েংদুনা হায়রকই ইনাও ইবুঙো মাইপাকন্না রাখৈরাকপা হৌজিক অহিং ওইখ্রে অদুনা লম্ফেল্দা হন্দোকুনা তেঙ্গোল অসি অহিং অসি থাংলগা। (১২১) হয়েঙ নোঙঙাল্লগা লাল চঙসি লাইবক য়েঙসি রাখৈরাকপনা য়াম্নুঙবু লাল অসি হন্দোক কদুসি হিঙলে করে শিরে করে লাইবক য়েঙঙসি। করে হায়দুনা ময়াম্নুং অনি মচাশিং তেঙ্গোল য়ানরদুনা অমুক থৌরাঙ তৌদুনা। (১২২) মাইপাক রাখৈরাকপনা সেনাপ্তি ওইদুনা যাত্রা তৌদুনা চঙলক্লে। চিরাই দ্বার অরাঙ থোঙজাও থিঙবা উবদা মন্ত্রগী শক্তিনা থোঙ হাংদুনা চঙলক্লে অহিঙ অদুদা কোন্নুঙদা অকনবা লাল থেঙনৈ। (১২৩) অরাঙ থোংদা কাপ্পবদা থিঙঙুজাম্বা অদুগা নাওরোইবা খিঙ্গোবা অসিনা চিঙদুনা থোঙপুবা সুবিদারশিঙ তুরে শিরে। অহানবা গোর অসি কাইরদুনা অনিশুবা থোঙ গোর য়োরকপদা তোপনা কুঙনা কাপখিবনা লানশিনবা য়াদ্রে। (১২৪) তোপকী প্রতাপনা কনবদা চঙনবা ঙমনদদুনা নৈরকপদগী নোঙঙাল্লকলদুনা মুমিং থোরক্লে। অদুদা রাখৈরাকপগী তেঙ্গোলসি অনি থাইদোক্লে। অমনা রাখৈরাকপনা চিঙদুনা লাল চঙখি। (১২৫) অদুগা অমনা ময়াম্নুঙ য়াইমা দিনচন্দ্রনা চিঙদুনা চাওতোনম্না মচা ইবুঙো সনাতোম্বনা চিঙদুনা খোংগল ইল্লি। কঙলা তমনা চঙখ্রে থাং নৈদুনা বাক্তা কদমদা চঙখিবদা কনা অমনা

প্রতাপ দেখিয়া লোক ভাঙ্গিয়া পালায়।
রহরহ বলিরণে ধায়াধায়া যায়॥ (১২৬)
তাহাদেখি কতলোক কামান মারয়।
আগপাছ ফিরাফিরি রণমধ্যে যায়॥
হেনকালে গোপালস্না বেগেতে ধাইয়া॥
মানকচু ছেদ্দযেন অনেক কাটিয়া॥ (১২৭)
ময়ূর নাচনি তেন খড়্গ যে ফিরায়ে।
তাহাদেখি পূনতপ সন্ধান করয়ে॥
ক্রোধে লাফি তপমুখে বান্ধি নিজহস্ত।
তপসনে উড়াইয়া পড়িল দুরস্থ॥ (১২৮)
জংঘেতে বিন্ধিয়া পড়ে রণের মাঝার।
আরতপ বাজি বিন্ধে রাজ্যের ঈশ্বর॥
লৈরেনস্না চোংথামিয়া দুহে খড়্গরণ।
বিদ্যাবল সমানিয়া অদ্ভুত লক্ষণ॥ (১২৯)
একবাকে দুইবাকে আরতিন বাকে।
খড়্গাখড়্গা কিরাকিরি ভয়ে সর্ব্বলোক॥
নয়নে নয়ন দেখে রাংগা ময় নেত্র।
দক্ষদিগে লাফদিয়া বামফিরে মাত্র॥ (১৩০)
খড়্গাখড়্গা থেকাথেকি পড়ে ভুমিতল।
মটরের বীজ যেন ভুমে গড়াইল॥
পুনঃউঠি দুইবীর খড়্গাখড়্গা তারে।
চর্ম্মেচর্ম্মে বিন্ধিকরি অঙ্গেতে নামারে॥ (১৩১)
খড়্গাগ্রে কাটিয়া বর্ম্ম চামার যেমন।
ঘামসনে রক্তবহে যেন গঙ্গাস্নান॥
সর্ব্ববস্ত্র রাঙামর ঘনঘন শ্বাস।
পুনঃ পিছেপিছে করি নাকরে প্রবেশ॥ (১৩২)
ক্ষণে আরামিয়া পুনঃ লাফে লাফ তারে।
ময়ুর নাচনি যেন আগে পছে ফিরে॥

থিওবা ওমখিদ্রে। (১২৬) অসোমদা রাজ্যেরাকপনা তোপ কাপলিবা অদুগী অহাওবা য়েংদুনা কন কন চোওশিল্লি মাগী প্রতাপ উবদা তেঙ্গোল কাই কাইদুনা চেল্লি। লৈরম্ম, লৈরম্মু হায়দুনা অরংপা লৈতনা চঙলকই। (১২৭) অদু উবদা মীয়াম্না ওনশিন্দুনা নোংমৈ কাপই গুলি মরক্তা দুৎ দুৎ লৈদুনা অরংপা লৈতনা চঙশিল্লি। মতম অদুদা সনাকোলিগী মগু কোম্বীরৈসনাগী মচা গোপালস্না য়াংনা চঙশিল্লকুনা মীয়াম অদু পাংথোক য়েনদেম শোয়বগুম ককথে। (১২৮) বসন্তদা রাহোংনা জগোই শাবগুম থাঙ্গী জগোই শাই অদু উবদা মাবু তম্না তোপ সন্ধান থাজিল্লকই অদু উবদা শাওদুনা তোপ মচিন লৈথোক্কে হায়দুনা মথুংনা মেল্লুবদা তোপ মরুনা চেন্দুনা অরাপ্পদা তাখ্রে। (১২৯) থৈগন্দা পান্দুনা লান্দা তুপ্রে। অতোপ্পা তোপ অমা কাপলতুনা রাজ্যেরাকপদা পান্দুনা তুপ্রে। অদুগা লৈরেনস্নাগা চোংথামিস্নাগা অনিসি থাঙ্গী লাল পানৈ মহৈ মাস্নৈ অঙকপনি। (১৩০) থোংকম অমদা অনিদা থাঙ্গা থাঙ্গা লৈনৈ য়েংবদা অকিবা কওনৈ মিংকা মিংকা য়েনৈ মীৎ ভাভনৈ থাঙ্গা থাঙ্গা ভানবনা কেত্তে কেত্তে লাওই গুন্দা হাইবা থাংথোন্না দুই দুই লাওই তাবদা অকিবা ফংডি য়েন্তগী লৈদুনা ওইদা চোংবদা। (১৩১) থাঙ্গা থাঙ্গা য়াম্নবদা লৈপাক্তা তুনৈ থরো থরো ওনবদা মঙ্গল মরু ওনবগুম্নী। ফুক ফুক হৌগৎনৈ চোংশিন্দুনা থাংনা চোপ চোপ য়ানবদা চুঙ্গোইনা থক থক ভাকই। (১৩২) থাংদোম্না থংনবদা মশাগী ফুরিং তংলিবা অদু চামারগুমখ্রে। হয়াঙ্গা লোয়নবা থাংদোন থৎজিবা থাংখুন্দগী ঈগনা মশা লুপনা চোংলি মশাগী ফি অঙুবা মচু ওনখ্রে। পুমঙাও ভাডগ্রে অঙ্গ সগো পাতুনা ভাইহাক হল্লোকনৈ। (১৩৩) ভাইহাক

লৈরেনল্লা বামপাকে মিয়ার দক্ষিণে ।
পূনঃ ফিরিকালে মিয়া ভারয়ে তখণে ॥ (১৩৩)
লৈরেন নিতম্বেতারি ভূমিতে পড়িল ।
অধর দংশিয়া কহে মূর্খ হে চণ্ডাল ॥
তোমালাগি গুরুজন নরকে পড়িবে ।
রণমধ্যে অন্যায়েতে কিবা সুখপাবে ॥ (১৩৪)
এসমূর্খ গলাকাট দাস্ত কুথাগেল ।
ইবোলিয়া রণমধ্যে পরিয়া রহিল ॥
এথা দিনচন্দ্র পূর্ব্বে রাখৈর ঈশ্বর ।
কংলামধ্যে প্রবেশিয়া নাসহে কাহার ॥ (১৩৫)
জয়রে গোবিন্দ বলি সিংহনাদ কৈল ।
নাদশুনি শুরচন্দ্র শরীর কম্পিল ॥
অস্থভ হয়েন বলি দুঃখিত অন্তর ।
নিজ সুখলাগি ভাবে পুরের ভিতর ॥ (১৩৬)

দিনচন্দ্র মেনেউঠি বসিল তখণ ।
দক্ষিণে চাওতনল্লা খড়োর সেবন ॥
বামেতে স্নাতোম্বা রহে সুখিত অন্তের ।
দুহে কহে অগ্নিদিয়া ভাঙ্গি অন্তঃপুরে ॥ [১৩৭]
দিনচন্দ্র কহেবাপু আগুণ নাকর ।
কানাকানি ক্ষণকাল রহিল তৎপর ॥
তপ সন্ধানিয়া মারি বিন্ধিয়া পড়িল ।
আরবাজি কতসৈন্য পড়িয়া মারিল ॥ [১৩৮]
কতজন মরিগেল কত জিয়ে ধরি ।
এইমতে রণশেষ সর্ব্ব শান্তকরি ॥
বার্ত্তাদিয়া আনাইল নিজনিজ জন ।
রাখৈইর ভার্য্যা মাতা আসিয়া দেখেন[১৩৯]
পুত্রগণ দেখি কহে রাখি পিতৃ গুণ ।
সনাতন ধর্ম্ম শ্রেষ্ট তৃপ্ত মোর মন ॥

স্বর হন্দোক্পরগা চোংশিন্নহুনা অমুক পানৈ থাঙ্গী জগোই শান্নবসি রাহোংনা জগোই শাবগুম্বী লৈরেন স্ননা ওইদা লৈবা চোংথামিয়ানা য়েক্তা লৈবা অহুগী হন্নরকপদা চোংথামিয়ানা। (১৩৪) লৈরেনম্নাগী নিংহুদা য়াম্লুনা লেপ্পা য়াদহুনা লৈপাক্তা তুরে লৈরেনসনানা খাচিক্লগা লাওরকই হাই মুর্খ চণ্ডাল নওগী মরিদগী গুরুজল পুম্নমক নোরোক তারগনিদো লালকমগী ময়াইদবু অন্যায় তৌরা। (১৩৫) হাই মূর্খ ওক্তা ককচরো লাও কদাইদা চংখ্রে মিনাই মুপা অসি হায়হুনা লাওই। অহুগা লালয়াইদা তুহুনা লৈখ্রে। অসোমদা চংখ্রিবা রাখৈরাকপগী ময়াম্বা য়াইমা দিনচন্দ্রসনা হান্না রাখৈরাকপা ওইরম্বা কনা অমনা থিংবা ওমদহুনা কংলা য়োরে। (১৩৬) অহুগা গোবিন্দনা জয় ওইরে হায়হুনা জয়সিংহনাদ লাওই অহু তাবদা সুরচন্দ্র নিংথৌ মশা নিকই লান্দা মাইথিরেদনা হায়হুনা রাথল রাই ঐ করম তৌসিগে হায়হুনা অরুবা রাথল থনথখি। (১৩৭) অসোমদা দিনচন্দ্র কংলাগী মেন্দা কারে তোংলে য়েত্রা চাওতোনসনা ওইদা সনা তোম্বনা থৌগল্লে নিংথৌ ওইরে হায়হুনা হয়াওনরে। মচা অনিনা মৈ থাহুনা কোমুং চাইথাইরসি হঙ্গংলি। (১৩৮) দিনচন্দ্রনা প্রানবাপু মৈ থাবা হান্নবসি অন্যায়নি তৌগনু থান্মী। থারগে থাগমু হায়হুনা মতম থর লৈখ্রে তাবিয়ু শ্রুতা থিবিক মীওইবগী মরাইবক অহুক কহুনা মেন্দা কারবা নিংথৌ ওইরবা, মৈ থাহুনা কোমুং চাইথাইরগা অদুম পালগদবা অহুবু মাগী নিংথৌ ওইয়ু হারবা রাজ ভুক লৈতবনিনা মৈ থাগমু থিত্তবদগী তেজোল কায়দবনা তোপ কাপলক্লুনা দিনচন্দ্রদা পান্দুনা তুখ্রে অদুগী অমুক কাপলকপনা তেজোলদা পান্দুনা শিনরে। (১৩৯) অদুগীদি থরনা শিখ্রে লৈহৌবা অদুনা চংনা

বিচার করিয়া দেখি জীয়ে দুইজন।
লৈরেনখম্বা চাওতন পড়িয়া রহেন ॥ [১৪০]
জীবমাত্র রহিলেণ জ্ঞান হারাইল।
দুহেলয়া অতি যত্নে গৃহেতে চলিল ॥
হেনমতে এইরণ সমাপন কৈল।
সংক্ষেপে কহিল এই বিস্তার নাহৈল ॥
প্রাতউঠী নরপতি স্নানক্রিয়া কৈল।
গোবিন্দ দর্শণ করি প্রসাদ লভিল ॥
দরবার লাগি রাজা সভাতে চলিল।
সভামাঝে ভাইসনে সুখেতে বসিল ॥ (১৪২)
কিবা শোভা প্রজাগণ বেশ নিরমল।
বাম স্কন্ধে যজ্ঞ সুত্র দক্ষিনে লম্বিল ॥
উর্দ্ধ পুন্ড্রে সুতিলক নান মুদ্রা ভালে।
কৃষ্ণনাম সুতিলক অতি নিরমলে ॥ (১৪৩)

শিরেতে পাগড়ি শোভে পৃষ্টে উত্তরীয়ে।
সেইবেশে সর্ব্ব প্রজা আনন্দ বসিয়ে ॥
শক্তি খর্গ্গ বন্দুকাদি দুই পাছে রৈল।
জল তাম্বুলাদি দ্রব্য পার্শ্ব আগে থৈল (১৪৪)
দক্ষিণে ধামাদি আদি ব্রাহ্মণ বসিল।
চতুর্দ্দিগে প্রজাগণ সকল বেঢ়িল ॥
সর্ব্বজন প্রতি একে তাম্বুল বাতিল।
বামভাগে মন্ত্রি আদি পাত্র যে বসিল ॥ [১৪৫]
অন্যদিগে পুরবাসি পণ্ডিতাদি বৈসে।
আনন্দ সকল প্রজা চৌদিগেতে বসে ॥
কিবা শোভা গুরচন্দ্র নৃপ চুড়ামণি।
নক্ষত্রের মধ্যে যেন পুর্ন্নচন্দ্র মানি ॥ [১৪৬]
হেন সভা দরশনে পাপ মুক্ত মানি।
হেনরাজা অনাদরে অপরাধ মানি ॥

ফারে। অম্মা লাল অদু লোয়রে। লাল লোয়রে হায়দুনা পাও চেনথোক্লে নঙ্গী নঙ্গী নচা ননাও লান্দা তুরগা শিদবা লায়কম্নরো য়াথঙ ফঙবদা রাখৈরাকপগী ইবেম্মশিং থোরক্লুনা য়েংলবদা [১৪০] মপুরোইবা মচাশিং লান্দা শিহুনা তারিবা অদু উবদা কনা অমতা কপতে ইশিশিনা নোক্লগা গুরুজনগী মগুণ ভাকইদা সনাতোন ধর্ম্ম কংলগনি হায়দুনা হরাওই। কনা কনা শি-ত্রিবগে কোয়না থিবদা লৈরেনসনাগা চাওতোনসনাগা হিংলম্মী। [১৪১] অদুগা হিংডি হায়বতনি জ্ঞান তাদুনা বা ডাংনবা য়াবদি নত্তে। অদু উবদা নিংথৌনা য়ুমদা পুথরদুনা লাইকননখি। মতাঙ অসিদা রাখৈরাকপগী লান লোইরে। মরু মরু থরদং লেংজবনি মপুংফানা লেংজবা ঙম্বা নত্তে। দোষ পুম্নমক ঙাকপিয়ু। [১৪২] নুমিৎ অদু লান্দা শিম্লিবা পুম্নমক্কী যজ্ঞ তৌই; প্রজা মীয়াম থোক্লুনা অদুম লোয়শিল্লে অদুগী নোংঙাল্লবদা নিংথৌ স্নান ক্রিয়া লোইদুনা গোবিন্দ দর্শন তৌরগা প্রসাদি ফঙলে। অদুগা অলঙ্কার থোল্লগা সভা দরবারদা লেংথোক্লুনা পুক্লিং মুংঙাইনা সিংহাসনদা লেংশিল্লি। [১৪৩]অহুদা মণিপুরগী প্রজানা শেৎলি ইল্লিবা ফিজোনশিং অহুকয়া ফজে লুগুন মাচাতানা থাংডি, চন্দোননা শিরি চিংহুনা থিনবা নাম মুদ্রা লৈতেংজবা, কৃষ্ণ নাম মুদ্রা অহুনা কয়া ফজে। [১৪৪] কৈজোম অঙৌবা শেৎলি, ইম্নফি অঙৌবা ইল্লি, চাংখ্রংতাবী কোয়েৎ মচানা য়েৎলি। অসিগুম্বা অলঙ্কার অসিনা প্রজা অপুম্বগী ফিজেৎনি। নিংথৌগী নাক্ য়েত্তা তাগী থাংগী লোংম্নৈগী থৌগল্লি। জল, তাম্বুল, পাত্র কাসেন কাগোকনচিংবা লৈতেংডি। [১৪৫] য়েত্তা গুরুধামাদিনা-চিংবা ব্রাহ্মন রতন ফম্মি, মাইগৈ মরিদা প্রজানা কোইনা ফম্মি। মীপুম খুদিংদা কর্পুর তাম্বুল

রাজাকহে প্রজাগণ শুনহ বচন ।
রাজ্যের কুশল লাগি অমাবস্যা দিন ॥ (১৪৭)
হরি সঙ্কীর্ত্তন আর মহোৎসব কর ।
ভালবলি প্রজাগণ আনন্দ অপার ॥
ইবোলিয়া প্রজাসর্ব্বে রাজা আজ্ঞাদিল ।
দরবার ভাঙ্গি তবে গৃহেতে চলিল ॥ (৪৮)
অমাবস্যা দিনে প্রজা আর মালিগণ ।
স্ত্রীআর পুরুষ বালবৃদ্ধ যুবাগণ ॥
নিজনিজ পুষ্পোদ্যানে পুষ্পের চয়ন ।
করণ্ড ভরিয়া আসি গোবিন্দে অর্পণ ॥ (১৪৯)

খুরাই রাখৈ খুরাই য়াইস্কুল দল ।
স্ত্রী রেক উড়িয়া যেন অদ্ভুত হইল ।
পিপিলিকা গতি প্রায় লোক গতায়ন ।
সুপ্রবেশ বকযেন চাতুকিনী মন ॥ (১৫০)
সিংহারী পুজারি গনে আয়োজন কৈল ।
কালাবর্ণ্ণ কুন্ত আর কালাবস্ত্র ভেস ॥
শ্রীরাধা গোবিন্দ দুহে কালা বেশ সাজে ।
নবীন নীরদ যেন অতি রূপ রাজে ॥ (১৫১)
কালাচুড়া কালাঝাপা কালাতে চয়ন ।
দুহাকর্ণে কালাপুষ্প অত্যন্ত শোভন ॥

য়েল্লি, ওইদা মন্ত্রিনচিংবা অকন অথৌ কম্মি। [১৪৬] পণ্ডিতকী মথৈনা মাইগৈ অমদা মচা ইবুঙোশিংনা মাইগৈ অমদা অসুম্না সভা দরবার অহ চোম্না তিল্লি । অহগী ময়াইদা শুরচন্দ্র নিংথৌ থৱানমিচাক মরক্তা অনিনবা থানা তৌবগুম ঙাল্লি ॥ (১৪৭) অসিগুম্বা সভা দরবার অসিবু উজবদা পাপ কোকদবনি অসিগুম্বা নিংথৌবু থওইদরবদি আপরাধ দোষনি। অসিগুম্বা দরবার অহুদা নিংথৌনা তাক্লকই মণিপুর ঐখোয়গী মরুপ মপাং, ইচিল ইনাও, ইপা ইচা কয়া মরুম হন্দক্কী লাল অসিদা য়াম্না শিরে অসুম থোকউ হায়বা নোংদমখিবা ওইখ্রে মসিদা অচান অরাই নাইবসু ফরোয় অহনা লাক্লিবা থাসি শুমিৎ অসি ঐখোয়গী গৌর ধর্ম্মগী অষ্টসকয় সুমিৎনি সুমিৎ অসিদা লৈপাক্কী মঙ্গল ওইনবা। (১৪৮) হরি সঙ্কীর্ত্তন অমা কৎসি গোবিন্দদা মহৎসোপ অমসুং য়াওসি মাগী মাগী ময়ুমদা তোওান্না তৌনিংবসু তৌসনু প্রজানা করি হায়বগে সনা য়াথং তাবদা হরাওনা য়ানরে অহুদি থোরাং তৌরো লৈপাক পাওজেল্লো য়াথং পিরে সুমিৎ অহ দরবার লোইরে লেংথখ্রে। (১৪৯) অসুম্না লৈনবা অহনা থাসি সুমিৎ অহুদা মালী কয়ানা মণিপুরগী মুপা মুপী গোবিন্দগী ভক্ত কয়ানা মাগী মাগী ইখোলদা লৈকাইদা সাংপা লৈশিং অহ য়েন্দায় থম্না হেক্লগা গোবিন্দগী কৎপা নংনবা কাখৎনরকই। (১৫০) খুরাই রাখৈ খুরাই য়াইস্কুল লৈকাই মরিদা লৈবা গোবিন্দবু সুংশিবা ভক্ত বৈষ্ণবী কয়ানা মরি মরি লাক্নবহ থোইমু পাইবগুম্না কজে। অনিসুবা প্রমাম্না ককচেংনা মরি নাইনা চৎপগুম্মী কিওৌ শেংপা অহনা উরোক পরেং পাইবগুম্মী গোবিন্দবু খৌরাংজবা অহনা নোংগোবিনা নোং ঙাইবগুম্মী। (১৫১) গোবিন্দগী মন্দিরদা সিংহারী অলঙ্কার সেবা চংবা ব্রাহ্মণা অলঙ্কার থোল্লকই মহোশাগী থাসি সুমিৎ অসিদি (অসিত সিত নিশা যগ্য বেশ) হায়বা গোস্বামীগী সেবা লৈবনা অমসুং সখী সেবাদা থাবম্না কবাকান্দদি কিওৌ থোনবা থামস্বদা ফিমু থোনবদগী থাশি সুমিৎ অসি রাধা গোবিন্দগী ফিমু থোল্লি লৈহ অমুবদা থোল্লি। ইবুঙোগী অমুবা কুচু অহুদা অমুবা অলঙ্কার থোনবহ ফজরোইদোবোই

বক্ষে কালাপুষ্প মালা অতি শোভাময় ।
শিঙ্গা বাঁশী অলঙ্কার সর্ব্ব কালাময় ॥ (১৫২)
দুইপার্শ্বে কালাচ্ছত্র চান্দোয়া শোভিলা ।
কালাময় সিংহাসনে দুঁহু সুশোভিলা ॥
পূর্ব্ববেশ ছাড়ি দুঁহু কালাবেশ হৈল ।
বৃন্দাবনে বৃন্দারাণী কেলি সেবা কৈল ॥ (১৫৩)
কিবাশোভা দুঁহুরূপ শ্রীরাধা গোবিন্দ ।
নবীনারম্ভ জয়ন্তী হইল সানন্দ ॥
তমাল তরুর সঙ্গে কাঞ্চন লতীকা ।
নূতন ঘনের সহ জোরা চপলিকা ॥ (১৫৪)
এথা শুরচন্দ্র রাজা সুভ্রবেশ হয়া ।
হস্তেতে তুলসী দাম্না নিজ দাসলয়া ॥
গোবিন্দ দর্শন লাগি মন্দিরে আসিয়া ।
প্রদক্ষিণ পরিক্রমা দণ্ডবত হয়া ॥ (১৫৫)

শ্রীরাধা গোবিন্দ দেখি সুচান্দ বদন ।
বৃন্দাবন জ্ঞানে মনে সুখ ভাবিমন ॥
দেখিয়া শ্রীশুরচন্দ্র মনেতে বিভুল ।
নীরঝুরে দুহাকারে প্রার্থনা করিল ॥ (১৫৬)

* (প্রার্থনা গীত) *

(রাধা কৃষ্ণ নিবেদন এইজন করে) ।
দোহ অতি রসময়, সকরুণ হৃদয়,
অবধান কর নাথ মোরে ।
হেকৃষ্ণ গোকুলচন্দ্র, হে গোপী প্রাণ বল্লভ
হে কৃষ্ণ প্রিয়া শিরমণি ॥
হেম গৌরী শ্যাম গায়, শ্রবনে পরশ পায়,
গুন শুনি জুড়াবে পরাণী ।
জয় রাধে জয় কৃষ্ণ, জয় জয় রাধে কৃষ্ণ,
জয়কৃষ্ণ জয়জয় রাধে ॥

মিঙ্গনি অহুনা থোইনা কজখ্রে। (১৫২) অমুবা চুড়া অমুবা ঝাপা অমুবা ভাক্তনি কর্ন্নদা নায়িন্না চিংবস্নু অমুবনি। বক্ষদা থোল্লিবা মালা পরেং অহুস্নু সিঙ্গাস্নু বাসিস্নু অমুবনা লৈতেংভি। (১৫৩) নাক অনিদা থক্তা ছত্রদা থাগন্দা সিংহাসন্নচিংবা পুন্নমক্তা অমুবা মচু ভাক্তনা লৈতেংভি। মাঙ্গী বেশ হোংদোক্তুনা অমুবা অলঙ্কার থোল্লে অসেংবা বৃন্দারানীগী সেবাগুম্মী। (১৫৪) করিগী মফজনো থোল্লিবা মখে কজবা পকচবা ইনৌদা নৌবা অনিনি। তমাল পাম্বীদা সনাগী উরিনা য়েৎপগুম্বনি নোঙ্গা নোংথাঙ্গা মুর্ত্তি পান্দুনা লৈবগুম্বনি। (১৫৫) অসুম্না সেবা ব্রাহ্মন্না অলঙ্কার থোনবা লোইখ্রে। কোন্নুংদা সুরচন্দ্র নিথৌ স্নান ক্রিয়া লোইহুনা তিলক অনিক তৌরগা ঈষ্ট সেবা লোইহুনা তুলসী পরেঙ্গা লোইননা গোবিন্দ দর্শনগীদমক মন্দিরদা চংলকই য়েংওইননা পরিক্রমা তৌরগা দণ্ডবৎ কৎল্লি। (১৫৬) অহুগা, সুচাঁন্দ বদনবু দর্শণ তৌই ॥ তশেংবা বৃন্দাবনগুম্না নিংখিহুনা সুরচন্দ্র নিংথৌ প্রেম্না ভাওহুনা মিৎলুদা পি শিস্থহুনা প্রার্থনা তৌরকই ॥ [প্রার্থনা গীত] (১) হে রাধা গোবিন্দ নিবেদোন তৌজরি। রসগী মশক ওইবা থৌজান হৈরবা ইবুঙো ইবেম্মনি, ননাইগী প্রার্থনা তৌবিয়ু। হে কৃষ্ণ গোকুলগী থা ওইরিবা, গোপীকাগী চান্না থোইবা, দাসীগী ননাই প্রিয়াগী কোকথক্তী লৈতেং ওইবিবা। অঙৌবী রাধাগা শ্যামবর্ণ গোবিন্দগা অনিগী সেবাদা ভাজবদা, উজবদা থরাইনা অপেনবা ওইজবা ইবুঙো ইবেম্মনি। থুক্নমজরি, হে রাধে, হে গোবিন্দ ইবুঙো ইবেম্ম অনিমা জয় ওইরি কোক্ত থুং থাঙ্গক্তুনা ননাই তোল্লবা নরোত্তমনা পৃথিদা তুজরি ননাইনা নিংবা থুংহনবিয়ু ॥ [পদ :- ] (১) অসিগুম্বা নরোত্তম প্রার্থনা লালসা গীত অসি শক্তুনা প্রার্থনা

অঞ্জলি মস্তকে ধরি, নরোত্তম ভূমে পড়ি,
কহে দোহে পুরাও মন সাধে ॥ (১)
* (পদ)

এইগীত গায়া করি প্রনাম করিল ।
রাজার অপূর্ব্ব প্রেম দেখিতে উর্জ্জল ॥
পালাহল্লৈপাকচা পালা নাহা যে আর ।
সেবক নামপালা চৈতন্য সম্প্রদার ॥ (১)
অথবা এইসাত সম্প্রদা সঙ্কীর্ত্তন ।
মঙ্গল সুমঙ্গল করিল কত জন ॥
এইমতে সমাপিল উৎসব মঙ্গল ।
রাজা প্রজা সুখমনে এমন রহিল ॥
শিক্ষাগুরু পাদপদ্মেঁ ভজনে যম্মতি ।
মাণপুর পূরাণ দীন মঙ্গী রচতি ॥ * [২]
* [ইতিগুরচন্দ্র চরিত দ্বীতীয় সীমা]

(তৃতীয় সীমা)

জয়জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দয়াময় ।
পতিত পাবন জয় নিত্যানন্দ রায় ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গদাই পণ্ডিত ॥
অধম তাড়ন জয় শ্রীবাসাদি ভক্ত ॥ [১]
নাকরিলে দয়া কারলৈমু পদছায়া ।
মোবাঞ্ছা পুরাইহ বর্ণ্নন শক্তিদিয়া ॥
মুই অতি বিদ্যাহীন অতি মুর্খ জন ।
পশুকীট হৈতে মুই অতি লঘু জন ॥ [২[
যত্নতন্ত্র ভঙ্গ দোষ বহুত আসয় ।
কৃপাগুণে সর্ব্বদোষ বৈষ্ণবে নালয় ॥
অন্যকথা হয়ে যদি দুর্ব্বাদ বচন ।
বিপরিত হয়ে যদি সাধুর কথন । [৩]
ইত্তর ইন্ধনে যেই উপজয়ে ধুম ।
আগরু সম্ভব সেই ধুপ অনুপম ॥

তোই । নিংথৌগী অঙকপা ফংবা প্রেম্না খুরুমজে । মুমিৎ অদু গোবিন্দগী মাঙোপ্তা সঙ্কীর্ত্তণ পালা তরেৎ শকই, পালাহন, লৈপাকচাবা, পালা নহা, সেবক পালা, নাম পালা, চৈতন্যসম্প্রদা (২) অথনবা, অসিগুম্বা পালা তরেৎনা মুমিৎ তাবা ফাওবা শকই । অদুগা অতোপ অতোপ্পা মঙ্গল কয়াসু তৌই । অসুম্না মুমিৎ অদু মহৎসোপনচিংবা কৎলি ॥ অসুম্না লোইরদুনা লৈপাক প্রজা অপেনবা ওইনখি । শিক্ষা গুরুদেবগী চরণ কোঞ্জদুনা দীনহীন মঙ্গিসিংনা ইতিহাস পূরাণ অসি লেংজে । মতাং অসিদা বিজয় পঞ্চাঙ্গী কোবা লাইরিকী মচাগুবা খণ্ডগী অনিগুবা অধ্যায় লোয়জরে ॥ পাংদ্রবা তোল্লবা ননাই মনিসিং মঙ্গিসিং অনিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচৈ অরানবা পুন্নমক ডাকপিয়ু ॥০॥

**(অহুমবা অধ্যায় হৌরে) :—**(১) থৌজানগী মপু গৌরচন্দ্রবু খুরুমজে । অতোনববু লানথিবা নিত্যানন্দ প্রভুবু খুরুমজে । অদ্বৈত প্রভুবু গদাধর পণ্ডিতপু খুরুমজরি অতোনববু লানথিবা শ্রীবাস-নচিংদা ভক্তবু খুরুমজে । (২) পুন্নমক্না কৃপা তৌবিদ্রবদি অমসুং চরণবু করম ফংগদগে, ননাইবু কৃপা তৌবিদুনা লাইরিক লেংজবা ওস্বা শক্তি পীনবিয়ু । ননাইদি য়াম্না বিদ্যা হৈতবা অপংবনি, শাদগী তিল্দগী হেন্না পংথ্রবা লঘুজননি । (৩) সত নত্ত, ক্রোম, য়ামনা কায়বা পুন্নমক কৃপাগী গুম্না বৈষ্ণব খিবিকনা সেংবিয়ু । হায়গদবা তোত্তুনা হায়রোইদবা হায়বা য়াহৈ শৈরেং কজদবা বৈষ্ণব সাধুগী গুন থাবদা ওন্নবা পুন্নমক অসি ডাকপিগনি । (৪) শীং অশংবা থাগা মৈথু চেল্লি ঙকবা

মণিপুর কথাএবে করহ শ্রবণ ।
লাবণ্য রাজার পুত্র নামেতে যোগিন ॥ [৪]
কাচার হইতে আসি বিষ্ণুপুরো পরে ।
সৈন্য সাজি রণলাগি রহে ঘুরতরে ॥
কার্ত্তিক শুক্লা ত্রয়োদশী গুরুবারে ।
যোগিন্দ্রস্না রণআসি কহিল বার্ত্তারে ॥ [৫]
পঞ্চ তোপ বাজি প্রজা জানিলে সকল ।
রাজাজ্ঞাতে লৈতান মেঙ্গর মহাবল ॥
সৈন্য লয়া যাত্রা কৈল নৈঋত মুখেত ।
পরদিনে এক ম্লেচ্ছ সিকাঈ একশত ॥ [৬]
রনের সহায় লাগি চলিল সত্বর ।
পরদিনে তুলিমিয়া যে বড় মেঙ্গর ॥
একশত পঞ্চাশক সৈন্য লয়া চলে ॥
পরদিনে শ্রীটিকেন্দ্র সেনাপতি চলে ॥ (৭)

দুশত কামান ধরি আর বর্ষিকত ।
খড়্গধারি অশ্বোয়ারি ধনুধারিকত ॥
এইমতে ক্রমেক্রমে সকল যাইয়া ।
একস্থানে একত্রিয়া মিলন করিয়া ॥ (৮)
বিষ্ণুপুর উত্তরেতে নরবেহ কৈল ।
একরাত্রি বাধাকরি প্রভাত হইল ॥
চাইবা নাম পুলিন্দের বাসের গহ্বোরে ।
মুখামুখি অস্ত্রধারি বহুরণ করে ॥ (৯)
ফিরিয়া নাচাহে লোক অদ্ভুত লক্ষণ ।
মারামারি কাটাকাটি নাহি পালায়ন ॥
অস্ত্রনাহি কেশেধরি টানিয়া মারয় ।
হেনকালে যোগিন্দ্রের সৈন্য ভঙ্গহয় ॥ [১০]
তহাদেখি যোগিস্না অশ্ব আরোহিয়া ।
রণমধ্যে প্রবেশিল কুপিত হইয়া ॥

ওইদে অত্থবু। আগরু চন্দন অশংবা থাবগী মৈখুদি পামনৈ মনমস্ত য়াম্না মুংশি। অত্থগুম্না মণিপুর প্রসঙ্গ কথাসে য়াম্না হয়াওনা তাবিয়ু। কছার দেশদা লৈখিবা লাবণ্যচন্দ্র নিংথৌগী মচা ইবুঙো শ্রীযোগিন্দ্রসনা মণিপুরগী লালগী পাও তাবদা মুংঙাইতহনা। (৫) তেঙ্গোল থোন্নগা যাত্রা তৌহনা লাকপনা বিষ্ণুপুর (লমাংদোং) দা তেঙ্গোল পৈররে। থৌরাং চাওই তেঙ্গোল য়াম্না লাকই। মেরা থাগী ১৩ নি পানবা শগোলশেলদা যোগিন্দ্রসনাগী লালগী পাও হঙৎলরে। [৬] তোপ মভারক কাপ্তুনা তেঙ্গোল থোমলে দরবার রা তামহনা নিংথৌ য়াথং মতুং ইন্না লৈতান মেঙ্গোরনা তেঙ্গোল পুহনা তুমিৎ অত্থদা যাত্রা তৌহনা শন্দোং পাওনা চৎথখি। অত্থগী তুংদা সাহেপ অমনা মাগী সিকাই ১০০ লোয়নহনা লাল পাংবা চৎখখি। [৭] সাহেপনা চৎখ্রবা অত্থগী মথণ্ড নোংমাহদা তুলিয়া মেঙ্গোর তেঙ্গোল পুহনা থোমজিনখি। নোংমৈ পায়বা ১৫০ গা থাং তা পাইবা তেঙ্গোল কয়াগনি। অত্থগী মথণ্ড নোং হেক ভানবগা কোইরেং সেনাপ্তিনা। [৮] নোংমৈ পাইবা ২০০ গা থাং তা পাইবা তেঙ্গোল কয়াগা যাত্রা তৌহনা লাল চৎলি। শগোল তোংবা অথৌবা কয়ানি। অস্থমা মথণ্ড মথণ্ড চৎখখিহনা হান্না লৈতান মেঙ্গোরনা লৈরম্বা মকমদা তেঙ্গোল পৈরে। [৯] লমাংদোংগী অরাং থংবদা হন্দোক্তুনা নরবেহ শাহনা তেঙ্গোল পৈরগা অহিং অত্থমা লৈরে নোংঙাল্লবদা চাইবা খুন হাওগী লোকমাওদা তেঙ্গোল অনি মায়োক্লহনা কনবা লাল পায়ে। (১০) মপা মপা পানবদা হন্দুনা চেন্নদে অঙকপা মশকনি কয়া শিহনা ভাই ফনাশিহনসু অকিবা অহনবা লৈনদে। মথুংতা খুংলাই পাইরবা কাওবদা চোংশিন্দুনা মন্না যুদ্ধ

তার প্রতাপে কেহ প্রবেশ না করে ।
ভাঙ্গিভাঙ্গি কতসৈন্য পিছেপিছে ফিরে ॥(১১)
তাহাদেখি ম্লেচ্ছসৈন্য গোপনে চলিয়া ।
হামাগুরি করি আসি পিছেতে দাঢ়ায়া ॥
এককালে কতগুলি মারণ করিল ।
ম্লেচ্ছের গ্রূখালি গুলি যোগিন্দ্র মরিল (১২)
রণশেষৈক ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি ত্রিংসজন ।
দুইতি যবন ধরি আর বহুধন ॥
অস্ত্র শস্ত্র বন্দুকাদি পাই বহুতর ।
সর্ব্বলয়া পূরে আসি সুখিত অন্তর ॥ (১৩)
রাজাস্থানে সমর্পিয়া রহেন সকল ।
তারপরে রাধেরেশ্ব রনেতে ধরিল ॥
বিচারিয়া যারতার যোগ্য দণ্ডিদিল ।
এইমতে মণিপুর আনন্দ রহিল ॥ (১৪)

তৎপরে চৈত্রেতে ঘন ভুমির কম্পন ।
ধুম্রকেতু উল্কাপাত বহুত করেণ ॥
উৎপাত দেখিয়া প্রজা দুঃখিত অন্তর ।
রাজ্যের কুশল লাগি কীর্ত্তণ নগর ॥ [১৫]
সহস্রেক ধ্বজ দ্বীপ গায়ন কীর্ত্তন ।
জয়ধ্বনি জুগারিয়া মঙ্গল করেন ॥
প্রতি বাজারেতে যাই বহু কাংশ ফেলি ।
প্রাত হৈতে অপরাহ্নে পর্য্যন্ত মঙ্গলি ॥ [১৬]
এইমতে মণিপুর সুখেতে রহিল ।
শ্রীরাধা গোবিন্দ পদে নীতি সেবাকৈল ॥
শুন্যএক বসুইন্দু বামাগতি শাকে ।
শ্রাবন শুক্লা নবমী মঙ্গল দিনকে ॥ [১৭]
নৈমুংলোক্সা দেব গৃহে রক্তপাত কৈল ।
পরদিন বুধবারে উল্কাপাত হৈল ॥

তৌহুনা য়ৈনৈ হাৎনৈ অহুগী তুংদা যোগিন্দ্রসনাগী তেঙ্গোল থাংবা ভমত্রহুনা কাইহুনা নিংলোমদা হন্দোক্লে। (১১) অহু উবদা যোগিন্দ্রসনা শগোল তোংহুনা অশাওবগা লোয়ননা লানয়াইদা চংলকই। মাগী প্রতাপ উবদা কনা অমনা মাংদা লেপ্পা ভমদহুনা কাইহুনা কাইহুনা চেল্লি হন্দোকই। (১২] অহু উবদা সাহেবকী তেঙ্গোন্না মনিংরোমদা হল্লগা যণ শানা শানা চংলকুনা যোগিন্দ্রস্নাবু কোইরগা, হৌগৎতুনা চপ মান্নমা নোংমৈ কাপলকপদা সাহেবকী গ্রূখাল সিফাইগী গুলি মরুনা পান্দুনা যোগিন্দ্রসনা লান্দা তুখ্রে। (১৩) লাল থিংবিনিঙাই লৈত্রহুনা কাইহুনা চেনখ্রে। লাল অহুদা ব্রাহ্মন অমা ক্ষেত্রি ৩০ গা পাংঙন অনিগা চংনা কারে অহুগা থাং তানাচিংবা খুৎলাই নোংমৈনচিংবা খোল্লগা লাল লোইরহুনা কোমুডদা হল্লকুনা জয় ধ্বনি লাওহুনা থুংডরে। (১৪) লান্দা কারকপা মীগা খুৎলাইগা নিংথৌদা কৎলি নিংথৌনা মনা চাওনা চাওনা পি। অহুগী তুডদা রাধেরাকপগী লান্দা ফাবা মী কয়া অহু মাগী মাগী মরান য়েংহুনা দণ্ডি পিখি মতুঙ অহুদা লৈপাক ইংনা মুঙাইনা পাল্লে। (১৫) অহুগী তুডদা লমতা থাদা ভুমিকম্পা য়ুহারাই। ধুম্রকেতু থোকই সঙ্গাইসেন পাই উৎপাৎ অহু উবদা প্রজানা রানহুনা লৈপাক নিংথৌগী মঙ্গল ওইনবা হায়হুনা নগর কীর্ত্তন চংতুনা মঙ্গল তৌই। (১৬) কিরাল ১০০০ নে থাংমৈ ১০০০নে ধূপ ১০০০ নে য়াওহুনা জয় ধ্বনি মঙ্গল তৌহুনা কোইনা চংলি গোবিন্দগী মন্দিরদগী হৌখিহুনা লৈ চাইহুনা চংখিবনা কৈথেল কৈথেল খুদিংদা সেন চাইরম্মী অমুম্মা চংতুনা মুমিদাঙরাই গ্রূল মতমদা গোবিন্দগী মন্দিরদা হল্লকুনা আরতি কৎলৈ। (১৭) অহুম্মা মণিপুরদা অন্নাবা লৈত্তনা

পণ্ডিত কহেন প্রভু অপূর্ব্ব লক্ষণ ।
শুভফল নহে নাথ দুখের কারণ ॥ (৩২)
এইদেশে রত্ন মণি নিশ্চিয়া হারিব ।
মনেদুঃখে নৃপমণি হইল নিরব ॥
সেমাস কৃষ্ণাতৃতিয়া বুধবার দিন ।
কুকিজন আসি গৃহে গজ বার্ত্তাকন ॥ (৩৩)
তাহার কারণ কহি শুন শ্রুতাগণ ।
শাখাচন্দ্র ন্যায় লেখি দিগ দরশন ।
এথাতে কৌমার গিরি স্থিত হাতিবড়
নির্ভয় মদে অন্ধহয় প্রবল শরীর ॥ [৩৪]
রাত্রি আসি কুকি গ্রামে অনেক ভাঙ্গিল ।
নাগাকুকি হাতি ভয়ে জাগরণ কৈল ॥

মকেঙ্ থাঙ্গাল মকোকচিং সহ লোংগ্তা ।
মুরাথেল আদি করি কতগ্রাম ভাংগা ॥ [৩৫]
ধান্য গৃহভাঙ্গি করি অপার নাশিল ।
মক থিরামুম্ম আদি ক্ষেত্র নাশহৈল ॥
সর্ব্বমিলি বিচারিল পরে নাশ লোক ।
উপায় নাদেখি কুকি বহু দুঃখ শোক ॥ [৩৬]
ঘরদ্বার ভাঙ্গিলেন ক্ষেত্রাদি নাসিল ।
স্ত্রীপুংস সর্ব্বদা শব্দ হাহাকার কৈল ॥
সর্ব্বগ্রাম নাশভরে পয়ান উড়িল ।
কৈছে কৈলে স্থিতহবে সবে যুক্তি কৈল (৩৭)
রাজা কাছে কহি বোলি সবে নির্দ্ধারিয়া ।
রাজাস্থানে আইলেন সন্দেশ লইয়া ॥

(৩১) অহুগী তুগু রাকচিং থাগী ১১ নি পানবা য়ুমশকৈশ মুমিংকী অহিংদা। অঙকপা কডনা (লালহাম) ললাম্বুংনা খোংলাওই। অহুদগী ভাইহাক লৈরগা লাঙ্গোনচিঙনা ওক্তুনা অমুক খোঙঙি। (৩২) অহুগী নোংভাল্লবদা পণ্ডিতশিংনা পূজা তৌই। নিংথৌনা করম তৌরবগে হংঙি পণ্ডিতশিংনা হঙ্গংলি মহারাজ ইবুঙো অকবা ওইদে অৱাবা ওইগদৌরি হঙ্গংলি ॥ (৩৩] নিংথৌনা মরমদি পণ্ডিতনা মণিপুরগী হী য়াইগুম্বা মণি মাঙগদৌরি, অহু তাবদা নিংথৌ স্না পুক্লিং রাহুনা মথা তাদে গোবিন্দ শোম্দুনা লৈখি। থা অহুগী রাকচিঙ ১৮নি পানবা য়ুমশকৈশদা, শামু তানবা চংলি, হাওনা শামুগী পাও হঙ্গংলবদগী ॥ [৩৪] তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক হন্দক্কী শামুখেদা অসিদি য়াম্না চাওবা প্রসঙ্গনি। অকাশতা খোকপা থাবু উতোন রাতোনগা পাহুনা, রাংখোঙ লোল্লে রাতোন লোয়ে হায়নবগুম্না ভমজবা থরদণ্ড লেংজগে। মণিপুরগী অরুবা লাইকম কৌত্র চীঙদা লৈবা শামু লমশাঙাওহুনা লম হেল্লক্লে ॥ (৩৫) অহিংদা লাক্তুনা খোংজাই তাংখুলনচিংবা হাওগী খুল কয়া চাইখাইরে। হাওখুল কয়া অহিং তুম্নদ্রে। খুল মমিং মকেং, থাঙ্গাল, মকোকচীং, শ'হু লোংঙা, মুরাথেন অসিনচিংবা হাওখুল কয়া থুগাইরে। (৩৬) লোকমদগী লৌ চারে, খুন্দা চংলক্তুনা য়ুম থুদেক্লে, চুকজাক, থবি, মুম্নাচিঙবা থাবা, পামলৌ কয়া মাঙহল্লে। থিঙবা ভমদ্রহুনা হাওগী মখৈ তাম্নদুনা থম্নবদা মতুঙ অসি মী ফাওবা হাংলবা তাই হায়দুনা রানরে ॥ (৩৭) থর তৌরগা ফখিগদ্রা হায়রগা, থোইনা থোইনা হেনজিল্লক্তুনা খুল্লক্তা চংলক্তুনা য়ুম থুদেক্লরে, মুপা মুপী অভাং হা হা কার লাওনরে। পাও তাবদা হাওখুল পুম্নমক মুংশা থিনবদা লৈবা ভম্নদ্রহুনা কমদৌরগা ফগদগে রা তাম্নবদা ॥ (৩৮) নিংথৌদা হঙ্গংলুরসি হায়নহুনা অথেন পাং শেমহুনা স্না কোমুঙদা লাক্লে। মুথোঙদা পৈরহুনা, থোঙশঙবনা হঙ্গংপদা, চঙ্গহুম্নকউ য়াথঙ

আরিকে জানায়া সবে রাজারে বন্দিয়া ।
নিজদুঃখ রাজাপ্রতি কহে বিবরিয়া ॥ [৩৮]
কৌমার গিরির পূর্ব্ব তুষা যে গহেবার ।
শ্বেতবর্ণ একহাতি দেখিতে সুন্দর ॥
নীজগণ লয়াসেই নাশিল ক্ষেত্রক ।
ঘরদ্বার আদি ভাঙ্গি বহুদুঃখ লোক ॥ (৩৯)
রহিতে নাপারে মোরা রহে গ্রামান্তরে ।
মোদিগে করিয়া কৃপা ধরিয়া হস্তীরে ॥
আপনা বাহন কর ওহে নরেশ্বর ।
কৃপাকরি আমাদের প্রাণ রক্ষাকর ॥ [৪০]
ইবোলিয়া রাজ পাদ প্রণাম করিল ।
সবাস্থানে শান্তাইয়া শুভ আজ্ঞাদিল ॥
বিদায় করিয়া রাজা দরবার কৈল ।
সবার সম্মত লাগি রাজ আজ্ঞাদিল ॥ (৪১)

ধরিবা নাধরি কয়ে যত প্রজাগণ ।
পাকাস্না কহেন রাজা ধরিয় তাহান ॥
পূর্ব্ব হতে শ্বেতহাতী নাদেখি নয়ন ।
ধরিয়া দেখিব সেই কেমন লক্ষণ ॥ (৪২)
কাওভবা কহেন নৃপ নাধরি কথন ।
গজনহে এইহাতী ঈশ্বর বাহন ॥
পূর্ব্ব হৈতে কোনদিনে এইত উদিত ।
ধরিবার শক্তিনাহি প্রজার দুঃখিত ॥ (৪৩)
কার্য্যনাশ ধননাশ লোকে অপবাদ ।
পণ্ডিত যাইয়া কর ঈশ্বর পূজিত ॥
উপদ্রব দেখ রাজা ঘন উল্কাপাত ।
দিবাকাল পেচা ডাকি কুকুর ক্রন্দিত ॥ (৪৪)
শুভকর্ম্ম নহে প্রভু হবে উপদ্রব ।
ঈশ্বর নাপূজি নৃপ সর্ব্বনাশ হব ॥

পিহুনা সনানাক্তা লাকুনা অথেনপোং কংতুনা নিংথৌদা হঙ্গংলি। (৩৯) তাবিয়ু মহারাজবু কৌত্রু চীঙ্গী নোংপোক মাইগৈদা লৈবা তুষারোক কোবা লোক্তা শামু অঙোবা অমা থোক্লে মাগা লোইনবা শামু কয়ানা ঐখোয়গী পামলৌ কয়া মাংহল্লে। অদুদা নত্তনা য়ুম কয়াসু থুদেক্লরে। (৪০) ঐখোয় খুন পানবা ঙমদ্রে থুক্লেল্লে কৃপা তৌবিদুনা শামু অসি ফাবীরগা নিংথৌগী সনা খুনেং ওইবিয়ু চানবীদুনা ঐখোয়গী থবাই কনবীয়ু। (৪১) অসি হায়দুনা নিংথৌদা খুরুম্মী। নিংথৌনা মখোয়বু মুংশিবা রা হায়দুনা শোইদনা কনগনি হল্লো তাকপিদুনা হনহনখ্রে। মখোয়না হনখ্রবা তুংদা দরবার তৌই, নিংথৌনা করম তৌসিগে হায়দুনা লৈপাক্তা লাম্থোরকই। (৪২) ফাসিরা তাম্থোকসিরা লৈপাক্লা থম্নবীয়ু । অদু তাবদা মনাও ইবুঙো শগোল হঙবা পাকাসনানা, মহারাজবু শামুসি ফাসি। শামু অঙোবা হায়বসি পোকপদগী উদ্রি অদুনা শামুসি ফারগা মওং মতৌ য়েংসি হঙ্গংলি ॥ (৪৩) থাঙ্গাল মেঙ্গোরনা মহারাজবু শামু অসি করিগুম্বদা ফাবা ঙমবা শামু নত্তে কৌব্রু লাইগী খুনেং সাদোং লাইসানি ফাবা ঙম্মোই । করি করিগুম্বা চহিদা অসুম্না হেক্ হেক্ ফাওই । ফাবা ঙম্মোই লৈপাক মানবনি । (৪৪) তৌরুবা থবকসু মাংগনি, মিংচং অথিবা লৈহৌগনি। অদুনা পণ্ডিতশিং চংতুনা অরাং কৌব্রু অসুপ্পবু পূজা তৌহনবিয়ু। মণিপুর হৌজিক অকবা ওইদ্রি সঙ্গাইসেন, তোয়না পাই। মুংথিনদা মকু খোংই, লৈরক খুনলকতা য়ুম হুই, লম হুইনা চেনদুনা খোঙভি, কপ্‌ই। (৪৫) অকবা কর্ম্ম নংতে উবদ্রোপনি । অদুনা মাবু ফানবা হোংনগদবগী শরুকতি পূজা কংশি । অদু তাবদা

হাসিয়া অশ্বেশ্ব কহে এইকিবা কথা।
হাতীধরি কিবাদুঃখ ভয়াতুর কথা॥ (৪৫)
অশ্বেশ্বর কথাগুলি লাজে অধোমুখ।
টিকেন্দ্রের পঞ্চমালি কহিল সম্মুখ॥
কাণ্ডবা জঞ্জাল দেখি সেনাপতি কহে।
দেখিব কেমন হাতী ধরিবার চাহে॥ (৪৬)
টিকেন্দ্র বচনে প্রজা ফিরিতে নারিল।
মুখে হয়হয় বলি মনে নামানিল॥
তাহাদেখি নরপতি মনেতে গুনিলা।
সবার সম্মত চায়া রাজা আজ্ঞা কৈলা॥(৪৭)
ধরহ সকল মেলি সেই গজবড়।
গোবিন্দ বাহন হব কর মনস্থির॥
এতশুনি যে আজ্ঞা বলিয়া সর্ব্বজন।
যাত্রাকৈল সর্ব্বজন দেখি শুভক্ষণ॥ (৪৮)
কাণ্ডবা গজেশ্ব থম্বৌ আর নামৈরাকপা।
ইত্যাদি মণিপুর সৈন্য বহুহি প্রতাপ॥
মোইরাংসা হেরামোৎ আদি কত হস্তিযান।
সর্ব্বহস্তী মধ্যে মোইরাংসা সাধু লক্ষণ॥(৪৯)
পর উপকার কর্ম্ম সদাই আচারে।
বাজারিয়া স্ত্রীগনেতে পোছায় ঘরেরে॥
সেইকালে মণিপুরে হস্তী বড় মত।
তারভয়ে নরনারী হয়ে বড় ত্রস্ত॥ (৫০)
সেইভয় মোইরাংসা নিবারণ করে।
সেকারনে তারে সভে বড় স্নেহ করে॥

পাকাম্না শগোল হঞ্জবনা নোক্লুনা হাইরকই, শমু কারগা করি অরা অনা নংগ-দৌরিবনো করিগু নংডোই, অদুদা হাইরিবা রা অসিদি কিগনবগী রানি। (৪৬) অদু তাবদা থাঙ্গাল মেঙ্গোর ইকাইদুনা রা গুাংদে লু লুকই। অসিদা ঐনা পরুপ পরুপ য়েৎনরুরবদি কোইরেংগী মীচংগুম থোক্লুনা ফররোই হাইদুনা কুইনা স্না থৌগনলবা মেঙ্গোরনিনা অদুম লৈখ্রে। মতম অদুদা কোইরেং সেনাপতিনা থল্লি রা অসি ইপু থাঙ্গালনা চুম্মি অসিদা, ঐনা মেঙ্গোরদা তোংলবদি, লৈপাক কাইবাতাই, অদুগা, ঐনা তুমিন্না লৈরবসু নিংথৌনা শোইদনা ঐডোন্দা হংলগনি অদুনদি ঐনা হাল্লা হাইরগে হাইদুনা. করে অদু মঙাইরে মহারাজবু কারশি মওং মতৌ করমবনো য়েংলশি। (৪৭) সেনাপতি কোইরেংগি রা তাবদা, প্রজা ১না মাই হাইবদি গুমনদ্রে অদুগা মবুক্তদি রানদে, অদু উবদা নিংথৌনা, মুন্না থল্লগা স্না য়াথং থারকই। (৪৮) করে অদুমঙাইরে, শামু অসি ফাক্লো, কারগা, গোবিন্দদা কৎলসি ইবুঙোগী বাহোন ওইরসনু অদু তাবদা প্রজানা অদু মঙাইরেদনা হায়দুনা রানরে। অসুমনা দরবার লোইরদুনা খেদা চৎকদবগি, থৌরাং লোইদুনা অফবা, ক্ষন দগু ডাইনখ্রে। (৪৯) থাঙ্গাল মেঙ্গোর শমুহঞ্জবা মনাও ইবুঙো থম্বৌয়া, নামৈরাকপা, মেঙ্গোরনা চিংদুগা অকন অথৌ লৈপাক প্রজা কয়ানি। অদুগা মোইরাংশা, হেরামোৎনচিংবা কয়াগা, ॥ তাথিয়ু ক্রূতা থিবিক মণিপুরদা লৈরিবা শামু পুম্নমক্তগী মোইরাং শাদি, গোবিন্দ তোংবনি॥ (৫০) মশাদা হিংসা লৈতে, মীগী মীরোন তাই, কৈথেল কাবী মুপীনা, ইকোম কোম্না মোইরাং শা হোয়েনদি ঐথোয়বু থর থিমথিয়ু কবোক লৈরকে হায়রমবদা ডাইদুনা লৈরম্মী কবোক অদু চারগা ময়ুম কাওবা থিনথি কিয়রোই হল্লো হায়বরা অদুম হলখি। অদুগা মতম অদুদি মণিপুর অসি শামু অঙাওবা লৈদুনা রাম্না কিনরে।

যাত্রাকালে মোইরাংসা ভবিষ্যত জ্ঞান।
চলিলে অবশ্য মৃত্যু জ্ঞানে তারমন ॥ (৫১)
পশুজন্ম হেতু হস্তী কহিতে নাপারে।
জন্মিলে অবশ্য মৃত্যু সকল সংসারে ॥
মরিলে মরুক মুঞি কিছু নাহি চিন্তা।
পিছে মণিপুর হবে অমঙ্গলগন্তা ॥ (৫২)
চলবার কালে হস্তী গোবিন্দ মন্দিরে।
দরশন করি নেত্রে প্রেম অশ্রু ঝরে ॥
নিরুৎসাহ হয়ে হস্তী মন্দমন্দ চলে।
হাতীগন মধ্যে যাই মোইরাংসা দুর্ব্বলে (৫৩)
জয়রে গোবিন্দ বলি জয় নাদ করে।
মণিপুর সৈন্যগণ বড়হি প্রখরে ॥
কেহ শূল কেহখড়গ কেহত বন্দুক।
রাজার প্রসাদ পৈঢ়ি সঙ্গে কতলোক ॥ (৫৪)
ঐছেন চলিয়া নাগা পুরে উত্তরিলা।
নাগাসর্ব্ব পূজা করি সবারে তুষিলা ॥
সবালয়া বিচারিলা কৈছে হিতহয়।
শেঙ সাজি ধরি বলি ঐছে বিচারয় ॥ (৫৫)
এইমত রাত্রিকালে দরবার করি।
প্রাতকালে প্রাতক্রিয়া ভোজনাদি করি ॥
থাঙ্গাল মকোকচিং সহ্ লোংডা মকেং।
মুরাথেন আদি গ্রাম পার্ব্বতিয়া লোকে (৫৬)
আজ্ঞাকরি শোংডলাগি অদ্ভুত সাজন।
থাঙ্গাল ক্ষেত্রেতে সৃজি বহুলোক গণ
শোংঙের সাজন কহি শুন শ্রুতাগণ।
গুরুজন কথা ঐই অদ্ভুত লক্ষন ॥ [৫৭]
চারিশাত হস্তপ্রায় মধ্যের মণ্ডল।
গোলাকার মত সেই অন্তরে রাখিল ॥

(৫১) অদুগী অকিবা অদু মোইরাং শানা কহল্লি অদুনা মণিপুরনা মোইরাং শাবু য়াম্না থুংশিনৈ। অসিগুম্না মোইরাংশা, শানি হায়দে গোবিন্দগী কৃপা লৈরবনি লৈপাক প্রজা তিন্দুনা যাত্রা তৌরকপা কান্দা তুংদা লাকদবা থংহনা থল্লি, হন্দক ঐনা চংলবদি শোইদনা শিবা তাই। (৫২) অদুমদি খঙলগা সানিনা হায়বা থোক্তবদগী চংলোই হায়বদি য়াদবনিনা য়াখল তৌই। সংসারগী মপোক পোল্লবদা শিবা হাম্বসি শোইদ্রবনি, অদুনদি শিববু কিক্কম থোক্তে অদুগা অকবদি ওইররোই মণিপূর অসি অহলগী মরা চংত্রে মাঙলগনি ॥ (৫৩) অসি খন্দুনা মোইরাং শা, যাত্রা মতমদা গোবিন্দগী মন্দির চিংনা য়েংলগা মমিৎতা মপি শিনথে মোইরাং শাগী মতৌ উবদা, মাউহ মরু লুকখি, যাত্রা মতমনিনা য়াদি ভাংখিদে মোইরাং শা সোর শাংনা স্বরমপি হোন্দুনা য়াম্না শোম্হনা চংল্লি, য়াম্না মতু শোম্না উনৈ। (৫৪) অসোমদা প্রজা মীয়াম জয়ধনি লাওহনা গোবিন্দ নাম শোন্দুনা যাত্রা তৌরক্লে। কনানা থাং, কনানা তা, কনানা নোংমৈ পাই, অথোব-শিং নিংথৌগী মনা ফি শেংলি ইনলি,। অরেম্বা তাম্লে কজে ॥ (৫৫) অমুম্না যাত্রা তৌহনা লাকপনা হাওখুল য়ৌরে, হাওখুল মরাম পুন্দুনা ভাইরম্মী য়াম্না নুমা তৌহনা প্রজাবু পেনহল্লি। অহনগী মীয়াম তিন্দুনা লম য়েংলগা, শামু শোং তৌহনা ফানবা হোংনরসী লেপ্পরে ॥ (৫৬) অহুদগী অহিং অহুদা য়াম্না অকুপ্পা মরোন ভানহনা লেপলে, নোংভাল্লবদা মাগী মাগী প্রাত স্নান ক্রিয়া লোয়নহনা প্রসাদি সেবা ফংনরে। মতম অহুদা থাঙ্গাল মকোকচীঙ, সহ্, লোংডা, মকেং, মুরাথেম্নাচিংবা হাওখুলসী মীয়াম পৈয়রে। (৫৭) চীঙমী তম্মী অনি পুন্দুনা শামুরম

বহি গড়সাজি বৃক্ষে পঞ্চ হস্তদীর্ঘ।
বড়বৃক্ষ কাটি রোপি দেখি ভীতি ঈক্ষ ॥ [৫৮]
আছে তিনবৃক্ষ বান্ধি সুক্ষ্ম বেত্র দড়ি।
একদেশে একদ্বার বহু যত্ন করি ॥
দ্বারের কবাট উর্দ্ধে বেত্র দড়িরাখি।
কুঞ্জর প্রবেশ দড়ি কাটে রাখিরাখি ॥ [৫৯]
তিনচারি জনরহে দড়ি কাটিবার।
লোহার শলকা দ্বারে দেখি ভয়ঙ্কর ॥
গরমুল হৈতে মধ্যেচৌহঁস্তে প্রবেশি।
একখাল খুদি আছে ছয়হাত বেশি। [৬০]
খালের অন্তরে আছে প্রায় একহস্ত ॥
সলামিয়া দুইতীর দীর্ঘ চারি হস্ত ॥
খালের উপরে ছোট বৃক্ষ যে ঢাকিল।
তারোপরে গাসপত্র আচ্ছাদন কৈল ॥ [৬১]

গড় যে মণ্ডলী তেন খাললে মণ্ডলী।
দ্বারের পর্য্যন্ত ঐছে সাজে কুতুহলী ॥
দ্বারের দুই দিগেত দুই ভুজ সাজে।
বড়বড় বৃক্ষ কাটি আড়ানিয়া সৃজে ॥ [৬২]
দ্বারে তিনবৃক্ষ বান্ধি সুক্ষ্মবেত্র দড়ি।
সমুখে অতি বিস্তার অদভুত করি ॥
গড়ের বাহিরে রহে গোপনীয়া লোক।
ঐছেন সাজিয়া রৈল যত প্রজালোক ॥ [৬৩]
এইমতে সেইদিন সাজন রহিল।
প্রাতেতে নাগাদি প্রজা ভোজনাদি কৈল ॥
দুইদিগে দুইসৈন্য বেঙ্গুল সহিতে।
বন্দুক বর্ষিক ধারি চলিলে তুরিতে ॥ [৬৪]
পথ আগুলায়া হাতী ভাঙ্গাইয়া যুথ।
বেঙ্গুলের শব্দতবে পাগলাই তাথ ॥

য়েংহুনা শোং তৌরক্লে। তেঙোল ময়াম্না থাঙ্গাল লবুক্তা পৈহুনা লৈখ্রে ॥ তাবিয়ু ক্রুতা থিবিক শোং হায়বা অসিগী গুরুজননা তৌরমবা প্রসঙ্গ থরদং লেংজগে অঙকপা মওংনি ॥ (৫৮) লম তরা পাক্লা, লম মরি লুনা ইকোই কোইনা তৌরে; অকোয়বদা লম চামরিনি অহুগী লৈপাক অহুনা অকোইবদা চেকপম্লী, অহুগী মথক্তা লম মঙা রাংনা অচৌবা উনা কোয়না য়ুংডি। (৫৯) অচৌবা উনা মথাং অহুম কৈয়ে, য়াইরি লীনা কল্লা পুল্লে। শামু মরম য়েংহুনা থোং ১ কাংলি, থিংনবা থোং অমা শারগা মথক্তা য়ানখংহুনা থম্লি শামু অহুনা চংথ্রগা থৌরি অহু কক্কুনা থাদবদা অহুম থিংগদবনি। (৬০) শগাই শারগা মথক্তা থৌরি কক্কবা মী ৩। ৪ ভাইহুনা লৈ। থোং অসি য়োংকী অচৌবা য়োংলিনা শাবনি শামুনা থুদেকপা ওমদনবনি। থোং অহুগী নাক্ অনিদা লাংখোং অনি শানা তৌথ্রি, লুম্বনা লম মরিনি পাকপনা লম তরুক্লি। (৬১) থোংবান মল্লং অহুদা পাকপনা লম অমা পাকই, লুবদি লম মরিনি মওংদি সলামিনি। থোংবান অহুগী মথক্তা উ মচা মচা ফৈরগা মথক্তা উশা মচা মচানা কুপই। (৬২) সোংক্তৌরিবা অহু অকোইবনি, থোংবান তৌরিবা অহুসু পাম্বোম শানা কোল্লপ তৌই। অহুগা শামু থোং অহুগী নাক্ অনিদা পাম্বোম থোংবান চংথ্রিবা অহুগী পম্লি মথক অহু পরেং শানা উ য়ুংডি উকৈ কৈ রাইরিনা পুল্লি।(৬৩) মথাং ৩ নি, মমাংদা থোংবান লৈরে, তুংদা চেকপন মথক্তা উগি গোর শেম্মে অহুগী ময়াদা লোন্না মী পরেং লৈখ্রে অমুমনা, শেম্বা মুমিং অহুদা লোই-থ্রে। (৬৪) অহিং অহু লৈরে নোংঙালবদা, চিংমি, ভলি, অপুম্বা চাবা থকপা লোইনরে।

একাদশ হাতী তাহ প্রবেশি পোংঙেতে ॥
দড়ি কাটি দ্বারবন্ধি রহিল মধ্যেতে ॥ (৬৫)
ভালবলি লোকবৃন্দ বেড়িল গড়েতে ।
একাদশ হাতী নাদে সকল কম্পিতে ॥
বড়দ্বার সমীপেতে শুনতে দ্বার নাম ।
সেইদ্বারে মোইরাংসা কোন্দুম্বক নাম ॥ (৬৬)
দুইহস্তি প্রাবেশিয়া মাউতের সনে ।
একাদশ হাতী বান্ধি ধরিল তখনে ॥
সেইদিনে এইমতে আনন্দ রহেন ।
রাত্রির প্রসঙ্গ এবেশুন শ্রুতাগন ॥ (৬৭)
কোম্প্রেক পোকপী নাম এই গুহ্যস্থানে
সহি নাম বৃক্ষমূলে মোইরাংসা বন্ধনে ॥
কোন্দুম্বক ছাড়িলেন দৈবের ঘতনে ।
দেখদেখ দৈবগতি অঘট ঘটনে ॥ [৬৮]
শুবাইয়া সর্ব্বজন আনন্দ হইয়া ।
রহাইল কোন্দুম্বক বন্ধন ছাড়ায়া ॥
পূর্ব্বকৃত ঋণীভাব কোন্দুম্বকে ছিল ।
রাত্রিকালে চুপে আসি যুদ্ধহেতু এল [৬৯]
তারেদেখি মোইরাংসা চিন্তিত অন্তরে ।
অবশ্য মরন মোর হস্তেতে ইহারে ॥
জীয়েভাল মৈলেভাল মোর কর্ম্মফল ।
হানাথ গোবিন্দ প্রভু কৃপাসে প্রবল ॥ [৭০]
এতচিন্তি মোইরাংসা চিৎকার করিয়ে ।
নিজবন্ধ না বুঝাই যতন করিয়ে ॥
পাছু পাদ বৈসাইয়া অগ্র উর্দ্ধকরি ।
সম্মুখে করিয়া হস্তী চিন্তা পরিহরি ॥ [৭১]
তাহাদেখি কোন্দুম্বক ফোঁভারুষ করি ॥
মোইরাংসা নিকটেতে প্রবেশ ফুকারি ।

অহুদগীদি শামু থৌরসি হাইহুনা মাইগৈ অনিদা বেঙ্গল থোংহুনা, থৌই মীয়াম্না শমু হেনখিদনবা নোংমৈ, থাং, তা পাইহুনা ভাকই । [৬৫] অহুদগী লমবী থৎতুনা শামুগী সরুপ অহু থুগাইরে, অহুদা বেঙ্গল নমথোং থোংহুনা শামু ভাওহন্দুনা চাইখাইরকপদা শামু ১১ দি শোংদা চংলে. অতৈদি হেন্দুনা চৎখ্রে। থোং শেন্নবনা থোংলি ককতুনা থাথহুনা থোং থিংখ্রে। (৬৬) করে হাইহুনা মীয়ামনা শামু হেন্দনবা মপানগী গোরন্দা ভাকখ্রে। শামু ১১না থোংবদা মিয়াম নিকনৈ, অহুগী তুংদা শামু চংখ্রিবা, থোং খান কৌবা অহুদা, মোইরাংশাগা শামু কোনহুম্বাগা ২ না। (৬৭) মথক্তা মাউৎ অম্মম্মম তোংহুনা চংলগা শামু ১১সি খুরৌ থারে, পুন্লে, অসুমনা লৈপাক মুঙাই নরহুনা, মুংথিন অহু লৈরে। অহিংগী প্রসঙ্গ লেংজরককে তাবিয়ু শ্রুতাখিবিক। (৬৮) কোম-- প্রেক্ পোকৃপি কৌবা, অচিকৃপা লমদা' মোইরাং শাবু খুরৌ চল্লগা ছুঈ কৌবা উপাম্বিদা পুন্দুনা থম্মি। লাইগী নোংদম অসুম থোকউ তম্বা, শামু কোন্দুম্ববুদি খুরৌ চন্দনা থাদোকই, অঙকপা ঈশ্বরগী নোংদম লিলানি। (৬৯) মীয়াম অপুম্বসি, রাখল অমা থল্লুদনা, মুঙাইনা তুম্নখ্রে। শামু কোন্দুমবনা মশাদা খুরৌ রাওদবা, মোইরাংশাবুনা পুন্দুনা থম্বা উবদা, মমাংঙৈদা মানা মুঙাইতবা রাকম ১ লৈখিবোই অহুগি লমন খুমগে হাইহুনা তুমিন্না চংলকই। (৭০) মাবু উবদা মোইরাং-শানা খল্লি ভসিদি মাগি মখুৎতা ঐনা শোইদনা, শিরগনি। অহুবু চেনকম লৈতে, ইমানব-নিদো শীরে ফরে হিংলে ফরে ঐগী কর্ম্মগী ফোজ চাবনি, হা গোবিন্দ ইবুঙো নমাইবু কৃপা তৌবিয়ু (৭১) অসি খল্দুনা মোইরাংসানা মাবু কনবীরনবা হায়না থোংঙি ভাদবা নক্তে মীয়ামদো অসুম

চিৎকারিয়া মোইরাংসা নিক্ষেপিয়া দিল ॥
উত্তানক কিছু দূরে পড়িয়া রহিল ॥ [৭২]
পায়ে ছন্দলাগি উঠি চলিতে নারিল ।
দেখিয়া ফুৎকারকরি তখনে রহিল ॥
সন্ধুকিয়া ক্ষনে কোঁকাইয়া আইলেন।
মোইরাংসাকে কোন্দুম্বা পেলাইয়াদেন ॥(৭৩)
উত্তানি মোইরাংসা পড়ে ভুমির উপরে।
জানিলা কোন্দুম্ব পদেবদ্ধ মোরাংসারে।
উর্দ্ধকরি অগ্রপাদ পাছু ভারদিয়া।
মোইরাংসার বুকে দিল দাতে ভারিদিয়া [৭৪]
চিৎকারিয়া মোইরাসা গতি নাদেখিয়া।
শব্দশুনি সর্ব্বজন আইসে ধাইয়া।
দিউটি দিউটি ধরি হাহাকার করি।
সর্ব্বজন মিলে তভু দাত নাহিছারি ॥ [৭৫]
তবেত্তর নাম্বৈরাকপা বলেন বচন।
বন্ধন কাটিলে হবে মোইরাংসা জীবন ॥
এবোলিয়া খড়্গধরি বীরলাফ দিল ।
তাদেখিয়া মোইরাংসা মনেত চিন্তিল ॥ [৭৬]
দরি কাটিলেও মোর নিশ্চয় মরন।
কোন্দুম্বা মারিব তারে করিয়া দুস্থণ ॥
চিন্তি শুণ্ডে জড়াইয়া কিছুদুর ফেলে ।
শুন শ্রুতা সজ্জনের স্বভাব নির্ম্মলে ॥ (৭৭)
নিজ মৃত্যুলাভ মাত্রে পরের জীবন ।
দুর্জ্জন সেনিজলাভ সদায় চিন্তন ॥
পশুহয়া তথাপি করে পরোপকার ।
লোকরব কোন্দুম্বক গেলেন সত্বর ॥ (৭৮)
তবেত মোইরাংসা কাছে আসি সর্ব্বজন।
পেটহৈতে নাড়ী ভুরি ভুমিতে পতন ॥

থোকউ তম্বনা, মংঙই-হাওই তাই অহুবু ভাপ তানদে খম্নরুদে, মোইরাং সানা মাবু পুল্লি থংদনবা খুতুং অনি ফমথরগা, খুমাং অনি লেপ্তুনা মমায় থাঙ্গংতুনা অৱাবা থন্দনা লৈয়ে। (৭২) অহু উবদা কোন্দুম্বনা অশাওবগা লোয়ননা কামহুনা চংলকই। মনাক য়োরকপদা মোইরাং সানা খেক্লা খোলংগা কোংতুনা লংববু থর চংলগা লোংনা তাই। (৭৩) মখোংদা খুরৌনা পুনখিবনা করিস্থ উপায় লৈথিদ্রে কামহুনা থোংঙি, শামু কোন্দুম্বা ভাইহাক জ্ঞান মাংঙুরগা কামহুনা চংলকই সমাম্নবা সানিনা ক্রিক ক্রিক ইল্লবদা খুরৌনা পুনখিবনা, কোন্দুবনা কোওনা লংবদা লোংবা তাখ্রে। (৭৪) মোইরাং সানা লোংনা তাখ্রাবা, মখোংদা খুরৌনা চেংনা পুম্বহু থদংপা ভমদবা উবদা চোং-শিন্দুনা মবুক্তা ময়ানা নমহুনা থিল্লে খুমাং লুকখুতুং রাংহুনা অহুম হায়হুনা নমহুনা লৈখ্রে। (৭৫) উপায় লৈখিদ্রহুনা মোইরাংসা থন্নায় শোক্লা থোংঙি, মখোল তাবদা মীয়াম অপূম্বা হৌগংনহুনা মাংলে খাঙলে হায়হুনা মৈরাগা মৈরাগা চেনশিন্নরকই, মীয়াম্না কোইরবা লাওরবা কাওবদা কোন্দুম্বনা নমলিবা অহু থাদোকতে। (৭৬) অহু উবদা নাম্বৈরাকপনা খুরৌ ককউ মোইরাং সা হিংনবা লাওই, কনা চঙবা ভমদে মানা চেনশিনলক্লনা খুরৌ ককে চোংশিনলকপাদা মোইরাং সানা থল্লি। (৭৭) মানা খুরৌ কক্লবস্থ ঐদি হিঙলরোই, অহুগা মাবুদি ৱাক্রম লৈহৌহুনা কোন্দুম্বনা হাংলরগনি অসি থন্দুনা মোইরাং সানা, মনাতোল্লা কোংতুনা নাম্বৈরাকপবু লংথোরকই। তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক সজ্জন ওইবা সাধুগী স্বভাব ফজবা মচৎ। (৭৮) মশানা শিগাদোরবা কাওবদা মীগী উপকার তৌরম্মি। ফত্তবা জীবগীদি মাগীদা ময়েংবনি মীগী য়েংবা হৌনদে। সা ওইবা সামু মানা, মীগী হিঙনবা

ধরিসব মেলি পেটে গর্ভান্তরে দিল ।
তাহাসহি হস্তীবড় অশ্রু বহি গেল ॥ [৭৯]
অশ্রুধারা দেখি লোক হায়হায় বলে ।
হস্তীর যে দুঃখদেখি পুণঃ না করিলে ॥
হরিবোলি সভে বোলি বিষাদ হইল ।
উপায় নাদেখি লোক গোবিন্দ স্মরিল ॥ (৮০)
মরিবার কালে হস্তী গোবিন্দ ডাকিল ।
অধম পশুর জাতি অজ্ঞান কেবল ॥
জন্মেজন্মে তুয়ানাম নাপাছরু মোরে ।
লোকেবোলে বেদনায়ে বহুত চিৎকারে ॥(৮১)
তাহানহে হস্তীবড় ডাকয়ে গোবিন্দ ।
নয়নে বহয়ে নীর জপে গদগদ ॥
শ্রীগোবিন্দ দিগে হস্তী নিজ মুণ্ডতুলি ।
প্রাণ বিসর্জ্জিল হস্তী মনে নামস্মরি ॥ [৮২]

মোইরাংসা লোকে সভে কান্দি উত্তরোল ।
প্রভাতে সকল মিলি বিচার করিল ॥
কোন্দুম্বকে নাবন্ধি মোইরাংসা বরুন ।
নির্ব্বুদ্ধি কারনে এই একর্ম্ম করেন ॥ [৮৩]
শুনিলে রাজন মোরা সব দণ্ডিদিবে ।
কোন্দুম্বক বধি বোলি নৃপে নাকহিবে ॥
কৌমার হস্তীয়ে বধে রজনী সময়ে ।
এইমতে দরবারে করিল নিশ্চয়ে ॥ (৮৪)
শুনিয়োক শ্রুতাগন ঘটন দৈবের ।
রাজানাম নরনহে কেবল ঈশ্বর ॥
নরবুদ্ধি মিথ্যা কথা কোটি অপবাধ ।
অপমৃত্যু দরিদ্রতা সেই অপবাধ ॥ (৮৫)
পরজন্মে কানা কিবা পঙ্গুহয়া জন্ম ।
রাজার নিন্দনে সেই পাগলাই জন্ম ॥

হোৎনরম্মী। অসিনা কবি ভনিংনি. রারীগী মপূং লাকপনা মীয়ামনা নীম্নরক্লবদা, শামু কেন্দুম্বা হন্দোকখ্রে। (৭৯) অহ উবদা ওসই চংনবা ওম্নবা মীয়ামদো চংলক্লুনা মোইবাং সাবু কোইহুনা য়েংলগা মপূক্কি শিংলি মথিবোং থোক্লুনা তারিবা অহু মপূক মনুঙদা নমশিল্লি। অহুদা শামুনা থাংবা ওমদহুনা মমিৎতা মপি তাহুনা কপই। (৮০) অহু উবদা মীয়াম অপুম্বা হাই হাই লাওনদুনা কপই। থম্নবদা হিঙবা য়াররোই অদুগা মাগী অরাবা য়েংবা ওমদ্রে তোক্লো লাওরকই। মতুঙদদি তোক্লো কোইনা লেপ্তুনা মাগী ফনবা গোবিন্দগী নাম শোল্লি মীয়াম অপুম্ববনা। [৮১] শামু অসি য়াম্না জ্ঞান নৈবা শা ওইবনা শিবমদাইদা গোবিন্দবু কৌরকই অমসুং প্রার্থনা তৌরকই, শাগী জাতিনিনা প্রার্থনা হৈজদে মপোক কয়াদা চোবোনগী ননাই ওইজগে শামুগী প্রার্থনা খোঙবা লাওবা তবদা লৈপাক্লা থম্নে অনাবা থাংবা ওমদদুনা খোংবনি। [৮২] অদদি নংলমদ্রে গোবিন্দ শ্বরনি ওইরমলে, মরমদি মথিবোং থোক্লবা মশাবু লেঙবা ওমদ্রবা মানা মশা কৃকলক্লুনা গোবিন্দনা নৈবা মায়গৈদা মনাতোন থাঙ্গৎতুনা গোবিন্দ কৌদুনা খোংলগা মপি তরও তবও শিনথদুনা থরায় থাখ্রে। [৮৩] মোইরাংসা শিবা উবদা মায়াম পূম্বা কপনৈ. অদম নোংভাল্লক্লে। নোংভাল্লবদা মীয়াম পুন্দুনা দরবার রা তানৈ। মোইরাংশাবুদি থুরো থাদনা ছহি পাম্বিদা পুন্দুদা ঙৌথমলগা শামু কোন্দুম্বাবু খুরো চন্দনা থাদোকপা য়ামনা লালনি অদনা থোকপনি। (৮৪) চুমদবা রা অসিবু নিংথৌদা সেংনা হঙ্গৎলবদি শোয়দনা রাজ দণ্ডি তারগনি অহুগা শামু কোন্দুম্ববু নিংথৌনা হাৎসি হায়বদা য়ারোই, ঐখোয়দা দণ্ডি তাগনি অহুনদি ঐখোয়না তুম্মিডৌদা

ইত্যাদি রাজার গুণ সকল জানিল ।
তথাপি দণ্ডির ভয়ে নিশ্চয় করিল ॥ (৮৬)
দূত পাঠাইয়া আসি নৃপ বুঝাইল ।
শুনিয়োক মহারাজ দৈবে হেন কৈল ॥
রাত্রিতে কৌমার গজে মোইরাংলা মারিল
শুনিয়াত রাজাপ্রজা সকলি কান্দিল ॥ [৮৭]
মেঘের গর্জ্জন যেন ক্রন্দনের ধ্বনি ।
তবে রাজা শান্তহয়া বলিলেক বাণী ॥
সকলে মেলিয়া তার ঈর্ষ্যা কর্ম্মকর ।
রাজাজ্ঞা পাইয়া সবে চলিল সত্বর ॥ [৮৮]
ইচাই নদীর তীরে যজ্ঞ কর্ম্ম কৈল ।
হস্তীখেদা সমাপিয়া রাজাজ্ঞাতে এল ॥

তারপরে মহারাজা মণিপুরেশ্বর ।
সম্পূর্ণ তিথিতে শ্রাদ্ধ কর্ম্মকৈল তার ॥ [৮৯]
শুনিয়োক শ্রুতগণ হয়া একমন ।
ভক্তগুন বলি সাধু দোষ না লবেন ॥
কৈরাও নাম একগ্রাম অগ্নে আছেপুরী ।
তাতে থম্বাল নামৈক আছয়ে সুন্দরী ॥ [৯০]
রাজ্খেম কুলেতে জন্ম ষোল বয়সীয়ে ।
মাতাহীনা পিতৃআছে বড় অভাগিয়ে ॥
বিমাতা পোচ্ছেন সেই বড় হয়ে দীনা ।
বিমাতা পরম দুষ্টা করুনা বিহীনা ॥ [৯১]
পিতাআগে ভালকরে পিছে অকরুনা ।
দিবানিশি সর্ব্বত্রেতে তাড়ণ ভর্সনা ॥

কোত্র লাইশানা অহিংদা হাংলম্বনি হায়রসি হায়না দরবারদা লেপ্পখ্রে। (৮৫] তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক লাইগী নোংদম থীবা মণিপুরদা নিংথৌ হায়বসে মী নত্তে ঈশ্বরগী শক্তিনি। নিংথৌবু মীনি থন্দুনা মীনম্বা হায়বা মহা আপরাধিনি। অদুগী দোষনা অবমৃত্তু চংলি। লাইরবা ওইনা পোকই হৌজিকসু লাইরগনি ॥ [৮৬] মপোক অমদা মমিং তাংবা. মথোং তেকপা ওইনা পোক্কনি। নিংথৌবু নিন্দা তৌবা জীবদো মপোক অমদা অঙাওবা ওইনা পোকই। অসি পুম্নমক অসি লোইনা থংলবা প্রজাশিং অদুনা রাজ দণ্ডি কিৰদগী অরানবা য়াবু হঙৎপা লেপ্লরে [৮৭] দূত থারকুনা নিংথৌদা হঙৎলি তাবিয়ু মহারাজ ইবুঙো লাইগী নোংদম থীবনা প্রজানা তুমখ্রবা অহিং অথেংবদা কৌত্রু লাইশানা লাকুনা মোইরাংশাবু হাংলমদুনা শিহৌরে, পাও তাবদা নিংথৌদগী হৌদুনা প্রজা অপুম্বা কৌদুনা কপনৈ ॥ [৮৮] মচি মচি খুদিংদা কপ্পথিবনা নোং খোংবগুমখ্রে। অদুগী তুংদা নিংথৌ হল্লরকুনা য়াথং পিরকই, মোইরাং শাহায়বদো মাবু শানি থনবা য়াদে অদুনা মাগী মশা অদু যজ্ঞ তৌ সা য়াথং ফংবদা দূত হল্লকুনা পাও তম্লরে ॥ [৮৯] সা য়াথং ফংবদা লৈপাক মীয়াম্না ইচাই তুরেন মপান্দা যজ্ঞ তৌই, অদুগী তুংদা শামু খেদা তোকুনা কোনুংদা হল্লক্লে, অদুগী তুংদা নিংথৌনা মুমিং ১৩নি শুবদা শামুগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম চাওনা তৌখি। [৯০) তাবিয়ু শ্রুতা খিবিকপু সাধুগী গুণনি হায়দুনা দোষ লৌবিগনু হয়া হয়া খুরমজৈ ॥ মথা অসিদা মণিপুর অসিদা তৌরকপা কর্ম্ম মথও মথও লেঙজরক্লে। কোমুঙগী মৈরম পাঙবদা কৈরাও কৌবা খুঙ অমা লৈয়ে, অদদা মমিঙ থম্বাল কৌবী যুবতী অমা অমা লৈ। [৯১) মাগী য়ুম্নাক্লা রাজ্খেম্বি মুপী মচা অসি চহি ১৬ চংলে, মমানা নৌনা হেন্দোক্লমদনা মমাগী মশক থডহৌখ্রে. মমা পোক্তবীনা য়োকই, পোক্তবী মমা অসি য়াম্না কন্নদনা

খাইতে শুইতে সুখ নাহি কদাচন ।
মাতাস্মরি দিবানিশি ক্রন্দন করেন ॥ [৯২]
কিবা দোষে ইহজন্মে মাতৃ হীন হৈলে ।
কেমনে বঞ্চিব আমি এমহি মণ্ডলে ॥
হাহাপ্রভু শ্রীগোবিন্দ করুনা সাগর ।
মরন করাও মোরে কৃপাতে তুমার ॥ [৯৩]
তোরকৃপা পাই মুঞি সমীপে মাতার ।
এবাল্য বয়সে মৃত্যু হউক আমার ॥
একদিনে সঙ্গীগনে মচ্ছ ধরিবারে ।
শ্রীজাল লইয়া প্রাতে করিয়া আহারে ॥ [৯৪]
থোংগ্রাংবির স্থানে এলা ত্বরাত্বরি করি ।
একমচ্ছ নাধরিলা বহুযত্ন করি ॥
দিন অবসান হয়া কানাকানী কৈল ।
অকারনে আসিলাম দিন ব্যর্থ হৈল ॥ [৯৫]
সভেবলে ঘরে চলি মৎসও নাধরি ।
জাল ঘষাইয়া সভে ডাকা ডাকি করি ॥
গৃহোম্মখ হইলেন সর্ব্ব সঙ্গী জন ।
থম্বাল ভাবেন মৎস নাধরিয়া যান ॥ [৯৬]
মাতামোরে গঞ্জি ঘরে রহি নাহি স্থান ।
সচ্ছন্দ নাহয়ে লোক হয়ে দৈবাধীন ॥
বেলা অবসানে কালে মৎসযে ধরেন ।
তাহাদেখি থম্বানদেবী হরষিত মন ॥ [৯৭]
মৎস দেখি মাতা মোরে সুস্নেহ হবেন ।
মাতাসুখ লাগি এবে কিছু ধরিবেন ॥
হেনই সময়ে সূর্য্য অস্থ হয়া গেল ।
গৃহেতে চলিব আমি একাকী হইল ॥ (৯৮)
জাল খষাইয়া দেবী ত্বরিতে চলিল ।
দৈবযোগে পথিমধ্যে ব্যাঘ্র রুদ্ধ কৈল ॥

ওন্থোক্লা তোম্না লৈখ্রে মমিত্তুগী মপি নোঙমা কঙদে ॥ [৯২] মপা লৈরবদি মমাতোন্দো মচাদুবু লুনা তৌই । হেক্ চংখোকখিবগা য়ৈবীবগা চৈবীবগনা চাকম থকফম মফম মরাঙ খঙদে, মুমিৎ খুদিঙগী ইমা নঙনা ঐবু পোকপিরমদুনা হায়তুনা কৌদুনা কপই ॥ [৯৩] ঐনা কয়ামরুম দোষ তৌরকুনা ইমাবু ফঙদ্রিবনো, ঐবু করম তৌরগা শিবা ফাওবা লৈগদগে, হা হা অৱাবনি গোবিন্দ ইবুঙো ননাইবু লৌশিনবিরো ইবুঙোগী কৃপাদগী ননাইগী অৱাবা মপোক অসি লাল্লগে ॥ [৯৪] ইবুঙোগী কৃপাদগী শিবা হায়বদো ওইজদুনা ইমাগী নাক্তা য়োঁজখ্রগে, ঙসি হয়েঙ খঙদনা শিহনবিরো অসি হায়না নিতিগী প্রার্থনা তৌই। নোঙমদি মুপী খরনা ঙসিদি ঙা ফারুসি, ইল চিঙঙুসি হায়দুনা হৌবদা ফরে হায়দুনা চাক্ চারগা ইল চিঙবা লাকই ॥ [৯৫] থোঙগ্রাঙবী পাৎতা মুঊথিস অদুমা ইল চিঙবদা মখোয় পুম্নমক অসি ঙা অমা ফাওবা ফানদ্রে অস্নুম্না লৈনরকপনা মুমিৎ তাদোঁরদুনা মহৈ নহৈ লাওনরকই ঐখোইসে অরেৱদা লাকপা তারে হঙ্গিনখিবদা ঙা ১ ফাওবা পুদনা চংবা তারি। [৯৬] অদুদা মথঙ মথঙ হাইনরকই ফাদ্রবসু মুমিৎনা তাদোঁরবনিনা য়ুমদা হনবা তারেদনা হাইনদুনা, মথঙ মথঙ ইন থাদোকনদুনা কৌনা কৌনাদুনা চংলসি লাকউ কৌরমলগা মথঙ মথঙ চৎনখ্রে। থম্বাল্লা খল্লি ঐদি লাইবক থীবীনী অদুদা ঙা ১ ফাওবা ফাদ্রে। [৯৭] ঙা ফাদনা য়ুমদা চংলবদি ইমানা ঙাওবদা লৈফম লৈরোয়। চংখ্রিবা পুম্নমক অসিদি মনিঙ মথা তমনা লৈব ঙাক্তুনি ঐদি মীগী মীথা পোনবিনি হায়দুনা কানখিবা অদু য়াওদ্রে অদুদা মথল্লদা চিঙহৌই ময়ামনা হনখ্রবা অদুদা ঙা লক্লদুনা হরাওরে। (৯৮) ঙা অসি উরগা ইমানা

শব্দকরি সেইবাঘে খম্বানকে ধরি ।
গতিনাহি সেইকালে মাতাকে ডাকরি ॥(৯৯)
দৈবদোষে খম্বানকে ব্যাঘ্র যে খাইল ।
ইইমতে সেইকন্যা প্রাণ ত্যাগ হৈল ॥
ইথা গৃহে পিতা পুত্রী মুখ নাদেখিয়ে ।
সঙ্গীজন গৃহে গৃহে জিজ্ঞাসা করিয়ে ॥ (১০০)
একজন নাহিটুতে একামাত্র হৈল ।
মনেভাবে কাপুরুষ তার ফল দিল ॥
নিশ্চয় মরিব পুত্রী অন্যথা নাহবে ।
গ্রামীজনে জানাইল বিবরণ সবে ॥ (১০১)
দিউটি ধরিয়া সর্ব্ব করে অন্বেষণ ।
কতদূরে গিয়াদেখে জালী মৎসগণ ॥
সর্ব্বলোক দেখে তাই তাহাকে ধরিয়া ॥
বস্ত্ররক্তাদিক সর্ব্ব পড়েন চিড়িয়া ॥ (১০২)
তাহাদেখি তারপীতা কান্দে নীরন্তরী ।
কাহাপুত্রী পুত্রীবলী ঘনডাক করি ॥
এসএস প্রাণ পুত্রী আমার কুলেত।
প্রভাত হইতে তোরে দর্শন নাপাস্ত ॥ [১০৩]
কান্দি ডাকি সর্ব্বজন অন্বেষণ করে ।
সেইকালে ব্যাঘ্রনাদ গর্জ্জন শুনিরে ॥
ক্ষণকাল স্তব্দহয়া রহিল সকল ।
ভীতহয়া সর্ব্বলোক পিছেতে ফিরিল ॥ [১০৪]
গ্রামে আছি বিচারিল কেমনে করিবে।
বৃদ্ধগণ কহে কহ রাজার সমীপে ॥
এইমতে বিচারেতে প্রভাত হইল ।
তিনজন অশ্বচড়ি পুরেতে আইল ॥ [১০৫]
আইয়া গারতে কহি কান্দিল বিস্তরে ।
সভেমেলি যুক্তিকরি কহিল রাজারে ॥

হয়াওরগনি, ঐনা রাজবা অদুদা লাইনা পিনরবনি খল্লিরৈদা মুমি তথ্রে, থম্বালনা ইতোমদা ডায়হৌরে, মমখ্রগনি হায়দুনা, তফিও তফিওনা। [৯৯] ইনঅদু থাদোক্তুনা প্রপ প্রপ লাকই। লায়গী নোঙদম থীবনা, লম্বিদা কৈনা থংলে। থম্বান উপায় উদে জ্ঞান মমহুনা লৈরিবৈদা কৈনা ঙংহুনা চোংশিল্লগা কাখ্রে গতি লৈত্রহুনা ইমা ইমা কৌহুনা কপ্পা কপ্পা শিরে। [১০০] লাইগী নোংদম থীবনা থম্বান কৈনা শোক্তুনা থরাই মাংখ্রে। অসোমদা মমুমদা থম্বান পোকপা মপানা, য়ুমদা হনলকপদা মচা লৈরমদবা উবদা হংই ইনচিংবা চৎখি, তাবদা কনা কনা চংখ্রিবনো হাইহুনা কোইহং হংজি। [১০১] লৈকাই খুজং অতুগি মীঅহু ১ কাওবা রাংত্রে চংমিন্নখিবা মী পুম্নামকসু ১ রাংত্রে।অতুদা রাথল তৌই মুপিনা ভমবা কাপুরুষ হাইবহু ঐনা ওইবদগী মহে ফংলেদো ইচাদো হিংলমমরোই শোইদনা শিরমলগনি। অসি খন্দুনা, লৈকাইদা কোইরাও লাওহুনা।(১০২) মীয়াম তিন্দুনা, মৈরাগা মৈরাগা চেনথোকনরক্তুনা থীনরক্লে, মথং মথং য়েংলকপদা, মচানা পুহুনা লাফলম্বা, ডা হাপ্পা তুজোলগা ইনগা হজেল পৌরাগা তাহুনা লৈরম্বা থেংনরে। মীয়াম চংহুনা য়েংনবদা থর চংলগা ঈ তারম্মে, মফি শেগাইহুনা তারম্মে॥ (১০৩) অহু উবদা মপানা কপ্পুনা মচাবু তোয়না তোইনা কৌই ইপাগী ইবেম্মা থম্বাল ইপাগী নাক্তা চংলকউ ইপানা কোনগে নোংজালবদগী ইপাগা ইচাগা উনত্রি। (১০৪) অসি হায়হুনা কপনা কপনা থীরকপদা কৈজাও অহুনা ফমহুনা ঙংজি কৈথোল তাবদা মীয়াম অপুম্বা পংথৈ অতুদগী জ্ঞান তানরকপদা কিনহুনা তুং হন্না হন্না লাক্তুনা খুজং লৈকাই য়োবদা। (১০৫) লৈকাই তিন্দুনা শাম্নবদা অহনশিংনা নিংথৌদা হজংলুরো হায়হুনা

ব্যাঘ্রবার্ত্তাশুনি রাজা কৈল দরবারে ।
যেযাবে অমাত্য গণ মরিতে বাঘেরে ॥ [১০৬]
কেওজন নাউত্তরে মৌনেতে রহিল ।
পুনর্ব্বার বলে রাজা কেহ না বলিল ॥
তাহাদেখি জিলাঙম্বা বলে করজোর ।
আমিযাব মহারাজ এবে চিন্তাছাড় ॥ [১০৭]
ভালবলি ভায়ে রাজা অনুমতি দিল ॥
রাজাজ্ঞাতে পাত্রগণ সাজন করিল ।
বার্ত্তাপায়া তিনজন ফিরিয়া পৌছিল ।
বার্ত্তাশুনি অন্যগ্রামে বার্ত্তা জানাইল ॥ [১০৮]
শুনিয়োক শ্রুতাগণ পুর্ব্বের প্রসঙ্গ ।
মণ বার্ত্তা ব্যাঘ্রবার্ত্তা ভীন ভীন অঙ্গ ॥
অগ্নিকুণ্ঠ কাষ্ঠএক বান্ধি মরিচৈক ।
এইবার্ত্তা ক্ষুদ্রবলি জানি সর্ব্ব লোক ॥ [১০৯]
তিনপঞ্চ সাতনব ক্রমেতে বর্দ্ধিল ।
ছোট বড় ব্যাঘ্র বার্ত্তা পুর্ব্ব হৈতে রৈল ॥
চৌদিগের লোকবৃন্দে বার্ত্তা জানাইয়ে ।
সাতকাষ্ঠ সাতমরিচ বন্ধন করিয়ে ॥ (১১০)
বার্ত্তাপায়া সর্ব্বলোক আছিয়া পৌছিল ।
অগাধ সমুদ্র যেন লোকের কল্লোল ॥
এথাপুরে জিলাঙম্বা সাজন করিয়ে ।
শুরাদি সৈন্য প্রজাদি সংহতি লইয়ে ॥ (১১২)
যাত্রাকৈল রাজপুত্র রাথৈ পথদিগে ।
বাঝাই বেঙ্গুল রেশমী চৌকির আগে ॥

খন্নরে অহুম নোংডাল্লহুনা নিপা অহুমদা থৌদাহুনা শংগোল তোংহনা লাক্লগা নিংথৌ কোম্বুং চংলকুনা (১০৬) গারোং লোইশংদা কপ্পুনা কপ্পুনা পাও হঙ্গংলে লোইশঙ পুবনা তান্নহুনা নিংথৌদা হঙ্গংলরে কৈবাও তাবদা নিংথৌ লেংথোকুনা দরবার তৌই। লৈপাক চোন্না তিল্লিবা অহুদা নিংথৌনা হংডি অকন অথৌ কনানো কৈ কাবা চংকদবা। (১০৭) সনা য়াথঙ তাবদা কনা অমনা ঐ চংকে চোংথোকতে তোকপা য়াবা রাদি নত্তবনিনা নিংথৌ অমুকশু হংডি ২ রক শুবা কাওবদা কনা ১ না ঐ চংকে হাইত্রবদা, মনাও ইবুঙো জিলাঙম্বানা য়ামবুং মহারাজবু ননাও চংচগে হঙ্গংলি। (১০৮) অহু তাবদা সুরচন্দ্র নিংথৌ মুংঙাইহুনা, ইনাও ইবুঙো কৈ কারুরো ননিং তমজো য়াথং থারে স্না য়াথং ফংবদা লোইশং অপুম্বা কৈ চনবা চংকদবগী লাংনরে। অহুগা মুপা ৩ অহুদা কৈবাও চেল্লুরো থারক্লে। লৈকাই তিন্দুনা পাও ঙাইহুনা লৈরম্মি, পাও ফংবদা খুঙ্গং কয়াদা কৈরূপ কয়াদা পাও পিরকই । (১০৯) তাবিয়ু শ্রুতা থিবিক মাংদা চংনরম্বা প্রসঙ্গ লানগী পাওনা ১নি। কৈগী পাওনা ১নি, কৈবাওদি মৈহুম অমদা মোরোক ১পুন্দুনা পিথিবহু অসোনবা পাওনি কৈরূপ১ঙগীনি (১১০) অহুম, পুনবা, মথং ৫ পুনবা ৭ পুনবা ৯ পুনবা অসি, অচৌবা মচা কৈরূপ অমা, ৩ তিনবা অমুম্না মথং মথং থংনৈ। মী শোকলবদি মচানি হাইবা য়াদে অহুনা মৈহুম ১ দা মোরোক ৭ পুন্দুনা পাও চেনখ্রে, পাওজেম্বী খুন ১ দা ফংবদা পাওদা লৌহোই মৈহুম মাংবা য়াদে মথং মথং পিনখি পিদদুনা মাংহনবা খুন অহুদি দগি চাওনা পি অহুনা য়াম্না কিনৈ। (১১২) পাও ফংবদা মীয়াম মথং মথং লাক্লহুনা কৈরাও খুন্দা পৈখ্রে, মীয়াম অসি অঙকপা ফংনৈ। অসোম্নদা কোম্বুংদা মনাও ইবুঙো জিলাঙম্বা, মশাম্নী থৌরাং লোইহুনা, মণিপুরগী অকন অথৌ কয়া লোয়নহুনা। (১১৩) যাত্রা তৌহুনা লাকই। রাথৈ শোয়োক্তা মাংদা, বাঝাই, বেঙ্গুল, রেশমিচৌকি, থোংহুনা

বাদ্যাদিক যন্ত্রগণ আগে পিছে রোল।
সর্ব্বাগ্রেতে হনুমন্ত ধ্বজেতে চলিল (১১৩)
জয়রে গোবিন্দ বোলি প্রজা নাদ কৈল।
ঘুরতর সেইশব্দে কথা না শুনিল ॥
সেইশব্দ মণিপুর হৈল কম্পমান।
তাহাশুনি ঘোড়াধ্যক্ষ পাকাস্না ক্রোধেন (১১৪)
ভারদাস পুখ্রম্বাযে রক্তবস্ত্র ধারি।
বস্ত্রনাম লৈয়া তারে কহে রাঙাধারি ॥
ডাক ডাকি কহে শুন কেজন চলিত।
রাজার সম্পদ সঙ্গে চলিছে বেকট ॥ (১১৫)
পুখ্রম্বা বলেন বীর তব ছোট ভাই।
ব্যাঘ্র ধরিবার তার রাজাজ্ঞাতে যাই ॥
পাকাস্না বলেন শুন এইরাষ্ট্রে পথে।
রাজাআর আমি মাত্র পারিযাই তাথে ॥(১১৬)

অন্যজন কেবা আছে এই মণিপুরে।
তুমিযায়া লুটকর সকল সম্ভারে ॥
শুনিপাত্র আসি শীঘ্র নিবেদন কৈল।
বেঙ্গুনাদি লুটিবারে ভাই আজ্ঞা হৈল॥(১১১)
শুনিয়াত জিলাঙম্বা লজ্জায়ে বিহ্বল।
বিরস বদন হয়া মৌনেতে রহিল ॥
পুনরপি পাত্র কহে রাজার কোয়র।
তব রড়ভাই প্রতি কিদিব উত্তর ॥ (১১৮)
শুনিশুনি মৌনরহে নাহিক উত্তর।
চারিবারে ক্রোধ হৈল শুনিয়া অন্তর ॥
জীলাঙম্বা কহিলেন তোর নাহি দায়।
শুনিয়া পুখ্রম্বা ফিরি নিবেদিল তায় ॥ (১১৯)
কথাশুনি পাকাস্না যে ছিছি ছিছি বলি।
নাকহিয়া মৌনহয়া রহে ক্রোধাবলী ॥

চৎলি, পুংনাচিংবা যন্ত্র কয়ানা মাংদা তুংদা য়ৈ খোংই। খ্বাইগী মাংদা হনুমান য়েকপা ফিরান্না থাহনা চৎলি। (১১৪) জয়রে গোবিন্দ শোহনা জয় ধ্বনি তৌই অঙকপা ফংনা নিল্লি নাকোং য়ৈশিল্লি। মথোল্লা মণিপুর অসি নিকপগুম নিংভি অহু তাবদা পাকাস্না সগোল হঙ্গবানা য়াম্না শাওহনা (১১৫) মনাই অচানবা পুখ্রমবা ফিঙাং শেৎপা, মাবু ফিঙাং শেৎপা কৌবসি মশানা ফিঙাং পামহনা মতম পুন্নমক্তা অঙাংবা ফিদা শেৎলি অহনা মাবু লৈপাকনা ফিঙাং শেৎপা কৌনৈ। মাবু কৌশিন্দুনা হংভি কনানো, নিংথৌগী সম্পাতি পুহনা চৎলিবা অসি। (১১৬) পুখ্রম্বনা হঙ্গৎলি মনাও ইবুঙো ননাও জিলা ঙম্বানি শ্নায়াথং পুহনা কৈরাওদা কৈ চনবা চৎলিবনি অহু তাবদা পাকাস্নানা রাংথৈ লমশাং অসিদা অমুমনা চৎকদবদি নিংথৌ য়াই মথংদা ঐ অমা চৎপা য়াই। (১১৭) অহু নৎতনা মণিপুর অসিদা ১ না চৎপা য়াদে অহনা নং চৎতুনা বাঝাই মুল্লু য়াথং কংবদা পুখ্রম্বা লাকুনা জিলা ঙম্বদা হঙ্গৎলি, মনাও ইবুঙোবু, য়াম্মুং পাকাস্নানা বেঙ্গুল খোংগমু তাক্লকই, য়াজ্রবদি ঐবু বেঙ্গুল মুন্দুনা পুরকউ হায়রকই ॥ (১১৮) অহু তাবদা জিলাঙম্বা মাইথোং খেগুম ঙাংহনা ইকাই মুংশি য়ান্ননা তুমিন লৈ। খুমজ্রবদা অমুক হন্না হঙ্গৎলি মচা ইবুঙোবু, য়াম্মুংদা ননাইনা করি পাও তম্মুগদগে। (১১৯) তানা তানা জিলাঙম্বা হোই মাই হায়দে তুমিন্না অহুম লৈ। অহু উবদা পুখ্রম্বা নমথেকুনা মথং মথং হঙ্গৎপা মরিয়ক্ শুরকপদা মনাও ইবুঙো জিলাঙম্বনা ইপু ফিঙাং শেৎপা, মাসি ইপুগী নথৌ নত্তে খুম্মি। অহু তাবদা পুখ্রম্বা হল্লকুনা পাকাসনাদা ফজনা তম্মি ॥ (১২০) পাও তাবদা পাকাসনা, ইছে ছে হায়রগা বা ঙাংদনা লৈথি। পুক্লিংদা য়াম্না

এথা জিলাবলে শুন বাজানীয়া গন ।
ভয়হৈলে নাবাঝিও নাভয়ে বাদন ॥ [১২০]
শুনিয়াত বাদনীয়া দ্বিগুনী উঠিলে ।
কিছু নাপারি পাকান্না অমনি রহিলে ॥
জয়ধ্বনি করি জিলা কৈরাও উত্তরিল ;
প্রণাম করিয়া লোক একত্র হইল ॥ [১২১]
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন ।
ব্যাঘ্র ধরিবার কর্ম্ম অদ্ভুত লক্ষণ ॥
অগ্রে পাদচিহ্ন খোজে শীকারীয়া লোক ।
এইকার্য্যে যবনীয়া শ্রেষ্ঠ বৃন্দে লোক ॥ [১২২]
পাদচিহ্ন খোজিহয় হুইরোই নাম ।
ডাকি কহে চলশীঘ্র দেহ ব্যাঘ্র ধাম ॥
জিলার যে আজ্ঞা পায়া যবন চলিল ।
চিহ্ন খোজি লোক সঙ্গে থস্থান দেখিল ॥[১২৩]

তাহাদেখি সর্ব্বলোক অনেক কান্দিয়ে ।
পুনঃদেখি তথনিয় খাইল বাঘিয়ে ॥
পুনঃচলি জলখাই পাইল খোজেরে ।
যবন কহেন লোক ব্যাঘ্র সমীপেরে ॥ [১২৪]
কিছু চলি চারিপাদ একত্র হইল ।
লাফদিয়া দক্ষদিগে পুনই পড়িল ॥
পনই চোপাদ জোরি লাফ চিহ্ন পাই ।
আহাদেখি যবনক কিয়ো কথা দেই ॥ [১২৫]
পিছে ফিরা ধ্বজ ফিরি বার্ত্তা জানাইল ।
বার্ত্তাপাই লোক বৃন্দ দুঃভাগ চলিল ॥
মণ্ডলী করিয়া অগ্র দুঃঅগ্র মিলেন ।
নরগড়ে করিলেন করিয়া যতন ॥ (১২৬)
একজন শুলধরে খড়্গ ধরি আন ।
নিজনিজ অগ্রভাগে গাছাদি কাটেন ॥

সাওখি। অসোমদা জিলাঙম্বনা বাঝাই, বেঙ্গ্‌ল খোংবদা য়াথং পি নখোয়না কিরগা খোংগন্নু কিদ্রগা খোংঙু। (১২১) অদু তাবদা খোংলিবা কাংবুনা হান্নদগী হেনগৎনা খোংহুনা চংলে। মথা অদু করি অমা ঙমদহুনা পাকাসনা তুমিন্না লৈহৌরে। অস্থুম্না জয় ধ্বনি তৌহুনা লাকপনা কৈরাও থুল য়ৌবদা, লৈরাম্মবা মীয়াম্না ওক্কুনা খুরমহুনা মফম চানা পোথারে। (১২২) তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক্ কৈ চনবা ফাবা হায়বা কর্ম্মসি অঙকপনি। লৈপাক পৈবা লোয়রবদা কৈনা লৈবা মফম থিনবা শাখোং লীবা চংলি অমনা হেক হৈবা থংবা নত্তে ওঝা নাইনা তম্বতনা থংবনি, থংলিবা মী অদুবু মমিং হুইরোই কৌনৈ, মফম চাওনা পি অদুগা মসিগী থবক্তা হৈবসিদি পাঙম্না হেল্লি। (১২৩) অদুগুম্বা হুইরোই কৌশিন্দুনা জিলাঙম্বনা শাখোং লিরুরো য়াথং থাখ্রে। য়াথং ফংবদা ( যবন ) হুইরোই পাঙম্না মাগী মীগা লোয়নহুনা শাখোং লিরকপদা থমবালনা শিহুনা লৈরম্বা থেংনরে ॥ (১২৪) অদু উবদা য়েংনহুনা কয়া কপনৈ, চংখিহুনা য়েংনবদা কৈনা সাগোল্লনা লৈরম্বা শা চংখিবা উরে, অদুদগী খোংগুন লিবদা থর চংলগা ঈশিং থকখিবা থেংনরে, হুই-রোইনা মিৎ নাকোং সিংঙু শা নক্লে তাকই ॥ (১২৫) অদুদগী থর চংলগা মখোং ৪ পুনবা খোজুন থেংনরে, কদোমদা চোংবগে য়েংনবদা য়েত্তা চোঙবা থেংনরে, থর অমুক চংলগা অমুক মখোং ৪ পুল্লে, চোঙবা তারে থংলে; অদু উবদা হুইরোই হঞ্জবনা মফম অদুদা কৈনা য়াহিপ্লে খঙহুনা হন্দোক্লক্লে ॥ (১২৬) অদুগা কিরাল হায়হুনা পাও পিখ্রে। পাও ফংবদা মীয়াম পৈরিবা অদু তম্নাই থাইহুনা নাকোই চংখিহুনা কোইবা থংলে কৈ লৈবা মফমদু ময়াইদা লৈখ্রে

হেনকালে ব্যাঘ্রশব্দ উঠিয়া গর্জ্জন ।
শব্দশুনি যতলোক দাড়ায়া রহেন ॥ (২৭)
বাঁসবাঁস লাগাইয়া বাস গড় কেল ।
ভিতরে শূলাগ্র দিয়া যতন রক্ষিল ॥
বিদ্যুতি চমক যেন শূলাগ্র উজ্জল ।
দরি জাল বদ্ধ বলি চৌদিগে বাজিল ॥ (১২৮]
এদিগেতে অতি উচ্চ মঞ্চ কেল স্থির ।
মঞ্চোপরে জিলাওম্বা চড়িয়ে তাহার ॥
জয়রে গোবিন্দ বলি লোকরব কৈল ।
ধ্বনি শুনি সেইবাঘ রহিতে নারিল ॥ (১২৯)
লেঞ্জতুলি সেইবাঘ গর্জ্জন করিয়া ।
জালের বিলম্বে বাঘ গড় ডিঙ্গাইয়া ॥

তাদেখিয়া জিলা শীঘ্রে বন্দুক বাজিয়ে ।
ব্যাঘ্রমারি সিংহনাদ তখন করিয়ে ॥ (১৩০)
তাহাদেখি প্রজাগণ প্রশংসা করিলা ॥
ধন্যধন্য মহাবীর প্রজাকে রক্ষিলা ।
ব্যাঘ্রআনি রাজাস্থানে অর্পন করিলে ॥
বাঘদেখি রাজামনে সন্তোষ হইলে ॥ (১৩১)
বহুত প্রসাদ দিল যত আছে মন ।
নিজঘরে লোক সব করিলা গমন ॥
মনেত অসুখী জিলা ঘরেতে না গেল ।
টিকেন্দ্র সেনাপ্তি কাছে আসিয়া বন্দিল ॥ ১৩২
সেনাপ্তি কহেন ভাই বিরস বদন ।
কিবাকাজে এতদুঃখ নীর পড়ায়েন ॥

(১২৭) থাং পাইবা অমগা লম্বু পাইবা অমগা থংনা থংনা লেপই । থাঙ পাইবা অহুনা মমাংদগী হৌরিবা অহু য়ানথেকই মাবু পমপাক য়ানবা কৌই। লাওনা কোয়রম্বা অহু খুজিনলক্লবদা কৈখোন থোক্লে কৈখোন তাবদা কৈ লৈরে খঙলহুনা পমপাক য়ানবা তোকলে। (১২৮) কৈ হেনখিদনবা হায়হুনা রা য়াল্লুহুনা কৈবন সারে শমবন থারে রা উ অফংবা অহুনা খুহুপ তরা রাওনা য়ুংডি খুহুপ অমা ললনা রা কৈ পয়ানা পুল্লি মীনা য়ামথিবনা লৈকায় খুল অমদা লম অনিদা মথুঙডি ক্রককক য়েঙননা হোংনবনিনা থুনা লোয় কৈবন শাবা লোয়রবদা লম্বু চিনদোন থিংজিন্দুনা কৈ ঙাকই লঙখ্রে নোংথাঙগুম্মী। কৈরাং থারো লাওনৈ। (১২৯) কৈরাঙ হায়বসি থৌরিবা সেম্বনি মুপা ইনগুম্না কাপ অম্মম্মম ললালি কৈবন মাঙদা য়ানবনি কৈনা হেনগদবগী চোঙথংপদা য়াল্লিবা লাঙলি কক্কুনা থাথবদা মরৈ মরৈ য়েংশিন্দুনা কৈবু লাইনা ফাবা ঙম্বা কৈরাঙম্নি। অহুগা খুদোঙ য়েঙহুনা অরাঙবা সগাই অমা শাই অহুগী মথক্তা মনাও ইবুঙো জিলাওম্বা তোংদনা লৈখ্রে। মতম অদুদা জয় ধ্বনি লাওই ধ্বনি অদুনা কৈ থুপ্পা য়াব্রদুনা [১৩০] মমৈ থাঙ্গংতুনা চেনথোরক্কুনা কৈরাঙ থাবনা থিনহৌবদগী কৈবন কাদুনা রাংমা লানখ্রে। কৈনা হেনখিবা উবদা জিলাওম্বনা নোংমৈ কাপ্পুনা কৈহুরে অহুউবদা জয়ধ্বনি লাওই। (১৩১) প্রজানা জিলাওম্ববু থাগৎনৈ, ধন্যনি মহা ধন্যনি কৈকাহুনা প্রজাগি অরাবা কোকহুনলে, হাইহুনা হরাওনরে, অহুদগী শগাই শারহুনা কৈহাপলগা জয়ধ্বনি লাওহুনা, কোন্নুং তানা লাক্কুনা নিংথৌদা কৈ কংলে, অহু উবদা নিংথৌ য়াম্না হরাওই। (১৩২) নিংথৌনা মনা চাওনা পিহুনা হরাওহনলি কুম্ম লোইরহুনা প্রজা অপুম্বা হন্নখ্রে। অহুগা জিলাওম্বদি থরাই মুংঙাইতহুনা শঙ্গাইরোমদা চংখ্রে, কোইরেং সেনাপতিগী শঙ্গাইদা লাক্কুনা খুরুম্মরে। (১৩৩) সেনাপতিনা তরাম্না খৌশিন্দুনা

শুনদাদা পাকা মীজ জনে আশিয়া ।
বাঝাই বেঙ্গুলে লুটে পুখ্রম্বা আসিয়া ॥ (১৩৩)
সর্ব্বজন আগে আসি মোরে লজ্জা দিলা ॥
তারআজ্ঞা অনাদরি আমী বাজাইলা ।
ইহাকে চিন্তিয়া দাদা অসুখ হয়েন ।
হাসিয়া টিকেন্দ্র বলে ভাইসে রাজন ॥ (১৩৪
তাহার কারনে পাকা করে গর্ব্বমান ।
পুর্ব্ব হৈতে জানি আমি ইহার কারন ॥
এক কথা শুন ভাই তাহার রক্ষণ ।
তন্ফা বাজারেতে যায়া কিনে দ্রব্যগণ (১৩৫)
সেইকালে পাকার দাস এক দেখিয়া ।
দ্রব্যমুল্য বলা বলি চুপেতে শুনিয়া ॥
তারদাস বেসী মুল্য দিয়ালয়া গেল ।
এইমত কতশত সহিয়া রহিল ॥ [১৩৬]

অবশ্য আসিবে কাল কারে নাহি বল ।
এতেক বলিয়া তারে ঘরে পাঠাইল ॥
এইমত রহিলেন কেহ নাজানিল ।
শুরচন্দ্র নরপতি কিছু না জানিল ॥
এইমতে মণিপুরে হুমনা রহেন ।
রাজাপুত্র অষ্ট জন দুই ভাগরণ ॥ [৬৯৫]

* [মন শিক্ষা] *

ওরেমন কিভয় শমনে করি আর ॥
যদিকৃষ্ণ পদেরতি, কিকরিবে যমপতি,
ইহাকেনে না কর বিচার ॥
যেপদ ভরসা করি, ব্রহ্মা সৃষ্টি অধিকারি,
যেপদে বাঞ্ছয়ে পঞ্চানন ॥
যেপদে গঙ্গার জন্ম, লক্ষ্মীজানে যার মর্ম্ম
অহর্নিশি স্মরে অনুক্ষণ ॥ [১]

ফমহনলি, শংত্রিক য়েংলগা ইনাও ইবুঙো কৈদৌরে, মাইথোং মুণ্ডক কারগা মিংলুদা পিরাং চেনবদি জিলাঙম্বনা য়াম্নুং ইবুঙো কৈরাও কৈজনবা চংপদা রাংথৈ শোরোক্তা বেঙ্গুল খোংববু য়াম্নুং পাকাম্নানা বেঙ্গুল মুল্লু হায়হুনা পুখ্রম্বা ফিডাং শেৎপা থারকই। (১৩৪) লৈপাক মমাংদা ইকায়বা পি, অহুবু য়াম্নুং য়াথং ইন্দনা লমহেন্দুনা খোংহুনা অহুম চংলে। অহুগী থল্লুবদা থরাম্ন য়াম্না মুংঙাইথিত্রে। অহু তাবদা কোয়রেং সেনাপতিনা নোকুনা ইনাও ইবুঙো ময়াম্বনা নিংথৌ ওইরিদনা। (১৩৫) অহুনা পাকানা চাওরিবনি, মরম অসি ইয়াম্বাদি হান্না থংঙে নংদি হুন্দক্তা থংবনি। ঐঙোন্দা তৌবা কর্ম্ম হাইগে তাও। ইয়াম্বনা কৈথেন য়েংনিংহুনা মোইরাংখোম কৈথেন্দা য়েংবদগী পোৎ লৈ। (১৩৬) মতম অহুদা পাকাগী মনাই ১ না কোইন ইনলগা ঐখোয়না হুনবা মমল তারগা ঐখোয়গী মাংদা মমল হেনগৎহুনা লৈরগা পুখি, মসি অমুক্তা নংতে, কয়ারক ওইখ্রবনি। অহুবু ইয়াম্বনা খাংহুনা লৈরিবনি। (১৩৭) ইনাও ইবুঙো মতম ১ লাকখিগনি কনা ১ দা হায়দোকউগন্থু মুঙাইনা লৈয়ু হাইহুনা মনাওবু থেমলগা হুনহলখ্রে। অমুন্না লৈথিবহুনা মনা মনিল নাইদনা তুমিন্না লৈখ্রে। মরম অসি সুরচন্দ্র নিংথৌদি করি অমতা থংদনা লৈথি। অহুগা মণিপুর অসিদা মচা ইবুঙো নিপানসি মরি মরি মিচং ওইহুনা মবুক্তা থরুম তৌনহুনা লৈনখি। (মনশিক্ষা) [১] লাইরিক লেংবনা মতাং অসিদা মনশিক্ষা লেংজরি। হেমন যমরাজবু করি কিরুগদগে মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী পাদদা রত্তি ভক্তি লৈজরবদা যম নিংথৌনা করি তৌজরগদগে অসিবু নংনা করিগী রাখল তৌদ্রি। চরণবু নিংজবদগী ব্রহ্মানা জগৎ শেম্বা ওম্মী। মহাদেবনা মুখ অমনা নাম

ধ্রুব আদি যে প্রহ্লাদে, যোগিন্দ্র ধরয়ে হৃদে,
মুণিগণ যেপদ ধেয়ায় ।
দ্রৌপদী প্রহ্লাদ করি, যেপদ হৃদয়ে স্মরি,
দেখ কত সঙ্কট এড়ায় ॥ [২]
যদি কর নিজ কাজ, মিত্র হবে ধর্ম্মরাজ,
বৃথা চিন্তা অসার সংসার।
কহেদীন মঙ্গীদাস, চিন্তি কৃষ্ণ পদে বাস,
ত্রিভুবন শত্রুনহে আর ॥ [৩]
বৈষ্ণব বন্দনা করি, শ্রীগুরু চরণ ধরি,
মোঅধমে কৃপা স্পদ দেহ ।
অধম পতিত জন, বুদ্ধি জ্ঞান কর্ম্ম হীন,
বিরচিত দীন মঙ্গীসিংহ ॥ [৪]
(ইতি সুরচন্দ্র চরিত্র তৃতীয় সীমা)

( চতুর্থ সীমা )

জয় জয় গুরুগোষাঞি কৃপাকর মোরে॥
মোসম পতিত নাহি জগত ভিতরে॥
তুয়া অনুগ্রহ লেশ মাত্র যদি পাই।
আনন্দিত মনে কৃষ্ণ ভক্ত গুণ গাই ॥ [১]
মণিপুরে শূরচন্দ্র হইলেন রাজা।
কুলচন্দ্র হইলেন পূর্ণ যুবরাজা ॥
কোইরেংসিং সেনাপতি হৈল মণিপুরে।
পাক্কাসিংহ হইলেন অধ্যক্ষ ঘোড়ারে ॥ [২]
থম্বৌস্নাসিং হস্তিরের অধ্যক্ষ হইল।
এইমতে মণিপুরে গোবিন্দ সেবা কৈল।
দৈবযোগে অষ্টজন চারি চারি ভাগ ॥
শূর থম্বৌ পাক্কা গোপাল চারি একভাগ ।[৩]
কুল কোইরেং অভৌস্না জিলা এইচারি।
সর্ব্বত্রেতে পক্ষপাত যতকর্ম্ম করি ।

শোনবা পেন্দবদগী মুখ মঙা পানখি। অহুম্বা চরন্দগী গজানা পোকথি। লক্সীনা গুণ থংবদগী চরণ থাখিদে। [২] ধ্রুবনা প্রহ্লাদনা যোগিশিংনা মুনিনা চরনবু কাওদনা নিংনরি। অহুগা চরন নিংজবদগী দ্রৌপদী পহ্লাদনা অনিনা শিরগদবা মতমদা শিদে অরাবা কোকথি। (৩) ইবুঙোগী চরণ সেবা পুজানা ঐগী ইথৌ ওইনা তৌজরবদা, কিনরিবা যম নিংথৌদো ঐগী মরুপ ওইগদবনি অহুনা হে মন, অরেম্বা মচি লৈত্রবা সংসারগী রাখন থাহুনা কৃষ্ণ চরণ নিংশি। তোল্লবা গ্রন্থ কার্ত্তা মঙ্গিসিংনা হায়জে কৃষ্ণ চরণবু কাওদ্রবদি মরোন ৩ অসিদা মাগী য়েরুবা কনা অমা লৈবা হৌনদে। [৪] বৈষ্ণব খিবিকপু খুরুমজরি শ্রীগুরুচরণবু কোঞ্জরি ননাই অতোনববু কৃপা পিবিয়ু ॥ অতোনবদগী তোনথ্রবা বুদ্ধি জ্ঞান কর্ম্ম রাংলবা, দীন-হীন মঙ্গিসিংনা ইতিহাস পুরাণ অসি লেংজৈ ॥

( মতাং অসিদা বিজয় পঞ্চালী কৌবা লাইরিক্কী মঙাগুবা খণ্ডগী অহুমগুবা অধ্যায় লোয়জরে)। (পাংত্রবা তোল্লবা ননাই মনিসিং মঙ্গিসিং অনিনী মৈতৈ লোন্দা হন্দোকচৈ অরানবা পুম্নমক ঙাকপিয়ু )

**( মরিগুবা অধ্যায় হৌরে )** [১] গুরু গোস্বামী খিবিকপু হন্না হন্না খুরুমজরি ননাইবু কৃপা তৌবিয়ু। সংসার অসিদা ননাইগা মান্নবা তোনবা লৈতে। গুরু গোস্বামী খিবিকী কৃপাদগী গোবিন্দগী মনাই ভক্তগী গুণ লেংজবা ঙমজগে। [২] মণিপুর অসিদা সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরগা কুলচন্দ্রনা যুবরাজ ওইহুনামনাও ইবুঙো কোইরেংনা সেনাপ্তি ওই। পাক্কাস্নানা শগোল হঞ্জবা ওইহুনা। [৩] থম্বৌস্নানা শামু হঞ্জবা ওইহুনা। গোবিন্দ সেবা প্রজা পালোন তৌহুনা অরা অনা লৈতনা লৈপাক ইংনা লৈবদগী। লাইগী নোংঙম খীবা অমা লাক্তনা মমুঙদা মরি মরি মিচঙ ওইনররে। মহারাণী

রাজাভাই পাক্কাস্নার নির্ভয় শরীর ॥
সতন্ত্র হইয়া রহে এই মণিপুর ॥ (৪)
পাশাখেলা আরম্ভিলা পাক্কাম্বা ভবনে।
বেঙ্গুনাদি বাজাইয়া পাশায়ে খেলনে ॥
গতাগতি বাজারিয়া সবে বিরোধিলা
এইমতে নীতিনীতি অমনি খেলিলা (৫)
লোকেবলে মণিপুর পাক্কা রাজাহৈল।
ভাইস্নেহে শুরচন্দ্র কাথানা শুনিল ॥
টিকেন্দ্র ভাবেন এই ভাল কর্ম্ম নহে।
কনিষ্ঠ স্নেহেতে রাজা কথা নাহিকহে ॥ (৬)
তথাপিহ নারুধিলে দেশ ভাঙ্গা হবে।
আমার কনিষ্ঠ ভাই লালন করিবে ॥
এইভাবি দাস এক গোপনে কহিল।
সেইহৈতে দ্বিগুনিয়া বাঝাই বাজিল ॥ (৭)

আরদিনে পাশা সভা খেলার সময়ে।
সেনাপতির দাসযায়া প্রকাশ কহয়ে ॥
কিছুনা শুনিল মৌনে উত্তর নাদিল।
মানা নামানিল পাক্কা চৌগুন করিল ॥ (৮)
একদিনে কোইরেং যে সেনাপ্তি আসিয়া।
পাশা নিবারণ লাগি একদাস লয়া ॥
শুণ পাক্কাস্না যে আমার বচণ।
মরণ সময়ে পিতা নিষেধ করেণ ॥ (৯)
শুণ পুত্রগণ পাশা অনর্থের মূল।
কুলধ্বংশ দেশভঙ্গ বিনাশি সমুল ॥
পুর্ব্বে যুধিষ্টির রাজা দেবল খেলাতে।
মাতাসেবা উপেক্ষিয়া গমণ বনেতে ॥ (১০)
দেবল কারনে সর্ব্ব জ্ঞাতি বিনাশিলে।
আর নল মহারাজা এপাশা খেলিলে ॥

অহুল অঙোম চনু লোইরেনখোম্বীনা পোকপা শুরচন্দ্র, থম্বৌস্না, পাক্কাস্না, গোপালস্না ইমা ১তনা পোকপা ৪সিমা মীচং অমা ওইখ্রে। (৪) অতুগা মহারাণী ৩না পোকপা কুলচন্দ্র, কোইরেং, অঙৌস্না, জিলাঙম্বা ৪ সিনা তৌরক তৌরকপা কর্ম্ম পুন্নমক্তা মিচং অমা ওইখ্রে ॥ ৮ অসিগী মরক্তগী মনাও ইবুঙো পাকাস্নানা অকিবা নৈতনা লম হেন্দুনা মনিং মথা তশ্মি। (৫) পাকা স্নাগী সঙ্গাইদা যৌবোর শান্নবা হৌখ্রে, চুম্না শান্নবা নত্তে। পাঞ্জন খুদিংদা বাঝাই বেঙ্গুল খোংহুনা কুশ্মে অমা ওইনা শান্নে। লম্বীদা অচং অওক কৈথেল অকা অকুম লেপ্পুনা কুশ্মে য়েংনখ্রে, অসুন্না নীতিগী ওইনা শান্নরে। (৬) নৈপাক্লা ঙাংনৈ মণিপুর অসিদ পাকাস্নানা নিংথৌ ওইরেদনা হায়হুনা মনাওবু মুংশিবদগী নিংথৌ রা অমা ফাওবা ঙাংখিদ্রি। অহু উবদা কোইরেং সেনাপতিনা খল্লি তৌরিবা কর্ম্ম অসে অফবা নত্তে অহুদা মনাও মুংশিবদগী নিংথৌদি রা ঙাংখিদ্রে। (৭) অহুদা মনিং তৌজগুনু হায়ববু নৈপাক কাইরক্কনি অহুনদি ইনাওনিদনা ঐনা রারকপা য়াইনা খন্দুনা মনাই অমা থাহুনা লোন্না তৌগনু হায়হুনা হায়হল্লুই। ইয়াম্বনা হায়রিমাস্রে হায়হুনা তোক্কত্রা হায়রগা হেনগৎনা বাঝাই বেঙ্গুল খোংখ্রে। (৮) অহুগী তুঙদা নোংমদি ময়াম শান্নবা পূন না কান্দা কোইরেংনা মনাই অমা থাহুনা ফোঙনা তৌগনু হায়হুনা খাম্মী তানা তানা তাশিন্নদে হোই মাই হায়বা পাওখুম্বিদে অহুগা পাক্কাস্নানা হান্নদগী শরুক মরি হেনগৎনা শান্নখ্রে। (৯) মনাই থাহুনা খাম্বদা তাত্রবদা নোঙমদি সেনাপ্তি মশামক্লা চৌবোর থামমুগে হায়হুনা মনাই অমনা থৌগল্লগা পাক্কাস্নাগী শান্নকমদা লেঙশিন্দুনা য়াম্না ইঙনা হায়রকই ইনাও ইবুঙো পাক্কা

পুত্র ভার্য্যা তেয়া গিয়া পরদাস হই।
দেবল খেলিলে লোক শৌচা শৌচ নাই (১১)
মাতাপিতা গুরুজণ কিছু না গনাই।
ধণধাণ্য নাহি ক্ষমা ইহকাল চাই॥
অবাচ্য বাচক হয়ে সর্ব্বদা প্রমত।
দেহনষ্ট সত্যভ্রষ্ট সর্ব্বত্রে অনিষ্ট॥ (১২)
তাহার বচণ লোকে নাহিক বিশ্বাস।
নীতিশাস্ত্র কহিয়াছি লোকের সর্ব্বশ্ব॥
ঈশ্বর বিরুদ্ধ হয়ে দেবল খেলিলে।
আয়ু যশ মান ক্ষয় হইব সকলে॥ (১৩)
রাজাপ্রজা ভত্য প্রভু সময় সমান।
সময় পাইলে লোক হইবে মরণ॥

ভাই বন্ধু জ্ঞাতি মাতাপিতা পরিবার।
সকল ছাড়িয়া লোক যাবে একেশ্বর॥ (১৪)
দুর্ঘোর সাগর প্রায় বৈতরনী নদী।
কেবাআসি পারকরি সেইত দুর্গতি॥
হরিনামে তরিহয়ে শ্রীগুরু কান্তারি।
ধর্ম্মসে পবণহয়া অনায়াছে তরি॥ (১৫)
ঈশ্বর বিমুখ কর্ম্ম কভুনা করিবা।
মোরবাক্য নামানিলে বড় দুঃখ পাবা॥
বারবার বলি আমি হেলা নাকরিবা।
দেশ ভগ্ন হই পরে ভাই ভেদ হবা (১৬)
পিতাবাক্য রাখ ভাই প্রাণের সমান।
নাকরিহ দ্যুত্যখেলা বিনাশের স্থান॥

ইয়াম্বগী রা তাও পাম্বুংনা শিরমদাইদা তারুম্বা কাওরব্রা। (১০) ইচাশা চৌবর শান্নগনু মাংনবগী মরুনি। শাগে মাংডি লৈপাক তাক মাংঙি মশামক মুংলি। তাকপিরগ্ববু কাওব্রা। অদুগা মাঙদা যুধিষ্ঠীর নিংথৌনা চৌবোর শানবদগী কুন্তী ইমাগী শেবা থাদুনা বন্দা চৎলি। [১১] চৌবোরনা রাহোৌদোক ওইদুনা শাগে তুমনথি। অমনা নলনিংথৌসু চৌবোর শান্নবদগী মচা মহারাণী দুন্দোক্তুনা মীরৈপাক্তা চেল্লগা মিনাইগুম্না লৈথি শানবা হায়বসিদি মাগী নিশা অদুনা অসেঙ অমাঙ কাওবা থাবনি। [১২] সানবা অদুনা ঙমথিদুনা ইমাবু ইপাবু গুরুজনবু থওইদে বেভার কাই। অদুগা লল থূম পুম্নমক মাংগনি তাথিনী থল্লকতে হৌজিক্তগীদা য়েংঙি থল্লি। ঙাংবদা হঙ্গোয়বা রাবু লাইনা হায়দোকই মী উদে ময়াই কাই ইশাসু মাংডি সত্য লৈতে অমাঙবনি। (১৩) অদুগা মানা ঙাংবা রাবু মীনা থাজবীদে অদুগা ধর্ম্ম শাস্ত্রদা নিতী শাস্ত্রদা মীওইবগী মচি ওইবা লল হায়বা পুম্নমক লোয়না মাঙডি। শানবা হায়বা অসিনা ঙমথিদুনা ঈশ্বরগী সেবা ফাওবা তোকই। পুন্সিককই মিংচৎ মাংডি পুম্নমক্তা অমাংবা ঙাক্তনি। (১৪) শান্নফম হায়বা মফম অসিদি মাগী মাগী মগুণ মাঙডি নিংথৌগা প্রজাগা মান্নৈ। অদুগা তাংখ্রবা মপোক অসে অবেম্বদা মাংথিনি ঐদি চৌবোর শানরিঙৈদো ঈশ্বর নিংহৌত্রে পুন্সি নং ঙাইখো য়ারোই। শোইদনা শিগনি। ইপা ইমা ইচিন ইনাও শাগৈ নাত্তে পুম্নমক থনম্লগা শিবা কান্দদি ইতোমদা চৎকদবনি (১৫) লানবা ঙমত্রবা পাক্ক ঙাওখ্রবা বৈতরনী তুরেনদো শিরবদি লান্দবা য়াবা নত্তে অদুগুম্বা তুরেন্দো কনানা লানবীগনি। হরি নামনা হি ওইরগা শ্রীগুরুনা হিরানবা ওইদুনা ঐনা তৌজবা ধর্ম্মনা মুংশিৎ ওইদুনা পুখিরগা লানগদবনি। অদুগুম্বা সংসার লান্নবা সেবাদি পুজাদি তৌদনা শান্নদুনা অরেম্বদা মতম মাঙদুনবা পাম্মুই। (১৬) ইনাও ইবুঙো

দৈবে টিকেন্দ্রের বাক্য মনে নামানিল।
সেনাপ্তিরে রক্তচক্ষে বচন বলিল॥ (১৭)
এখনে হারিসে আমি জিতি নাই ভাই।
জিতিনা তাবত আমি খেলিব পাশাই॥
হাসিয়া টিকেন্দ্র কহে শুণ প্রাণভাই।
এমন কুকর্ম্মে কেনে লুব্ধ আপনেই (১৮)
নাকর নাকর বলি হাট পশারিলা।
পাশা ধরিবারে ভাই অমনি চলিলা॥
ক্রোধেতে পাক্কাম্না ভুমিরে ফেলাতে।
ভুমিহৈতে পুনঃউঠি বিন্ধিল ললাতে॥ (১৯)
ভুরুহৈতে রক্ত তবে অঙ্গেতে পড়িল।
ক্রোধহয়া সেনাপতি মারিতে চলিল॥
দেখি পাক্কাভয়ে রাজা পুরেতে ধাইল।
তাহাদেখি টিকেন্দ্র ক্রোধে পুরে প্রবেশিল (২০)
অঙ্গনেতে মহারাজা বসিয়া রহিল।
সেকালে পাক্কাম্না নমি ঘরে প্রবেশিল॥
তৎকালে টিকেন্দ্র ক্রোধি করে আগমন।
প্রণাম করিয়া বলে শুনহ রাজন॥ (২১)
ভাই পাক্কা আসিয়াছ আপন সদন।
রাজাভাবে দুইজন কলহ করেন॥
সাক্ষাত কহিলে দুহে অপবাদ হবে।
টিকেন্দ্র প্রতাপে পাক্কা বহুদুঃখ পাবে॥ (২২)
ভাই স্নেহে শুরচন্দ্র মিথ্যাসে কহেন।
রাজাবলে পাক্কাভাই নাআসে এখন॥

পাক্কাম্না ইয়াম্বনা তাকপা লৌ ঈশ্বরদা বিরুদ্ধ ওইবা কর্ম্ম তৌগনু॥ ইয়াম্বনা হায়বা ইন্দ্রবদি মমৈদা অরাবা ওইগনি। ইয়াম্বনা নুংশিদুনা হন্না হন্না খাম্বনি থওইদবা তৌগনু য়াক্রবদি লৈপাকসু কায়গনি ইচিন ইনাওসু কায়নগনি। (১৭) পাবুংগী রা ইনসি ইনাও ইবুঙো চৌবোর শান্নগনু অমাংবা ওইগনি। অসি হায়দুনা কোইরেংনা ফজনা হায়বদু লাইগী নোংদম থীবনা পাক্কাম্না মৈহৌনা শাওদুনা মিং ঙাংনা খুমলকই (১৮) য়াম্বুংবু চৌবোর পাঞ্জন পোদুনা শেন য়ান্না মাংঙি। অদুনা তোকপা ঙম্মোয় ঐনা পাঞ্জন থোইদুনা শেন তোংত্রিবা মখৈদি শান্নখিনি। অদু তাবদা কোইরেং সেনাপ্তিনা নোকুনা ইনাও ইবুঙো অদুক ফত্তবা কর্ম্মদা করিগী অদুক পাম্বিবনো। (১৯) অসি হায়রগা চৌবোর মরু ফাগে হায়দুনা তৌরনু তৌরনু হায়দুনা খুংকা লোয়ননা নোনথরকপদা পাক্কাম্নানা শাওদুনা লৈপাক্তা চৌবোর মরু লংথবদা লৈবাক্তগী মরু অদুনা চোঙখৎলক্তুনা কোইরেঙ্গী পিগুমদা পাল্লে। (২০) পিগুম কাইদুনা ঈ তারকপনা থবাক অদু ইঙাংঙাংঙে। অদুদা সেনাপ্তিনা শাওদুনা য়ৈগে হায়দুনা চঙশিল্লি অদু উবদা পাক্কাম্নানা নিংথৌগী সঙ্গাই তান্না চেনশিনখ্রে। অদু উবদা সেনাপ্তিসু তুংইননা চঙলকই। (২১) মতম অসি শঙ্গাই মাঙ্গোলদা নিংথৌ ফম দুনা লৈরম্মী পাক্কাম্নানা নিংথৌবু খুরুমলগা সঙ্গাই মনুংদা চংশিনখ্রে। মতম অদুদা কোইরেংসু য়ান্না শাওনা চঙলক্তুনা নিংথৌবু খুরুম্নগা হঙংলি। [২২] ইনাও ইবুঙো পাক্কাম্নাবু অসিদা লাকপ্রা অদু তাবদা নিংথৌনা খল্লি মখোয় অনিসে খৎনদুনা লাকপাতাই অদুনদি ঐনা সেঙনা তাকলবদি। মখোয় অনিসি ঙসি রাথোক ওইবতাই ইনাও সেনাপ্তিগী প্রতাপ্তা পাক্কাম্না অরাবা মায়থীবা তাই। [২৩] অসি খন্দুনা সুরচন্দ্র নিংথৌনা মনাও পাক্কা নুঙশিবদগী ওইদবা হায়রকই। ইনাও ইবুঙো সেনাপ্তি অসিদা মনাও পাক্কা লাক্কে অদু তাবদা চংখ্রে থঙনা শকউননা তুঙথ

শুনিয়া সেনাপতি নাহি সুখ মনে ।
সোদর কারনে পাক্কা রক্ষিল এখনে ॥ (২৩)
তবেত টিকেন্দ্র গৃহে অমনি চলিল ।
গৃহেবসি একারহি মনেতে গুনিল ॥
পাক্কার এমত গর্ব্ব রাজারে রোপিল ।
আহা মরিমরি কিবা এদুঃখ সহিল ॥ [২৪]
অনেক ভাবিয়া পরে মন্ত্রনা কারনে ।
কাঙঙবা জিলারে ডাকি বিচারি গোপনে ॥
শ্রীঅঙৌম্বা আদি যেইযত গুর গণ ।
একত্র করিয়া গুপ্তে মন্ত্রনা করেন ॥ [২৫]
একামাত্র কুলচন্দ্র নাশুনি কারন ।
টিকেন্দ্র কহিয়া শুনে পাশাদি কথন ॥
কাঙঙবা কহেন কেনে এত ভেদ কর ।
তথাপি সহিব সর্ব্ব কারনে সোদর ॥ [২৬]

ক্রোধসম মহাপাপ নাহিক জগতে ।
প্রত্যক্ষ শুনহ ক্রোধ পাপ ধরে যত ॥
লঘুগুরু নাহিজ্ঞান সেই ক্রোধ কালে ।
অবক্তব্য কথা লোক ক্রোধ হৈলে বলে [২৭]
আছুক অন্যেরকার্য্য আত্মা হয়বৈরী ।
বিষখায়া ডুবেমরে অঙ্গে অস্ত্রমারি ॥
সেকারনে জ্ঞানবান সদাক্রোধ ত্যজে ।
অক্রোধ যেজন তাকে সর্ব্বজন পুজে ॥ [২৮]
ক্রোধে পাপ ক্রোধে তাপ ক্রোধে কুল ক্ষয় ।
ক্রোধে অপচয় ক্রোধে সর্ব্বনাশ হয় ॥
তপজপ সন্ন্যাসাদি ক্রোধে অকারণ ।
তমগুনে ক্রোধী বিধি করিল স্থাপন ॥ [২৯]
হেনক্রোধে সেইলোক জিনিবারে পারে ।
ইহকাল পরকাল অবহেলে তরে ॥

মাঙথ লাকপদা লৈতে লাক্তে হায়রবদা সেনাপ্তি মায়থোং থেংগুম ঙাংদ্না থল্লি ইমা অমনা পোকপা ইনাওনিনা মনাওবু কল্লবোরে। [২৪] অসি খল্লগা হোয় মায় হায়রমদনা অদুম হল্লক্লে। সঙ্গাই য়ৌরগা খুদাদা লেংশিন্দুনা রাখল তৌরকই। পাক্কাসনানা লমহেন্দুনা রাংলিবা অসিদি নিংথৌনা তৌহনবা রা ওইরে হায় হায় শিরেদনা অসুক মুংঙায়তবা মৈশা খাংদ্না করম লৈশিবা। (২৫) অসি থল্লগা রা অমদি খন্নবা তাই হায়ঞ্চুনা মনাই থাদ্না থাঙ্গাল লেঙ্জোরগা জিলাওম্বগা লোম্না কৌহল্লুরে। অচুদগী অঙৌসনানা চিংদুনা অথৌবা কয়াসু কৌরুদ্না চিরুা মন্ত্রনা তৌরকঈ। (২৬) মাসিদা তাদনা মফম খংদনা লৈবসি কুলচন্দ্র যুবরাজ লৈয়ে। ময়াম্ পৈরবদা কোয়রেং সেনাপতিনা চৌবর শান্নবগী মরম পুন্নমক লিদ্না তাহল্লি। অদু তাবদা থাঙ্গাল মেঙ্গোরনা হঙ্গংলি মনাও মশেন্দা অচান অরায় নায়কদে অদুবু লায়রবসু খরদি থাংবা তারেদনা॥ (২৭) সংসাররা অশাওবরগা মান্নবা অমাংবা লৈতে অদুনা সেনাপতিবু শাওবা য়াদে। অশাওবা হায়বা অসিদি লঘুগুরু খংদে হায়নিংবদা হায়। ঙাংনিংবদা ঙাংডি॥ (২৮) অতৈদি থমখো ঐগী পাম্মুরবা আত্মাবু য়েক্নবা ওঈদ্না, হু চারগা শিগে নিংডি। অদুগা থাংনা থিম্দংতুনা শিগে নিংডি। মরম অসি লৈবনা জ্ঞান লৈবা পণ্ডিতশিংনা অশাওববু থাদোকনৈ, অদুগা মীবু য়াম্না জ্ঞান লৈবনি হায়ঞ্চুনা লুনা তৌনৈ (২৯) অশাওবদগী পাপ ফংঙি, মৈচাক ফংঙি, শাগৈ মাংঙি। অশাওবদগী মিংচৎ থি, পুন্নমক মাংঙি। তপ তৌবা, সন্যাস ধর্ম্ম, অশাওবদগী লায়না মাংঙি। ব্রহ্মানা তমগুনদগী অশাওবা শেমখি। (৩০) অসুম্না অশাওববু খুহুম চনবা ওমলবদা হৌজিক হিংলিঙৌদা হয়েং শিন্নবদা অফবা

সময়েতে তেজদেখা হবে সমুচিত ।
ক্রোধে মহাপাপ না করিবে কদাচিত ॥ [৩০]
এইমহাজন বাক্য রাজ পুত্র শুন ।
ব্রাহ্মলাগিতোরে সর্ব্বে করিয়ে গনণ ॥
জিলাকহে শুনপাত্র আমার বচন ।
বীর পুরুষের ধর্ম্ম ত্যজ কিকারণ ॥ [৩১]
ক্ষত্রীর প্রধান কর্ম্ম তেজ দেখাইবে ।
ভুজবলে রিপুজিনি পৃথিবী ভুঞ্জিবে ॥
রিপুর কারণ কহি শুন মহাপাত্র ।
ব্যাঘ্র ধরিবার কালে মৃত্যু হইমাত্র ॥ [৩২]
পুখ্রম্বা আসিয়া মোরে বেঙ্গুল রূধিল ।
পাশা রূদ্ধিবার কালে রক্তপাত হৈল ॥
সদাক্ষমী নাহইবে সদা তেজ বন্ত ।
সদাক্ষমা করেতার দুঃখে নাহি অন্ত ॥ (৩৩)
শত্রুর আছুক কর্ম্ম মিত্র নাহিমানে ।
অবজ্ঞা করিয়া নারী বাক্য নাহি শুনে ॥
কর্ম্মে অবহেলা করে সর্ব্বত্র না ভয় ।
যথাস্থানে যাহাকরে ক্রমে হয়লয় ॥৩৪॥
বলে অন্তে হরিলয় তার ভার্য্যাগণ ।
অতিক্ষমা শীল দেখি করয়ে হেলন ॥
অতিক্ষমা শীল দেখি ভার্য্যা নাহিমান ।
সেকারনে সদাক্ষমা ত্যজ বীরগণ ॥৩৫॥
শ্রীঅঙোম্বাকহে শুন আমার বচণ ।
জীবনে কিকাজ মোরা মরণ সমান ॥
শুরচন্দ্র খেদাইয়া কুলচন্দ্র রাজা ।
ভাইযে শ্রীটিকেন্দ্রসিং হবে যুবরাজা ॥ [৩৬]
এইমোর মনেহয় রনেতে আশক্তি ।
যুদ্ধকর আজি কালি দেখৌ নিজশক্তি ॥

ওই. লাল্লি । তেজ উৎপা হায়বসি মতম চাবদা উৎকদবনি, অদুগা অশাওববুদি তৌফদে পাপকী মশকনি । [৩১] ননাই ইপুনা হায়বা অসি গুরুজনগী য়াথংনি অদুনা মচা ইবুঙোবু ঐনা নৌনা তাকচবা নত্তে, নিংশিংজবনি । অদু তাবদা জিলাঙম্বনা ইপু মেঙ্গোর তাবিয়ু মুপা ওইবগী বীর ধর্ম্মবু মাংহনবা চুমদে ॥ [৩২] ক্ষেত্রীগী ধর্ম্মদি তেজ উৎপা হায়বসি অথোইবনি । পাম্বোমগী পাঙ্গন্না য়েরুবা মাংহন্দুনা মুংঙাইনা পানগদবনি । য়েরুবগী মরম হায়জগে, ইপু মেঙ্গোরবু কৈরাও কৈজনবা চৎপদা ঐ অসি শিখ্রবনি ॥ [৩৩] য়াথৈ শোরোক্তা পুখ্রমবা ফিডাং শেৎপা থারক্তুনা বেঙ্গল খোংবা থিংজি । চৌবর থিংলুবদা পিশুম থুগাইরক্রে, অসি ফাওবদা ক্ষেমানি হায়দুনা অসুম লৈরবদি ক্ষেত্রি মচাগী তেজ য়াওদ্রে ক্ষেমা ডাক্ত ডাইয়ে অদুনদি অরাবা লোয়্যররোই ॥ (৩৪) য়েরুবনদি থমথো মরুপমক্তা উশিৎলরোই । ঐনা লৌরিবা মুপীমক্তা থওইদদুনা হায়বা তাররোয় । তৌরকপা থবক্তা থৌওয় য়াওই তৌররোই । চৎনিংবদা চত্তুনা মনিং মখা তমথিগনি । (৩৫) অদুগা মাদি তৌরিবা মথৈ য়াবনি হায়দুনা রমণি ফাওবা লৌথিবা তাই । অতিক্ষমা হায়বা মবুক ফবা অসিদি মীনা থওইবা হৌনদে, মুপী অডাং পৌদাবা ফাওবা য়াররোই, অদুনা অকনবা শিংনা ক্ষমা তৌফদে । (৩৬) অদুনা লোইরকপা কান্দা অঙোম্বানা অমুক হায়রকই, ঐখোয়না হিংবগী কান্নদে, মণিপুর অসিদা শিদুনা তশেংনা লৈরবনি, পুম্নমক ডাংনদুনা কান্নদে অদুনা শুরচন্দ্র তাম্বোক্লগা কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা য়াবুং কোইরেংনা যুবরাজ ওইবা । (৩৭) অসি পাম্মি অদুনা লান হৌরসি, ঙসি হয়েঙ অসিদা মাগী মাগী লানগী শক্তি উৎলো, নিংথৌ মচানা

একদিন রাজাহৈলে রাজা নামথৈল।
কাহাধর্ম্ম কাহাপাপ কুন কর্ম্মে রৈল ॥ [৩৭]
কর্ম্মের আরম্ভে পাপ জগত চরিত্ত।
কর্ম্মবৃক্ষ ফলে পাপ নাশিল তুরিত ॥
একদিন রাজাহয়্যা গোবিন্দ সেবিলে।
যতপাপ নাশহবে যার কৃপা বলে ॥ [৩৮]
জিয়ে ভাল মৈলে ভাল দেখিব কপাল।
কপালের লেখাসেই কারণ সকল ॥
ভাইগণ কথাশুনি টিকেন্দ্র হাসিল।
ভালহৈল তোরামণ জানিল সকল ॥ [৩৯]
মোরমণ বাঞ্ছা সেই এখনে ফলিল।
শ্রীগোবিন্দ ইচ্ছামাত্র অনর্থ সকল ॥
ভাইভাই বিষমেতে কলঙ্কের মর্ম্ম।
শুভাল হউক যুদ্ধ করহ উদ্যম ॥ [৪০]

শুরচন্দ্রে খেদাইয়া দিব এইক্ষণে।
সিংহাসণে কুলচন্দ্রে বসাব এক্ষণে ॥
এতেক নিশ্চয় করি জিলাকে ডাকিল।
শুণভায় আগে তুমি আমারে বলিল ॥ [৪১]
সময় হইল এবে করহ উদ্যোম।
শুনিয়াত জিলামণ হরিষ পরম ॥
এইমতে খড়্গদংশি নিশ্চয় করিল।
রনের সকল ভার কাঙ্গবেরে দিল ॥ [৪২]
গুপ্তেতে যুগার করি এমত রহিল।
দৈবের ঘটন সেই সংসার সকল ॥
মৃত্যুকাল চন্দ্রকীর্ত্তি পুত্রেতে কহিল।
কালবলে যতবাক্য সকল নাশিল ॥ [৪৩]
মণিপুর নাশলাগি বৃক্ষ নিরোপণ।
এবেশুণ মণিপুর যেহয় কথণ ॥

নোংমতা নিংথৌ ওইরবসু রাজবংশ হায়গদবনি, ধর্ম্ম হায়বহু কদায়নো, পাপ হায়বহুনা কদাইনো। (৩৮) কর্ম্মগী অহানবা হৌরকপদা পাপকা লোয়নবা হায়বসি কর্ম্ম পুম্নমক্কনি, তৌরিবা কর্ম্ম অহুনা মহে য়াল্লবদা, পাপ অহু লায়না কোকথিনি, নোংমতং নিংথৌ ওইজহুনা গোবিন্দ সেবা ফংলবদ ইবুঙোগী কৃপানা পাপ পুম্নমক কোকথিগদবনি। (৩৯) শিরে করে হিঙলে করে, লাইবক য়েংলসি পুম্নমক অসি ইশ্বরনা তম্বা অমা লৈরম্লগনি, অসি হায়বা মনাওশিংগী রা তাবদা কোয়রেঙ সেনাপতিনা নোক্তনা, ইনাওশা নখোয়গী পুকচেল খঙলে। (৪০) ঐনা কুইনা নিঙলকপা অহু হোজিক মহে য়াল্লে। পুম্নমক অসি গোবিন্দগী ইচ্ছানি, ঐখোয়না তম্বা ঙম্বা নত্তে ইচিন ইনাও লান পানো হায়বসি তমখিবননি, থৌঙবা য়াররোই অকরা মঙ্গল ওইরসনু নখোয় নখোয়গী থৌরাঙ তৌরো। (৪১) য়াম্বুঙ শুরচন্দ্র তাম্থোক্লগা পুম্নমক য়াম্বুঙ কুলচন্দ্রদা নিংথৌ হাপ্লসি, অসি হায়রগা মনাও জীলাঙম্বা য়েংহুনা হায়রকই, ইনাও ইবুঙো নংনা ইয়াম্বদা হায়থিবা রা অহু। (৪২) হৌজিক মতম ওইরেদো অহুনা থৌরাঙ তৌজররো অহু তাবদা জিলাঙম্বা য়াম্না হরাওখি। মতুং অহুদা চেন্নদবা হায়হুনা থাঙ চিক্তনা রাশরুগ্রে, লানগী থৌরাঙ ভারি অরুম্বা পুম্নমক থাঙ্গালমেজোরদা শিন্নগ্রে (৪৩) মমুঙদা লোম্না থৌরাঙ তৌনহুনা লৈনখ্রে। সংসারগী অকবা ফত্তবা কর্ম্ম পুম্নমক অসি ঐশ্বরগী নোংদমনি, শ্রীযুৎ ঈশ্বর চন্দ্রকীর্ত্তিনা শিরমদাইদা মচা ইবুঙো পুম্নমক কৌশিল্লগা শিন্নম্বা পুম্নমক কালবলবান ওইখিবনা পুম্নমক মাঙখ্রে। (৪৪) মণিপুর মাঙননবা পাম্বী থাখ্রে। তাবিম্ব প্রতাখিবিক মথাদা তৌম্বকপা কর্ম্ম লেংজগে, শোক ১৮১২গী ইঙেনগী ৯নি পানম্বা শগোলশের

ছুয়ইন্দু বসুএক শাকের প্রমাণ।
শ্রাবণ শুক্লা নবমী বৃহস্পতি দিন॥ [৪৪]
সেদিনে উল্কাপাত অতি ভয়ঙ্কর।
ভাদ্রমাসে জলময় দুঃখ বহুতর॥
কাঙডবা টিকেন্দ্র দুই রণযুক্তি করে।
লোকমুখে বার্ত্তাশুনি দুঃখে নরবরে॥ [৪৫]
কিবাকরি মণদুঃখে বিচার করিল।
উপায় নাদেখি রাজা দুঃখ ভাবভেল॥
আশ্বিণ মাসের শুক্লা ষষ্ঠি শনিবার।
সেইদিণে সপ্নমাঝে নিজের মন্দির॥ [৪৬]
অগ্নিময় হৈলদেখি দুঃখি ভাবমণ।
প্রভাতে উঠিয়া রাজা তিলক ধারণ॥
শ্রীগোবিন্দ মন্দিরেতে দর্শণ করিল।
পরিক্রমা করি নৃপ চরণে বন্দিল॥ [৪৭]

মলিণ বদণ হৈল ছিড়া অলঙ্কার।
রাসেশ্বরী মলিনাঙ্গ দুঃখিণী অন্তর॥
দেখি রাজা দিগঅন্ধ বিকলপরাণ।
জানুপারি হস্তজোরি বিলাপ করেণ॥ [৪৮]
প্রাণনাথ শ্রীগোবিন্দ কেমনে ছাড়িব
অনাথের নাথ বন্ধু গোপীর বান্ধব॥
তিলমাত্র নাছাড়িব এমোর জনমে।
প্রতিজন্মে তুয়াদাসী রাখৌক অধমে॥ (৪৯)
ইবোলিয়া পদতলে করিল প্রণাম।
পূণঃদেখি প্রভুশিরে দেখে অগ্নিধুম॥
ভুলিহয়া নরপতি স্বগৃহে গমণ।
প্রসাদ লভিয়া রাজা বসি সুখাসণ॥ (৫০)
দাস পাঠাইয়া কুলচন্দ্রকে ডাকিল।
রাজাজ্ঞাতে যুবরাজা আসিয়া বন্দিল॥

নুমিত্তা। (৪৫) অঙকপা ফংবা শঙ্গাইশেন পাই। অদুগা থরান থাদা মণিপুর অসি ঈশিং য়াম্না চাওদুনা লৈপাক রানৈ। থাঙ্গাল মেঙ্গোরগা কোয়রেঙ সেনাপতিগা লানগী থৌরাঙ লোইখ্রে হোৌগদবা মুমিৎ ঙাইদুনা লৈখ্রে, পাও অসি শুরচন্দ্র নিংথৌনা তাদুনা রাখ্রে। (৪৬) করি উপায় তৌশিগে খনবদা উপায় উথিদ্রে তৌকম খঙদনা অদুম লৈবা অদুনা নোংমা নোংমা হৌখিদুনা লাংবন থাগী ৬নিপানবা থাঙজগী অহিংদা নোংঙাল্লমদাইদা নিংথৌনা মঙ অমা মংভি। (৪৭) নিংথৌগী শঙ্গাই অসি মৈ হৌদুনা চাকই, কনবা ঙমদ্রে অদুম মিকপ থোক্লে নোংমু অদুম ঙাল্লে, নিংথৌ থরায় নুঙঙাইতদুনা রা অমা ঙাংদনা স্নান ক্রিয়া ঈশ্বর ভজন শ্বরনি লোইরগা গোবিন্দগী দর্শন লাকই, পরিক্রমা তৌদুনা দণ্ডবৎ তারগা দর্শন তৌই। (৪৮) অদুদা শ্রীগোবিন্দগী বদনচন্দ্র মুঙুক মুনা কাই, অলঙ্কারসি য়াম্না থিনা মল্লগা শেগায়বা থোনবা ওইনা উইয়ে। ইবেম্মসু অদুগুম্না য়াম্না রানা উইয়ে, অদু উবদা নিংথৌগী ক্রিবসি পিশক পিরুখি, নিংথৌ খুউ অনি লৈতাদুনা রানা প্রার্থনা তৌজে। (৪৯) প্রাণ নাথ শ্রীগোবিন্দ ননাইবু সেবা অসি থাগদৌরিব্রা, লৈপাক্লা লাঙবগা ননাইগী মংনা ফত্তবগা ইবুঙো ইবেম্মগী দর্শনদা বদন চন্দ্রনা মকপগা অরাবা ওইখ্রেদা হাহা প্রাণ নাথ মপূ লৈতবগী মপূ গোপীকাগী চারথোইরা চরণ সেবাসি থোইদিং মথায় অমা ফাওবা থানিংদে মপোক কয়ারক্তা চরণগী নাক্তা থম্বীয়ু [৫০] অসি হায়দুনা চরন্দা কণুনা খুরুম্মি অদুগা অমুক দরশন তৌববু ইবুঙোগী কোক্তা মৈগা মৈখুগা হৌই। অদু উবদা ঙকুনা খুরুম্মগা শঙ্গাইদা অদুম লেংলক্লে। অদুগা প্রসাদি কংলগা সুখ খুদাদা লেংশিল্লি। [৫১] অদুগা মনাই থাদুনা যুবরাজ কুলচন্দ্রবু কৌহল্লি, য়াথাং ফংবদা যুবরাজ

রাজাকহে প্রাণভাই শুন কথাশুন।
কাণ্ডবা টিকেন্দ্র সনে হৈল মহারণ ॥ (৫১)
রণহৈলে লোকনাশ শুণ যুবরাজ।
রণ নাকরিয়া তুমি হও মহারাজ ॥
কথাশুণি কুলচন্দ্র লজ্জিত বদণ।
যুবরাজ কহে আমি নাশুণি কারণ ॥ (৫২)
মিথ্যাহৈলে শ্রীগোবিন্দ সাক্ষি যেচরণ।
রাজকহে যুবরাজ এসত্য বচণ ॥
নিশ্চয় হইবে রণ কাল নাহি জানি।
তোমার সোদর ভাই রাখহ আপনি ॥ (৫৩)
কুলচন্দ্র কহে প্রভু নাকরিব রণ।
সাজিলে ভাঙ্গাব আমি কহিয়াকারণ ॥
শুরচন্দ্র কহে ভাই প্রত্যয় করিব।
পিতৃখড়্গ দংশিসত্য নয়ণে দেখাব ॥ (৫৪)
কান্দিয়া শ্রীকুলচন্দ্র সত্য যে করিল।
ভালবলি দুইজন বিদাইয়া গেল ॥
কুলচন্দ্র মনেভাবি পিতৃর বচণ।
নাস্মরিয়া কেমনেতে করিবেক রণ ॥ (৫৫)
এইভাবি গৃহ মধ্যে নিশঙ্কা রহিল।
কুণজনে নাকহিল সত্যের কারণ ॥
এথা শুরচন্দ্র রাজা মণেতে গুণেণ।
কুলচন্দ্র সত্যবন্ত রাখিবেক রণ (৫৬)
বিশ্বাস লাগিয়া নৃপ যত্ন না করিল।
সেইরাত্রি মহাসুখে শয়নে রহিল ॥
রাত্রিকালে রণবার্ত্তা শুণি দাসমুখে।
বার্ত্তাশুনি যুবরাজা পায়ে মহাদুঃখে ॥ (৫৭)
ত্রাসপায়া কুলচন্দ্র এক পত্রলেখি।
টিকেন্দ্রের স্থানে দিল সত্য খড়্গসাক্ষি ॥

লেঙঙক্লনা নিংথৌবু খুরুম্মি, তরাম্না কৌশিন্দুনা খুদাদা কমহল্লি অদুগা য়াম্না চিক্না হাইরকই ইনাও ইবুঙো যুবরাজ থাঙ্গালগা কোয়রেঙ্গনা লান হৌনি তারে। [৫২] লাল তৌরবদি অরেম্বদা মী য়াম্না শিনরগনি অদুনা লান হৌগনু, ইনাওনা নিংথৌ পাম্নবদি ইয়াম্বদা শেংনা হায়য়ু তুমিং অফবা অমা য়েংলগা নিংথৌ হাপকে। অদু তাবদা কুলচন্দ্র ইকায়বনা মাই ঙাংলগা হঙ্গংলি য়াম্বুং মহারাজ রাকমসি ননাও করি অমা খঙদে। [৫৩] মীনম্বা হঙ্গংলবদি গোবিন্দগী চরম্না শাক্ষিনি তশেংনা ননাও খঙদে, যুবরাজগী রা অসি নিংথৌ থাজে অদুগা নিংথৌনা ইনাও ইবুঙো লানগী থৌরাঙ লোইখ্রে শোয়ত্রবনি মতম তুমিত্তি খঙত্রি অদুনা ননাওনি খামজিল্লু। [৫৪] কুলচন্দ্রনা য়াম্বুং মহারাজবু লান তৌরোইদা অদুগা থৌরাঙ তৌরম্নবস্তু ঐনা থামদুনা তৌহল্লোই। অদু তাবদা নিংথৌনা, যুবরাজ অদুদি ইয়াম্বনা থাজরগে পাবুংগী খুংগু থাং অসি চিক্লুনা রাশকউ ইয়াম্বগী মীংনা উগে। [৫৫] অদু তাবদা যুবরাজনা খুংগু থাং পায়দুনা মিংলুদা পি তাদুনা থাং চিক্লুনা রাশক্লে অদুদদি শুরচন্দ্রসু থাজরদুনা কুলচন্দ্রভক্তি কংলম্নগা নিংথৌনা লৈহৌরে যুবরাজ হনল-ক্লে। কুলচন্দ্র যুবরাজ সজাই য়োরগা রাখল তৌই। ইনাওশিংনা পাবুংনা তারুম্ববু কাওদুনা করিগী লাল হোগদগে তৌরম্মোই অদুগা লান হৌবা তারবস্তু ঐবু তাকনি। (৫৬) অসি খল্লুনা য়ুমদা দুং-ঙাইনা লেখ্রে মনাওশিংদা অসুম্না রাশক লমমে হায়বা ময়োল অমা কাওবা হাইদোকখিদ্রে তাকখিদ্রে। অশোমদা শুরচন্দ্র নিংথৌসু খল্লুবদা কুলচন্দ্র সত্য লৈবা ইনাওনি শোয়দনা লানথিংখিগনি খল্লুনা। (৫৭) য়াম্না থাজরুবদগী লানগী থৌরাং যতন তৌদনা অহিংঅদু দুংঙাইনা লৈখি। অসোমদা

কথাশুণি সেনাপতি লেখি একপত্র।
যুবরাজ স্থানে কান্দি কহে কথাযত॥ (৫৮)
শুণভাই মোরপ্রভু হও নৃপবড়।
আজিরাত্রে রণকরি লই মণিপুর॥
সুখেরাজ্যে রাজকর নির্ভয় অন্তর।
ইহালাগি বহুসাজি বারণ নাকর॥ (৫৯)
পত্রকথা শুণি কুল দুঃখিত অন্তর।
পুণঃ পত্রলেখি দিল রণ যে নাকর॥
পিতৃবাক্য নামানিয়া কেনে যুদ্ধসাজে।
নাকর নাকর ভাই এই নাশ কাজে॥ (৬০)
মনে শুণি ধর্ম্ম ভঙ্গ ঈশ্বর নামানি।
সান্তহও প্রাণ ভাই এত ক্রোধ কেম্নি॥
এইমতে তিনবার পত্র ফিরা ফিরি।
চতুর্থে উত্তর বার্ত্তা আর নাহিফিরি॥ (৬১)

কুলচন্দ্র মনেভাবি স্বীকার করিল।
এইভাবি সুখে গৃহে শয়নে রহিল॥
এথা কাঙ্গুঙ্বার সনে করে দরবার।
টিকেন্দ্রজিৎ কহে শুণ বচন আমার॥ (৬২)
গুরু আজ্ঞা বিনে কেম্নে করিবেক রণ।
কেমণ করিব কার্য্য অদ্ভুত লক্ষণ॥
কহ তোরামণ কথা শুনাহ সত্ত্বর।
প্রজাকহে সেনাপতি নাকরে সমর॥ (৬৩)
কালি পরভাতে মোরা নিশ্চয় মরণ।
আজিকাত্রে রণকরি রাখহ জীবণ॥
ভালবলি রাত্রিকালে ত্রিযাম সময়ে।
যাত্রাকরি চলিলেণ যত প্রজা লয়ে॥ (৬৪)
রথেশ্বর শ্রীঅঙোম্বা আর জিলাঙম্বা।
টিকেন্দ্র সেনাপ্তি আর সুর যে কাঙঙবা॥

অহিং অথেংবদা কুলচন্দ্র যুবরাজদা থঙ্গাল কোইরেং অনিনা হৌজিক লান হোবা তারে হায়দুনা মনাই থারকুনা পাও হঙ্গংলরে অদু তাবদা যুবরাজ অরাবা ওইখ্রদুনা। (৫৮) মিপাইবগা লোইননা চিঠী ইদুনা পিরকই লাল তৌরোই হায়দুনা পাবুংগী খুৎশু থাং চিক্লুনা রাশক্লম্বা মরোন অদু। চিঠী ফংবদা কোইরেং সেনাপতিনা তৌরিবা থবক থোরাং পুন্নমক প্রেমগা লোইনন৷ চিঠী ইদুনা কৎলকই। (৫৯) যাম্নুং যুবরাজনা নিংথৌ ওইনবা লান হৌবনি, হৌজিক লান হোদনা মণিপুর লৌরগনি অদুগা নিংথৌ ওইদুনা গোবিন্দা সেবা তৌবিয়ু সনা পুক্লিংদা করি অমত্তা চিংনবিগনু থোরাং লোইখ্রে লান থিংবীরগনু। (৬০) খুদক অদুদা চিঠি অমুক হন্নকপা মরোন তাবদা যুবরাজ, রাখল রাদুনা অমুক চিঠী ইদুনা পাবুংগী সনায়াথং থুগাইদুনা লান হৌবা চুমদে অদুনা ধর্ম্ম কাই লান তৌগনু মাংনবা মশকনি। (৬১) ঐনা থনবদা ধর্ম্ম অকাইবা থোকই অদুনা ঈশ্বরনা য়ারোই, ইনাও ইবুঙো সেনাপতি সাওগনু ইয়াম্বনা থাম্বা য়াও, অসি হাইদুনা চিঠি অসি ৩ লক ইন্দোক হনজিন তৌনৈ। অদুদগী ৪রক শুবদগীদি কোইরেংনা চিঠি হনদ্রে (৬২) মতুংদা চিঠী পাও অমুক লাক্তবদা যুবরাজনা ঐনা থাম্বা য়াখ্রমাল্লে নিংদুনা সুংঙাইনা পোংথাখ্রে। অসোমদা কোইরেং থাঙ্গাল ২না দরবার রা তান্নবদা সেনাপতিনা হাইরকই। (৬৩) নিংথৌ ওইগদৌরীবা গুরুজম্না য়াত্রবদা কমদৌনা লান তৌগনি, থোরাং অসি অঙকপনি, লৈপাকনা করি হাইবগে অদু তাবদা প্রজা তেঙ্গোলনা হঙ্গংলি সেনাপতিবু হৌজিক লান হৌত্রবদি। (৬৪) হয়েং নোংঙালবদগীদি ঐথোয় অমত্তা হিংলরোই, কাদুনা রাজ দণ্ডিদা শোইদনা শিরগদবনি।

পশ্চিম দুয়ারে পশ্চি কংলা পরবেশ।
টিকেন্দ্র প্রতাপে কেহ নাহি পরবেশ ॥ (৬৫)
শুনিয়োক শ্রতাগণ করি নিবেদণ।
টিকেন্দ্রের বিদ্যাগুণ অদ্ভুত লক্ষণ ॥
পূর্ব্বে শ্যামশাই নাম গর্ব্বির নন্দণে।
পঞ্চমুখি স্থানে বর পাবার কারনে ॥ [৬৬]
অনিমাদি অষ্টশিদ্ধি পাই রাজ পুত্র।
তেকারনে সর্ব্বকর্ম্ম পূরণ সর্ব্বত্র ॥
এইমত সেনাপতি অপার গুনেতে।
প্রতি এক কায় ব্যেহ হৈল জণ সাতে। [৬৭]
যথাতথা সর্ব্বত্রেতে রহি সাত জণ।
রণমাঝে বিদ্যুতের সমাণ গমণ ॥
নাগা কুকি পুলিন্দির মহাভয় হৈল।
চৌদিগের নাগাগণ ঈশ্বর মানিল ॥ (৬৮)
লোকেবলে কোইরেংসিং উড়িউড়ি যাই।
তারলাগি সর্ব্বজণ মর্য্যাদা সদাই ॥
আরকহে অন্তর্ধ্যান বিদ্যার জানিল।
জননহে সাক্ষাতেই ঈশ্বর কেবল ॥ (৬৯)
এইমত সর্ব্ব লোক হৈল গোলমান।
কাচারাদি ব্রহ্মাদেশ আর দেশগণ ॥
মণিপুর কোইরেংসিং যে নামশুনিলে।
কতজন আসি বন্দে যেরূপ দেখিলে ॥ (৭০)
এইমত তারগুণ অনেক রহিল।
এই হেতু নামমাত্র রণ ভাঙ্গাইল ॥
রণ নাকরিয়া ভাঙ্গি যত প্রজাগণ।
সমুদ্র তরঙ্গ যেন হৈল গোলমাণ ॥ [৭১]
হেণকালে টিকেন্দ্রজিৎ সিংহনাদ করে।
রণ নাসহিয়া রাজা পালায়ণ করে ॥

অহুনা লান হৌহুনা ঐখোয়গী জীব অসি কংলু। অহুতাবদা করে লান চংলসি হায়হুনা অহিংগী য়ুথক ৩ হোৎপ্রবা নোংডাল্লমদাইদা যাত্রা তৌহুনা লান চংলরে। (৬৫) দোলাইরোই হঞ্জবা অভৌম্না মনাও ইবুঙো জিলাঙবা, কোইরেং সেনাপতি থঙ্গাল মেজোর অসিনা চিংবা তেঙ্গোলনা নোংচুপ থোংদগী কঙলা তমনা চঙলকই কোইরেংগী প্রতাপ্তা মমাঙদা খাঙবিনিঙাই লৈত্রে। (৬৬) তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক কোইরেং হায়বা অসিগী প্রতাপ অঙকপনি। মমাংদৌদা গরিবনি রাজ নিংথৌগী মচা ইবুঙো অহন শ্যামশাই খুরাই লাকপানা মহাবলী হনুমান থাকুরগী পঞ্চমুখি কঙজহুনা ইবুঙোগী বড়দগী। (৬৭) অনিমা প্রতিমানাচিঙবা সিদ্ধি ফঙজহুনা মানা নিঙবা নিঙবা কর্ম্ম তৌবা ঙম্মী অহুগুম্না কোইরেং সেনাপ্তিনা রূপা ফঙহুনা, তৌবঙম্মী অহুগা কায়বেহ পুথোক্লুনা মশা মথন্দনা কোইরেং ৭ থোকপা ঙম্মি। (৬৮) অহুনা লৈনিং লৈনিংবা মকমদা লৈবা ঙম্মি। লান মতমদদি নোংথাং হায়বগুম্মি। অহুনা চাঁওগী হাও পুম্নমক্না অঙকপা কঙ্গনা কিনৈ মাবু মীনি হায়দে লাইগুম্না নিংঙি। (৬৯) লৈপাক অপুম্বা কোইরেংদি পাইবা ঙম্মি হায়নৈ অহুনা পুম্নমক্না ভেবার তৌই। অহুগী মথক্তা মাংবা ঙম্বা অন্তর্ধ্যান কৌবা, বিদ্যাসু ঙম্মি অহুনা পুম্নমক্না কোইরেংবু লাইনি হায়নৈ। (৭০) অসুম্না মীয়াম পুম্নমক্না নিননৈ মণিপুরদা নত্তে কাছার দেশ মরাং লৈপাক ব্রহ্মদেশ অরা লৈপাক অসিনা চিংহুনা দেশ কয়াগী মীনা পাও তাহুনা মণিপুরদা লাক্লুনা কয়া খুরৈম্মি অমসুং মশক য়েংলৈ। (৭১) অসুম্না কোইরেং সেনাপতিগী মগুণ চাওনা চৎপ্রে, মরম অহুনা কোইরেং লাক্লে হায়বদা লান তৌদনা অহুম অহুম কাইনৈ। অহুগুম্বা কোইরেংনা লান

চিংগুবু দ্বারেতে যায়্যা বাংলাতে রহিল।
ম্লেচ্ছ প্রজা অস্ত্রধারি রাজা রক্ষা কৈল ॥ [৭২]
গজেশ্ব থম্বৌম্বা আর অশ্বেশ্ব পাকাম্বা।
ফুংগানায় গৃহেশ্বর বীর গোপালস্বা ॥
ইত্যাদি রাজার ভৃত্য সকল যাইল।
ম্লেচ্ছসৈন্য যত্নেরাখি জীবণ রহিল ॥ [৭৩]
রণবার্ত্তা শুণি কুল দাসগণ লয়া।
নম্বোল গ্রামেতে রৈল দুঃখভাব হিয়া ॥
শুরচন্দ্র নরপতি গোবিন্দ সেবিয়া।
মণিপুর প্রজাপালে স্বচ্ছন্দ হইয়া ॥ (৭৪)
কম্বান করিল রাজা এচারি বৎসরে।
দৈবদোষে শুরচন্দ্র সিংহাসন ছারে ॥
কেজানে মানব লীলা সুখ দুঃখ কর্ম্ম।
অদৃষ্ট দরশি লোক ঈশ্বরের মর্ম্ম ॥ (৭৫)

বৈভব সম্পদ যত সপনের মত।
সর্ব্বকর্ম্ম নাশহয়ে কাল অনুগত ॥
দুঃখকালে মিত্রনাহি মিত্র শত্রুহয়।
অন্যজন থাকু নিজ আত্মা বৈরিতায় ॥ (৭৬)
একমাত্র নিজধর্ম্ম প্রাণ রক্ষাকৈল।
শুরচন্দ্র নরপতি কৃষ্ণস্মরি রৈল ॥
প্রাতকাল হয়ে লোক পূর্ব্বেতে মিলিল।
কুলচন্দ্র নাদেখিয়া বিচার করিল ॥ (৭৭)
অশ্বচরি চৌদিগেতে গমনা গমন।
নম্বোল গ্রামেতে পাই বার্ত্তা ফিরিলেন ॥
যুবরাজা মনজানি টিকেন্দ্র যে বীরে।
দুইজনে আজ্ঞাদিল আনিবার তরে ॥ (৭৮)
দ্ুইআসি দ্ুরেথাকি প্রণাম চরণে।
কুলকহে কিবাকাজে আসি দ্ুইজনে ॥

চঙলকপা অহুদা মণিপুরগী কোন্নুং ঙাকপা পুন্নমক অহু কায়হুনা চেলখ্রে, সমুত্র ইথক হোৎগুম নিন্দুনা কায়খ্রে। (৭২) মতম অহুদা কোইরেং সেনাপতিনা জয়সিংহনাদ তৌই। তেঙ্গোল কায়-খ্রবদা শুরচন্দ্র নিংথৌ লান থাংবা ঙমত্রহুনা মথা থোংদা চেম্পোরক্লপা সাহেপকী হাপ্তা বাঙ্গালাদা চেনশিনখ্রে, সাহেপকী সিফাইনা খুংলায় পায়হুনা নিংথৌ ঙাকখ্রে। (৭৩) মনাও ইবুঙো থম্বৌ স্বা সামু হঞ্জবা পাকাম্বা সগোল হঞ্জবা ফুংগানায় সংলাকপা গোপালস্বা মমাও ইবুঙো অহুমগা নিংথৌগী মনাই কয়াগাস্থ চেনশিনখ্রে, ম্লেষ সিফাইনা কোইনা ঙাকুনা জীব কনখ্রে। (৭৪) লানগী পাও তাবদা কুলচন্দ্র যুবরাজ মনাইগা লোয়ননা ইকায় খুংসি য়াম্বনা লেংথখিহুনা নম্বোল কৈঠেন্দা লৈখ্রে। তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক মণিপুর অসিদা শুরচন্দ্রনা গোবিন্দ সেবা তৌরম্বা ১সুং নিংথৌ ওইরম্বা। (৭৫) কম্বাল তোংহুনা নিংথৌরেন ওইহুনা চহি অহুম পাল্লগা মরিস্থবদা লাইগী নোংদম থীবনা রাজ সিংহাসন থারে। মী ওইবগী মপোক থংহুনা ঙম্বা নত্তে, অরাবা নুংঙায়বা কর্ম্ম পূন্নমক মরাইবক্তা তমবা ঈশ্বরগী লীলানি। (৭৬) বৈভব সম্পদি ইনাকখুনবা ফমনায়বা পুন্নমক অসি মঙত্রা ওইবগুম্বনি। মাগী মাগী মাংঙ্ু হায়বা মতম লাক্লবদা ফনা শেম শাহুনা কায়্রদে অহুম মাংঙি। অরাবা মতমদদি মরুপা য়েক্লবা ওই। অতৈ থমথো আত্মা মক্লা য়েক্লেএ। (৭৭) মসিদা ঐবু ঙাকপিবদি ঐনা তৌজবা ধর্ম্মনা ঙাকপি কম্বি। শুরচন্দ্র নিংথৌ হাপ্তা বঙ্গালা মঙ্গুংদা গোবিন্দ খরনি তৌহুনা লৈখ্রে। অম্নুম তৌদ্না নোংঙাসবদা মণিপুরগী শ্রীয়াম কোন্নুংদা পৈরে অহুগা কুলচন্দ্রবু থিনবদা থীবা থংখ্রে। (৭৮) শগোল তোংহুনা মায়গৈ মরিদা থিনবদা

অঙৌম্না কাওডবা দুহে কহে সর্ব্বকথা ।
কুলচন্দ্র কহে আমি নাশুনি কুকথা ॥ (৭৯)
জৈষ্ঠমারি রাজ্যলই মনে নামানিল ।
আমি দেশান্তরে যাব রাজা নালভিল ॥
কাওডবের চক্রে যিনি ফিরিয়া আইল ।
টিকেন্দ্রের সনে পথে দরশন হৈল ॥ (৮০)
চরণে প্রণাম কহে হও মহারাজ ।
সিংহাসনে উঠ প্রভু নাকর অব্যাজ ॥
কুলকহে শুনভাই আমার বচন ।
জৈষ্ঠভাই পিতৃসম বেদেতে কহেন ॥ [৮১]
যথাধর্ম্ম তথাকৃষ্ণ নিশ্চয় হয়েন ।
তথাকৃষ্ণ যথাজয় নিশ্চয় বচন ॥
মোরাপিতৃ মৃত্যুকালে কিকথা কহিল ।
বৃদ্ধারাণী কুমুদিণী কিকথা কহিল ॥ [৮২]

আমিরাজা নাহইবে তুমি হও রাজা ।
আমি দেশান্তর যাব সুখে রাখ প্রজা ॥
ইকথা শুনিয়া মৌন টিকেন্দ্র রহিল ।
কুলকহে অহে ভাই নাকরিহ ভুল ॥ [৮৩]
ইবোলিয়া রাজা আগে গমন করিল ।
শুরচন্দ্র রাজা আগে দণ্ডবত কৈল ॥
শুনজেষ্ঠ রাজাহই মণিপুরে রহে ।
বালকের দোষগুণ চরণে ক্ষমহ ॥ [৮৪]
শুরচন্দ্র কহেভাই নাকর সংশয় ।
সুখে এই মণিপুরে মহারাজা হয় ॥
মুঞি বৃন্দাবনে যাব রাজভুগ শেষ ।
কৃপাকরি মোরেদেহ পথের খরশ ॥ [৮৫]
শ্রীগোবিন্দ সেবাকর প্রজার পালন ।
মোরলাগি তোমাসভা নাকর ভাবন ॥

নম্বোলদা ফংলহুনা হনলক্লগা পাও তমলয়ে কুলচন্দ্রগী পূক্লিং থংহুনা, কোইরেং সেনাপতিনা মনাও ঈবুঙো অঙৌম্নাগা থাঙ্গাল মেঙ্গরগা থারকঈ। [৭৯] শগোল তোংহুনা লাক্লগা, কুলচন্দ্রগী নাক্তা চংশিন্দুনা দণ্ডবং তাহুনা খুরুম্মি। কুলচন্দ্রনা, করম্বা কর্ম্মগী লাকপগে হায়হুনা পাও হংভি। অঙৌম্না থাঙ্গাল অনিনা ছোবদগী লোয়বা মরম পুম্নমক হঙ্গংলি। অদু তাবদা কুলচন্দ্রনা মীনা থীনা ভাঙনবা তাবা ঙম্মোয়। [৮০] অদুগী মথক্তা ঈয়াম্বু শিহল্লগা ঐনা নিংথৌ ওঈবা পামদ্রে। ঙসিদগী মণিপুরদা লৈজররোয় মীরৈপাক্তা চংচখ্রগে, নিংথৌ পামজদে। অসি হায়দুনা য়াত্রবদগী থাঙ্গালগী ভক্তি চক্রিনা কন্দুনা কোম্বুংদা লাকলে লমথাঙদা কোঈরেং সেনাপতি ওকলম্মি। [৮১] দণ্ডবং তানা খুরুম্নগা হঙ্গংলি য়াম্বুং ইবুঙো য়াম্না থুনা পূক্লিঙ চিংনদনা রাজ সিঙহাসন্দা লেঙথংপিয়ু। অদু তাবদা কুলচন্দ্রনা ইনাও ঈবুঙো কোয়রেংম্না ঈয়াম্বগি রা তাও ঈয়াম্বা অহন হায়বসে বেদনা ইপামক্লি লাওরি। [৮২] অদুগা ধর্ম্ম লৈবা মফমদা গোবিন্দ লৈগদবনি, গোবিন্দ লৈবা মফমদা জয় ওয়গদবনি। পাবুঙনা শিরমদায়দা করি তাক্লম্মী বৃদ্ধারাণী কুমুদীণী অবোক ঈবেম্মনা করি তাক্লম্মী। পুনমক অদু কাওব্রা। [৮৩] ঈয়াম্বা নিংথৌ ওঈবা পামদে ঈনাওনা নিংথৌ ওঈদুনা লৈপাক ঙাকউ। ঈয়াম্বদি মণিপুর অসিদা লৈররোয় দেশান্তোর তৌখ্রগে। অদু তাবদা কোঈরেং সেনাপতি রা ঙাওখিদ্রে অদু উবদা কুলচন্দ্রনা ঈনাও ঈবুঙো কাওগম্নু। (৮৪) অসি হায়রমলগা লেংথিহুনা শুরচন্দ্রগী নাক্তা চংলকই, মনাও লাকই তাবদা শুরচন্দ্র লেং-থোরক্লুনা তরাম কৌই, কুলচন্দ্র দণ্ডবং তানা খুরুমহুনা হঙ্গংলি, য়াম্বুং ইবুঙো লেংশিন্দুনা নিংথৌ

কান্দিকহে কুলচন্দ্র পুনঃ রাজ্যধর ।
একত্র হইয়া সুখে সেবি গোবিন্দের ॥ [৮৬]
বালকের দোষগুণ ক্ষমহ চরণ ।
মোরভক্তি চায়া সুখে করহ চরণ ॥
শুর কহে প্রাণ ভাই না ভাবিহ মন ।
মোর লাগি তোমাসভা নাকর ভাবন ॥ (৮৭)
কুলকহে জৈষ্ঠভাই পিতৃর সমান ।
জৈষ্ঠ রাজ্যে পিতৃ রাজা তেমত ভাবেণ ॥
রাজাভাবে পরাধিন মরণ সমান ।
কিসুখে হইবে রাজা পরের অধীণ ॥ [৮৮]
এমত ভাবিয়া শূর হাসিয়া কহেন ।
মোর লাগি সুখ দুঃখ নাকর ভাবন ॥
ইহাভিন্ন আরকথা না কহিব আমি ।
শিগ্রযাহ যুবরাজ রাজা হও তুমি ॥ [৮৯]
ইবোলিয়া ভিতরেতে করিল গমন ।
উপায় নাদেখি কুল স্বহৃদি শুকান ॥
রাজা বন্দি ফিরি আসি গৃহের ভিতর ।
সেই অষ্টমীর দিন অরাজক পুর ॥ [৯০]
রাজার নাশিল লোক দুঃখ বহুতর ।
রাত্রিকালে শুরচন্দ্র চলিল কাচার ॥
আশ্বিন মাস নবমী মঙ্গল বাসরে ।
প্রাতহৈতে দ্বাদশ দণ্ডের ভিতরে ॥ [৯১]
পুরমধ্যে প্রবেশিয়া রাজন হইল ।
মধ্যানেতে টিকেন্দ্রেরে যুবরাজ দিল ॥

ওইবিখো অঙাংশিংগী দোষগুণ চরন্না ঙাকপিয়ু। (৮৫) শুরচন্দ্র নিংথৌনা ইনাও ইবুঙো পুক্লিংদা করি অমত্তা চিঙনদনা মুংঙায়না নিংথৌ ওইরুরো, ইয়াম্বদি রাজভুক লোইরবনি অহুনা শ্রীবৃন্দাবন পরিক্রমা তৌথ্রগে, ঐবু নয়াম্বনি খন্দুনা ঐগী লম্বীগী থরস থরদংদি পিনৌ। (৮৬) পুক্লিং মুং-ঙায়না গোবিন্দ সেবা তৌদুনা প্রজা য়োক্নুনা পাল্লু, ইয়াম্বগীদমক নপুক্লিংদা অন্নাবা চিঙনবা তৌরুগনু। অহু তাবদা কপ্পুনা খুরুমদুনা তৌবিগনু নিংথৌ ওইবিয়ু হুক্তংলি, হায়রগুম্না অমত্তা ওইদুনা গোবিন্দ সেবা তৌখিনি। (৮৭) অঙাংশিংগী দোষগুণ ঙাকপিয়ু ননাওনা তৌজবা ভক্তি লৌবিয়ু। অহু তাবদা শুরচন্দ্র নিংথৌনা ইনাও ইবুঙো রাখল তোঙানবা থল্লগনু ইনাওশিঙসু প্রাজাসু ঐগী খল্লগনু। [৮৮] কুলচন্দ্রনা য়াম্নুং ইবুঙো ইয়াম্বা অহল হায়বা অসিদি পাবুং মকনি, নিংজৈ, অহুনা য়াম্নুংনা নিংথৌ ওইরগদি পাবুংনা ওইবনি নিংজৈ। অহু তাবদা শুরচন্দ্র নিংথৌ খল্লি। ঐনা হৌজিক হনজিন্দুনা নিংথৌ ওইরবদি নাম মাত্র নিংথৌনি মীথা পোন্না পানগনি, অহুদি করিগু মুংঙাইফম লৈরোই শিবনা কৈ। (৮৯) অসি খন্দুনা শুরচন্দ্রনা, ইশি শিনা নোক্লগা তাক্লকই ইনাও ইবুঙো ইয়াম্বগী হায়বা লোইখ্রে অমুক হায়নিংঙায় লৈত্রে, ঐগী রাখন তৌরুরগনু যুবরাজ থনমক চৎলগা নিংথৌ ওইজরুরো গোবিন্দ সেবা ফংজরুরো। (৯০) অসি তাক্লমলগা কুথা মন্নুংদা লেংশিনখ্রে। অহু উবদা কুলচন্দ্র গতি লৈত্রদুনা হৃদি কংনা দন্দবোৎ তানা খুরুমলগা হনলকুনা সঙ্গাইদা লেংশিনখ্রে। মুমিৎ অসি মণিপুরদা নিংথৌ পান্দে। [৯১] কৈঠেন মুৎলি লৈপাক্কী অরাবা ওই। অহুগী অহিংদা শুরচন্দ্র নিংথৌ কাছার দেশ ময়াং লৈপাক্তা লেংশিনখি। অহুগী নোংঙাল্লবা লৈপাক্পোকপা লাম্বন থাগী মপলনি পাম্বদা নোংঙানবদগী পুং ১২ তাবা অহুগী মন্নুংদা। (৯২) কুলচন্দ্রনা ময়াম্বনা লৈত্রবদা নিংথৌ ওই। মুমিৎ মুংবা মতমদা কোইরেঙনা

তারপরে অভোম্বার সেনাপতি হৈল ।
ঊনবিংস দণ্ডে সবা আভিষেক কৈল ॥ [৯২]
জন্মহৈতে সপ্তত্রিংস বর্ষ সেইকাল ।
কৃপাবলে কুলচন্দ্র চক্রবর্ত্তি হৈল ॥
এইমতে মণিপুর সুখেতে রহিল ।
শ্রীগোবিন্দ সেবনেতে দুঃখ পাশরিল ॥ [৯৩]
ইহা সমাপিল রাজা শুরচন্দ্র কথা ।
বর্ষ কাৰ্ত্তা যুগা লেখি পুরানের কথা ॥
দোষগুণ ক্ষেমা ভক্ত বৈষ্ণব ক্ষেমিয় ।
মণিপুর রাজ্যেশ্বর বোধচন্দ্র রায় ॥ [৯৪]
নৃপআজ্ঞা শিরেধরি চরণ বন্দিয়া ।
শ্রীদাউজী তন্ত্রধা ব্রাহ্মণ আজ্ঞালয়া ॥
অগাধ সমুদ্র যেন পুরাণ কথন ।
সুত্রমাত্র বর্ন্নিলেন দিগ দরশন ॥ [৯৫]

চূড়াচাঁন্দ রাজা কালে যে বড় পণ্ডিত ।
তারপুত্র চন্দ্রসিংহ নাম যে পণ্ডিত ॥
তারসঙ্গ হৈতে লিখি এইগ্রন্থ সার ।
কবিতার শক্তি সেই নাহিক আমার ॥ [৯৬]
ভক্তি রসানন্দে পাধি ব্রহ্মসভা স্নেহ ।
হৈখাম কুলেতে জন্ম নাম বাপুসিংহ ॥
মমশিক্ষা গুরু সেই স্থান জন্মস্থান
তাহার কৃপাতে লেখি পুরাণ কথন ॥ [৯৭]
মোর জিহ্বা বীনাযন্ত্র গুরু যন্ত্রধারি ।
কিছুই নাজানি মুঞি গুরু আজ্ঞাকারি ॥
অপরাধ নালইবে বৈষ্ণব সুজন ।
দীনহীন মঙ্গীসিংহ লিখয়ে পুরাণ ॥ [৯৮]
* (ইতি শ্রীশুরচন্দ্র চরিত্র চতুর্থ সীমা) *

যুবরাজ ওই। অদুগী তুংদা অভোম্বানা সেনাপতি ওয়রে। অসুম্বা পুং ১৯ তাবা মতমদা অভিষেক তৌই। (৯৩) পোকপদগী চহি ৩৭ শুবদা গোবিন্দগী কৃপানা কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরে। অসুমনা মণিপুর অসি নৌনা অমুক শেমগত্তুনা অরা অনা লৈতনা গোবিন্দ সেবা তৌহুনা পাললে। (৯৪) তাথিয়ু শুক্তা থিবিক্ মতাং অসিদা শুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা প্রসঙ্গ লোইজরে। মৈতৈ ঐখোয়গী লেংদবা পুরান চৈথারোল কুথাবদগী লৌহুনা লেংজবনি। দোষগুণ অকায় অতোয় পুন্নমক বৈষ্ণব খিবিক্লা ঙাকপীয়ু। অদুগা মণিপুর নিংথৌরেন বোধচন্দ্র ॥ (৯৫) শ্রীযুৎকী ম্না য়াথং মতুং ইন্না লেংজবনি ননাইনা চরনবু কোঞ্জহুনা খুরুমজরি। দাউজী কৌবা তন্ত্রধার ব্রাহ্মণগী য়াথং মতুং ইন্না মপান নাইত্রবা সমুদ্রগী মতোগুম্বা ইতিহাস পুরাণ অসিবু সুত্র ওইনা মাইকৈ উত্নুনা লেংজৈ। (৯৬) চূড়াচাঁন্দ কৌবা মণিপুরগী নিংথৌরেন্না পানবা কান্দা পণ্ডিত অচৌবা ওইবা অহুনা পোকপা চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত, ওঝা ইবুঙোগী মপান্দগী লাইরিক অসি লেংজবনি কবিতাগী শক্তি ঙমজবা নত্তে অপাংবনি ॥ (৯৭) ননাইবু লাইরিক তম্বিবা ওঝা ইবুঙো ব্রহ্ম সভানা ভক্তিরসানন্দ হায়বা উপাধি পিবিবা হৈখাম বাপুসিং ম্না জন্মস্থানদা লৈবা ওঝা ইবুঙোগী কৃপাদগী লেংজবা ওমনি ॥ (৯৮) ননাইগী লৈয়েংনা বিনা কৌবা যন্ত্র ওইরগা গুরুদেবনা বিনাধার ওইনা থোংবিবনি কন্নি অমত্তা থংজবা নত্তে গুরু আজ্ঞা কারিনি। বৈষ্ণব থিবিক্লা অপরাধ লৌবিগনু খুরুমজরি। দীনহীন মঙ্গিসিংনা পুরাণ ইতিহাস অসি লেংজৈ ॥

মতাং অসিদা বিজয় পঞ্চালি কৌবা লাইরিকী ৫শুবা খণ্ডগী ৪শুবা অধ্যায় লোইজরে ॥ পাংত্রবা তোল্লবা মনিসিং মঙ্গিসিং অনিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচে অরানবা পুন্নমক ঙাকপীয়ু ॥৩॥

* (পঞ্চম সীমা) *

জয়জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥
জয়রূপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ ।
শ্রীজীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ ॥ (১)
এইছয় গুরুর করি চরণ বন্দন ।
যাহাহৈতে বিঘ্ননাশ বাঞ্ছিত পূরণ ॥
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন ।
পঞ্চম সীমার কথা কহিব এখন ॥ (২)
মণিপুর পূর্ব্ব কথা পুরাণ কথণ ।
বর্ষকর্ত্তা গ্রন্থমতে করিয়ে রচণ ॥
বর্ষকর্ত্তা গুণকহি করহ শ্রবণ ।
মণিপুর রাজ্যেশ্বর বোধচন্দ্র গুণ ॥ (৩)
ঋষিমুনি বসুচন্দ্র মাসে যে শ্রাবণ ।
গোবিন্দের মাণ্ডপেতে পুরাণ শ্রবণ ॥
রাজমাতা শ্যামাসখী যত পুরনারী ।
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব কত আর গ্রাম নারী ॥ (৪)
ইতিহাস শুনিকালে লোক কানাকানি ।
যথার্থ জানিবা লাগি শুনিল আপনি ॥
নামৈরাকৃপা দিণচন্দ্র রাজার পণ্ডিত ।
থোংঙাম মাধবসিংহ নাম যে পণ্ডিত ॥ (৫)
নাওরিয়া অমুয়াইমা এই যে পণ্ডিত ।
রাজা পণ্ডিতের ডাকি কহিল বেকত ॥
যতলোক কানাকানি কেমন প্রসঙ্গ ।
মাধব কহেন গ্রন্থ ভিন্নভিন্ন অঙ্গ ॥ (৬)
একারনে নানামত গৌন শ্রেষ্ঠ রৈল ।
রাজা ভাবে নাশ হৈল নানামত থৈল ॥
মোর রাজ্য কালে এবে রাখিব যথার্থ ।
যতলোক কানাকানি খণ্ডিব কদর্থ ॥ [৭]

(৫শুবা অধ্যায় হোরে) (১) শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী, নিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা খুরুমজরি । অদ্বৈত প্রভুগী গৌরভক্ত খিবিককী চরন্দা খুরুমজরি । শ্রীরূপ, সনাতন, ভট্ট রঘুনাথ, শ্রীজীব গোপালভট্ট রঘুনাথ দাস ॥ (২) গুরু গোস্বামী ৬কী চরন্দা খুরুমজরি । কৃপাদগী বিঘ্নি পুমমক ভাকপিহ্না নিংবা থুংজগনি নিংঙ্কে । তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক্ ৫শুবা অধ্যায় লেংজলক্লগে ॥ (৩) মণিপুরগী মাঙদা ওইখ্রবা প্রসঙ্গ অসি নিংথৌগী স্না য়াথং মতুং ইন্না পণ্ডিত লোয়সঙনা লাইরিক মমিং চৈথারোন কুম্থাবা কৌবা অসিদা মথং শিংনা লেংঙি । অহুদগী লৌহ্না লেঙজবনি । চৈথারোনগী প্রসঙ্গ খরদং লেঙজগে, মণিপুরগী নিঙথৌরেন বোধচন্দ্র মহারাজ হুইয়েন কৈরেন লান্দ থৌবা বীর চূড়ামনিনা ॥ [৪] শোক ১৮৭৭ কী ইঙেঙন থাগী ২৭নি পানবদগী হৌহ্না গোবিন্দগী মাণ্ডোপ্তা অনি কগী লাইরিক শ্রোবোন তৌই । নিঙথৌ পোকপী মমাসীজ শ্যামাসখী, অহুগা কোমুঙগী ইবেম্মশিঙ কয়াগা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব বৈষ্ণবী কয়াগসু শ্রোবোন তৌই মাণ্ডোপ চোম্না ভাই লৈকাই মরিগী মীনা । [৫] লাইরিক মথঙ মথঙ শ্রোবোন তৌরকপনা ইতিহাস মৈত্তে পুরাণ অসি তারকপদা মতাং য়াংলি, হেন্দোকই হায়না অভাবা মণিপুরগী ভাবোক্পা ঙাংনরে, খৎসু খৎনরে, পাও অসি তাহ্না বোধচন্দ্র নিংথৌনা অরেপ্পা খঙগে হায়রহ্না নোংমা পণ্ডিৎ লোয়শঙ পুক্রিবা পণ্ডিৎসিং স্না নাক্ত কৌই । স্না য়াথঙ কংবদা নামৈরাকপা দিনচন্দ্রসিং পণ্ডিৎ, থোঙাম মাধোপসিং পণ্ডিৎ । [৬] নাওরেম অমুয়াইমানাচিংবনা স্না চরণ খুরুম্মি । নিংথৌনা অচুম অরান লৈপাক্পা ভাঙবগী য়া হংঙি । মাধপসিং পণ্ডিৎনা হয়্ংলি, মহারাজবু লাইরিক তোঙাল তোঙাল্লি । [৭] মরম অহুনা

আশ্বিণ মাসের শুক্লা দ্বিতীয়া শুক্রেরে।
সেইদিনে নৃপমণি ডাকি পণ্ডিতেরে॥
পণ্ডিৎশালা হৈতে গ্রন্থ আনহ ত্বরিত।
রাজাজ্ঞাতে মাধবসিং লয়া সহসাত॥ [৮]
নৃপাগ্রে রাখিল যত্নে কারণ নাজানি।
রাজাকহে গ্রন্থখুল পণ্ডিত এখনি॥
এগ্রন্থের প্রতি গড়া মুহোর দিবেক।
এবলি শ্রীহস্তে লৈয়া মুহোর তাহাক (৯)
প্রতি গড়া গড়াদিল মুহোর প্রত্যেক।
মাধব পণ্ডিৎ খুল্লে পৃষ্ঠা যে যতেক॥
শ্রীহস্তে মুহোরধরি দিলে প্রতি এক।
যতগড়া সমাপিল কৈল রাজা দাগ॥ [১০]
সেকালে সেবন কৈল সমীপে রাজার।
রাইক্ষম চাওবাসিং দরবার মেম্বর॥
থোইদিংজম গৌড়মণি সেলুংবা ঘেথির।
ইত্যাদি রাজার পাত্র সেবে বহুতর [১১]
রাজা কহে শুনপণ্ডিৎ আমার বচন।
এইগ্রন্থ বিনা অন্যগ্রন্থ নাচলেন॥
এইমতে কৃপাদেন বোধচন্দ্র রায়ে।
রাজার চরণে মুক্তি কটহু বন্দিয়ে॥ [১২]
এইগ্রন্থ মতচায়া রচিল পয়ার।
কবিতার শক্তি নাহি মানুষ পামর॥
এবেকহি শুরচন্দ্র রাজার গমনে।
আশ্বিন মাস অষ্টমী সেই সোম দিনে॥ (১৩]
দশদণ্ড রাত্রিকালে বাঙ্গালা হইতে।
মণিপুর ছাড়ি রাজা চলে কাচারেতে॥
থঙ্গৌম্বা গজের পতি আর গোপালম্বা
ঘটকের অধিপতি যেই পাক্কাম্বা॥

অমদা রাংপা ১দা হেনবা লৈবনা লৈপাকনা ভাংনবনি। নিংথৌনা অহুদি পণ্ডিৎ অরেপ্পা নাইত্রবদী অফবা ওইকম থোকতে অহুনদি ঐগী হাক্তক অসিদা অরেপ্পা অমা থম্বা তারে মীনা ভাংনরিবা অসি কোকনবা। (৮) অসি থম্মহুনা নিংথৌনা ম্নায়াথং পিহুনা লাংবন থাগী নিনি পানবা ইরাই তুমিত্তা পণ্ডিৎ লোইসংদগী লাইরিক লেংথোরক্লগা ম্নামাগুদা থম্মে। (৯) মরম খণ্ডদহুনা ময়াম গুকনৈ নিংথৌনা মাধবসিং পণ্ডিৎ লাইরিক অসি লামাই হাইদোকউ চে খুদিং মুহোর নমগে অসি হায়হুনা সনা খুংনা মুহোর পায়রে। (১০) অহুগা লামাই খুদিংদা সনা খুংনা মুহোর নম্মী মাধবসিং পণ্ডিৎনা চেনা হায়গৎলি। অসুম্না মথণ্ড মথণ্ড চেনা খুদিগু মুহোর লোয়না নমথি। লাইরিক অসিদা লৈবমথৈ মণিপূর ঐথোয়গী অসেঙবনি অসিদা য়াওদবা অহুগা হেন্দোকপা রা লোরোয় সনা য়াথগু পিথি। (১১) মতম অসিদা সনানাক্তা থৌগনবা রাইখোম চাওবসিং দর্বার মেম্বোর। থোইদিংজম গৌরমনিসিং সেলুঙবা অসিনা চিঙহুনা পাত্র মন্ত্রি কয়াম্নু থৌগল্লি (১২) অমুক হয়া সনায়াথঙপি মণিপুর ঐথোয়গী পণ্ডিৎ লোয়শঙ অসিদা লৈরিবা মুহোরনম্বা লাইরিক অসিদা চৎকদবনি অতোপ্পা লাইরিক্কী রা লৌবা য়ারোয় তাকথি। অসুম্না লেঙদবা পাম্বী থাবিরবা বোধচন্দ্র শ্রীযুৎপু হয়া হয়া খুরুমজরি। (১৩) অসিগুম্বা মুহোর নম্বা চৈথারোন কুম্নাবা কৌবা লাইরিক্কী মোত্তা লেঙজবনি কবিতাগী শক্তি চমজবা ননাই নম্বে অতোনরনি। মথা অসিদা সুরচন্দ্র নিংথৌনা লাঙবন থাগী নিপাননি পানরা নিংথৌকারা মুমিংকী। (১৪) অহিং পুং১০ তাবা কান্দা মণিপুরদগী কছারদা যাত্রা তৌই। মনাও ইবুঙো থঙ্গৌম্বা শামু হন্নবা

এই তিনভাই আর পাত্র সঙ্গে করি।
ছাপ্তানাম গৃহহৈতে আসি তুরাতুরি॥ [১৪]
* (লাচাড়ি) *
শ্রীগোবিন্দ চরণেতে প্রণাম করিলে॥
রাঙ্গাবস্ত্র গলে বন্ধি, ভুমিতে পড়িয়া অন্ধি,
কান্দিয়া কান্দিয়া বলে।
সেবা ছাড়ি আমিতবে, কেমনে যাইব এবে,
কিকৃপা করহে দীনবন্ধু॥
কিদোষ থাকিয়া মোরে, বিদেশে পাঠাব দুরে,
প্রাণরাখ দীনহীন বন্ধু।
অভাগ্য কারনে মুঞি, সেবন ছাড়িল তুই,
দোষ না করিহ প্রভু মোরে।
রাজ্যভোগ ভুলে করি. জনম সার্থক ধরি
আজিকালি নাসেবী তোমারে॥ [১]
ধিকধিক মমজন্ম, জীবত্তিত কি অকর্ম্ম,
প্রাণনাথ তব মায়াময়।
অবুধ মানব জীবে, প্রহেলী দিনেরে যাবে
গুণিগুণি অমুতাপি ময়।
আহা মরিমরি হৃদি, আগুনে তাপিট যদি,
কিউপায় নাদেখিল এবে।
কুণজনে দিবদোষ, আপণ কর্ম্মের পাশ
যে চরণ নাপারি ছারিবে॥ (২)
আমার সকল দোষ, কৃপাবলে করনাশ,
রাখহ শ্রীচরণ কমলে।
মোরমুখে তুয়া নাম, দিবানিশি অবিরাম
সদাই জপিব কৃপা বলে।
এমত প্রার্থনা করি, গোবিন্দ মনেতে স্মরি'
মকমকি কান্দে বহুতরে।

গোপালস্না। শগোল হঞবা পাকাস্না মনাও ইবুঙো অহুমগা নিংথৌগী মনাই অচানবা কয়াগা হাপ্তা বাঙ্গলাদগী থোরক্লে। (লাচাড়ি) (১) গোবিন্দগী সেবা থাহুনা চৎপা তারবদা সুরচন্দ্র নিংথৌ গোবিন্দনা লৈবা মাইগৈদা ওল্লগা ভক্তা ফি য়েংতুনা দণ্ডবং তাহুনা খুরুমগা কপ্তুনা প্রার্থনা তৌরকই। প্রান নাথ গোবিন্দ ননাইদি ঙসিদগী শেবা থাহুনা ঐনা তৌজবা কর্ম্মগী মতুং ইন্দুনা মীরৈপাক্তা চৎচবা তারেদো। প্রান কল্লুকো ইবুঙো। ননাইনা লায়বক থীবনা ঙসিদগী শেবা থাবা তারেদো দোষ লৌবিগনু প্রান নাথ। নিংথৌ ওইরবনি হায়হুনা পোকপগী মহৈ য়াল্লে থম্মুনা পূন্সিসিমা সেবা ফজদবোয় থম্মুনা হোরেন হয়েঙ হায়হুনা সেবা মপুং ফানা নিংবা থুঙনা কংহৌস্লে। [২] তোল্লিদা সুরচন্দ্র কোবা ঐগী মপোক অম্মুক শাঙবা হৌথিবা মতম অরেম্বদা মাঙ্খি অসিবু ইবুঙো নঙ্গী মায়ানিদো। পঙখ্রবা মীওইবগী মপোক তাম্খ্রবা পূন্সি অরেম্বদা শাম্নহুনা মাঙ্খ্রেদো। খল্লুরগা চাকখ্রেদা। হায় হায় শিদনা শিরেদো খল্লুবদা চাকখ্রেদা থানিঙদবা চরননি থাবদা তারেদো। [৩] প্রান নাথ গোবিন্দ ননায়না তৌবা দোষ কোকপিয়ু কৃপানা ডাকপিয়ু অরাপ্পদা লৈরবসু চরণগী নাক্তা থম্বীয়ু ননায়না কাওজরোয় ঈবুঙোগী নাম কাওদনা শোনজবা অহিঙ মুওথিল অনিদা পিনবিয়ু। কৃপাগী পাঙ্গলনা শোনজবা ঙমজগে। অসুম্না প্রার্থনা তৌহুনা গোবিন্দদা অরাপ্পদা ভক্তি তৌহুনা হিক হিক কপ্তুনা খুরুমজে। অহুদগী হৌগৎতুনা ঐনা তৌবা কর্ম্মনা ঐনা ফঙবনি হে মন পুম্নমক খল্লুরগসু হায়হুনা য়ারকখি। [পদ] (১) অসুম্না গোবিন্দদা প্রার্থনা কংলয়গা অহিঙ অসিদা যাত্রা তৌহুনা মনাওশিং মনাঈশিঙ্গা লোয়ননা

পূণঃ উঠি নৃপমণি, নির্জ্জয় হইল মানি,
সনমাঝে পুনঃ শিক্ষাকরে ॥ (৩)
* -ঃ(পদ)ঃ-
এইমতে শুরচন্দ্র প্রণাম করিয়া ।
রাত্রিকালে চলি গেল ভাই গণ লয়া ॥
এইমতে মন দুঃখে কাচার আইল ।
কতদিনে চলি গেলা জিলা যে পাইল (১)
তাহা চিপ কমিশনা নাহি দরশন ।
সেক্রেটরী স্থানে রাজাকহে বিবরণ ॥
মণিপূরে রহি শক্তি নাহিক আমারে ।
কৃপাকরি রাখ মোরে মথুরা নগরে ॥ (২)
রাজার বচণ শুনি কহে সেক্রেটরী ।
রাজাতুমি যাহ কলিকতা যে সহরি ॥
বড়লাট স্থানে এক দরখাস্ত দেহ ।
তবে যে তোমার আশা সব পুরনেহ (৩)
এইভাল বলি রাজা স্বীকার করিল ।
তবেত সিকাই সঙ্গে শুর পাঠাইল ॥
রাজা গেলে সেক্রেটরী সব সমাচারে ।
সর্ব্বকথা তেলিগ্রামে কৈল কমিশ্নারে ॥ (৪)
কতদিনে রাজা কলিকতা উত্তরিল ।
সিকাই কমিশ্না হাতে রাজা আনিদিল ॥
কমিশ্না সহ রাজা কথোপ কথন ।
রাজাবলে চিপশুন আমার বচন ॥ (৫)
আমার শাসিত মণিপুর রাজ্য পদ ।
বলৎকারে টিকেন্দ্রজিৎ লইল সম্পদ ॥
অনুগ্রহ করি মোরে রাখ মধুপুরে ।
একস্থান দেহ সেই মাপিয় করেরে ॥ (৬)
কমিশনা কহে শুর এ কেমন কথা ।
তোমার সম্পদ লই শত্রু যে সর্ব্বথা ॥
টিকেন্দ্রে ধরিয়া বান্ধি তুমি মণিপুরে ।
পুনঃরাজা হইবারে ভাবহ মনেরে ॥ (৭)

ময়াঙ লৈপাক তান্না লাকই। মুমিং কয়ানিদা কাছার জিলা য়ৌরে। (২) মকম অদুদা চিপকমিশ্না উনগে চঙলুবদা লৈরমদে। মাগী থবক পুবা সেক্রেটরী লৈরম্মী মাগা উনদুনা য়ারী শায়। ঐ অসি মণিপুরগী নিংথৌনি ইমিং সুরচন্দ্র কৌই। ইনাওশিংনা লৈহন্দদুনা লাক্লবনি সরকার নখোয়না চানবিদুনা মথুরাদা লৈহল্লু। [৩] নিংথৌগী য়া তাবদা সেক্রেটরীনা রাজ সাহেপ অসিদা হায়দুনা কান্নদে কলিকটাদা চৎলগা বড়লাট সাহেপ্তা দরখাস থাও অদু তৌরবদা নিঙবা পুনমক থুঙনি অদু নত্তনদি উপায় লৈরোয়। (৪) অদু তাবদা সুরচন্দ্র করে হায়দুনা য়ারে। সেক্রেটরীনা সুরচন্দ্র ডাক্লবা সিকাই পিদুনা খরস তৌবিদুনা কলিকটা তান্না থারকই। সুরচন্দ্রনা চৎখ্রবা তুঙদা জিলাদগী সেক্রেটরীনা কলিকাটাদা লৈখিবা কমিস্নারদা টেলী গ্রাম তৌদুনা মরোল পুম্নমক তাকখি। (৫) সুরচন্দ্র মুমিং কয়ানিদা কলিকাটা য়ৌরে নিংথৌবু পুরকইবা সিকাইনা কমিস্নারদা শিন্নরে উনরদুনা য়ারী শানৈ। সুরচন্দ্রনা চিপকমিশ্নার ঐগী য়া অসি তাও। (৬) ঐ অসি চন্দ্রকীর্ত্তিনা পোকপা মচা অহননি পাবুংনা মণিপুর অসি পিদুনা নিংথৌ ওই। অদুদগী ইনাও কোইরেংনা তানথোক্লনা থারক্লে নিংথৌ খুফম মুলহৌরে লৈকম লৈতদুনা লাকলবনি সরকারনা চানবিদুনা মথুরাদা লৈনবা মফম অমত্তা পিনৌ খংজনা কোর লৌবিগদু। (৭) অদু তাবদা কমিস্নারনা রজা সাহেপ কম্নি য়ানো য়েক্লবনা নঙী খুফম মুলহৌরগা নঙনা মুপীগুম্না চেনত্রা ননাও কোইরেং

টিকেন্দ্রজিৎ তলঘরা রাখিয়া বলিয়া ।
কৈফয়িৎ করহ রাজা কেনে ভুলহয়া ॥
শুরচন্দ্র কহে আমি নামানি অন্তর ।
কুলচন্দ্র হওরাজা কহে বারবার ॥ [৮]
তথাপি টিকেন্দ্র ক্রোধে কহিল বচন ।
আমিরাজা নাহইব বিদেশে গমন ॥
এইকথা ভাইস্থানে কতবার কহে ।
গতবাক্য পুনঃ শাসে ইহাধর্ম্ম নহে (৯)
ধর্ম্মভাঙ্গে কুনকালে নাহবে কুশল ।
আজি কালি নাহি জানি জীবণ চঞ্চল ॥
হাসি কহে কমিশ্নার বলিহে তুমারে ।
ধনধানী প্রয়োগেতে আহারে ব্যভারে ॥
বিদ্যাশিক্ষে রাজালাভে লজ্জারে ছাড়িবে ।
নৃপনাম ছোট নহে যত্নেতে করিবে ॥

বাক্য কথা থাকু এবে করি প্রাণাপণ ।
টিকেন্দ্র মারন লাগি করহ যতন ॥ (১১)
কমিশ্নার বাক্য শুনি রাজা মন ফিরে ।
সঙ্গগুণে ভালবলি ভাবিল অন্তরে ॥
সাধু সঙ্গে ভক্তিবাঢ়ে পাপসঙ্গে পাপ ।
কুজন সঙ্গতি বাঢ়ে দিনেদিনে তাপ ॥ [১২]
তস্মাৎ সঙ্গ প্রযত্নেন মানব জনম ।
মণিপুর নাশলাগি এহ যে প্রথম ॥
রাজাকহে ভালহৈল লেখ দরখাস্ ।
মনসুখে মুহোরিক লেখে পরকাশ [১৩]
ভালবলি শুরচন্দ্র কৈফয়িত দিল ।
পত্রপায়া বড়লাট তখনে পড়িল ॥
শ্রীল শ্রীশ্রীবড়লাট শুনিয়া বচন ।
দীনহয়া কটশত প্রনাম করেন ॥ [১৪]

ফাহুনা জেন্দা পিবিয়ু ঐবুনা নিংথৌ অমুক ওইহল্লু হায়য়ুনা। (৮) রাজা সাহেপ নও করিগী ডাওরে বড় সাহেপ্তা কোইরেং ফাবিয়ু দরখাস থাও নঙ্গী য়াম্না ফগনি নিংথৌ ওইনি। অদু তাবদা সুরচন্দ্রনা সাহেপ রা অহুদি ইনাও ইবুঙো কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইখো হায়হুনা হন্না হন্না খাম্মী। (৯) অহুবু ইনাও কোইরেংবু শাওখিবদগী মণিপুরদা নিংথৌ ওইররোয় হায়হুনা য়াদহুনা লাক্লবনি নঙনা নিংথৌ ওঈজহৌরো হায়হুনা ইচিন্না হায়দোক্লমলবনি অহুবু অমুক হঞ্জিল্লবদি ধর্ম্ম কায়রে। [১০] ধর্ম্ম কায়রবদি করম্বা মতমদা মঙ্গল ওইবা হৌনদে মীওইবগী মপোক হোরেন হয়েঙ শিগনি খঙদবনি। অদু তাবদা কমিস্নারনা নোক্লুনা হায়। রাজ সাহেপ রাজ নিতি হায়গে তাও লল তানবনে চানবা, পুকথননবা হোৎনবনে, মীডোন্দ বেভার তৌবনে। (১১)মহৈ তম্বনে, লৈপাক লৌনবা হোৎনবনে, অসিদদি ইকাইবা তৌফদে নিংথৌ হাইববু, অপিকপা অচম্বাদা বপু য়াবা, চিন্না ডাংবদি থমখো, নিংথৌ ওইনবগি হোৎনবদা থরায় ফাওবা মাংনরিবনি। অপাংবা কোইরেং হাৎনবা হোৎনৌ। (১২) কমিসনারগী রা তাবদা সুরচন্দ্র হান্নগী রাখন তোক্লুনা সঙ্গগী গুন্না অহুনা ফগত্রা খনুখ্রে। তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক সঙ্গ অরুবনি সাধুগা তিন্নরগা ভক্তি প্রেম পুন্য চাওখৎলি পাপ চেনবগা তিন্নরগা পাপ তাল্লি। কাত্তবা মীগা তিন্নরগা ফত্তবা ওইহুনা মৈচাক ফংঙি ॥ (১৩) মরম অসিনা তিন্নবা সঙ্গ হাইবসে মীওইবগি য়াম্না লুবনি ॥ হন্দক সচরন্দ্রনা পুকচেন ওনবসে মণিপুরগী মাংনবনি ॥ কমিসনারগী রা তাবদা ফগদবোই খন্দুনা করে অহুদি সাহেপ দরখাস থারগে ইহললো হায়হুনা মুহোরিবু ইহললগা ॥ [১৪] য়াম্না ফগদবোই নিংহুনা সুরচন্দ্রনা

মোররাজ্য কাড়িনিল টিকেন্দ্রজিৎ ভাই ।
কৃপাকরি দেহ মোরে শাসন তাহাই ॥
পত্র বিবরন শুনি সেই বড়লাট ।
মনেভাবে কোইরেংসিং এই বড়মত ॥ (১৫)
যাকেধরি শুরচন্দ্রে রাজ্য ভারদিব ।
এই পরামর্ষ করি দিলেন জবাব ॥
কমেশনে টিকেন্দ্রকে ধর আজ্ঞাদিল ।
আজ্ঞাপায়া কমেশন সাজন করিল ॥ (১৬)
এবে মণিপুর কথা করহ শ্রবণ ।
আশ্বিন শুক্লা চতুর্দ্দশী শনিবারদিন ।
গজএক বানর এক প্রবেশি কংলারে ।
পণ্ডিতে স্বপিয়া রাজা প্রতিকার করে ।
কৃষ্ণা প্রতিপদে জিলা গজেশ্বর দিল ॥
কৃষ্ণা নবমীতে চন্দ্রস্মারে মন্ত্রী দিল ।
মাঘ শুক্লা ত্রয়োদশী সেই শুক্র বার ।
গারতের সরোবরে ভাসি খরিষ্টের ॥ (১৮)
পরকৃষ্ণা চতুর্থী বৃহস্পতির দিন ।
বৃন্দাবন চন্দ্র প্রভু উলটে বদণ ॥
পূণ কৃষ্ণা সপ্তমীতে সময়ে রাত্রির ।
শুরচন্দ্র নিজ ইষ্ট শ্রীব্রজ বিধুর ॥ (১৯)
মন্দিরেতে পাদধ্বনি অনেক শুনিল ।
ভয়পায়া লোকগণ শরীর কম্পিল ॥
ফাল্গুনমাস শুক্লা চতুর্থী শুক্র বারে ।
প্রভু রামচন্দ্র শ্রীমন্দিরে রক্ত পড়ে ॥ (২০)
এইমত উপদ্রব দেখিয়া রাজন ।
ব্রাহ্মণ পণ্ডিত সনে ঈশ্বর পূজন ॥
প্রত্যেকে বাজারে কাংশ ফেলিল অনেক ।
স্বর্ণ রৌপ্য কতদান করিল প্রত্যেক ॥(২১)

সহি তৌহুনা দরখাস থারে। চে কংবদা বড়লাট সাহেপনা পাহুনা য়েংজি ॥ শ্রীলশ্রী বড়লাট সাহেপ কয়ারক হন্না প্রার্থনা তৌজরি ॥ [১৫] ঐগী মণিপুরগী নিংথৌ খুবম ইনাও কোয়রেং সেনাপতিনা মুনবী হোরে, চানবিহুনা সরকারনা কোইরেংদগী মুনবিহুনা ঐভোন্দা পিনবিয়ু। দরখাস মরোন অসি তাবদা বড় সাহেপনা খল্লি কোয়রেং হায়বসি য়াম্না লমহেল্লবোরে ॥ [১৬] অহুনদি মাবু ফাহুনা থমলগা ময়াম্নদা নিংথৌ পিগে থন্নুনা হুকুম পিরকই। জিলা ১২ পুবা কমেসন্দা নংনা মণিপুরদা চংলগা কোইরেং ফারু হাইহুনা হুকুম চে ইহুনা পিথরক্লে কমেসন সাহেপ হুকুম কংবদা থৌরাং তৌখ্রে। [১৭] তাবিয়ু শ্রুতা থিবিক অসি সুরচন্দ্রগী প্রসঙ্গনি। মখা অসিদা মণিপুরগী লেংজরগে। লাংবন থাগি ১৪ নি পানবা থাংজ হুমিংতা কংলাদা য়োং ১গা শামু ১গা চংজি। অদু উবদা নিংথৌনা পণ্ডিৎসিংবু প্রতিকার তৌহনলি ॥ [১৮] লাংবন ১৬ নি পানবদা মনাও ইবুঙো জিলাওয়াবু শামু হঙ্গবা হাপই। ২৪ নি পানবদা চন্দ্রসিং সনাবু বড়মন্ত্রি হাপই। অদুগী তুং য়াকচিং ১৩ নি পানবা সগোলসেন্দা গারোং পুখ্রিদা পাখংবা তাওই। [১৯] অদুগী তুং ১৯ নি সগোসেন্দা বৃন্দাবনচন্দ্র প্রভুগী বদন লৈথোকলম্মি। অদুগী তুং ২২ নি পানবদা অহিং নোংয়াই মতমদা সুরচন্দ্র নিংথৌনা নিরুপোন তৌরম্বা ব্রজবিধু ইবুঙোগী মন্দির মনুঙদা। [২০] খোঙ থিনববু লৈপাক নিকই অদু তাবদা লৈপাক অপুম্বা কিনবনা মশা নিকনৈ। অদুগী তুঙ ফাইরেন থাগি ৪ নি পানবা সগোলসেন্দা শ্রীরামজি প্রভুগী মন্দিরদা ঈ তাই। (২১) অসিগুম্বা অঙকপা কঙবা উবদ্রোপ উবদা লৈপাক য়ানৈ নিংথৌনা ব্রাহ্মন পণ্ডিত্তা য়াথং পিহুনা ঈশ্বর পুজা কংলি। অদুগা নিংথৌনা অনৌবা

কলিকতা হৈতে তারা আসি মণিপুরে।
শুণ রাজা কুলচন্দ্র কহিল তুমারে ॥
বারজিলা অধিপতি বড়কমেশন।
বড়লাট আজ্ঞালয়া দর্শনে রাজণ ॥ (২২)
আরদেশ দেখিবারে গমণ করিল।
অনেক সিকাই সঙ্গে রহিব সকল ॥
ঘরআদি করিযত করহ সাজণ।
এইমত তারা করি বার্ত্তা জানায়েণ ॥ [২৩]
এইবার্ত্তা নৃপআগে কেড়াণী কহিল।
টিকেন্দ্র ডাকিয়া রাজা মন্ত্রনা করিল ॥
ইহাভিন্ন গুপ্তকথা আসিল অনেক।
তাহারে গোপণ থুই নাকহি রাজাকে (২৪)
মণিপুরে বড়ম্লেচ্ছ গ্রিম উত নাম।
তারদাসী মেম এক গুনে অনুপম ॥
যুবরাজ প্রিতি স্নেহে ভাবি মণদুখে।
নিজস্বামী স্থানে কহে মনেত অসখে [২৫]
শুণপ্রভু এইদেশে আমরা জীবনে।
ভাইভাই কলহেতে রাজ্যের কারনে ॥
মোরাসবে কুনদাই কেনে পক্ষপাত।
রাজা যুবরাজা গুনে আগে প্রাণহত (২৬)
পরে কিম্বা ভবিষ্যতি নাজানি কারণ।
এইদেশে পিতৃহয়া করয়ে পালণ ॥
এদেশ রক্ষার লাগি যতণ করহ।
নাআসিয় বলি এবে তারা ফিরিদেহ ॥ [২৭]
ম্লেচ্ছ কহে শুণ পাগ্নি মোর নাহিদাই।
তোর মোর উপরের গুঢ় বাক্য সেই ॥
নাকহ কাহার স্থানে গোপণে রাখয়।
কান্দিকহে প্রাণ নাথ ভালকর্ম্ম নয় ॥ (২৮)

সাবা সেন অহু কৈথেন কয়াদা চাইথোকই। অহুগা লাইফন খুদিংদা সনা লুপা দান কংলি। (২২) অহুগী তুং খরা লৈরগা কলিকাটাদগী টেলিগ্রাম ১ থংংরে। মরোনদি মণিপুর রাজ কুলচন্দ্রসিং সরকার ঐখোয়গী অচৌবা সাহেপ জিলা ১২ গী মপু কমেসন সাহেপ বড়লাট সহেপকী হুকুম পংহুনা মহারাজ উনবা লাকনি। (২৩) অমসুং দেশ য়েংগনি অহুগা অচৌবা সাহেপ্পা লাকপনিনা সিফাই তেঙ্গোল য়াম্না লোয়নরক্কনি অহুনা লৈনবা য়ুম শাহুনা থৌরাং তৌহুনা থনমমু মরোন অসি টেলীগ্রামদা হায়রক্কুনা নিংথৌদা খওহল্লরে। (২৪) নিংথৌদা কেরানিনা হঙ্গংলবা মরোল তাবদা নিংথৌনা কোইরেং যুবরাজ কৌহুনা রা তানে। অহুগা কেরানীনা নিংথৌদা হঙ্গংপা অসিদি মপানগী রানি মমুত্তগী রা কোইরেংবু কাগদৌরিবা অহুদি হায়দাক্তে। (২৫) মতম অহুদা মণিপুরদা বড়সাহেপ ওইহুনা গ্রিমউত কৌবা সাহেপনা লৈয়ে। মাগীনুপী মেম মগুণ য়াম্না লৈবী অহুনা মণিপুরবু মুঙশিনা তৌই, অহুগী মথক্তা কোইরেং যুবরাজবু য়াম্না লুনা তৌই মানা পাও অহু তাবদা হঙ্গংলি। (২৬) তাবীয়ু ইবুঙো লৈপাক অসিদা লৈহুনা ঐখোয়না হিংডিবনি নিংথৌ মচা মশেল নিংথৌ ওইবা পাম্বদগী মচিন মনাও থংনজবনি অহুদা সাহেপকী মথৌ করি লৈহুনা মিচঙ নায়বা তৌগদৌরিবনো। মরম অসি তারবদি যুবরাজনা ঐখোয়বু হান্না হাংথিবা য়াই। (২৭) তুঙদা করি ওইগদৌরিবা মরম খুঙদে লৈপাক অসিনা ইমা ইপা ওইহুনা হৌজিক য়োকপিরি অহুনদি লৈপাক অসিগী ফনবা হোৎনক্কম থোকই অহুনা কমেশন লাকমু হায়হুনা টেলীগ্রাম তৌথো। (২৮) অহু তাবদা গ্রিমউত বড়সাহেপনা মাগী

সেইকাল দিবাকর অস্ত হয়া গেল ।
বিশ্রাম হইয়া রন ভুজনাদি কৈল ॥
সেইরাত্রি সর্ব্বজন বিচার করিল ।
এমতে করিলে যুদ্ধ মরিবে সকল ॥ [৪০]
আম্রাহৈতে সরকার অস্ত্র যে অধিক ।
দূরৈযুদ্ধে অস্ত্রবলে রন জিনিবেক ॥
খড়্গ শুল ধরি এবে প্রবেশিব রন ।
দরবারে এইকথা নিশ্চয় করেন ॥ [৪১]
ক্ষেত্রীয়ের ধর্ম্মযুদ্ধ বিদিত সংসার ।
দেখাদেখি করি এবে করিব সমর ॥
যারতার শক্তিদেখি বল কৃষ্ণনাম ।
অদৃষ্ট দেখিব প্রাতে প্রবেশি সংগ্রাম (৪২)
এত বিচারিয়া শভা রজনী বঞ্চিল ।
প্রাতে উঠি স্নান ভোজনাদি সমাপিল ॥
ঘোড়ার সাজণ কৈল দিয়া নানারত্ন ।
অশ্বমুখে কড়িয়ালি দিল অতিযত্ন ॥ (৪৩]

চন্দ্রবাণ পার্শ্বদিয়া পৃষ্ঠেতে বন্দুক ।
হাতে খড়্গচর্ম্ম ধরি উপমা নাহিক ॥
জয়রে গোবিন্দ বলি প্রবেশিল রণ ।
বাপের দেখিয়া কর্ম্ম সেঙ্গোই প্রবীণ [৪৪)
ঘোড়াচড়ি যে বালক অনুগত হৈল ।
পিতাপুত্র দুইজণ আগেতে চলিল ॥
পাছেতে অশ্বারি চলে নাহিক গণণ ।
সর্ব্বাগ্রেতে পিতাপুত্র বেগেতে গমণ ॥ (৪৫)
গড় ভাঙ্গাইবে মনে গ্রাম মুখে এল ।
সেকালে সেঙ্গোই পুত্র বামেতে দেখিল ॥
উচ্চগিরি গ্রাম হৈতে রণ অগ্রগণ্য ।
চরাংপাৎ গ্রামের পৃছে সরকার সৈন্য ॥ (৪৬]
গুপ্ত চর চুপি চুপি তথা আইলেণ ।
ব্রান্ডিনাম জামা একএক পৈঢ়িলেণ ॥
গোগণ চালন যেন পংতিপংতি হয়া ।
সারিসারি আইলেন যুদ্ধোন্মুখি হয়া ॥ [৪৭]

শিরগনি ॥ [৪১] ঐখোয়দগী সরকারনা খুংলাই হেল্লি অহুনা লাপথোক্লনা লান পানরবদি মখোয়না গুমখিগনি অহুনা হাকথেঙননা থাঙ্গা তাগা লান পানসি হায়হুনা লেপনরে ॥ [৪২] ক্ষেত্রিগী ধর্ম্ম হায়বসি শক উননা লান পানবা অসিনি অহুনা মাগী মাগী মপাংগন পুথোক্লহুনা গোবিন্দগী নাম শোন্দুনা হয়েঙদি লাইবক য়েংঙসি ॥ [৪৩] অসি হায়নহুনা অহিঙ অহু লেনলে নোংঙালবদা স্নান ক্রিয়া লোয়নহুনা প্রাসাদি ফঙনরে অহুদগী শগোল সাবোং সাখন হাপ্তুনা লৈতেঙনরে চুপলি সমাই হাপ্তুনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনরে ॥ [৪৪] নাক ২ দা রাম বাই তেন্দোঙ য়ান্দুনা থৌরাং লোয়নরগা মহৈ মহৈ সগোন্দা তোংখৎনরে য়াইস্থুল লাকপ বীরবেশ লোয়হুনা নোংমৈনা নমগঙা পোরগা খুৎতা চুঙ্গোই থাঙ পায়হুনা গোবিন্দনা জয় ওইরে লাওহুনা শগোল মথক্তা কাখৎতুনা যাত্রা তৌই মপাবুঙগী মওং উবদা মচাইবুঙো সেঙ্গোইস্নানা ॥ [৪৫] শগোল তোঙহুনা মপাবুঙ থৌগন ইনলক্লে । মপা মচা ২ না খায়গী মাংদা থাহুনা লাকই । তুঙদা সগোল তোঙবা কয়াম্ মরি মরি ইন্নরকই । পুন্নমক্কী মাংদা য়াঙনা থৌজিনলকপদা ॥ [৪৬] য়াইস্থুল লাকপনা অতৈদা চংহুনা কান্নরোই সাহেপকি গোর খগায়গে থন্দুনা অথোকপম খুনজিন য়ৌনা থৌরকপদা মচাইবুঙো সেঙ্গোইস্নানা ওইরোমদা য়েংখিবদা সরকার সিকাইনা রাংজিঙ গড়দগী নাকোয় লাকুনা চরাংপাৎ খুনমৈদা ॥ [৪৭] য়াম্না লোম্না তুমিন তুমিন্না মকোক্তা ব্রান্ডি অম্মম্মম কুপশিনলগা খণগী খণলুপ চৎপগুম

গাই মানি লেঙ্গোয়ন্দা বাপেরে পুছেন ।
দেখপিতা আমাদিগে আইল গোগণ ॥
দেখিয়া বলিল পিতা শুন পুত্রধন ।
ছলকরি সিফাইরা রণ আগমন [৪৮]
ফিরিয়া গোপন করি দেখিব লক্ষণ ।
এইবলি পিতা পুত্র পিছে ফিরিয়ান ॥
রনের লক্ষণ দেখি মৌন হয়ারৈল ।
তবে সরকার সৈন্য সম্মুখ হইল ॥ [৪৯]
তাহাদেখি পিতাপুত্র দুইদিগ হৈল ।
আগপাছ চাপি দুহেরনে প্রবেশিল ॥
সাচান সমান হৈল য়াইস্কুনীশ্ব শুর ।
মিশামিশি দেখাদেখি হইল সমর ॥ [৫০]
ডাহিন বামেতে ফিরি মারে কতজন ।
বন্দুক সন্ধান ছিদ্র দেখা নাহি পাণ ॥

অশ্বোপরি পিতাপুত্র ঘুরাইয়া কাটে ।
ঘুরিঘুরি ফিরাফিরি আগে পাছে কাটে [৫১]
মানকচু ছেদযেন কাটিল তখন ।
জয়রে গোবিন্দ বলি ডাকিল সঘন ॥
সহিতে নাপারি ধায়ে সিফাই সকল ।
তাদেখি কর্ন্নের ম্লেচ্ছ অশ্ব দৌড়াইল ॥ [৫২]
মুখামুখি দুইজন অশ্ব ফিরায়েন ।
য়াইস্কুনীশ্ব বীরবড় খড়্গোতে নিপুন ॥
খড়্গো খড়্গা ঠেকাঠেকি বিদ্যুত চালন ।
অশ্বহৈতে দুইজণ ভুমেতে স্ফালণ ॥ [৫৩]
বাকেতে নিপুন দুই খড়্গাময় দেখে ।
আগে পাছে ফিরাফিরি কভুত নাদেখে ॥
বসন্ত সময়ে যেন ময়ুর নাচনি ।
কৃশান আগুনি যেন পদের চালনি ॥ [৫৩]

ষণ শানা শানা পরেং পরেং চঙক্লই মথং মথং মাংতুং নাইনা লান চংলকই ॥ (৪৮) অদু উবদা সেঙ্গোই মানা মপাবুংদা হংভি। য়েংঙু পাবুঙ ওইথঙবদা ষণগী যণলুপ ময়াম লাকলিব অসে অদু তাবদা য়াইস্কুল লাকপানা য়েঙথিবদা উদুনা হায়রকই পারিইবুভো সেঙ্গেই মা কদাইদগী ষণ ওইগদগে মরৈ মরা তৌদুনা সরকার সিকাইনা লান চংলকপনি। [৪৯] অদুনদি হনন্দোক্লুনা লোৎতুনা লৈথিসি মথোয়না তোবা মওঙ মতো য়েংসি হায়দুনা হন্দোক্লুনা থুপ্তুনা লৈরে। লান মওঙ য়েংদুনা লৈরিভৈদা সরকার সিকাই অদুনা চংলক্লুনা মাঙদা য়োরকলে ॥
[৫০] মনাক য়োরক্লবদা মপা মচানা ইঙ্গীৎ পিনদুনা মাঙ তুং চপ্তুনা লান্দা চংভি। লান্দা হৈথ্রবা য়াইস্কুল লাকপা শগোল থক্তা তোঙদুনা শুমু থরং পাইবগুম পাইশিন্দুনা শকউননা য়ান্নবদা [৫১] শগোল লৈদুনা য়েৎতা ওইদা সিকাই তেঙ্গোল ককই। সরকার সিফাইনা নোঙমৈ কাপকম খঙদদুনা ঙকলিভৈদা মপা মচানা সগোল থৌজিন্দুনা লৈদুনা লৈদুনা সিকাই হাৎলি। [৫২] য়েন্দেম থরাম শোয়বগুম ককথৈ গোবিন্দনা জয় ওইরে হায়দুনা জয়ধ্বনি লাওদুনা য়ানথাই বদা থাঙবা ঙমদদুনা সিকায় তোঙ্গাল কায়দুনা চেন্নে। অদু উবদা জর্ম্মেন সাহেপ শগোল থৌজিল্লকই। ॥৫৩॥ য়াইস্কুল লাকপগা মায়োক্লদুনা শগোল মথক্তা থাঙ্গী লান পানৈ থাঙদা য়াম্না হৈবা য়াইস্কুল লাকপনি থাঙ্গা থাঙ্গা হাইনবদা নোঙথাং কুপ্পগুম্মী অদুদগী অনিমক শগোলদগী কুমথনহনা লৈপাক্তা। ॥৫৪॥ থাঙ্গী বাক লৈনবদা মশা উনদে থাংনা পুময়োম য়োমনৈ খোংফম ২ দা ৩ দা লৈনৈ বসন্তগী মতমদা মাহোংনা জগোই শাবগুম্মী খোং লৈনবনা মৈরিক চোংবগুম্মি উবা ফংদে। (৫৫) অমনা হেন্দে

জয় পরাজয় নাহি সমানে দুহার ।
দুইসিংহ যুদ্ধযেন কারনে পত্তর ॥
খড়্গাগ্রে কাটিয়া বর্ম্ম চামার যেমন ।
ঘর্ম্মেতে টিতিল অঙ্গ শ্বাসে ঘনঘন ॥ [৫৫]
তবে য়াইস্কুনীশ্ববীর বামেতে ফিরিয়া ।
ডাহিনে ফিরার কালে চর্ম্মকে কাটিয়া ॥
পুনঃ বামফিরি কালে অসি যে কাটিল ।
পুনঃলাম্ফে মাথাকাটি ভুমিতে পড়িল ॥ [৫৬]
জয়রে গোবিন্দ বলি সিংহনাদ কৈল ।
তাহাদেখি ম্লেচ্ছসৈন্য ভাঙ্গি পালাইল ॥
ক্ষনেক বিশ্রাম বীর ঘটক চড়িয়া ।
অথোকপা গ্রামের রাস্তা আইল দৌড়িয়া[৫৭
গলিকোনা একম্লেচ্ছ লুকিয়া আছেন ।
যুদ্ধছিদ্র নিরক্ষিয়া গোপন রহেন ॥
উয়ায়ের পতি শীঘ্র তাহাতে চলিল ।
রাস্তাকোনা ফিরি দেখি চমকি উঠিল [৫৮]
চমকি সভয় দুহু নিরখি দুহার ।
ঘোড়াহৈতে লাম্ফি শীঘ্র য়াইস্কুনীশ্বর ।
পুনঃলাম্ফি খড়্গভারি কাটিল মাথার ।
মরিয়া পড়িল ম্লেচ্ছ ভুমির উপর ॥ (৫৯)
হস্তহৈতে কামানিক খলিয়া পড়িল ।
তাহাদেখি সেইঅস্ত্র তুলিয়া লইল ॥
ভিতরে গুলিক আসিদেবে পাছুরিয়া ।
বন্দুকের তিম্নি পাদে অঙ্গুষ্ঠে লাগিয়া [৬০]
গুলিআসি বামভুজে বিন্ধিয়া ভেদিল ।
কৃষ্ণকৃষ্ণ বলিভূমে বসিয়া রহিল ॥
ব্যথা সহি উঠি তবে ঘোড়া মিয়া চলে ॥
এথা সেঙ্গোই খড়্গোতে মারি বহু দলে (৬১)

১ না রাংতে লানবা মান্নে সা মুম্নবদা নোংশা ২ না লান থেংনবা গুম্মি, থাংদোম্না হাইদংনবনা লিংলিবা ফুরিং অহু চামরা ওইনরে মশা অপুম্বা হুমাংনা চোংখ্রে মুংশা মপি তোয়না তোয়না ফুই ফুই হায়না হোননৈ ॥ (৫৬) য়াইস্কুল লাকপনা ওইদা নৈরগা য়েংতা হনবদা জর্ম্মেনগী চুজোয় ককথহনা থাথরে। অহুদগী অমুক ওইদা হনবদা থাং ককলে অহুদগী চোংশিন্দুনা মণক কক্‌নুনা থাথরে ॥ (৫৭) অহুগা গোবিন্দনা জয় ওইরে লাওই । অহুউবদা সরকার তেঙ্গোল কায়হনা চেনখ্রে । মফম অহুদা ভাইহাক পোংথারগা সগোলদা অমুক তোংহনা অথোকপম খুংলক্‌কা] চংলকই (৫৮) লৈরকী কোনা থেকলকপদা সাহেপ ১ থুগুনা লানগী ছিদ্র য়েংহনা লৈমম্মি মফম অহুদা য়াইস্কুল লাকপনা শগোল থৌজিনখিবদা খণ্ডহনা পাকথরম্বদগী হৌগংলকই। (৫৯) সাহেপসু খণ্ডলে য়াইস্কুল লাকপসু থংহনা মথোয় ২ য়েংনৈ অহুদা য়াইস্কুল লাকপনা জ্ঞান তাবা হান্দুনা সগোলদগী চোংথে অহুগা অমুক চোংশিন্দুনা থাংনা মণ্ডক্কা ককই অহুম তুহনা সাহেপ অহু শিরে। (৬০) অহুগী তুংদা সাহেপনা পায়রম্বা নোংমৈ অহু মথুংতগী নানথোক্‌নুনা তাবা লৈবা উই অহুউবদা চংশিন্দুনা খুনগংলি লাইগী নোংদম থিবনা মন্নুণ্ডদা গুলি য়াওরমগনি হায়বা খলহৌদহনা তকিং তকিং লৌখংলুবদা তিম্নিদা থোংবিনা লৌবদা মৈনা খগ্নগুম থোকলুহনা ॥ (৬১) গুলি পায়থোরকুনা ওই থংবা পাম্বোমদা পাল্লে অহুদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা কমথহনা অনাবা থাংডি। ওহাক খাংলগা হৌগংহুনা সগোল নাক্কা চণ্ডহনা চুপলি পায়। আসোমদা সেঙ্গোয়ম্না তেঙ্গোল কয়াগা য়াম্নবদগী তোক্‌নুনা ॥ (৬২) মপাবুঙ থিবা লাকই লমখাওদা মপা মচা উনরে মচা উবদা মপাবুঙনা চেংনা কোমি অহুগা

পিতা অন্বেষিতে বীর আইল সত্বরে ।
দেখা হৈল দুইজন পথের মাঝারে ॥
আলিঙ্গন দিয়া পুত্রে কহিল বচণ ।
আজ মোর মঙ্গল না হবে কদাচন ॥ (৬২)
দেখ পুত্র মোর বাহু গুলিতে ভেদিল ।
বাপধন ঘরে যাহ নাকর জঞ্জাল ॥
মাতৃ সেবাকর আর গোবিন্দ সেবণ ।
পিতৃবাক্য শুনি পুত্র শ্রবয়ে নয়ন ॥৬৩॥
* (লাচাড়ি) *
শুনবাপু বাছাধন, বলিয়ে তোমার স্থান,
চিন্তা না করিহ সর্ব্বদাই ।
শিশু বালক হই, জ্ঞান নাহি সর্ব্ব ঠাই,
শুভা শুভ কর্ম্ম নাই ।
তুমিত ঘরেতে যায়া, মাতার অনুজ্ঞা লয়া,
সর্ব্বকাল শ্রীগোবিন্দ সেবা ।

অনিত্য সংসার সার, কেআছে অপার পার,
সারমাত্র শ্রীচরণ সেবা ॥ (১)
অলভ্য মানব জন্ম, কেনে ব্যর্থ অপকর্ম্ম,
নাজানে ঈশ্বর মায়াজাল ।
একামাত্র আছিয়াছে, এবে একা যাইতেছে,
লইবেক মোর কর্ম্মকেবল ।
পিতানাম কিবা আছে, মাতাদি সোদর কিছে,
এসকল মিছাময় স্নেহ ।
কৃষ্ণ সেই মাতা পিতা, ॥ জগত সকল পিতা,
একা কৃষ্ণে করিবেক স্নেহ ॥ ॥২॥
ঘরেতে যাইয়া তুমি, গোবিন্দ চরণে নমি,
একমনে সুস্বার্থক কর ।
দেখ বাপু প্রাণ পুত্র, মণিপুর লোক মাত্র,
চৌদিগে দেখিয়া কেবা আর ।

সগোলদগী কুমথহুনা কমলগা ঋারি শাই মচা ইবুঙো য়েঙহুনা হায়রকই ইপাগী ইবুঙো সেঙ্গোয়ন্না লান অসি ইপাগী মঙ্গল লৈরোইদৌরি ॥

(৬৩) য়েংঙু ইবুঙো ইথন্নদা কাপচহুনা গুলিনা পাম্বোমদা পাল্লিবা অসে মঙ্গল নত্তে অহুনা নংদি মুমদা হল্লো চিঙনরগম্থ নমাগী সেবা তৌহুনা গোবিন্দ সেবা তৌরগা লৈরক্লো তাকলকই অহু তাবদা য়া খুমদে মচা ইবুঙো কপ্পুনা লৈয়ে। (লাচাড়ি ছবি ছন্দ) (১) অহু উবদা অমুক হন্না তাক্লকই পারি সেঙ্গোই ইপানা হায়বা তাও করিগী নমিত্তা নপিতাহুনা কপালি করি অৱাবা খল্লি। মঙদি অঙাং ওইরি মপুকানা শিংবা ওইত্রি অকবা কত্তবা কর্ম্ম পুম্নমক থঙত্রি। অহুনা মুমদা হনলগা নমাগী য়াথং ইন্দুনা গোবিন্দ সেবা তৌরথো জ্ঞান তাও ইবুঙো লেপ্তবা সংসারনি সংসার লানবিনবা ১ লৈতবনি অরেম্মা মচিদি গোবিন্দগী চরননা লোয়রবনি ॥ (২) অহুগা মীওইনা পোকপা মপোক অসে অতাংবনি অসিদা অরেম্বা কর্ম্ম তৌহুনা মাংনরি মাসিম্থ ইবুঙো মাগী মায়াননি ॥ ইপাগী ইবুঙো সেঙ্গোরম্না লাকপা কান্দ মথন্দা ইথন্দা লাকপনি কনা লোয়নরকপা নত্তে অহুনা ছৌজিক হনবা মত্তমদম্থ কনা অমগা লোয়নহুনা চৎকদবা নত্তে ঐনা ঐনা তৌবা কর্ম্মগা কর্ম্মগা পুহুনা হন্দবিগদবনি। ইমা হায়বা ইপা হায়বা ইচিন ইনাও হায়বা পুম্নমক অরেম্বনি মায়ানা শিহনবনি। অরেম্বনি অসেঙবদি গোবিন্দনা লোয়রে ইমাম্থ মানি ইপাম্থ মানি সংসার পুম্নমকী মমা মপানি মায়ুদা হংশিনদবনি ॥ (৩) অহুনা ইবুঙো য়ুমদা হনলগা গোবিন্দ সেবা তৌহুনা পাক্লপগী মহৈ য়াম্বা গোবিন্দা সেবা তৌর য়েংঙু ইবুঙো মণিপুরগী প্রজালোক পুম্নমক মায়গে

নিজনিজ জিবনেতে, উপায় দেখিল তাতে,
কিভাব ভাবনা তোমামন ।
আমার কুশলজ্ঞানে, নাভাবিহ তোমা মণে,
জীবনের করহ তাবণ ॥ (৩)
আমি নাকিরিব পুণি, দেখিব কপাল পুণি,
ক্ষত্রিধর্ম্ম রাখিব যতণ।
জিয়েভাল মৈলে ভাল, শ্রীগোবিন্দ কৃপাবল,
যেকিছু নাচিন্তি মোরমণ ।
আমার জীবণ রহে, তোমারগমণ তাহে,
নয়নে দেখিয়ে তৃপ্তি মণ ।
যাত্রিহ পরাণ পুত্র, দুঃখ নাভাবিহ মাত্র
কান্দি রহে কেনে দুঃখমণ ॥ (৪)
তুমিহ বালক কাল, যৌবণ সুখদ কাল,
কেনেব্যর্থে মরিবেক মণ ।
এরণ মাঝারে দুঃখি, নাহবে কখণ সুখি,
প্রাণপুত্র ত্বরিতে গমণ ॥ (৫)

* ( ঝুলড়ি ) *
বাপের বচণ, করিয়া বন্দণ,
সেঙ্গোয় শুব বলিল ।
কিআজ্ঞা দিলেন, আমি অতি হীন,
পিতৃ আজ্ঞা হল শেল ।
যুঝিতে আসিয়া, ফিরিঙ্গি লইয়া,
ফিরিল ছাড়িয়া রণ ।
ক্ষেত্রিয় জনম, সংসার উত্তম,
ণাশ হবে সব পুনঃ ॥ [১]
মহারথী হয়া, সমর করিয়া,
নাশিব সকল রিপু ।
গো.ব্রাহ্মণ রক্ষি, বিত্তার পরিক্ষি,
ঈশ্বরে সপিব বপু ।
অনিত্য সংসার, ধর্ম্ম মাত্র সার,
রাখিব ধর্ম্মের যশ, ।
রণেতে বিমুখে, ধর্ম্মক নারাখে,
রহিবে কুকর্ম্ম যশ ॥ (২)

৪ দা কনা কনা লৈরিবগে মাগী মাগী জীব হিংনবা উপায় য়েংনহুনা লৈনখ্রিবা অসিনি অহুনা ইপানা হায়বদা অতোপ্পা রাখন ১ খনগন্নু ইচাগী মঙ্গল ওইনবা ইপানা তাকপনি। অসিদা লৈরবদি শোয়দনা শিরগনি অহুনা নংগী হিংনবা হোৎনখ্রো ॥ (৪) ইপাদি হনগে হায়বা রাখল লৈত্রে লাইবক য়েঙলগে ক্ষেত্রী মচাগী ধৰ্ম্ম ভাল্লগে। শিরে করে হিংলে করে গোবিন্দগী কৃপা মভাইরে অহুনা ইপাগী রাখন্দা নঙনা চিঙনবা তোয়গনু। ইপানা হিংলিভৈদো ইচানা হিঙনা চংথিবহু উরগা ঐগী থম্মোইনা পেল্লগে ইপাগী ইবুঙো সেঙ্গোই স্না করি থন্দুনা কপ্পুনা লৈরিবগে কপ্পা তোক্নুনা যাত্রা তোরো। ॥৫॥ নঙদি অঙাং ওইরি-শিবদা পামুরি হৌজিক্তা মথোৎ কারকঈবনি অহুনা অয়েম্বদা সাঙহনবা পামুই লানকম অসি অরাবা ওঈগদৌরি মুংঙাঈবা থোকলোয়দৌরি অহুনা ঈবুঙো হনহোরো। (ছুলড়ি ছন্দ) (১) মপাবুঙগী স্না য়াথঙ ফংবদা চন্নন কোন্দুনা কম্নগা মচা ঈবুঙো সেঙ্গোইশ্বানা হঙংলকঈ। পাবুঙগী সনা য়াথং অসিবু করি কৌবগে য়াম্না পাঙদবা নচাদা ম্নায়াংঙনা ভাঙোন ওঈহুনা থিনবীরে। সাহেপকা লোঈনদুনা লান পানগনি লাক্লেঅদুগা থরায় পামুদুনা লান্দগী হন্দুনা চংলবদি ক্ষেত্রি ওঈবগী অতাংবা মপোক অসি অয়েম্বদা মাঙলগনি। (২) ক্ষেত্রি ধৰ্ম্ম ভাকুনা মহারথি ওঈহুনা য়েরুববু লান্দা মাঈথাবা পিগনি অহুগা গুপী-অঙাং বন ব্রাহ্মন ভাকুনা রানা তমজরুকপা বিদ্যা পরিক্ষা য়েঙদুনা ঈশ্বরদা থরায় হকচাঙ কংথোক্কনি। লেপত্রবা সংসার অসিদা ধৰ্ম্মতনা

পুত্রের জনম, উত্তম করম;
লোকে কহে ধন্য বড় ।
কতদুঃখ করি, পোঁষিয়ে পুত্রেরি,
প্রবল হইলে তার ।
পুত্রবল হয়া, কিকর্ম্ম করিয়া,
শোধিব পিতৃর ঋন ।
দুঃখের সময়ে, পিতৃরে সেবিয়ে,
দেহ প্রাণাদি অর্পণ ॥ (৩)
জনম সার্থক, করিল পুত্রক,
ইহাভিন্ন নাহি আর ।
এমন সময়ে, সেবন করিয়ে,
কিলাগি ফিরিব মোর ।
পিতৃ সেবা ধরি, রণ মুখ করি,
পরাণ তেজিব আমি ।
সমুখ সংগ্রামে, পড়ে রন ভুমে,
ইহাতে কিদুঃখ তুমি ॥ (৪)

সনাতন পায়া, পিতা পুত্র লয়া,
চড়িব পুস্পক রথ ।
দুটি বাহু তুলি, নাচি নাচি চলি,
তাহে পূর্ণ মনোরথ ।
নাকহ বচন, নাছাড়ি চরণ,
কিমুখে গমন করি ।
এতেক কহিয়া, চরণ ধরিয়া,
বহুত প্রণাম করি ॥ (৫)

* (পয়ার) *

বিমুখ নাহব আমি সমুখে মরিব
তাহা শুনি আলিঙ্গিয়া মুখে দিলাচুম্ব ॥
হেনকালে এক ম্লেচ্ছ আসি আচম্বিতে ।
ঘোড়া দৌড়াইয়া দিল দুহার অগ্রেতে (১)
তাহাদেখি য়াইস্কুলীশ কামান সান্ধিল ।
অসত্য সন্ধানে কিছু ঘোড়াকে মারিল ॥
ম্লেচ্ছের সহিতে ঘোড়া ভুমিতে পড়িল ।
ম্লেচ্ছতে বিন্ধিল বলি মনে শ্রদ্ধাহৈল (২)

মচি ওঈবনি অদুম্বা ধর্ম্ম যশ কৃত্তি তানগনি। থরায় পামুদুনা লান্দা হন্দুনা চেল্লবদি ধর্ম্মসু মাঙলগনি মিঙচৎ অথিবগু লৈহৌরগনি। (৩) জগৎনা মচা পোকপা তাল্লবা অথোয়বা কর্ম্মনি অদুনা জগৎনা মরাঈবক ফবনি থাগংনৈ। কয়ামরুম য়ানা মচাবু চাওনবা য়োকঈ। অদুগী চাওরকলদুনা মপাঙ্গল লৈরকলবদা মচা অদুনা মপাগী মমাগী লননশিংগদবনি। অয়াবা মতমদা ■■■■ সোাদা থরায় কংকদবনি॥ (৪) অদুম তৌরবা মচা পোকপগী মহে য়াল্লে হায়না থংনৈ অহু নত্তনা অমা লৈতে। অসুক চাওবা লানয়াইদা নচানা সেবা থাবয়াব মতম নত্তে হনফম থোক্তে ইপাগী সেবা তৌত্নুনা লান্দা মাই ওন্দনা থরায় থাগনি। লান্দা মাই ওন্দনা শিবদা পাবুঙনা করগী চিংনবিবগে। (৫) সনাতন ধর্ম্ম কংহুনা পাবুঙগী তুঙ ইন্দুনা লৈগী দোলায় তোংহুনা পাম্বোম য়ানা থাঙ্গংতুনা জগোই শাহুনা চৎলবতদা নচাগী নিংবা থুংজগনি। লান্দগী হনগ্রো তাকপিগম্ম পাবুঙবু থাদোকচবা ভমজরোই করি মুংঙাইহুনা হনগদগে অসি হায়রগা মপাবুঙ চরন কোল্লুনা কপই। পয়ার (১) অহুগা হন্দুনা চেনবা ভল্মোই চংশিন্দুনা শিগনি অহু তাবদা মচাবু কোল্লুনা চুপই। অসুম তৌরিঙৈদা সাহেপ অমা শগোল থৌজিল্লকই। (২) অহু উবদা য়াইস্কুল লাকপানা নোংমৈনা কাপই সন্ধান খজিক শোইখিহুনা শগোলদা পাল্লে মথক্তা তোংলিবা সাহেপকা ■■■■না তথে অত্তদা য়াইস্কুল লাকপনা সাহেপ্তা পালমাল্লে নিঙহুনা। (৩) চঙশিল্লুবদা মনাক

ধাইয়া বীর সমীপে চলিল তাহার ।
দেখিম্লেচ্ছ বীর বক্ষে বিন্তন প্রহার ॥
ভূমিতে পড়িল বীর বলি কৃষ্ণ কৃষ্ণ ।
পরাণ তেজিল তাহে বলি হরে কৃষ্ণ ॥ [৩]
তাহাদেখি সেঙ্গোইস্না ধাইল তখণ ।
সাচাণ উড়িয়া যেন তুরিতে গমণ ॥
মোরপ্রতি এসে কিবা ম্লেচ্ছক চিন্তিল ।
মরনের প্রতি কিবা মনেতে ভাবিল ॥ [৪]
হেনকালে সেঙ্গোয়স্না লাম্ফি একবারে ।
সিংহের সমান বীর হাতে খড়্গ ধরে ॥
জয়রে গোবিন্দ বলি শুন্যেতে তুলিল ।
তাদেখি ম্লেচ্ছক শীঘ্র বিন্তন মারিল ॥ [৫]
খড়্গক বিন্তন মারি দুহু সমানিয়া ।
সমানিয়া দুইজন পড়িল মরিয়া ॥
পিতা পুত্র দুইজন পুস্পরথ চরি ।
সনাতন ধর্ম্ম বৈকুণ্ঠে গমন করি ॥ [৬]
তারপরে দুইসৈন্য রণ নাহি কৈলা ।
হেনই সময়ে সুর্য্য অস্তাগত হৈলা ॥
এথাতে য়েংখোয়বা সে চোংথাযে মেজর ।
রাত্রিকালে বিচার যে কারনে রণের ॥ [৭]
কেমনে করিব রণ মরে ইরাইপতি ।
মোরা দুইজন ভাঙ্গি ম্লেচ্ছ যে দুর্ম্মতি ॥
এইবলি দুইজন সঙ্কল্প করিল ।
প্রভাত সময়ে দুই বেশ যে সাজিল ॥ [৮]
এথা ম্লেচ্ছ রাত্রিকালে ভাঙ্গি পালাইল ।
প্রাতে দেখি কোনজন দেখা না পাইল ॥
অশ্বচড়ি কতদূরে ম্লেচ্ছসৈন্য দেখি ।
লাংথেনে কাটা গ্রামে সর্ব্বে নাহিদেখি [৯]

য়োরকপদা সাহেপনা বিন্তোন কাপলক্তুনা থবাক্তা পাল্লে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা পৃথীদা লোওনা তাখ্রে হা গোবিন্দ হরে কৃষ্ণ হায়রমলগা থরায় থাখ্রে। (৪) অদু উরদা মচা ইবুঙো সেঙ্গোইস্নানা খুমু খরং পাইবগুম চেনশিল্লকই সাহেপনা মানা লাক্লিবা অসি ঐভোন্দনি ঐনা কম্নি তৌসিগে শোয়দনা শিবা তাই খন্দুনা ওকলিদৈদা। (৫) সেঙ্গোইস্নানা চোডশিন্দুনা চরামনথা নোংশাগুম্না থাং হাইগৎতুনা গোবিন্দনা জয় ওইরে লাওতুনা মঙক তম্না থাং হাইখি খুদক অদুদা সাহেপনা বিন্তোন থিঙকাপনরকই। কাপলকই। (৬) থাংতুনা সাহেপকী মঙক ককখ্রে গুলি মরু অদুনা পান্দুনা সেঙ্গোইস্না তুখ্রে অনি অসি সিমিম্লখ্রে। মপা মচা অনিগী জীবনা দেহদগী থোরকপদা সনাতন ধর্ম্মগী লৈগী দোলাইদা তোংতুনা বৈকুণ্ঠদা কামিম্লখি। (৭) অদুগী তুংদদি সরকার মণিপুর অনিসি লাল লেপ্পুনা লৈনখ্রে। অদুদগী নুমিৎ তাম্রতুনা মমথরকলবদা লানবন গোয়দা হিজিন-নরক্লে। অদুগী তুংদা প্রসাদি সেবা ফংলগা লানগী রা থম্নরকই। য়েংখোইবা চোংথামিম্না মেজোর অনিনা অহিং অদুদা রা তাম্নে। (৮) রাইস্কুল লাকপা মপা মচা লান্দা মতিকচাবা মথৌনা উংতুনা সাহেপ কয়া হাৎলমলগা থরায় থাখ্রে। অদুনা হয়েংদি ঐখোয় অনিনা সাহেপ ভানথাইবতাই চেম্নগনুসি হায়তুনা রাশরুরে। অদুদগী নোংঙাললবদা মশা মশাগী থৌরাঙ লোইবা শাবা লোইখ্রে। [৯] আসোমদা সরকার ভেঙ্গোল মরামদো লাল থাওবা ভম্নরোয় খন্দুনা অহিং অদুদা লোম্না চেনখ্রে। নোংঙাল্লবদা য়েংনবদা লৈরমক্রে শগোল তোংতুনা লাংথেম কক্চিং য়োনবা থবদা কনা লৈরমক্রে। [১০] লাল থীরুবা মরাম অদু লৈবা উত্রবদা পাও ভম্নরে অদুবি

পুনঃ আসি রণ নাহি কহি প্রজাগণ ।
ফিরি বলি সৈন্যগণ সাজে জনেজন ॥
হরষিতে মণিপুরী পুরেতে আইল ।
রাজারে বন্দিয়া রণ বার্ত্তা জানাইল ॥ (১০)
শ্রীরাধা গোবিন্দ বন্দে অতি ভক্তি করি ।
নিজ নিজালয়ে সবে পরাবর্ত্ত করি ॥
কুলচন্দ্র সরপতি মন্ত্রিরে ডাকিয়া ।
শুন মন্ত্রি তোমি যারা বহুলোক লয়া ॥ (১১)
রণ মৃত্যুজন সর্ব্ব যজ্ঞ কর্ম্ম কর ।
রাজাজ্ঞাতে মন্ত্রি যায়ে লোক বহুতর ॥
যজ্ঞকর্ম্ম করে সর্ব্বে অনেক কান্দিয়া ।
নিজনিজ ভাত্রি বন্ধু একত্র হইয়া ॥ (১২)
শ্রীগোবিন্দ মন্দিরেতে শ্রাদ্ধ কর্ম্মকরে ।
সাতপালা সঙ্কীর্ত্তণ হরিধ্বনি করে ॥
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব গণে বহুতর দাণ ।
এইমতে শ্রাদ্ধকর্ম্ম করে সমাপণ ॥ [১৩]
একদিনে চারিভাই একত্র করিয়া ।
থাঙ্গাল মেঙ্গর ডাকি নিকটে আনিয়া ॥
কুলচন্দ্র কহে ভাই শুনহ বচন ।
ম্লেচ্ছসনে ঘুরতর করিবেক রণ ॥ [১৪]
কেমনে করিব কহ ইহার উপায় ।
থাঙ্গাল কহেন প্রভু কেনে এতভয় ।
মণিপুর বহুসৈন্য পার্ব্বতীয়া আর ।
নাগা কুকী পুলিগাদি আছে বহুতর ॥ [১৫]
হাসি কহে শুন পাত্র আমার বচন ।
দুঃখের কারণ কহি ভাই অবধান ॥
দুঃখকালে মিত্রনাহি শুন প্রাণ ভাই ।
কালিপায়ে দেহ ছাড়ি জীব রথীযাই ॥ [১৬]

হন্নসি হায়দুনা থোল্লাং তোদুনা হল্লাওনদুনা হন্নরুগা কোক্সুং য়্যেদুনা নিংথৌদা লানগী পাও হঙংলি। [১১] অদুগা রাধা গোবিন্দদা ভক্তি কৎলল্লগা মাগী মাগী ময়ুম্বদা হন্নখ্রে। অদুগী তুঙদা কুলচন্দ্র নিংথৌনা মন্ত্রিবু কৌশিন্দুনা য়াথঙ পি বড়মন্ত্রিনা লৈপাক মীয়াম পূদুনা। [১২] লান্দা সিখ্রিবা মী পুম্নমক থোমজিল্লগা যজ্ঞ কর্ম্ম তৌরু। সনায়াথং ফংবদা লৈপাক মীয়ামগা লোয়নদুনা কুমথদুনা যজ্ঞ কর্ম্ম তৌই। মাগী মাগী মামা মচা মচিন মনাও মরুপ মপাঙ কয়া কয়া কপনৈ। [১৩] অদুদগী যজ্ঞ কর্ম্ম লোয়দুনা হন্নকলগা পুম্না গোবিন্দগী মন্দির মাঙোপ্তা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম কৎলী পালা তরেৎ শক্তুনা সঙ্কীর্ত্তন হরি ধ্বনি তৌই। ব্রাহ্মন বৈষ্ণবতা দান দক্ষিনা কংলি অম্সুম্না শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোয়রে। [১৪] অদুগী তুঙদা নোংমা কুলচন্দ্র নিংথৌনা মনাও ইবুঙো অহুমগা লোয়ননা থাঙ্গাল মেঙোরনচিংবা মেঙোর মন্ত্রি থিবিক পুন্দুনা দরবার য়া তামৈ। কুলচন্দ্র নিংথৌনা মনাও অহুম মেঙোর থিবিক য়্যেংদুনা য়া হায়রকই সরকারগা ঐথোয়গা শোয়দনা অকনবা লান থেংনরগনি থিংবা য়াররোয়। [১৫] মসিগী উপায় করি তৌগদগে থন্নসি। অতৈনা থুমত্রিঙৈদা থাঙ্গাল মেঙোরনা হঙংলি মহারাজবু সনা পুক্লিং করিগী চিংনবগে মণিপুরগী তেঙ্গোল মস্তিক চানা লৈরি অদুগী মথক্তা চীংগী মী হাওগী জাত কয়াগু লৈরী। [১৬] অদ তাবদা নিংথৌনা নোক্তুনা হায়রকই তাও হে পাত্রসা ঐগী য়া অসি অরাবুগী অঙম ক্লাকল্লবদা তৌগনবদা মরম হায়গে। অরাবা মতম তাররবদা মরুপ লৈবা হৌনদে হে ইনাওয়া পাত্র থিবিক অতৈ থমখো কালনা কংলবদা আত্মানা দেহবু হনজেক্তুনা চৎখি। [১৭] অরাবা

আপদের কালে ভাই শুনহ বচন ।
প্রথমে মাগিল ঈশ্বে দেশের কারণ ॥
দেশণাশ কালে মাগে আপণ গ্রামক ।
গ্রাম নাশ কালে মাগে নীজের গৃহক ॥ [১৭]
গৃহনাশ কালে মাগে আপণ জীবন।
এইসে জীবের রীতি প্রতক্ষ্য বচণ ॥
সেকালে টিকেন্দ্র দাস আসি একজন ।
রাজারে প্রণাম করি কহিল বচণ ॥ (১৮)
উনিশবাবু বামাচরণ টেলিগ্রাম পতি ।
রসিকলান্নাদি ছয় চোর হয়াগতি ॥
ইবোলিয়া সেইপাত্র রাজারে বন্দিল ।
তাহাশুনি টিকেন্দ্রজিৎ অধর দংশিল ॥ (১৯)
কিছুনা কহিয়া নেত্র রক্তবৎ হইল ।
ব্যাঘ্র পোছি প্রভুখাই সাক্ষাত দেখিল ॥

কণিষ্ঠ ক্রোধিত দেখি কহে কুলচন্দ্র ।
কেনেরুষ্ট প্রাণভাই লীলা কৃষ্ণচন্দ্র ॥ (২০)
থাঙ্গালে কহেন রাজা শুনহ বচন ।
পঞ্চাশ গুরুখাল সে ছাড়িহ এক্ষণ ॥
ভোজ্যলাগি পাঁচটাকা প্রতিজনে দেহ ।
মণিপুর যতঈশ্বে কতদান দেহ ॥ (২১)
ইবোলিয়া আজ্ঞাদিল নৃপ গুণমণি ।
জিআজ্ঞা বলিয়া সভা চলিল তখনি ॥
রাজাজ্ঞাতে গুরুখালি সকল ছাড়িল ।
স্বেশা মতে নীজদেশে গমণ করিল ॥ (২২)
শ্রীবংশী বদনে 'জগনাথে' শ্রীগোবিন্দে ।
রামকৃষ্ণে বিজয়গোবিন্দে নিত্যানন্দে ॥
গোপীনাথে মদনমুহনে অদ্বৈতেরে ॥
নরসিংহে হনুমানে রামজি প্রভুরে ॥ (২৩)

মতমগী রারী তারো ইনাওনচিংবা প্রজা খিবিক লৈপাক্কী অরাবা দশা লাক্লবদা ঐখোয়গী লৈপাক অসিদং ঙাকপিয়ু ঈশ্বরদা নিজৈ। য়াদদুনা লৈপাক শোক্লক্লবদা মানা লৈরিবা লৈকাই খুনজং অহুদা খোক্তবা হায়না নিরকলে অহু শোক্লবদা মাগী ঈমুংদদি কনবিয়ু হায়না নিরক্লে। [১৮] ঈমুং অহু শোক্লক্লবদা মাতগী জীব কল্লু হায়না নিরকঈ। মাসি মীওঈবগী অরেপ্পা কর্ম্মনি। অসুম্না থক্সরিঙৈদা কোঙ্গরেং যুবরাজগী মনাঙ্গ অমনা চংলক্লুনা সনা মাংদা পাও হক্লংলি। [১৯] মহারাজবু উনিশবাবু বামা চরণনে টেলীগ্রাম বাবুনে রশিকলান বাবুনা চিংহুনা মখোয় ৬ লোম্না চেনখ্রে। অসি হক্লত্তুনা খুরুম্মী। অহু তাবদা কোয়রেং যুবরাজ থাচিকলগা। (২০) রা অমা ঙাংদনা ঈগুম্না মিং ঙাংঙি। অহুগা কৈগী মচা য়োক্লগা, অয়োকপা মপুবু চাই হায়বহু শং শংনা উরদো! অসি হায়হুনা মনাওনা য়াম্না শাওবা উবদা কুলচন্দ্র নিংথৌনা, ইনাও ইবুঙো শাওগমু গোবিন্দগী লীলানি ॥ (২১) অসি হায়হুনা হক্সনরবা কান্দা থাঙ্গাল লেপ্পোরনা মহারাজবু জেন্দা থম্লিরা গুর্খা ৫০ অসি থাদোকপিগ্রসি হক্লংলি, নিংথৌনা থাদোকপিগ্রো মখোয়গী খরচ ওইজনবা লুপা ৫ ৫ পিবিথো, অহুগা মণিপুর ঈশ্বর খুদিংদা দান কংলু। (২২) রাথংপি অশুম্না হুমিং অহু দরবার লোইরে। রাথং মতুং ইম্না গুর্খা সিকাই লুপা পিহুনা মনিংতম্না মরৈপাক্তা হনহনখি। (২৩) নিংথৌগী রাথং মতুং ইম্না লৈপাক হোৌহুনা মণিপুরদা লৈরিবা ঈশ্বর বংশীবদন জগন্নাথ শ্রীগোবিন্দ রামকৃষ্ণ, বিজয় গোবিন্দ অরাম্বম নিত্যানন্দ গোপীনাথ মদন মুহোন্ অদ্বৈত নরসিং হনুমান রামজী প্রভু। (২৪) বৃন্দাবন চন্দ্র গৌররাই প্রভুনচিংবা ঈশ্বরদা রা লুপা

বৃন্দাবনচন্দ্রে আর প্রভু গৌররায়ে ।
স্বর্ণমুদ্রা অলঙ্কার দান যে করয়ে ॥
লৈহুংলোজা ত্যাংজলীলা সেন্দ্রেং নামআর ।
নোংদালাইরেন চরিযুগ ইষ্ট বড় ॥ (২৪)
ইত্যাদি ঈশ্বরগনে অনেক পূজিল ।
ভক্তিসনে রাজা প্রজা কতদাণ কৈল ॥
এইমতে কতসুখে রহে মণিপুর ।
রণ আসিবেক বলি শুনিল অন্তর ॥ [২৫]
দুইইন্দু বসুএক শাকেতে যেহয় ।
এইমতে মণিপুরে সুখেতে রহয় ॥
মণিপুর লোকবৃন্দ শ্রীগোবিন্দ সেবা ।
নিজ প্রাণ নাথ বলি ভক্তি প্রেমসেবা ॥ [২৬)
বৈষ্ণবের রীতি হয়া বালবৃদ্ধ যুবা ।
দারিদ্র দুঃখীনি লোক করে প্রেম সেবা ॥

অপটু কারণে দাস বাঞ্চিত নাদেখি ।
শুণিগুণি মমহৃদি কান্দে মনদুঃখি ॥ (২৭)
বৈষ্ণবের গুণনাম অপটু কারণে ।
দাসনাম বলিমোরে ক্ষেম দোষ গুণে ॥
শিক্ষাগুরু পাদপদ্মে ভজন সম্মতি ।
মণিপুর পুরাণ দীণ মঙ্গি রচতি ॥ (২৮)
* (ইতি শ্রীকুলচন্দ্র চরিত রাইকুল্লাকপা)
(ষড়ণ্যায় ষষ্ঠ পরিচ্ছেদ ) ॥৬॥
* ( সপ্তম লীলা ) *
জয়জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌর ভক্তবৃন্দ ॥
জয়রূপ সনাতণ ভট্ট রঘুনাথ ।
শ্রীজিব গোপালভট্ট দাস রঘুনাথ ॥ (১)
এইছয় গুরুকরি চরণ বন্দন ।
যাহাহৈতে বিঘ্ননাশ অভিষ্ট পূরণ ॥

অলঙ্কার কৎতুনা খুরম্মি । মণিপুরগী অরুবা লাই লৈহুং লোজা তাঙজ লীলা সেন্দ্রেং নোংদা লাইরেন পাখংবা যুগ ৪ শী পাখংববু পাঙিৎনা ইরাৎ পূজা তৌই । (২৫) অসিগুম্চিংবা ঈশ্বর লাইকম কয়াদা পূজা কংলি নিংথৌ প্রজা পুম্নুনা দান কয়া কংলি । অসিগুম্না অবা অনা নৈতনা লৈরকই । অত্থুগা সরকার লান লাকুনি হায়বা অসিদি নৈপাক অপুম্বা কাওনদে । (২৬) শোক ১৮১২ জুবা কুমদা ওইথিবা কর্ম্মনি । অম্মুমনা মণিপুরদা ফুংডায়না লৈনরে । মণিপুরগী প্রাজা অপুম্বা গোবিন্দ সেবা তৌদুনা প্রেম ভক্তি কক্নুনা অম্মুম্না লৈনখি ॥ (২৭) মণিপুরগী গোবিন্দ ভক্তগী গুন অঙকপনি বৈষ্ণব রিতিদা নহা অহন মুপী মুপা লায়রবা ইনাক খুনবা পুম্নমক গোবিন্দদা প্রেম সেবা কংলি অসিগী গুনবু ননাইনা পাঙদবনা মপুং ফানা কজনা লেঙজবা ঙমজদে খল্লবদা থম্মোয় চাকুনা কপচৈ ॥ (১৮) হৈজদবদগী গুন ময়েং তানা লেঙজবা অসিবু ননাইনি খনবিদুনা দোষ লৌবিগনু খোরমজরি ॥ শিক্ষগুরুগী চয়ন কোঙজদুনা মণিপুরগী ইতিহাস পূরান অসিবু দীনহীন মঙ্গিসিংনা লেঙজৈ ॥ মতাঙ অসিদা বিজয় পঞ্চালি কৌবা লাইরিকী ৫ শুবা খণ্ডগী ৬ শুরা অধ্যায় লোয়জরে ॥ পাঙজবা তোললাবা ননাই মনিসিং মঙ্গিসিং ২ না মৈতৈলোন্দা হন্দোকচে অৱানবা পুম্নক ডাকপিয়ু (১) শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী চরন্দা খুরমজৈ । অদ্বৈত প্রভুগী গৌরভক্ত খিজিকী চরন্দা খুরমজৈ । শ্রীরূপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ শ্রীজীব গোপালভট্ট দাস রঘুনাথ ॥ (২) খুরমজৈ গোস্বামি ৬ কী চরন্দা খুরমজৈ কৃপাদগী বিঘ্ন পুম্নমক কোকনি নিংঙ্গে । তাবিয়ু প্রাতা খিবিক ৭ শুবা

শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
সপ্তম সীমার কথা কহিব এখন ॥ (২)
এথা বড়লাত মহারাণী আজ্ঞানুসারে।
জর্ন্নেণ কর্ন্নেণ গিরাণ কন্তাণ আরে ॥
স্নেচ্ছ প্রেতনাদি করি যত স্নেচ্ছগণ।
বড়লাট হুকুমেতে করিল সাজন ॥ [৩]
রণদ্বার সিরিজিয়া ত্রিভাগ করিয়া।
উত্তরের সৈন্য ডিমাপুরে রৈল গিয়া।
পশ্চিমের সৈন্যগণ জিরিতে রহিয়া।
নলের পথেতে এলা মণিপুর চায়া ॥ [৪]
ত্রিমার চড়িয়া পূর্ব্বে সৈন্য নিংথীনদী।
তমুগ্রামে উত্তরিলা সৈন্য হয়ানন্দী ॥
পালায়িত সেইসৈন্য তাহে দরশণ।
ভঙ্গসৈন্য সঙ্গকরি আইল তখণ ॥ [৫]

রামইন্দু বসুএক বামাগতি শাকে ॥
বৈশাখ শুক্লা নবমী শুক্র যেদিনকে।
তিনদিগে রণবার্ত্তা এলা সমকাল।
রাজা মন্ত্রি প্রজাগণ অতি মিলিল ॥ [৬]
যুদ্ধেবার্ত্তা শুনি বড় দরবার কৈল।
সমর করিব বলিনিশ্চয় করিল ॥
নিশ্চয় করিয়া সবে রণসাজ্জা কৈল।
যারযত আভরণ সর্ব্বাঙ্গে পৈড়িল ॥ [৭]
ক্ষেত্রাধীপ ভাংবন্না ঘোড়াধ্যক্ষ কালান্না।
য়েঙখোইবা পোইলা লোংজাম্বা যতসেনা।
হাজার সিকাই সঙ্গে পশ্চিম দিগের।
খ্বাইরেখ লাইশ্রবা জম্বুবান মেজর ॥ [৮]
মাইব্যাতাম্র হৈক্রুজাম্বা পোইলাদি করি।
গুম্ভগুম্ভ আটসৈন্য সিংহনাদ করি ॥

অধ্যায় লোঙ্গরকে ॥ (৩) কলিকটাদা বড়লাট সাহেপ্না বিলাট মহারাণিগী হুকুম মতুঙ ইন্না জর্ন্নেন কর্ন্নেন গিরান কন্তান প্রেত প্রেতোন কৌবা সাহেপ লানগী মকোক চিংবদা মণিপুর লৌ মিংথৌ কাও হুকুম পি ॥ (৪) হুকুম ফংবদা সরকার মথৈ পুন্দুনা দরবার তৌরগা লানথোং শিন্নহনা অহুম থোকখ্রে। অম্নাংদগী চংনবা তেঞ্জোল ১ না ডিমাপুরদা পৈখ্রে। নোংচুপলোমদগী চংগদবগি তেঞ্জোলনা জিরি তম্পাক্তা পৈখ্রে। অহুনা তোংজৈ মরিন লাকদোরি। (৫) নোংপোকলোমদগী চংগদবনি তেঞ্জোলনা জহাজ তোংহনা লাক্লগা নিংথী গঙ্গা লাকুনা তুমুদ। তেঞ্জোল পৈহনলৈখ্রে মণিপুরদগী চেনখিবা অহুগা সরকার মশেন পুনখ্রে মণিপুরগী কঙ্বা থানা সিকাই তানখায়হনা লৈবা চেমখ্রনা মণিপুরদা চেনলক্লে। (৬) শোক ১৮১৩ গী শক্তিবুগী মাপন্নি পান্না ইরাই মুমিত্তা ন্না কোমুন্দা। মান্নগে ৩ গী লানসী পাও হঙ্গংলক্লে। পাও তাবদা নণিপুর পুন্দুনা দরবার তৌই। (৭) অহুন্না থাবদা লান পানবদা লেপ্পহনা লানগী থৌরাং তৌনরে মান্নগে অহুমগী লানথোঙ শিন্নহনা মশা মশাগী থৌরাং লোইনহনা কোমুংদা পৈররে। (৮) নোংচুপ ভাকবা হায়হনা, লৌরং পুরেন ভাংবন্না শগোল হঞ্জবা কালা ন্না য়েংখোয়বা পোইলা লোংজাম্বা সুবিদার অসিনা চিংহনা সিকাই তেঞ্জোল ১০০০ লিশিং অমা পুহনা নোংচুপ ভাকদবগি যাত্রা তৌহনা চংখ্রে। অহুগী তুংদা অরাং ভাকবগীদমক খ্বাইরাকপগা লাইশ্রবা জমতুবান মেজরগা। (৯) মাইব্যাতাম্রসিং মেজোর হৈক্রুজাম্বা পোইলাং অসিনা চিংহনা সিকাই তেঞ্জোল ৮০০ চানিশাম্ন পুদনা জয়ধ্বনি লাওহনা গোবিন্দ থুক্রমহনা অম্নাংগী লান ভাকদবগী লাইকম থুদিং থুক্রমদনা চংখ্রে।

চলিলেন সৈন্যগণ গোবিন্দ প্রণমি ।
উত্তরদিগেতে যাইবারে দেব নমি ॥ [৯]
অগ্নিযে কোনার যুদ্ধ অতি বলবান ।
রাজামন্ত্রি মেলি সবে যুদ্ধ বিচারেন ॥
চারিশত সেণাসঙ্গে য়েঙ্খোয়বা মেজরে ।
পাঠাইল রাজা তারে তরঙ্গ সমরে ॥ [১০]
শ্রীগোবিন্দ প্রণমিয়া সৈন্য যাত্রা কৈলে ।
আগে হনুমন্ত ধ্বজ পিছে বাধাচলে ॥
তারপাছে বন্দুকিয়া চলে সারি সারি ।
তারপাছে অশ্বারোহি চলে খড়্গধারি ॥ [১১]
জয় সিংহনাদ পৃথী টলমল হল ।
লিলোংগ্রাম পিছেতে থৌবান পথেবাম ॥
রাংজিং গ্রাম উপেক্ষিয়া পল্লেন পাইল ।
গিরেতে চড়িয়া তেংনৌবন্তে গড়কৈল ॥ [১২]

সেইদিন নিশান্তে মঙ্গল আরতির ।
সেকালে প্রবেশে যতসৈন্য সরকার ॥
আগ মধ্য অন্তভেদ তিনয়ে প্লটন ।
কক্ষেতে বন্দুক ধরি সতুর গমন ॥ [১৩]
সর্ব্বাগ্রে সর্পের প্রায় মাটির উপর ।
উপুর হইয়া সব গোপয়ে শরীর ॥
সর্ব্বাগ্র উপুর চলে মধ্যে হামাগুরি ।
পিছে চলে দণ্ডাইয়া সৈন্য সারিসারি ॥ [১৪]
গোসমূহ যেমন অপরাহ্নের কালে ।
গোষ্টেতে গমন তেন এলা হেনকালে ॥
তাহাদেখি য়েঙ্খোইবা মনেতে ভাবিল ।
নাপারিব বিরোধিতে বহু দলবল ॥ (১৫)
চিন্তিয়া বলেন শুণ মণিপুর জন ।
ওইদেখ ম্লেচ্ছ সৈন্য আসি অগনণ ॥

(১০) মৈরমগী লান পাও অসিনা য়াম্না কল্না তাবদগী নিংথৌ মন্ত্রী লৈপাক তিন্দুনা থরকলা লান্দা থৌবা য়েংখোইবনা চৎপা তাহনা সিকাই তেঙ্গোল ৪০০ পুহনা লান থিংঙ্ হায়রুনা শিয়খ্রে। (১১) গোবিন্দগী চরন্দা ভক্তি কৎলগা যাত্রা তৌহনা লাকঈ খ্‌াইগী মাঙদা হনুমান য়েকপা কিরান চৎলি তুঙদা বাধাই বেঙ্গল ইল্লি অহুগী তুংদা নোঙমৈ পাইবা চংলি। অহুগী তুঙদা শগোল তোঙবা চৎলি। [১২] জয়ধ্বনি সিংহনাদগী মখোল্লা পৃথী নিকই। অম্নমা লাকুনা লিলোং তাই অহুদগী থৌবাল য়োই। অহুদগী রাংজিং তাহনা পল্লেন য়ৌরে অহুদগী চিঙ কাহনা তেংনৌবন্দা গোর শাহনা লান থাংভি। [১৩] হুমিৎ অহুগী নোংভাল্লমদাই মঙ্গল আরতি মতমদা মণিপুর গোর থ্‌গাইগদবগী সরকারগী সিকাই প্লটন অহুম্না মথও মথও চংলকই। নোঙমৈ থাদা কোম্পুনা য়াম্না থ্‌না লাকই। (১৪) অহানবা খ্‌াইগী মাঙথাবা প্লটন অমসিনা লীম্না তৌবগুম উপ্রাক্রা উপ্‌না মশা থ্‌গুনা চঙলকই। অহুগী মথও অনিশুবা প্লটন অসিনা যনশানা চঙলকই। অহুগী মথও অহুমশুবা প্লটন অসিনা লেপ্‌না চঙলকই। [১৫] প্রমানদি যণগী যণলুপনা অপরাহ্ণে হুমিদাং য়াইদা যণগারকপাগুম্নী। অহু উবদা য়েংখোইবা মেজোরনা য়াথন তৌই লাকলীবা সরকার তেঙ্গোল অসিদি ঐখোয়গী তেঙ্গোল থরসিনা থিঙবা ঙম্মোই য়াররোই। [১৬] অসি থম্মুনা তেঙ্গোল য়েঙহনা হায়রকই য়েংঙ্ প্রজা লান চঙলকইবা সরকার তেঙ্গোল অসে মখোয়গা ঐখোয়গা লান থেঙনবদা ঐখোয়গী লাকলিবা থর অসিনা থিঙবা ঙম্মোই শোয়দনা ঐখোয়না তাইদনা চেনগনি। (১৭) অহুমদি নঙী নঙী জীব হিঙনবা হল্লোকখ্রো অহুগা থরনা কোমুও

যুদ্ধে মোদের শক্তি নারিব রোধিতে ।
ম্লেচ্ছরণে মণিপুরভাঙ্গিব নিশ্চিতে ॥ (১৬)
নিজনিজ জীবিকার্থে চলহ সত্বরে ।
কতজন গিয়া কহ রাজা দরবারে ॥
যুদ্ধে বিসারদ গণ নারাধুক ঘরে ॥
আজ্ঞাদিয়া পৌঁছাইহ রণ করিবারে ॥ (১৭)
বিলম্ব হইলে পুরি ভাঙ্গিব নিশ্চয়ে ।
অগণ্য অপার এলা দেখি পায়ভয়ে ॥
এতবলি মেজর যে সৈন্য পাঠাইল ।
কিছু সৈন্য লয়া যুদ্ধ আরম্ভ করিল ॥ (১৮)
সহিতে নাপারি কিছি খুভোরোক স্থানেতে
গড়সাজি পুনরপি যুদ্ধকৈল তাতে ॥
হানা হানি কতবেলি যুদ্ধিল বিস্তর ।
ক্রমেক্রমে আক্রমিল রণে সরকার ॥ (১৯)

তাদেখি মেজর বলে শুন সৈন্যগণ ।
এইরনে নিশ্চয় মরিব সর্ব্বজন ॥
আমাসঙ্গে দশজন রহ এইস্থলে ।
যতসৈন্য যাহ বলি আদেশ করিলে ॥ (২০)
দশজন মাত্র ছিল সৈন্য সব গেল ।
গুলিভরি বন্দুকে যে ধরি করে নিল ॥
মেজর বন্দুক মারি একজন মৈল ।
দশবাজি দশজন সে মাত্র মরিল (২১]
পিপিলিকা সমূহে যে দশ পাঁচ মাশি ।
তথাপি পিপিলিকার ক্ষয় নাহি বাসি ॥
শতমারি দুইশত আইসে চলিয়া ।
তবেত বিপক্ষ চতুর্দ্দিগে আবরিয়া ॥২২॥
কোতুক সমান গুলি করিবে ক্ষেপণ ।
কিবিদ্যা নিজ গুলি বিপক্ষে বিন্ধেন ॥

য়োবা চৎহুনা পাও অসি চেকশিন্না হুজংলু। মণিপুর থীংশি কনসি হান্নরবদি মণিপুরী কান্দ খোবা পুন্নমক হুনা থাকপা লৈতনা থাজিনবিরকউ। [১৮] অহুপা থিন্নবদি কোম্নও য়োরকুনা খুপাইখিবনা হানখিগনি থজিক থয়াক লাকপা সরকার তেজোল নত্তে লেংবদা কিবা কডনা লাকপনি। অসি হুঙ্গংলু হায়রহুনা তেজোল শরুক অহুম থাগ্রে শরুক অমনা লৈহৌহুনা লা পানৈ খেঙনৈ। [১৯] সরকার থিঙবা চমগ্রহুনা নিঙহন্ননা লাকপাহুনা খুভোরোকতা গোরম্মাহুনা অমুক পানৈ নোঙমৈ কাপ্পুনা অকনবা লাল থেংনৈ মায় ওইদবা পানবদা মণিপুরনা লোপলে সরকারনা লাকচরে থিংবা য়াদ্রে। অহু উবদা খেঙথোদ্রবা মেজোরনা হায়রকই মণিপুর প্রজা থিবিক লাল থিঙবা য়াররোয় তুম্না শিবতাই অহুনা নিপা তরাসং লৈহৌখো অতৈদি নলী নলী জীব হিংনবা হন্দোকনখ্রো য়াথং পি। অহু তারবা তেজোল পুন্নমক হন্দোকখ্রো। (২১) মেজোরনী তুঙদা মুপা তরা লৈহৌবা অহুনা মথঙ মথঙ নোঙমৈ গুলি হান্দুনা পিশিল্লি। খেংখোইরনা কাপ্পদা শোয়রবা লৈতে অমা পান্দুনা শি তরাক্কক কাপ্পদা তরাদা মশিয়ে। (২২) প্রজানদি ককচেং মরি মরি লাকপদা মঙাদং তরাদং লিথিবদা ময়েং জাদবগুমী। চামা হাংলি চনি থামজিন্নকই নাং থংবা অহুনা শিগ্রে হায়হুনা তুং অহু হনখিবা তৌরে থরহুম মাংনা চংলকুনা মেজরবু কোই-শিনখ্রে। (২৩) কোইহুনা নোংমৈ কাপ্পকপা অহুনা লেন তাবগুম্মি, তাদ্রিবু প্রজা থিনিক খেং-খোইবগী বিদ্যা অঙকপনি মানা কাপ্পদি পান্দুনা শিয়ে। অহুপা সরকার সিকাইনা কোইহুনা কাপলক্কপদি মাগা লোয়নখিবা নিপা তারা অহু কাওবা পান্দে, অহু উবদা সরকার সিকাইনা

মেজরাদি দশজন গুলিনা বিন্ধেন ।
তাদেখি কিরিঙ্গি গণ বিচার করেন ॥২৩॥
গুলিতে নাবিন্ধে অঙ্গে এইবীর বড় ।
সুখেমেলি এইবীরে ধর করিলচ ॥
এতেক বলিয়া বেঢ়ে সরকার গণ ।
তাদেখি মেজর ভাবে সত্য মরিবেন ॥২৪॥
দশজন ধরাইল নিজের কম্পেরে ।
কচ্ছে কচ্ছ জনে জন নিজ নিজাকরে ।
অদর্শনে ঘোড়া গ্রীবাতল দেখে যায় ।
অবহেলে এড়াইয়া গেলেন ফিরিয়া ॥২৫॥
মরিং খুম্বী নাগে গিয়া অরোংসেত্র গোড় ।
গড়করি জাগিরছে য়েখোয়বা মেজর ॥
এথা রণবার্ত্তা দিল রাজার গোচরে ।
বার্ত্তাশুনি কুলচন্দ্র করি দরবারে ॥ ॥২৬॥
চোংথামিয়া পাঠান দিয়া পুরস্কারি ।
ছয়শত সৈন্য সঙ্গে ধ্বজ আগে করি ॥
রাজাকে নমিয়া আর গোবিন্দ নমিয়া ।
বাখাই বেঙ্গুল বাজি শব্দক বাজিয়া [২৭]
জয়রে গোবিন্দ বলি চড়ি চতুর্দোলে ।
রেশমী কপচ পৈন্ধি অতি ঝলমলে ॥
লিলোংগ্রাম পার করি থৌবাল পাইল ।
শব্দশুনি য়েখোয়বা ফিরিয়া দেখিল ॥ [২৮]
কোন মন্ত্রি কান মেজঃ আইসে এখণ ।
কপালে হস্তক দিয়া দেখে হনুমান ॥
হেনকালে উত্তরিলা চোংথা মিয়াগুর ।
দুইজন কুলাকুলি করে ব্যবহার ॥ [২৯]
রণের বৃত্তান্ত দুহু কথোপ কথন ।
মেজর বলেন মিয়া শুনহ বচন ॥

থমহুনা লাওরকই। (২৪) অসিদা লৈরিবা কি অয়াংবা শেংপা মুপা অসিদি মহৈ য়াম্না থৈ নোংমৈগী গুলিনা পান্দে অহুনা ময়াম চংশিন্নু নমহুনা ফাসি অসি হায়নহুনা লওনহুনা য়োমহুনা চংলকই। অহু উবদা য়েনখোইবা মেজোরনা ঐবু শোয়দনা ক্রাখিবা তাই (২৫) অহুনদি ঐ হেন্দোকু হৌরগে থন্দুনা মুপা তরাদা হায়রকই, অমনা ঐগী নামৈ পায়য়ু অহুগী মথং মথং নামৈ পায়নখো ঐখোয় চংলসি হায়হুনা মথং মথং নামৈ পায়নহুনা লম্বী লৈতবদগী সরকারগী শগোল মথাদা লিংহুনা চেনখোরক্লে। [২৬] অদদগী লাকুনা মরিং খুম্বি হাওথুন্দা তাদনা লাক্লগা অরোংথোংদা গোর শাদনা লান থাওজি। আসোমদা সরকারনা থামেনচল্লা শেংপা অদু কি অরাংবা শেংপা মুপা অদু অসিদা মাংম্রে হায়দনা নোংমাদম্বা থিদনা লৈনখি। অসোমদা য়েংখোইবনা থাখিবা তেঙ্গোল অদুনা নিংথৌদা পাও হংগংলয়বদা লৈপাক তিন্দুনা দরবার তৌই। ॥২৭॥ অদগা চোংথামিয়া মেজোরদা য়াথং পিদনা নিংথৌগী মনা পিদনা সিকাই তেঙ্গোল ৬০০ চাওরক পুন্দুনা লান্দা থারকই। মাংদা হনুমান য়েকপা কিয়ান চংলি চোংথামিয়া গোবিন্দবু নিংথৌবু খুরুম্নগা বাখাই বেঙ্গুল খোঙদনা মোইবুং থেংহুনা চংলি। (২৮) গোবিন্দনা জয় ওইরে হায়বা জয়ধ্বনি লাওই দোলাই ফৈনা তোংহুনা য়েশোন ফুরিং লিংহুনা য়াম্না লেম্না লাকপহুনা লিলোং য়োরগা থৌবাল হাইথরকুনা কৈথেন য়োরকপদা বেঙ্গুল মথোন তাহুনা য়েংখোইবা খুবাক লাইথম শানা থন্দুনা কনানো য়েংই। (২৯) মন্ত্রী কনানো মেজোর কনানো য়েংই থৌরাওনা খুবাক লায়থন থাদনা য়েঙহুনা লৈরিঙৈদা চোংথামিয়া মেজোর থুংলহুনা কোম্না প্পায়নহুনা হয়রাওনৈ।(৩০) অহুগী তুঙদা লানগী য়ারী ওাইহাক শাময়গা য়েংথোইবনা মিয়া মেজের অসিদা লৈহুনদি

এথারহি কাজনাহি ছুহু প্রবেশিব ।
জয়রে গোবিন্দ বলি সঙ্গে সৈন্যসব ॥ [৩০]
রাংজিং কোদোম্পোকপী স্থানে গড়সাজি রহি ।
এথারেচ্ছ কাটাগ্রামে সর্ব্ব ব্যাপিরহি ॥
আর লাঙথেন গ্রাম ব্যাপি সৈন্যরহে ।
অসংখ্যাত সৈন্য জলস্থল কাপিরহে [৩১]
সমুদ্র সমান দেখি লাগে ভয়ঙ্কর ।
নৃপে জানাইলা ছুহু করিয়া বিচার ॥
দিয়া দূত রণবার্ত্তা নৃপেতে কহিল ।
এইযুদ্ধে জিনিবারে কিছু কষ্টহৈল ॥ [৩২]
শুরবীর সৈন্যগণ পাঠাও রাজন ।
ইবোলিয়া পত্রলিখি অশ্বারি গমন ॥
দুইবীর খড়্গধরি রণাগ্রে রাখিল ।
এইমতে সেইরাত্রি জাগিয়া রহিল ॥ [৩৩]
সরকার অশ্বারোহি গতাগতি করি ।
ভগুবীয় মাছু যেন ফিরা ফিরি করে ॥
গড়রচি মণিপুর সেইরাত্রি রহেন ।
প্রভাত সময়ে প্রজা ভোজন করেন ॥ [৩৪]
কিকর্ম্ম করিব বলি দুঃখ ভাবমন ।
এথা রাজবার্ত্তা শুনি বিচার করেন ॥
সাতশত সৈন্যসঙ্গে রণে মহাশুর ।
রাখৈ মৈরাবকে পাঠাই সত্বর ॥ [৩৫]
যাত্রাকরি আসি শুর পাইল থোবান ।
শুনিয়োক শ্রোতাগণ করি নিবেদন ॥
যত অস্ত্র তপআদি গজে বহাইয়া ।
অশ গজ থৌবানেতে সকল থইয়া ॥ [৩৬]
গড় সাজাইয়া রহে লোক বহুজন ।
সেইস্থানে বিশ্রামিয়া মৈরাব তখন ॥

কাম্নদে ঐথোয় অনিশুরবদি লাল চঙলসি ফরে হায়নছুনা জয়ধ্বনি লাওছুনা চংথরক্লে তেঙ্গোল পূম্নমক। (৩১) রাঙজিঙ য়োঙছুনা কোদোম পোকপি লমদা গোর শাছুনা লৈখ্রে। আসোমদা সরকার তেঙ্গোল হাইথরক্তনা করুচিঙ থনখ্রে। অদুদা নত্তনা লাংথেন খুনও থম্না লৈখ্রে মশিং লাকপা ওম্বা তেঙ্গোল নংখিদ্রে ঈশিং কংকাল থনখ্রে। (৩২) সমুদ্রগুমখ্রে অদু য়েঙবদা কিদনিংঙাই লৈখিদ্রে অদু উবদা মেঙ্গোর অনিনা রা তানছুনা থম্নবদা ঐথোয় অনিনদি পানবদা থর নোঙ্মাতাই থন্দুনা নিংথৌদা হুৎ থাছুনা লালবাও পিরকই। মরমদি হন্দকী সরকারগী লাল অসি ননাই অনিতনা থিংবা ওম্মোক। (৩৩) মণিপুরগী অথৌবা অমসুং তেঙ্গোল থোমজিনবিরকউ হায়বা মরোন অসি চিঠী ইরগা শগোল তোঙছুনা নিংথৌদা হজংহনখি। অদুগা মেঙ্গোর অনিনা থাং পাইছুনা গোরগী পনমাং চংতুনা অহিং তুমদনা ওাকখি। (৩৪) সরকার মাঙ্গাবা শগোল তোঙবনা অহিং অদুদা থাগা রাজা চেল্লিবা অদু কিশাবা হেবনা পাংঙনদেম ছুনবগুম্মী হন্দোক হুজিন কাঙরা লৈতে মণিপুর গোর শেমছুনা অহিঙ অসি রানা থাংঙি। অদুদগী নোংডাল্লছুনা প্রজা চাবা থকপা লোইনরগা থম্রে। (৩৫) করম তৌছুনা মণিপুর কনসিগে অমসুং লাল অসি ওাকসিগে থনবদা রানৈ। অসোমদা কোন্তুঙ লানগী পাও চিঠী মরোন তাবদা দরবার রা থম্মছুনা রাখৈ মৈরাবাবু মেঙ্গোর হাপুনা সিকাই তেঙ্গোল ৭০০ কা লোয়ননা লান্দা থারক্লে। (৩৬) গোবিন্দা খুরুমছুনা যাত্রা তৌদুনা লাকপদা থৌবান য়ৌরে। তাবিয়ু শ্রত্তা থিখিক মতাও অসি লালগী থৌরাং শাজোন লেঙজরি লালগী খুৎসু খুৎলাই অসি মীনা শগোল্লা শামুনা হোনথছুনা থৌবান্দা পৈরগা গোর শাদুনা অয়াং অপা

পুনঃ শ্রীগোবিন্দ বলি করিলা গমন ।
অথোকপম গোড়েতে এইমতে উত্তরেণ [৩৭]
সেইগ্রামে ভক্ষভোজ্য অনেক রাখিয়া ।
তথা বহুজন রহে গড় সাজাইয়া ॥
তাহারহি সৈন্য স্থানে সর্ব্বকথা শুনি ।
রাংজিং গড়ে প্রবেশিল মেজর দ্‌জনি (৩৮)
সৈন্যের খাবার দ্রব্য এখানে রহেন ।
তাশুনি মৈরাবামেজর শুনিয় ছে মন ॥
সরকার পিছে যাই মরিব সকল ।
মহিরঙ্গলীর পথে সৈন্য লয়াগেল ॥ (৩৯)
পাইলেন তেন্থা গ্রামে পুনঃ শীঘ্র যায়া ।
থঙ্গান গিরি নামাস্থানে অমণি চলিয়া ॥
মাগুক গিরি লঙ্ঘি সেকমাই নদীপারে ।
মনাওগিরি নামা যাই চুমাং বিলেরে ॥ (৪০)

গড়সাজি রহিলেন গোবিন্দ স্মরিয়া ।
সেইরাত্রে দশদণ্ড সময় পাত্রিয়া ॥
পৃষ্ঠেতে বন্দুকরাখি হস্তেতে খড়্গধারি ।
একেলা চলিলা রনে ঘোড়া পৃষ্ঠেচড়ি ॥ (৪১)
এথা ম্লেচ্ছ জর্ন্নেণ কর্ন্নেণ যে গিরাল ।
আর ম্লেচ্ছপ্লেতনাদি কেপ্তেন সকল ॥
একত্র করিয়া ককচিং রাইরিতে বসিয়া ।
দরবার করিতেছে প্রদ্বিপ জ্বালিয়া ॥ (৪২)
তাহাদেখি মৈরা মেজ চুপি চুপি করি ।
ঘোড়াহৈতে নামি ছস্ম স্মরিয়া শ্রীহরি ।
একলাম্ফে প্রদ্বীপকে কাটিয়া ফেলিলা ।
জয়রে গোবিন্দ বলি সিংহনাদ কৈলা ॥ (৪৩)
অন্ধকারে শব্দ শুনি সব সরকার ।
স্বপক্ষ বিপক্ষ কিছু জ্ঞান নাহিকার ॥

লৌননবা থম্মী। (৩৭) গোর শাদ্‌না থম্মিবা অদ্‌ য়াম্না চেকশিন্নভাকই। অদ্‌গুম্না মকমদা মৈরাবা মেজোর চঙদ্‌না ভাইহাক পোংথাই লানগী পাও হংডি। অদ্‌দগী গোবিন্দ খরনি তৌদ্‌না অথোকপমগী গোরদা থংডি। (৩৮) অথোকপমদা শাবা গোর অসিনা চানা থঙবা পৈবা গোর মফমনি অদ্‌দগী অচা অথক হোন্দোক্লনা লাম্মী খুদিঙদা পিজৈ য়েল্লি অদ্‌গুম্না মকমদা চঙদ্‌না ভাইহাক পোংথাদ্‌না লানগী পাও হংডি। রাঙজিং গোরদা য়েথোইবা চোঙথা মেজোর অনি লৈ হায়বা তারে। (৩৯) তেঙ্গোলগী চানবা মকম অসিনী হায়বা থংলে পুম্মক ত্তারবা থংলবা ভুডা। মৈরাবা মেজোরনা খল্লকই মাংদা থংলিবা মেজোর অনিসি মণিপুর ঐখোয়গী মতিক চারবা অমনি অসিদা ঐস্নু য়াওরুদ্‌না কান্নদে সরকারগী মনিংদগী লান হৌদ্‌না তুম্না হাংকে খন্দুনা রাংজিংদা লৈরিবা মেজোর অনিদা পাও হায়রমলগা মোইরাঙ পল্লিদা হাইথখ্রে। (৪০) অদুম্ন চংথখিদ্‌না তেন্থা খুন য়ৌখ্রে অদ্‌দগী থম্বানচিঙ্গী চিঙয়া লাক্লনা মাগুক চিঙ লাল্লগা সেকমাই তুরেন তারে অদ্‌দগী তুরেন লাল্লগা মনাও চিঙ্গী চিঙয়াদা লাক্লনা চুমলাঙ পাৎ য়ৌরে। [৪১] মকম অদ্‌দা গোর শাদ্‌না গোবিন্দ খরনি তৌদ্‌না লৈরে নুমিদাঙ অদ্‌গী পুং ১০ তাবা মতমদা নমগঙ্গা নোঙমৈ পোরগা খুত্তা চুঙ্গোইথাং পাইদ্‌না শগোল তোংলগা মথন্নদাকনা য়াওদনা তুমিন্না লাকই। [৪২] সরকারনা অছিং অদ্‌দা মথক্তা দস্তুর খল্লগা লানগী লুচিঙবা সাহেপ জর্ন্নেন কর্ন্নেন গিরান প্লে। প্লেত্তোনন্ন চিংবা কেপতেন কয়া পুন্নুনা ককচিং রাইরিগী অচিকপা লমহাংদা থাওমৈ চাওনা থল্লগা দরবার তৌরম্মী। [৪৩] অদ্‌ ভবদা মৈরাবা মেজোর শগোল পুনসিল্লগা শ্রীহরি খরনী তৌদনা

অন্যোন্যেতে হানা হানি কতজন মৈল ।
সাচাণ পক্ষির মত মৈরাব মহাবল ॥ (৪৪)
মানকচু কাটাযেন কাটে সরকার ।
বসন্ত সময়ে যেন নাচয়ে ময়ুর ॥
বামখড়্গ বামেকাটে দক্ষিণে দক্ষিণ ।
লাম্ফে সিংহপ্রায় বীরগর্জ্জে ব্যাঘ্রযেন (৪৫)
আগপাছু ফিরাফিরি ম্লেচ্ছক কাটিল ।
পৌষের নিহার যেন সৈন্যেরে পড়িল ॥
লাম্ফেলাম্ফে রাখেমৈরাব সমরে পণ্ডিত ।
জয়রে গোবিন্দ বলি ঘনঘন নাদ ॥ (৪৬)
কদলীর বনে যেন মত্ত গজরাজ ।
স্বচ্ছন্দ মর্দ্দন কৈলা ক্রোধে তর্জ্জেগর্জ্জে ॥
ভাঙ্গিলেন সরকার হাহাকার করে ।
ফরিঙ্গতি যেন ধাই দিগ দিগান্তরে ॥ (৪৭)

তাহাদেখি মৈরাব ম্লেচ্ছ সবে আরোহিল ।
পথ আগুলিয়া কাটে অপার পড়িল ॥
প্রাণলৈয়া ধায়া যাবে পাছুনা ফিরিয়া ।
গিরিগুহা স্থানাগুর রহিয়া লোকিয়া ॥ (৪৮)
মৈরাবফিরি নিজগড়ে প্রভাত হইল ।
এথা ম্লেচ্ছ প্রাতহৈয়া যুদ্ধ আরম্ভিল ॥
দুইসৈন্য মুখামুখি বহুরণ কৈল ।
অস্ত্রের অধিক লাগি রনে না সহিল ॥(৪৯)
সরকারি আগুয়ান পিছে মণিপুরী ।
মণিপুর সৈন্যগণ সহিতে না পারি ॥
কাটা গ্রাম সৈন্যগণ সহিতে না পারিল ।
উত্তরপূর্ব্ব দক্ষিণে ম্লেচ্ছ আবরিল ॥ [৫০)
কতক্ষণ রণকরি নাসহে মণিপুর ।
পুনঃ ভাঙ্গি ফিরি আসি মনাও গিরেগড় ॥

নাশোন পিক্লা তুমিন্না চঙশিল্লকুনা মপা য়েঙলগা চোঙশিন্দুনা থাঙমৈ য়ানখাইরে। গোবিন্দনা জয় ওইরে সিঙহনাদ তৌই । [৪৪] ভাল্লবদগী মমথিবগা সিঙহনাদ মখোনগা লাল লাকনি নিংদবদগী থৌরাং তৌহৌদবগা পুমঙাও ভাওগ্রে মাগী মীনী ঐখোয়গী মীনি হায়বা খুঙনখিদ্রে থাং শংকুনা মখোয় মশেনস্থ পংয়ান য়াম্নরে। অদু উবদা মৈরাবা মেঙ্গোরনা খুমু থয়ং পাইবগুম পাইশিন্দুনা [৪৫] য়েন্দেম থরাম শোয়বগুম সরকার ককথৈ বসন্তদা রাহোঙনা জগোয় শারগুম ওইদা লৈরদা ওইগী ককই য়েত্তা লৈরদা য়েৎকী ককই চোংবদা নোঙশাগুম্মী ডঙবদা কৈগুম্মী অক্রিবা লৈতবা মেঙ্গোরনি। [৪৬] মাঙদা তুঙদা নাক্তা য়েত্তা লৈদুনা চোংদনা অদুদা পৈরম্না সরকার তেঙ্গোল য়ান্দুন। তুবসি পোইস্থ থাদা লিক্লা তাবগুম্মী লানফম কয়াদা লাল থেংনরক্লবা লান্দা হৈরবা মেঙ্গোর; চোঙদুনা চোঙদুনা গোবিন্দ নাম সিংহনাদ লাওদুনা। [৪৭] লকুণীবন্দা শামুনা নৈবগুম মনিং মথা তম্না লাও থোংদুনা সরকার তেঙ্গোল হাংদি থাঙবা ঙমত্রদুনা হা হাকার লাওদুনা চরাঙ মশা পাইনদুনা চেম্নখ্রে। মাইগৈ খঙনখিদ্রে ভাওদুনা চেন্নী। [৪৮] অদু উবদা মৈরাবা মেঙ্গোরনা শগোল তোংখৎতুনা লম্বী থৎতুনা কয়াস্থ হাংলি মথরায় পুদুনা চেম্নখ্রে হম্না য়েঙনখিদ্রে লোকতায় গিরি গুহাদা লোংখ্রে। [৪৯] অদুদগী মৈরাবা মেঙ্গোর মাগী তেঙ্গোলদা হল্লকুনা অহিঙ অদু পোংথাররে। নোংভাল্লবদা তেঙ্গোল অপুম্বা চাবা থকপা লোয়নরে লানগী থৌরাং তৌনৈ। তাবিয়ু ক্রতা থিবিক থজিক থরাক লাক্রপা তেঙ্গোল ওইরমদি অদুম কায়দুনা জেন-থ্রগদবনি থরদু হাংপনা ময়েং তারা ভত্বা সরকার তেঙ্গোল ওইদবনা নোংভাল্লবদা সরকার অশাওবদা

মনাও শিবির আগ্রাতে পুনঃ যুজাইল।
ম্লেচ্ছসৈন্য অগণন মৈরাব দেখিল ॥৫১॥
মণিপুর সৈন্য স্থানে কহিল বচণ।
সরকার অস্ত্রাধিক নাসক্তি এখণ ॥
হয়েযুদ্ধ ম্লেচ্ছ জয় হারি মণিপুর।
এলাগি সম্মুখ যুদ্ধি সাজহ সত্বর ॥৫২॥
ইবোলিয়া অশ্বারোহি রণে প্রবেশিল।
সেকালে ম্লেচ্ছের সৈন্য চৌদিগে ঘেড়িল ॥
পঙ্গপাল পাতিজাল অদ্ভুত লৈক্ষণ।
সঙ্গিনের জ্যোতি যেন বিদ্যুত সঞ্চান ॥৫৩॥
বন্দুকের গুলিপড়ি কোড়কের মত।
নলির ধুলিতে অন্ধে যেহেন কুজ্ঝট ॥

তাদেখি মৈরাব মেঙ্গর অশ্ব দৌড়াইল।
সাচান পক্ষির মত রণে প্রবেশিল ॥৫৪॥
কতসৈন্য ভাঙ্গাইল কতেক কাটিল।
অক্ষয় অব্যয় সৈন্য কভুনা টুটিল ॥
যতমারি ততবাড়ি চৌদীগে ঘেড়িল।
নয়ণ দেখীল যত তত সৈন্য রৈল ॥৫৫॥
চৌদিগে ঘেড়িল মেঙ্গ পিঞ্জরার পক্ষি।
অশ্বঘুড়ি ঘুড়ি হৈল কতেক বিপক্ষি ॥
নাসহিয়া গুরুখালি ভাঙ্গি পালাইল।
তাদেখি জর্মেন ম্লেচ্ছ ঘোড়া দৌড়াইল ॥৫৬॥
অশ্বঅশ্বে ফিরাফিরি লাম্ফিল ভুমিতে।
পুনঃলাম্ফে দুইজন খড়্গাধরি হাতে ॥

লোয়ননা লান হৌরক্লে, মায়োক্লড়না লান থেংনবদা সরকারনা খুংলাই হেনথিবনা মণিপুর খাংবা য়াত্রে। (৫০) সরকারনা তকশিল্লকই মণিপুরনা নিংদা হল্লি। লেপ্পা খাংবা ওকুয়া য়াদে অম্মুম লাকপনা ককচিং য়ৌরক্লবদা খাংবা য়াগত্রা য়েংভি খাংবা য়াদে। অতুম তৌরিবৈদা অল্লাং মোং-পোক, মখা মায়কৈ ৩ লাঙ্গোই চল্লক্লে ॥ (৫১) ওহাক খাংড়না কাপনৈ, খাংবা য়াদে হন্দোরক্লুনা মনাও চিখোংদা খাংভি, সরকারনা তকশিল্লকপনা থিংবা য়াত্রে অহু উবদা মৈরাবা মেঙ্গোরনা ॥ (৫২) মণিপুর তেঙ্গোল য়েংড়না হায়রকই। অরাপ্পদা লান পানরবদি সরকারনা খুংলায় হেনবনা খাংবা য়াররোই। সাহেপনা লাকচরগনি অহুনদি হাকথেংনরসি ॥ (৫৩) অসি হায়নরগা শগোল তোংড়না লান চংনরকই; মতম অসিদা সরকারগী সিফাইনা মায়কৈ মরিদা কোয়শিল্লক্লে কৌজেং চোংশিল্লকপগুম্মী; অঙকপা মশক্লি শঙ্গিন মতোন্দা নুমিৎনা য়েবদা নোংথাঙ হায়বগুম্মী ॥ (৫৪) নোংমৈ মরু তারকপা অহুনা লেন তাবগুম্মী। নোংমৈ নোনলীগী মৈথুনা লৈচিন থাবগুমত্রে। অহু উবদা শগোল তোংবা অতৈ চংনবা ওয়দে মৈরাবা মেঙ্গোরদি অকিবা লৈতনা খুমুথরং পায়বগুম থৌজিল্লি ॥ (৫৫) সরকার তেঙ্গোল কয়াম্মু থুগায় তানথায় কয়াম্মু হাৎলি। হাৎপদা ময়েং তাদবা তেঙ্গোল ওইবনা ময়েং তাবদি হায়রুমগনু হেম্না হেম্না চংশিল্লক্লুনা য়াম্‌হুম্ য়াম্‌থংলি। মুম্ য়েংথিবদা অহুম লৈখ্রে। (৫৬) মায়গৈ মৈরিদা য়োমশিল্লকপনা; মৈরাবদো পোন মল্লুংদা লৈবা উচেককুমত্রে। অহু উবদা চেম্মুনা শিবা হৌনদে ওম্বা মখৈদি হাৎলগে হাংড়না শগোলনা পাইবগুম থৌড়না হাৎপদা খাংবা ওমত্রড়না গুর্খান সিফায় কাংড়না চেল্লে অদু উবদা জর্মেন সাহেপ ১ শগোল থৌজিল্লকই। [৫৭] শগোল মথক্তা থাঙ থাঙ লৈনরবদগী লৈপাক্তা ফন ফন চোঙথদুনা ওনশিল্লরগা থাঙ্গী বাক্তা লৈনৈ। খোংকম অমদা অনিদা ওদা কুপ্না কৈনৈ মশা অপূম্বা থাংনা

একবাকে ফিরি আর দুইতিন বাকে ।
খড়্গময় হৈল অঙ্গ ভয়ে সর্ব্বলোকে ॥ (৫৭)
কড়মতি দিয়া দেখে রাঙ্গাময় নেত্র ।
দক্ষিণেতে লাফদিয়া বামফিরে মাত্র ॥
দুইখড়্গ ঠেকাঠেকি ভুমিতে পড়িল ।
মটরের বিজ যেন ভুমে গড়াইল ॥ (৫৮)
দুইউঠি মুখামুখি খড়্গ খড়্গাতারে ।
চর্ম্মেচর্ম্মে রক্ষাকরি স্বঅঙ্গে নামারে ॥
খড়্গাগ্রে কাটিয়া বর্ম্ম চামায় যেমন ।
ঘর্ম্মসহ রক্তবহি যেন গঙ্গাস্নান ॥ (৫৯)
সর্ব্বঅঙ্গ রাঙ্গাময় ঘনঘন শ্বাস ।
পুনপাছু ফিরিযেন নাকরে প্রবেশ ॥
ক্ষণেক আরামি পুনঃ লাম্ফি লাম্ফি তারে ।
দুইটি ময়ূর নাচি যেমত ফিরয়ে ॥ (৬০)
মৈরাবা বামের পাকে ম্লেচ্ছের দক্ষিণে ।
পুনঃফিরিয়া মৈরাবা চর্ম্মক কাটেন ॥
আর ফিরি ম্লেচ্ছ খড়্গ কাটিয়া পড়িলে ।
পুনঃলাম্ফি ম্লেচ্ছ মাথা কাটি ভুমিতলে ॥৬১॥
জয়রে গোবিন্দ বলি সিংহনাদ কৈল ।
সেকালে তুপবাজি মৈরাবা পড়িল ॥
সম্মুখ সংগ্রামে মৈরাব গুলিতে মরিল ।
কৃষ্ণকৃষ্ণ বলিম্লেচ্ছঃ বৈকুণ্ঠ চলিল ॥ (৬২)
সেবসৈন্য ভাঙ্গি আসি রাংজিংতপাইল ।
মৈরাযবেজ্ঞ পড়ি বার্ত্তা সকল কহিল ॥
দেখি শুনি ম্লেচ্ছরগণ বিচার করিয়া ।
একপত্র লেখি শীঘ্র মুদ্রস্থ করিয়া ॥ (৬৩)
অশ্বেচড়ি চারিজন পাঠাই তক্ষণ ।
সত্বরে আসিয়া দুত পুরেতে গমন ॥

য়োম্মি তেঙ্গোল অনি কুশৈম্ম ত্তইনা য়েঙনখ্রে। (৫৮) খা চিক্লৈ মিৎ ঈগুম্না ভাওনৈ, য়েত্তা লৈবদগী ওইদা হনবদা থাঙ্গ থাঙ্গ য়েংনখিহনা মশা থেক্লাইনহনা লৈপাক্তা তুনথি অহুদা অনিন ওন্নবসি মঙ্গল মরু ওনবগুম্মি। (৫৯) ফুক ফুক হৌগংনহনা অনিমক থাঙ্গ থাঙ্গ য়াম্নৈ, চুক্লোয়গা চুক্লোয়গা ঙাকখোক্লহনা মশা শোরুদে, থাংদোম্না থংনবদা নশাগী কুরিং অহু চামরাগুমখ্রে, হমাক্লা ঈগনা মশা চোংখ্রে, ঈরুজবাগুমখ্রে। (৬০) মশাপুম্বা পুমঙাও ঙাঙখ্রে, থর শদৌ থোংনৈ, য়ানমল্লনা ভাইহাক ভাইহাক হন্দোক্লৈ। অহুগা অমুক চংশিন্নহনা থাও হাইনৈ, য়াহোংনা জগোয় শাবগুম্মি। (৬১) মৈরাবনা ওইদা লৈবা সাহেম্না য়েত্তা লৈবা অহুগী হল্লকপদা সাহেপকী চুক্লোয় ককলে অহুদগী অমুক লৈরকপদা থাং ককলে অহুদগী চোঙশিন্দুনা সাহেপকী মঙক ককলে। (৬২) অহুগা গোবিন্দনা জয় ওইরে হায়হনা জয়সিংহনাদ লাওই। মতম অহুদা সরকারমা তোপ কাপ্লহুনা মৈরাবা মেগুরদা পান্দুনা তুরে, লান্দা মাই ওন্দনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা থল্লায় থাখি সনাতন ধর্ম্মগী লৈগী দোল্লাইদা তোংহনা বৈকুণ্ঠদা কাখি। (৬৩) তেঙ্গোল পুবিনিঙভাই লৈতহনা লৈহৌবা তেঙ্গোল চেল্লহুনা রাঙজিংদা তিনখি, মৈরাবগী লানগী পাও তমখি, পাও তাবেগা উবগদা মেক্লোর মথে পুন্দুনা য়া তাল্লরগা মরোন কুপ্না চিঠি ইরগা। (৬৪) শগোল তোংবা মুপা মরিদা পিহুনা থাগংখি য়াম্না থুনা চংখিহনা কোম্মুঙ য়ৌহনা লানগী পাও হজংলি চিঠী কংলি, মহারাজবু ননাই মৈরাবা লান্দা মক্তিকচাবা মথৌনা উৎলম্নগা থল্লায় থাখ্রে, ননাই ঐখোয় থাঙবা ওমত্রহনা লাক্লবনি। (৬৫) দুতকী পাও চিঠীগী মরোন তাবদা-দরবার তৌহনা থম্নবদা জ্ঞান মাঙনরে য়াখন য়ারে, কোইরেঙ

দূতকহে পলাইলেয়া মৈরাব মৃত্যু হৈল ।
নাহিতে নাপারে মোরাসৈন্য ভঙ্গহৈল ॥৬৪॥
দূতবাক্য শুনিরাজা কৈল দরবার ।
বিচারেতে জ্ঞান হারি দুঃখিত অন্তর ॥
টিকেন্দ্র কহেন ভূপ্র শুনহ বচন ।
কুনজন নাহিদেখি নাদেখি মরণ ॥ (৬৫)
আমিথাই মনস্থলে নাকরিহ চিন্তা ।
মণিপুর যতলোক খণ্ডিব দুঃখিতা ॥
পুরিমধ্যে মনসুখে গোবিন্দ সেবিহ ।
মোরলাগি সুখ দুঃখ কিছুনা ভাবিহ ॥৬৬॥
নৃপকহে শুনভাই রাজা নাম মাত্র ।
তোরকৃপা হৈতে মোর এপুরে স্বতন্ত্র ॥
মোরে ছাড়িবেক মনে আশা করতুমি ।
কদাপি ছাড়িতে তোরে নাপারিব আমি ॥৬৭
কেমিছাড়ি দিব তোরে এমন শঙ্কটে ।
রাজাজ্ঞা নাপাই কোইরেং নারিল যাইতে ॥
তবেরাজা বিচারিয়া টিকেন্দ্রেতে বলে ।
পূর্ব্বে তোমার মনেতে কারাঘরে থৈলে ॥৬৮॥
সত্যবাদি জিতেন্দ্রিয় যুদ্ধে অতিশুর ।
কতযুদ্ধে কতজয় হইল বিস্তর ॥
তারে পঠাইতে যুদ্ধে লয়ে মোরমন ।
বিচারিয়া ঘর হৈতে সত্বরে ডাকেন ॥৬৯॥
রাজাজ্ঞা পাইয়া শীঘ্রে পুরে প্রবেশিল ।
নৌমিকহে কিবা আজ্ঞা আমারে ডাকিল ॥
রাজাকহে ব্রজবাসি দৈবের কারনে ।
মোরজন লাগি মুঞি চঞ্চলিত মনে ॥ (৭০)
মোরস্নেহ তুমি গর্ব্ব অদ্যাপি রহেন ।
তোরক্রোধ লাগি মুঞি বন্দিতে থয়েন ॥

যুবরাজনা য়াম্বুং মহারাজবু, হৌজিক মণিপুর অসিদা লানচৎপিনিডাই মতিকচাবা অকনবা কনা উত্রে লৈত্রে । (৬৬) ননাও লান্দা চংলগে, মাপুক্কিং চিঙনবিগনু মণিপুরগী অয়াবা অসি কোকপা ঙমত্রা। য়েংলুগে য়াম্বুংনা গোবিন্দ সেবা তৌদুনা লৈবিয়, ননাওগীদমক অয়াবা য়াথব তৌবিগনু । (৬৭) অদু তাবদা কুলচন্দ্র নিংথৌনা যুবরাজ ইয়াম্বদি নাম মাত্র নিংথৌনি ইনাওগী মপান্দগী নিংথৌ ওইজবনি অদুদা মতম অসিদা নয়াম্ববু থাদোকে নিংগনু করিগুম্বদা ঐনা নংবু থাদোকপা ঙম্মোয়। (৬৮) অসিয়ৌনা খুদোংথিরকুবা কান্দা ইয়াম্ববু ইনাওনা থাবা চুমদে। নিংথৌ য়াথঙ ফংদবনা যুবরাজ লাল চৎপা ঙমত্রে, অহুগী তুংদা নিংথৌনা মুম্না থল্লগা হায়রকই ইনাও ইবুঙো অহুঙৈ বোড়াজাওবগী লান য়াওবদগী অরাফমদা থমলুবা। ॥৬৯॥ অয়োইবা ডাঙবা পুকচেন চেৎপা লান্দা য়াম্না থৌবা ব্রজবাসি পাওনা লানকমদা কয়রক চংপদা মাইথিত্রবা মহাকনি মাবু কৌথৎতুনা লান্দা থানিংঙি থম্নবদা করে হায়দুনা মায়াথঙ পিতুনা ময়ুমদগী কৌহনখি। ॥৭০॥ মায়াথঙ ফংবদা লাকুনা মা মাংদা চংলকুনা খুরমই মায়াথং করি পিনগদগে হঙ্গংলি। নিংথৌনা ব্রজবাসি লাইগী নোংদম থীবনা ঐগী মী ওইনিঙবরু মীগী মিচঙদা ওইথি হায়দুনা অরাকমদা মতমথর লৈরুরেদো। ॥৭১॥ অহুগী তুংদা ঐনদি য়াম্না থুংশি মহৈহৈবগী অথোইবা নাপম্না চঙবিরকুদুনা হৌজিক ক্রওরা লৈরিদো শাওবদগী অরাকম তাথিবদু থম্লুরগনু হৌজিক মণিপুর অসি ব্রজবাসিনা কললো । (৭২) কয়দৌনা গৌরিয়া চক্রবা সাহেপ্তা অকনবা অথৌবা ব্রজবাসিমক লৈরিডৈদা কয়ম্না পিথোক-খিশিগে ঐনা কৌবদি অতৈগী নত্তে ব্রজবাসিদা রাধা গোবিন্দগী সেবা অসি শিম্নগে কৌবনি

পূর্ব্ব অপবাদ তুমি নাগুণিহ মনে ।
এবে মণিপুর দেশ রাখহ আপনে ॥৭১॥
কেমনেতে অগোরিয়া ম্লেচ্ছগণ হাতে ।
কেনে স্থপি শ্রীগোবিন্দে তোমারা থাকিতে ॥
তোমাস্থানে সমর্পিব শ্রীরাধা গোবিন্দ ।
প্রাণপণে রক্ষাকর গোব্রাহ্মণ বৃন্দ ॥ (৭২)
স্ত্রীবাল বৃদ্ধক গণ করিজতি যেন ।
হায়হায় করি লোক চৌদিগে বেড়ান ॥
মেঞ্জর পদবী লহ পুরস্কার তৎযোগ্য ।
একাদশ ধ্বজলও সেনাপতি যোগ্য ॥ [৭৩)
কান্দিকহে ব্রজবাসি শুনিয় রাজন ।
অকারাগা সনে যুদ্ধ হইল যখন ॥
তাতে স্নেহে সত্যকৈল বোড়ার সত্তিতে ॥
তবজন হুববলি কহিল সাক্ষাতে ॥ (৭৪)

মোদেহ সমর্পিলু বড়াজাওবা স্থানে ।
তারজন্যে বন্দিঘরে রহিল আপনি ॥
তার লাগি কিছুদুঃখ আমি নাহি করি ।
রাজাজ্ঞা শিরেধরি প্রজাজ্ঞা পৃষ্ঠেধরি ॥ (৭৫)
দুষ্টম্লেচ্ছ সঙ্গে করি সুনিশ্চয় যুদ্ধ ।
হর্ষেরাজা তারপ্রতি দিলেন প্রসাদ ॥
কোষাগর হৈতে আনি যতরাজা ভুষা ।
প্রত্যেক প্রত্যেক দিন রাজাগ্রে প্রকাশা॥৭৬॥
মেঞ্জর পদবী দিল কবচ উত্তম ।
সুবর্ণ কঙ্কন দিলা বলয়া পরম ।
চৌদোলা চড়িয়া কর গমনাগমন ।
লম্থাং পাগ নেত্রধুতি পৈড় ইচ্ছামন ॥৭৭॥
হরিচিন্তি রহ কালি চলহ সমর ।
রাজা কৃপা ব্রজবাসি পাইল মেঞ্জর ॥

হরোওনা লৌ মণিপুর কললু নখরায় য়াওনা যণ ব্রাহ্মণ ডাকউ ॥ (৭৩) হোজিক মণিপুর অসি দানগী পাওনা কনবনা স্থপী অঙাং অপুম্বা চরাং মশা পায়নরেদো । হায় হায় করি তৌসিগে হায়নহুনা য়নরে, অহুনা ব্রজবাসী মেঞোর খুকম লৌ মনাগুনা কংঙু সেনাপতি ১গী মত্তিক চাবা ফিরান ১১ থেংচৌ ॥ (৭৪) স্না য়াথং কংবদা ব্রজবাসী পাওনা কপ্তুনা খুরমলগা হঙ্গংলি মহারাজ ইবুঙো অকাম হাওগী লানকমদা মচাইবুঙো বোড়াজাওবনা লুনা তৌহুনা ঐগী মিচঙ ওইয়ু হায়বদা হোয় হায়হুনা য়ারুরে ॥ (৭৫) মানা ঐবু লুনা তৌবদগী ঐ অসে মাগী ওইখিবনা অরাকমদা লৈরুবনি ঐনা তৌবা কর্ম্মনা ঐনা কংবনি ননাই করিস্থ য়ারোদে। হোজিক ক্ষরে, স্না য়াথং কোক্তা থোংলগা প্রজাগী য়াথংনা নজন্দা পোরগা ॥ (৭৬) ফংত্রবা সরকারগী লানফমদা ননাই চংচগে অহু তাবদা নিংথৌ স্না পুক্নিং পেন্দুনা মনা পিরকই । মনাই থাহুনা লনগেদগা মনা ফি লৌথোকলুরগা স্না মাংদা পৈহুনা থমলগা পিরকই ॥ (৭৭] ঙসিদগী মেঞোর পিরবনি কংজরো মনা ফি অসি ইমাংদা শেংললু সনা য়াথং কংবদা দণ্ডবৎ তানা খুরুম্মী নিংথৌনা ইপু মেঞোর, সনা খুজি তান কংজরো । দোলাই কৈনা তোংজো, লমথাঙ খুলক য়েংচৌ, রেশোন ফুরিং লিংচে থামেন চপ্পা শেংচরো মণিপুর অসিদা ননিং নথা তমজরো ॥ [৭৮] ঙসি অসি গোবিন্দ খুরুমহুনা যুমদা লৈরুরো হয়েং লান্দা যাত্রা তৌহুনা চংলু, অসিদগী যুমদা কুম্বদা মনা স্থনা শেংহুনা দোলাই তোংহুনা কুমথখো। সনা য়াথঙ কংবদা ব্রজবাসী অলঙ্কার হোঙহুনা নিংথৌ খুরুম্মে, অহুদগী লাহুনা রাধা গোবিন্দ খুরুমজরগা থোরক্তনা ॥ [৭৯] দোলাই কৈনা তোঙহুনা কুমকই,

তবে মেজর রাজা প্রসাদ সর্ব্ব পৈচি।
রাজা নমি শ্রীরাধা গোবিন্দে পাদে পড়ি ॥৭৮
দোলায়ে চড়িয়া এলা বধাকে বাজারে।
নমিয়া বন্দনা করি বাজারি দেবীরে ॥
নমিকালে খজাণীর হৃদয়ে বাজিল।
তাদেখি অবরদর্শি মেজর চলিল ॥ [৭৯]
হায়রে খবার যুদ্ধ জয় না হয়েন।
ভাবিমনে ঐছে চলি গৃহে উত্তরেন ॥
গোবিন্দ স্মরিয়া সুখে আরামে রহেন।
আর কথা শুনিয়োক সব শ্রোতাগণ ॥ (৮০)
সুর্য্যঅস্ত হৈলে বাজারীয়া নারীগণ।
গৃহেতে গমন পথে কথোপ কথণ ॥
ঐছে সরকার যুদ্ধে ভাঙ্গি মণিপুর।
কেওত নাকহি ভাল বৃত্তান্ত সমর ॥ [৮১]
কোনদিগে কোনগ্রামে আমরা পালাব।
বালবৃদ্ধ রোগীগনে কেম্নি নীয়া যাব ॥

শুনি কহে একজন শুন সখীগণ।
আমি একরণ বার্ত্তা শুনিছি শ্রবণ ॥ [৮২]
আজি রাজা পাওণাকে মেজরপদ দিল।
ব্রজবাসি রণগেলে জিনিবে কেবল ॥
এইকথা জনেজনে পথেতে কহিল।
পোচা শ্রী জুলোনখোম্বী ইকথা শুনিল [৮১]
গৃহেআসি চিংলেনম্বা ডাকিয়া পুত্রেরে।
শুনপুত্র তোরউবা ব্রজবাসি শুরে ॥
রাজাডাকি মেজরের পদবী দিলেন।
নৃপের প্রসাদ পায়া গৃহে চলিলেন ॥ [৮৪]
কালুকা প্রভাত হৈলে সংগ্রামে যাইবে
শুনি পুত্র জিজ্ঞাসিল নিশ্চয় হইবে ॥
মাতাকহে সত্য যাই সংগ্রাম ভিতর।
শুনিয়া চিংলেন মনে করিল বিচার ॥ [৮৫]
যুদ্ধযাবে কতুমাতা আজ্ঞা নাদিবেন।
উবা দরশণে বলি নাছাড়ি এখন ॥

অহুম লাকপনা কৈঠেল অচৌবা য়োরকপদা লুকথতুনা কৈঠেল লাইরেনবী খুরমবদা নাক্তা য়াম্লিবা থাংগী থাঙখোয়া খজিনদা ভায়ে. অহু উবদা পাওনা মেজোর গুঙাইতবনা খা চিকই ॥ [৮০] হায় হায় হন্দকী লান অসি জয় ওইরোয়দৌরিবোরে অসি খল্লি, অমুয়া লাকপনা য়ুম য়োৎবদা গোবিন্দ স্বরনি তোঙ্গুনা লৈম্লে.। তাবিয়ু শ্রোতা খিবিক প্রসঙ্গ অমা লেঙজরকে ॥ [৮১] নুমিৎ তারক্লনা কৈঠেল কাবী নুপীনা কুম্লরকপদা য়ারী শায়ে. হন্দকী সরকারগী লান অসি য়াম্না লানবাও কনখ্রে লৈপাক অদি কাইবা তাই, মণিপূরগী অকন অথৌ লান্দা চংখিবা মথৈ অফবা পাও ১ কাওবা হায়রকতে। (৮২) লৈপাকনা কায়বা তারবদি কদোমদবু চেনগদবনো অঙাং অহন অনা অরেকশিংসিনা কমদৌনা হিজবা হায়রকই অহু তাবদা অমনা খুন্নী ইতা ইবেম্মাখোয় ঙসি ঐনা পাও ঝুঙাইবা অমা তাই। (৮৩) ঙসি নিংথৌনা পাওনা ব্রজবাসিবু কৌথৎতুনা মেজোর হাপখ্রে অছুনা শোইদনা লাল চৎলক্কানি মানা চৎলবদি সোইদনা লাল ঙমগনি। মনাগুনা পিছনা দোলাই কৈনা তোংতুনা খুমখত্রে অদুয়া ভাংনবা অসি পোচাম্নগী মনাই নুপী জুলোনখোম্বী শীজনা তাই। (৮৪) নুম য়ৌবগা মচা ইবুঙো চীংলেনম্বাদা পাও তম্মী। ইমাগী ইবুঙো চীংলেনম্বা নহী ওঙা পাজালাদো নিংথৌনা কৌথৎতুনা মেজোর হাপখ্রে মনাফি গুনা কওছনা ময়ুমদা কুমখ্রে। (৮৫) হয়েঙী নোঙাপ্লবদি লাল চৎলগনি। অহু তাবদা মচা ইবুঙোনা ইমাসি পোয়দবা পাওরা,

মাতানিদ্রাহৈলে আমি যাব দরশন ।
এতভাবি চিংলেনগ্না নিচুপে রহেন ॥ [৮৬]
প্রসাদ খাইয়া সুখে কপট শয়ণ ।
খট্যোপরে মাতা নিদ্রা নিরক্ষিয়া রণ ॥
মাতানিদ্রা দেখি হর্ষে উঠেন সত্বরে ।
মন্দমন্দ করি খুলে সেই গৃহদ্বারে (৮৭)
শীঘ্র আসি পাইলেণ ব্রজবাসি ঘরে ।
প্রবেশিয়া রহিলেন অঙ্গন ভিতরে ॥
কপাট ধরিয়া ডাকে মৃদুমৃদুস্বরে ।
প্রিয়শিষ্য স্বর শুনি উঠিয়া সত্বরে ॥ (৮৮)
দ্বারখুলি বাহিরৈল ব্রজবাসি শুর ।
প্রনামিল চিংলেনগ্না চরণে উহ্বার ॥
পাওনা কহে এরাত্রে কেনেবা আইল ।
কালিযুদ্ধে যাবে বলি বারতা শুনিল ॥ (৮৯)
সত্যাকি অসত্য উহ্বা বলহ আমারে ।
সত্যবাছা কালিদিনে যাইব সমরে ॥
চিংলেন কহেন যাব গুরুকে সেবিয়া ।
পাওনা কহয়েযুদ্ধ তুমি নাহি যায়া ॥ (৯০)
এবার সময়ে বাপু জয় নাদেখিয়ে ।
গৃহেথাকি মাতৃসেবা শ্রীকৃষ্ণ স্মরিয়ে ॥
চিংলেন বলেন তাহা মোর যুগ্যনয় ।
গুরু অনুগতহয়া যুজিব নিশ্চয় ॥ (৯১)
বারেবারে নিষেধয়ে তভুনা মানিলা ।
শুনি ব্রজবাসি তুষ্টে আলিঙ্গন কৈলা ।
তোরে নাশিক্ষায়া আছে বিধি অনুসার
কিছুবিদ্যা গুড়লহ উঠহ সত্বর ॥ [৯২]
এতবলি খড়্গধরি উঠি দুইজন ।
সমাধান করি বিদ্যা তাহারে শিক্ষান ॥

মমাশীজনা ইবুঙো শোয়ত্রবা পাওনি অহু তাবদা চীংলেনগ্নানা রাখল তৌই । [৮৬] ওহ্বা ইবুঙোগী থৌগন ইন্দবয়াদে অহুদা ঐনা লান চংকে হায়বদা ইমাশীনা য়ারোয় । হৌজিকসু ওহ্বা থুরুমূলে হায়বদা ইমাশীনা ঐবু থারোই অদুনদি রা অমতা হায়দনা লৈরগে ইমাশীজনা তুমথ্রবদা ওহ্বা উনরুরগে থন্দুনা অহুম লৈখ্রে । (৮৭) প্রসাদি কওলগা খুদা শৈজ্যাদা তুমশিন্নখ্রে ইমাশী তুমথ্রবা তোইনা য়েংডি মমাশীদি মরম থওদবনিনা অহুম পোংথাখ্রে । অহু উবদা নাশোন পিরা থৌদংলতুনা য়াম্না তপনা পৌরোন সংতুনা থোাহাওলে । [৮৮] অহুদগী য়াম্না খুনা লাতুনা ব্রজবাশীগী য়ুম য়ৌরকুনা মাঙোলদা চওহুনা থোংয়েংবদা মতম খেওবনা থোঙ লোনখিরমলে থোঙ পাইরগা অমেওবা স্বরনা ওহ্বাবু কৌরকই অচানবা মুংশিনা থম্না মনাই শিষ্যগী মথোল তাবদা হৌগংতুনা থোঙ হাংডি । [৮৯] থোঙকুনা মাঙোলদা লেপই চীংলেনগ্নানা ওহ্বাবু হায়হুনা খুরুম্মী । ব্রজবাশীনা সনা ইবুঙো অথেংবা অহিও অসিদা কৈদৌবা লাকই । চীংলেনগ্নানা ওহ্বাবু হয়েং লান্দা লেংগনি তাএবু অচুম্বা । মীনা পংঙাং ভাংনত্রা অচুম্বা অসেংবা ওইরবদি নচাও ইজগনি ব্রজবাসীনা তসেংবনি ইবুঙো অহুদি ওহ্বাবু ননাই থৌগন ইজবা তারে সেবা তৌজগে পাওনা মেঙ্গোরনা সনা ইবুঙো লাল চংপা য়াওগদু । [৯১] হুন্দকী সরকারগী লাল অসি মজল লৈগনি নিংদে অহুনা য়ুমদা লৈহুনা ইমাগী সেবা তৌহুনা গোবিন্দ নাম শোন্দুনা লৈয় । চীংলেনগ্নানা তাকপিন্নিবা অহু ইজবা ভম্মোয় গুরু থৌগন ইন্দুনা লাল চংপা য়াওজগনি । [৯২] হয়া হয়া থাখদা য়াম্বা লৌখিন্নে য়ারোয়দৌবা উবদা ব্রজবাশীনা চেংনা কোম্বুনা চুপই । চীংলেনগ্না থাজী বিত্যাসে লোয়না

বিদায় করিয়া তুহে বিশ্রাম করিল।
গোবিন্দ স্মরিয়া তুহে শয়ন রহিল॥ (৯৩)
প্রভাতে নৈরে উঠে গুরু কৃষ্ণ স্মরি।
প্রাতকৃত ধাবনাদি সমাপণ করি।
প্রসাদ ভক্ষিয়া শেষে আচমন কৈল॥
তাম্বুল ভুঞ্জিয়া রাজা প্রসাদ পিন্ধিল (৯৪)
চিত্রবস্ত্র সেইধুটি কটিতে বান্ধিল।
রেশমীর বড় জামা অঙ্গেতে পৈড়িল॥
ডানে বামে দুইখড়্গ যতনে গুজিল।
লমথাং নাম পাগুরি মস্তকে ধরিল। [৯৫]
জয়পত্র ধ্বজ শিরো পরেতে শোভিল।
নিজাসনে বসিতবে গুরুধ্যান কৈল।
গোবিন্দ স্মরিয়া বীর সাধন করিয়ে॥
অগ্নিকোনে নিজমৃত্যু সাক্ষাত দেখিয়ে (৯৬)

ভ্রমহয়া ব্রজবাসি গোবিন্দ স্মরিয়ে।
পশ্চার্দ্ধ গুরুস্মরি সাধন করিয়ে॥
সেকালে তেমত হৈল কিছু ভিন্ন নহে।
পুনঃ স্মরি তিনবার একমাত্র তাহে॥ (৯৭)
কৃষ্ণ কৃষ্ণ বলি মেজঃ অধর দংশিল।
কিবাচিন্তা রনমৃত্যু লিখিল কপাল॥
এইভাবি ব্রজবাসি স্বদাসী ডাকিয়া।
শুনপ্রিয়ে এবার সমরে মৃত্যুহয়॥ [৯৮]
স্বধর্ম্ম রাখিয়া আমি সম্মুখে মরিব॥
কিবাআছে কৃষ্ণবিনা কৃষ্ণসে রাজ্য॥
কৃষ্ণবিনা কেহনাই মরণ সময়ে।
ভাইবন্ধু স্বকুটুম্ব পরিবার চয়ে॥ [৯৯]
মৈলে যদি শ্মশানেতে টানিয়া ফেলিবে।
হরিনাম ভরি শ্রীগুরু কণ্ডারি হবে॥

খাত্তনা তম্বী হৈদে হায়বা মরমদলী খর থাকই ইপানা থাকলিবা অথুপ্পা অসি ওসি ফংজরো [৯৩] অসি হায়নরগা থাং লৌথোকউদ্না পাইনরগা খাকলম্বা বিত্তা পুম্নমক লোয়না তম্বীগী অদ্গা হল্লো হায়দুনা বিদায় পিদ্না হনখিদ্না যুমদা লোল্লা চঙদুনা চীংলেনল্লা লোৎখাখি। ব্রজবাশীসু গোবিন্দ শরনি তৌদুনা পোৎখাম্রে। [৯৪] নোংভালবদা গুরুকৃষ্ণ শরনি তৌদুনা হৌগত্তনা প্রাতগী ক্রীয়া কর্ম্ম লোইদুনা প্রসাদি মপুংকানা ফংদুনা শুদ্ধ আচমন তৌরে। কর্পূর তাম্বুল হাদুনা নিংথৌনা পিনরকপা মনাফি শেৎলে। [৯৫] থামেন চপ্পা শেৎলি রেশোন ফুরিৎ শাইজোমবা শিৎলি য়েংথাং ওইথাং য়াল্লে লমথাং খুৎল্লক য়েংলে অঙকপা ফঙনা কজৈ পকচৈ। [৯৬) লানভম ফিরাম ধ্বজ পত্র পজেং ফিরান তোম্নানবা ১১ থেৎলে। অসুম্না অলঙ্কায় লোয়রবদা ফমকমদা ফমলগা নিজ গুরুদেবা গোবিন্দ শরনি তৌদুনা ধ্যান তৌদুনা য়েঙবদা মৈরম পাঙবদা মৃত্তীকা মকম উরে। ॥৯৭॥ অমুক মিং পাংথোক্লগা গোবিন্দ নিজ গুরুদেব শরনি তৌদুনা ধ্যান সাধোন তৌদুনা য়েংঙি অদ্দগু অদুমঙায়রে অমা হোৎবা নৈত্রে অদুগীতুংদা অমুকসু য়েংজবদা অদু মঙাইরে। অদুদক গুরবদা (৯৮) কৃষ্ণকৃষ্ণ শোন্দুনা পাওনা মেজোর থাচিকই। অদুগা থনথবদা হেমন লান্দ শিবগীদমক করি য়ারি, লাইবকনা তমবনি। অসি খল্লগা মনাই তুপি হেমলতা য়েংদুনা হায়রকই তাও প্রিয়ে হংদক্তি লাল অসি ঐগী মৃতুনি লাকলরোই ঐসে॥ (৯৯) ঐগী ক্ষেত্রী ধর্ম্ম ভাকুনা থল্লায় থংনম্বাই হে প্রিয়ে সংসার অসিদা কৃষ্ণ নত্তনা কনা নৈগদগে শ্রীগোবিন্দনা মকপনি শিরবদা ইবুঙো নত্তনা ... নৈরবা রাজ তৌজিক নৈরিবা মরুপ মপাং ইচিন ইনাও পম্নমক অসে॥ (১০০) শিরবদগি

জনমে অবশ্য মৃত্যু না যায় খণ্ডণ ।
দুঃখ নাভাবিহ প্রিয়ে আমার কারণ ॥১০০॥
কৃষ্ণস্মরি বহপ্রিয়ে সঙ্গে পুত্রগণ ।
হেমলতা শুনিতবে পতির বচন ॥
সতী অতি পতিব্রতা উঠীলা সত্বর ।
পতি প্রদক্ষিণ করি বন্দে বার বার ॥১০১॥
শুনপ্রভু প্রাননাথ কহিয়ে আমার ।
সম্মুখ সংগ্রামে কভু বিমুখ নাকর ।
স্ত্রীপুত্র বান্ধবাদি যেনাকর স্মরন ।
জয় পরাজয় এইবিধাতা লিখন । [১০২]
শুনিহর্ষে জয় ধ্বনি করিল মেজর ।
কৃষ্ণ বলি ধরদেখি গৃহের বাহির ।
রাজাজ্ঞাতে প্রতিদ্বারে মঙ্গল করিল ।
ঘটাদি স্থাপন করি প্রদীপ জ্বালিল [১০৩]

চতুর্দ্দোলে চড়িয়েঙ্গঃ রাজপুরে এল ।
নমিয়া রাজার পদে প্রনাম করিল ।
রাজাকহে ব্রজবাসি এই পুরন্দরে ।
এই মণিপুর দেশ রাখহ আপনে ॥ (১০৪)
কেমনে সপির দেশ বিধর্ম্ম ম্লেচ্ছেতে ।
লেয় বলি কেয়ে খণি শ্রীরাধা গোবিন্দ ॥
নিজপ্রাণ সমর্পিয় শ্রীরাধা গোবিন্দে ।
প্রানদিয়া রক্ষাকর গোব্রাহ্মণ বৃন্দে ॥ (১০৫)
কান্দি কহে ব্রজবাসি শুনিয় রাজণ ।
শ্রীগোবিন্দ রক্ষা লাগি তেজিব জীবণ ॥
যতপ্রান ততরহি রাখিব যতণ ।
মরিলে নাজাণি প্রভু কেমন কারণ (১০৬)
যতক্ষণ প্রাণ রহে দেহেতে আমার ।
যুঝিব ততক্ষণ আমি রক্ষাতে দেশের ॥

লংথোকলগা চংখিগদবনি কুক্কী নাম্না হি ওইদুনা শ্রীগুরুনা হিরানবা ওইদুনা লানবিগদবনি অদুগা পোক্লবদি শিব হায়বসে চেনবদা হিংবনি। মরম অসিনা ঐগীদমক নঙনা রারুগদু ॥ (১০১) কুক্কী নাম শোন্দুনা গোবিন্দগী সেবা তৌদুনা নচা য়োকুনা লৈহৌখো। মবুডোগী মা অসি তাবদা হেমলতা মহা সতি চিঙনা য়েঙজরগা হৌগৎলুনা য়েং ওইননা কোয়রগা হয়া হয়া খুরুম্নি ॥ (১০২) খুৎ য়োয়দুনা হন্জংলি তাদিবু প্রাননাথ ইবুঙো মায়োকননা লান পানরকপদা হন্দুনা চেনরিগদু মমদা ইচা ইও লৈহৌই খনবিগদু ময় ওইবা ওইদবা অসিদি বিধাতাগী নোঙদমনি। অসি হায়দুনা খুরুম্নী ॥ (১০৩) অদুতাবদা হরাওদুনা জয় ধ্বনি লাওই। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা য়েংকী মর য়েংদুনা যাত্রা তৌরক্নে নিংথৌগী য়াথঙদগী থোঙাল খুদিঙদা থোংলাংদুনা ধুপ থাঙমৈ থান্দুনা মঙ্গল তৌনখি ॥ (১০৪) দোলাই তোঙদুনা লাক্লগা ক্ষোমুং য়ৌবদা কুমথদুনা মনা মাংদা চঙদুনা খুরুম্নী কুলচন্দ্র নিংথৌনা ব্রজবাসি মেজোর হন্দকী অকনবা লান অসিদগী মণিপুর অসি ঙাকউকো ॥ (১০৫) ধর্ম্ম ভিন্নদবা সাহেপ মথুরাক্তা ইলায় লায়না পিথোকখিগদবা খনবদা থরায় পুরা ঙমখিদ্রে অদুনা মেজোর নথরায় ৫দু রাধা গোবিন্দদা কৎথোকুনা মুপী অঙাং মগ ব্রাহ্মন কনু ॥ (১০৬) অদুতাবদা ব্রজবাসি পাওনানা কপ্পুনা হন্জংলি মহারাজ ইবুঙো ননাইনা গোবিন্দ রক্ষাগীদমক থরায় য়োঙগে ননাইগী জীবা হিংলিবামখৈদি ঙাকচগে অদুগা ননাইনা শিগ্রবদি থঙজবা ঙমদ্রেদো ॥ [১০৭] অদুগা ননাইনা রাশক্লবনি ননাইগী প্রাননা দেহদা লৈরিবা অতকী মথে মরৈ তৌদনা প্রান পাজগে মণিপুর ঙাকচগে অসি হায়দুনা খুরুম্নী অদুগী তুংদা বিদায় লৌরগা গোবিন্দগী মন্দিরদা

শুনি সচকিত মাতা পুত্র করি কুলে।
দুগ্ধমুখ শিশু তুমি কিবাক্য বলিলে॥ [১১৪]
এইরনে বীরগণে সকল ভাঙ্গিল।
সামন্তের রথ নাহি মরিবে সকল॥
পিতৃহীণ শিশুবল নারহি তোমাক।
কেনে এতগর্ব্ব কর অবুঝ বালক॥ [১১৫]
পুত্রকহে শুণমাতা এসত্য বচণ।
তথাপি ক্ষেত্রিয় ধর্ম্ম পালিব যতণ॥
রণভূমি ধণলক্ষি মাতার সেবণ।
প্রাণনাথ শ্রীগোবিন্দে প্রানাদি অর্পণ॥ (১১৬)
জিয়েভাল মৈল্যেভাল বিধাতা লিখিল
পুণঃজন্ম পুণঃমৃত্যু দৈবের ঘটিল॥
আজিকিম্বা কালিকিম্বা শুণ মাতাদেবী।
জন্মিলেণ নিশ্চয় মরিলেণ জিবী॥ (১১৭)

কিবামাতা কিবাপিতা ভাই বন্ধু নাই।
শ্রীগোবিন্দ নাম ছাড়ি থাকিয়া রাখই॥
এদেশ রক্ষায় লাগি তেজিব জীবণ।
পিতৃ পিতামহ মাণ রাখিব আপণ॥ (১১৮)
এইরণে নামমিলে শতেক বৎসর।
নিশ্চয় মরণ হবে নাহি পারাবার॥
জীবণ মরণ লাগি নাগুনিয় মনে।
মণসুখে বিদায়দেও পুত্রের কারনে॥ (১১৯)
ইবোলিয়া মাতার পদে পুণঃ প্রণমিল।
তাদেখি ঝুলোনখোম্বী অনেক কান্দিল॥
পুত্রের এসত্য জাণি বিদায় দিলেণ।
তোরবাঞ্ছা শ্রীগোবিন্দে করৌক পুরণ॥(১২০)
কান্দিতে কান্দিতে মাতা করিল রন্ধণ।
মাতাসঙ্গে চিংলেণম্বা আনন্দে ভোজণ।

কায়হুনা চেম্নরি য়ায়া চাওবা লাঙ্গাওনি তুম্না শিগত্রা থম্নরি। নহাক্তি নপাবুং লৈত্তদবা অহুগা নপাঙ্গল মপুং কাগ্রিবা অঙাংনি অহুদা কম্বিগী পঙছনা নাপন কাম্নিবনো॥ (১১৬) অহুতাবদা চীংলেনম্বা মচানা ইমা তাকপিম্নিবা অসি অচুম্বা ওাকনি। অহুমদি ওইবদা ক্ষেত্রি মচানিদো অহুনা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম হায়বসি ওাকদবনি। লান্দা জয় তুইরক্রবদি মিংচংসু চাওগনি মুংডাইনা ইমাগী সেবা তৌগনি। অহুনা গোবিন্দদা আম্মা কংথোকম থোকই॥ (১১৭) শিরে করে চংলে করে ব্রহ্মাগী নোমদমনি হুম্না পোকই হম্না শি, অসি লাইনা তৌবনি। অশিবগী মপোকনি ওসি হয়েং খওদবা পুনসিনীনে ইমা। পোক্রবদি জিব হায়বসে শোয়দনা শিগদবনি॥ (১১৮) সংসার অসিদা কনানা ইমানো কনানা ইপানো মরুপ মপাংনা কনানো অরেম্বনি গোবিন্দতনা অরেপ্পনি মাগী নাম শোন্দুনা মাগী লৈপাক ওাকনবগীদমক থরায় থাবা মথক্তা হৌখিবা গুরুজনগী সনমান ভাকপা অসি পাম্মী (১১৯) হন্দকী লান অসিদা শিহৌত্রগা অমর ওইগদবা লৈতে চহি ১০০ গী মনুংদা শোয়দনা শিগদবনি চেনকম লৈবনত্তে শোয়দনা শিগদবনি। অহুনা ইমানা শিব হিংবগী য়াদা থনবীগমু হয়াও হয়াও বিদায় পিমু। (১২০) অসি হায়রগা পোক্রবী মমাদা থুরুমহুনা বিদায় নি। মচাগী মওং মত্তো উবদা ঝুলোন খোম্বী মমাশীজ মথৈ লৈতনা কপত্রে। মুম্না থম্নগা মচাগী য়ারোইদৌবা উবদা বিদায় পিরে ইমাগী ইবুঙো চীংলেনম্বা ননিংথুজেরো ইচানা নিংবা পুক্লিং গোবিন্দনা লেপনা পিনরসমু। (১২১) অহুগী তুংদা কপা কয়া চাক থোংহনা চাকলুক অমদা পুম্না হাপলে মবুডোদা কংম্নগা মমাগা নচাগা পুম্না চাক চামিরৈ। অহুদগী প্রসাদি কংবা লোয়বদা তত্ত্ব আচমোন তৌহনা

ভূষণ সমাপি রণ বেশ্ম পৈচিলেণ
রাজবংশ যুগ্যবেশ শিঙ্গিল তখণ ॥ (১২১)
মাতা প্রদক্ষিণ করি চরনামৃত নিল।
চরনের ধূলিলয়া শিরেতে ছুঁইল ॥
প্রণমি শ্রীনন্দের নন্দনে বহুবার।
ভূবণমোহণ শ্রীবদণ শোভা যার ॥ (১২২)
করে বেনু বিলসিত সতত যাহার।
গজেন্দ্র নিন্দিত গতি ভঙ্গি মনোহর ॥
শ্রীঅঙ্গে শোভিত পীত বসন উজোর।
ত্রিভঙ্গ সুন্দর কলেবর ঠাম যার ॥ (১২৩)
অমূল্য রতণ বিভূষণ শোভে তাহে।
নখরচে কত সুধাকর গনে মোহে ॥
এরূপ স্মরণ করি শ্রীগোবিন্দ বলি।
শুভ দণ্ডে স্বর চাই যাত্রাকরি চলি ॥ (১২৪)

পুত্র অনুব্রজি সতী বাহির হইল।
পূর্ব্বে নিত্যানন্দ প্রভু সে স্থানে রহিল ॥
প্রভুনাম লৈয়া সেই নিত্যাই পাত থৈল।
তাহার কনাতে বসি চাইয়া রহিল ॥ [১২৫]
মেঙ্গরা গমন দেখি পুত্রহস্তে ধরি।
ব্রজবাসি আগে এলা সমাদর করি ॥
শুন ব্রজবাসি পুত্র তোমারে অর্পিল।
চন্দ্রসূর্য্য সমপুত্র তোমারে অর্পিল ॥ [১২৬]
আজ হৈতে মোর নহে তোরপুত্র হৈল।
ক্ষত্রিধর্ম্ম অনুসারে এবে তুমি পাল ॥
শুনিমেঙ্গঃ দোলোহৈতে নামিয়া তখণ।
যেআজ্ঞা বলিয়া তারে কুলেতে লিলেন [১২৭]
আজহৈতে পুত্রপায়া নাচি বাহু তুলি।
জয়রে জয়রে বোলি আলিঙ্গন তুলি ॥

কর্পূর তাম্বুল হারগা কমফমদা ফমদুনা অলঙ্কার হোংলকই নিংথৌ মচা অমনা লাল চংপদা সেংকদবা ফিজেং লৈতেঙ তৌরে। (১২২) অদুগা পোক্লবী মমাপীজবু য়েংগইননা কোইদুনা খুরুমলে চরণামৃত লোদুনা থক্লে চরণগী ধূলিনা মশাদা লৈতেংজরে। অদুগীতুংদা নন্দনন্দন গোবিন্দবু কমফমদা ফমদুনা খরনি তৌরকই।

(১২৩) ইবুঙোগী খুৎতা বেনু পায়রবা, লেংথোক্লকপদা লোংশাগুম্বা ভঙ্গিনা পুক্রিং হুবা, খংদা থোনবা সনাফিগেনা নোংথাংগুম্বা ভানবা মথেক অদুম্না লৈতেংবা। (১২৪) মমল নাইদবা রতন খিবিকনা লৈতেংবা, খুজিনগী মতাম্না থাবু মকহনবা অদুগুম্বা গোবিন্দগী মূর্ত্তিবু মাংদা চিংশিন্দুনা খরনি তৌজরগা, স্বর পুক্কম য়েংদুনা যাত্রা তৌরক্লে ॥ (১২৫) মমা ইবেম্মা খংলোনথোম্বী লৈহৌবা ভমদদুনা মচাগী তুং ইন্দুনা লাকই। অদুউে মারজিৎ মম্নাং গুম্বা নিংথৌ স্নাহাক্তক্তা অম্নাগী লাজাও থোকখিদুনা চহি তরেৎ খুম্নাকপদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা থাঙ্গপাৎ চিথেক অদুদা লেংশিন্দুনা লৈখি অদুদগী গম্ভিরসিংনা পানবা কান্দা ইবুঙোবু কওদুনা সেবা অমুক চংখি "ইবুঙোনা লৈরম্মী হায়দুনা মকম অদুবু নিত্যাইপাৎ চিথেক কৌনখি। কোম্নগুগী সঙ্কোং পাত্তবদনি অদুগুম্বা মকম অদুদা মেঙ্গোর লাকপা ভাইদুনা লৈখি। [১২৬] ব্রজবাসি মেঙ্গোর লাকপা উবদা খংলোনথোম্বী মমানা মচাগী খুজেং পায়দুনা চংলকই। চেকয়ানক্না লেপ্নগা হাঙ্গৈরকই ব্রজবাসি মেঙ্গোর লান্দা থৌবা ইবুঙো অহিংদা থা ওইনা মুংখিন্না জুমিং ওইনা থমজবা ইচানি ওসি মেঙ্গোরদা পিম্নগে। (১২৭) নহানমথৈ ঐগী ওইরম্মি ওসিদগী মেঙ্গোরগী ওইখিগ্রে ক্ষেত্রী ধর্ম্মগী মতুং ইন্দুনা য়োকখ্রো

জয়জয় শ্রীগোবিন্দ পুণঃ যাত্রা কৈল ।
চলিলে চলিতে লিলোং অমণি পাইল [১২৮]
হাওগ যে গ্রামে আছে ইন্দ্রদেব রাজা
মন্দির প্রবেশি মেক্ষর করিলেক পুজা ॥
স্বর্ণরৌপ্য দান করি মঙ্গল মাগিল ।
প্রণমিয়া পুনঃ যাত্রা সত্বরে চলিল ॥ (১২৯)
থৌবান গ্রামকে পায়া সৈন্য গড়েএলা ।
হাওব্যা অঙাহনমেক্ষঃ লোংজায়া পোইলা ॥
মাইপাক রাথৈপতি চোংথা অয়াপুরেন ।
ইত্যাদি অনেক সৈন্য সেস্থানে রহেন (১৩০)
কুলাকুলি করিসভে কৈল ব্যবহার ।
ব্রজবাসি বলে শুন বচণ আমার ॥
অগ্রেযাই ম্লেচ্ছসনে সমর করিব ।
মোরসৈন্য অস্ত্র ক্ষীণ বড়দুঃখ পাব ॥ (৩১)

তপদেহ স্নেহকরি সমাজ সকল ।
রাথৈকহে অগ্রবুদ্ধি মোরা নাকহিল ।
অগ্রযাই তুপবন্ধ উচিত না হৈল ।
এতকহি মাণিকালে তপনাদ্দি দিল ॥ (১৩২)
পুণাসি, অথোকপা গ্রামে পাইল মেক্ষর ।
য়েখোয়বা মেক্ষরাদি আছে বহুতর ॥
রণের সকল বার্ত্তা পুছিল সভারে ।
সভেমেলি যুদ্ধলাগি করিল বিচারে ॥১৩৩॥
ব্রজবাসি বলে মেক্ষরসঙ্গে সৈন্যগণ ।
তুমিআমি আগেকরি প্রবেশিব রণ ॥
য়েখোয়বা বলে আমি আগে দেখাইল ।
সরকার বহুসৈন্য রণে পাইত্তুল ॥১৩৪॥
রণবাঞ্ছা নাহি আমি পালাই জীবন ।
তুমিযায়া যুদ্ধকর অগ্রেতে গমন ॥

অদু তাবা অমসুং উবদা পাওনা মেক্ষোর দোলায়দগী কুমথহুনা থুজেং গুরুগা চেংমা কোন্দুনা ঐগী ওইজরগে রোশিনখি গুরুগা শিষ্যগা মপু মনায়গী প্রেম অঙকপনি। (১২৮) মসিদগী ইচা কংজয়ে হায়হুনা পাম্মোম থাজংতুনা জগোয় শায় গোবিন্দনা জয় ওইরে হায়হুনা হয়া হয়া কোল্লি। অদুদগী গোবিন্দ নাম শোন্দুনা দোলায়দাকাথ্রে শগোল তোঙহুনা চিংলেনয়া থৌগন ইনথ্রে। অমুয়া লাকুনা লিলোঙ য়োরে। [১২৯] অদুদগী হায়থরকুনা হাওগা শোরাম্নেম য়ৌবদা দোলায়দগী কুমথহুনা স্রোরারেনগী লায়শংদা চঙহুনা গুমজবা সনা লুপা কৎতুনা থুরুম্মী অদুদগী যাত্রা তৌহুনা লাকপনা থৌবান য়োরে। [১৩০] খুংলায় থম্মীবা গোম মকমদা চঙলকই। খুংলায় সেন্নহুনা হাওবম অঙাহন মেক্ষোর লোঙজায়া পোইলা রাথৈরাকপা মায়পাক চোংথা অয়াংপুরেম্না চিংহুনা খুংলায় সেম্নাদুনা লৈরম্মী। [১৩১] পাওনা মোক্ষোর উবদা কোম্ন পায়নদুনা বেভার তৌনৈ ৱারী শানৈ। অদুগী তুংদা ব্রজবাসীনা হায়রকই সাহেপকা লোয়নদুনা মাংজিন থওনা লান পানবা তায় অদুদা ঐখোয়গী তেঙ্গোল অসি খুংলায় রাংপদগী অরাবা ওইবা তায়। [১৩২] ময়ায়া মুংশিন্দিদুনা তোপ পিনৌ হায়দুনা খুংলায় লিয়ে। অদু তাবদা রাথৈরাকপনা ব্রজবাসী চিনথওনা লাল চংঙু ঐখোয়না হায়বা নত্তে হায়দে অদুগা চিনথওবনা তোপ পুবা হৌনদে অসি হায়দুনা তোপ অমা কাওবা পিখিত্রে। [১৩৩) অদুদগী তম্না হায়থরকুনা পাওনা অথোকপম য়োরে মকম অদুদা য়েংখোয়বা জেক্ষোরনচিংদুনা মণিপুরগী সুবিদার মেক্ষোর কয়া লৈরম্মী অদুগা উনদুনা লালগী পাও হঙদুবা চেকশিনবা রা তানৈ।

ব্রজবাসি কহে মেঙ্গ এ কেমন কথা ।
বীরমধ্যে গনিতুমি পণ্ডিত সর্ব্বথা ॥১৩৫
যুদ্ধাপতি আগুহয়া পিছে যাব সৈন্ত ।
শুরগণ প্রাণপণে যুদ্ধে অগ্রগণ্য ॥
তাহানাহি কৈলে কৈছে যুদ্ধেহবে জয়ে ।
সভার ভিতরে মেঙ্গ এতেক বলয়ে ॥১৩৬॥
তাহাশুনি য়েংখোয়বা কহিতে লাগিল ।
কালুকা মেঙ্গরহয়া এতগর্ব্ব কৈল ॥
কারাঘর হৈতে মুক্ত বহুদিন নয় ।
শক্তিযদি থাকে তবে লোকে কেনেকয় ॥ ৩৭
তুমিঅগ্রে চলিযাও সরকার রণে ।
তাশুনি পাওনা বলে আরক্ত লোচনে ॥
বিপক্ষের যুদ্ধ থাকু উঠহ এখণ ।
রঙ্গেচাউ সভালোক তুমি আমি রণ ॥১৩৮॥

এতবলি কক্ষহৈতে খড়্গটানি নিলে ।
তাহাদেখি য়েংখোইবা কিছু নাহি বলে ॥
দেখি বিষ্ণুপ্রিয়া কালা রাজা নিবেধিল ।
একমনে একত্রেতে মিলিয়া সকল ॥ (১৩৯)
এদেশ রক্ষার লাগি সাজিবে যতণ ।
তাহা না করিয়া কেণে কলহ করেণ ॥
কথাশুণি দুইজণ লজ্জিত হইল ।
স্থির করাইয়া দুহে কুলাকুলি কৈল ॥ (১৪০)
পুণঃযাত্রা করিবাংজিং গ্রাম গড়েএলা ।
চোংথার সহিতে তাহা বিচার করিলা ॥
চোংথা মেঙ্গরের সৈন্য ছয়শত জন ।
আর ব্রজবাসি সৈন্ত শাতশতজণ ॥ (১৪২)
হাজারেক তিনশত একত্র করিয়া ।
যাত্রা করি আইলেণ গোবিন্দ বলিয়া ॥

(১৩৪) ব্রজবাসিনা য়েংখোইবা মেঙ্গোর য়েংহুনা হায়রকই। মেঙ্গোর লৈরবা য়াম্না কয়ে হৌজিক্তি ঐখোয় ২ শুরে পক্তিন থংনা লান চংলসি। য়েংখোইবনা ব্রজবাসি অহানবদা পক্লেন্দা সরকারগা থেংনরুরবনি থক্তিক থরাক য়াম্বা তেঙ্গোল নত্তে। (৩৫) অহুনা হৌজিক ঐ লান তৌগে নিংত্রে থরায় শিত্রেগা লোয়রে থন্দুনা চেল্লরুবনি অহুগা ঐবু হৌরগনু লাইবক য়েংগে হায়রগা মাং থাহুনা চংখো অদু তাবদা ব্রজবাসি পাওনানা মেঙ্গোর রা অদুদি করি রা কৌবগে তাবদা ঙকই। মেঙ্গোরদি মণিপুর অসিগী অচৌবা সেনাপতি ১ নি লাল্দা লমবা লৈতবা মেঙ্গোরনি॥ (৩৬) যুদ্ধাপতিগুইবা মেঙ্গোর সেনপাতিনা মাংদা থারগা অদুগী তুংদা নচা ননাই অথোবা থিবিক্লা তুং ইন্নুনা লান থেংনগদবনি, অহু নত্রবদি কদায়দগী লান জয় ওইবা ভমগদগে অসি হায়রুনা লোমা তাম্রবা নত্তনা কোংনা লৈপাক মাংদা হায়। (১৩৭) অহু তবাদা য়েংখোইবনা ইকায় মুংশি য়াম্রখিহুনা, শাওনা খুম্মকই। ভরাংদা মেঙ্গার ওইরগা নাপল তৌরেদা জেল্দগী থাবগু কুইত্রিবা নহাকন, নাপাঙ্গল লৈরগা মাং থাহুনা অহুম চংখো করিগী মী হৌবগে। (১৩৮) মাং থাহুনা সরকারগা লান থেংনৌ কনানসু থিওলোই। অহু তাবদা পাওনা শাওখিবনা মিৎ ঙাঙহুনা য়েরবগা লান পানবদি লাইরি নঙ্গা ঐগা হাননা লান পাখিসি হৌগংলু লৈপাক্লা কুশৈ য়েংসনু। (১৩৯) মসি হায়রগা থাং শত্রুনা লেপই। অহু উবদা য়েংখোইবা রা অমা খুমদনা মুলুহুনা লৈত্রে। মহু উবদা থাংগুবোক নিংথৌ কালরাজনা থাম্মি করিনৌ তৌরিবা অসে পকচেল অমত্তা ওইনা তরহুনা। (১৪০) লৈপাক অসি ভাকদবদা অহুদি তৌদনা করিগী থংনরিবনৌ অত্তাংগুম্না। অহু

ঐছেণ চলিয়া পাই খোংযোমের স্থাণ।
ভালমন্দ বিচারিয়া দেখে গড়স্থাণ [১৪১]
কালা রাজাতে পাওনা কহেন বচণ।
তুমিবৃদ্ধ সর্ব্বজাণ কহ ভাল স্থাণ ॥]
ভালবলি তুহমিলি দেখে গড় স্থল।
বিচারিয়া নাহি পাই একগুড স্থল (১৪৩)
চৌদিগে বেড়িয়া দেখে কুস্থাটি চাহিয়া।
স্থাণ নাপাইয়া তুহে তখণে ফিরিয়া ॥
এথা চোংথা তুহবাক্য কিছু না রাখিয়া।
নদীতীরে গড়কৈল সকল মিলিয়া [১৪৪]
তুহা ফিরি দেখিকালে নর বেহ শৈল।
শুণমিয়া মোরা যাই দেখি গড় স্থল ॥
মোরাবাক্য নারাখিয়া কেনে গড়কৈলা।
পূর্ব্বে গরিবনিয়াজ শাপক আছিলা ॥ [১৪৫]

নামমধ্যে যবশব্দ অক্ষর আসয়ে ॥
শুনি চোংথা মৌনেরঙ্গ লজ্জিত হিয়ায়ে ॥
মাণনীয়া হেতু মেঙ্গু আর আনন্দয়।
মণিপুর জয়হেতু নির্ব্বন্ধ আছয় ॥ [১৪৬]
দৈবাধীণ জগৎসর্ব্ব লোকে কিছুগায়।
দৈবের নির্ব্বন্ধ কেবা পারিবে খণ্ডায় ॥
সেতু উপরে পাওনা রহে খড়্গধরি।
ছয়না করিহ বলি নাদে উচ্চকরি ॥ [১৪৭]
এথা মণিপুর পুরে উৎপাত অপার।
বৈশাখের ত্রয়োদশী দিণ বধবার।
মধ্যাণ্ন সময়ে এক অদ্ভুত হয়েণ।
বশিষ্টের নৈঋতে নাম সুংযুংবিস্থাণ [১৪৮]
আকাশ হৈতে বিজয় বাণার সহিতে।
একরথ পতিত হৈলেণ আচম্বিতে ॥

তাবদা অনিমক ইকায়খিবনা মাইথাংগ্রে মমৈয়ওদা হনথনররক্তুনা কোয়হুনা প্রেম তৌনৈ ॥ (১৪১) অহুলগী যাত্রা তৌহুনা হাইথরকপা অহুনা রাওজিও গোর য়ৌহুনা চোংথা মিয়া মেঙ্গোরগা উনহুনা য়া তায়বদা লান চংবা লেপ্নরে চোংথা মেঙ্গোরগী তেঙ্গোলনা (৬০০) চাতরুকনি। পাওনা মেঙ্গোরগী তেঙ্গোলনা [৭০০] চাতরেংনি। [১৪২] অনিনা পুন্নগা [১৩০০] লিশিং ১গা চহমনি। অসি পুহুনা পাওনা চোংথা মেঙ্গোর ২ গোবিন্দ নাম শোন্দুনা যাত্রা তৌহুনা ল্যাকপনা খোমজোম য়ৌরে অহুগা তেঙ্গোল টৈপনা গোর সানবা মকম য়েংজি ॥ [১৪৩] রজবাসিনা হালয়াম য়েহুনা হংজকই। মণিপুর অসিদা কুইনা পুন্সিরবা অহননি অফবা করবা থওনয়নি তেঙ্গোল অসি কদায়দা সাসিগে অহু তাবদা খাওবোক নিংথৌ কাল রাজনা মেঙ্গুর অহুদি থিকসি হায়হুনা মখোয় ২না থিরকপদা অকবা কংগ্রে। (১৪৪) মায়গৈ ৪ দা কোইহুনা লানগী লৈচিন য়েংহুনা তেঙ্গোল শাফম অ-রবা মকম কনদহুনা হন্নরে। অসোমদা চোংথামিয়া মেঙ্গরনা মখোই অনিনা হন্নকপা চা-রদনা খোমজোম তুরেন মপান্দা গোড় শারগ্রে। (১৪৫) পাওনা কালরাজ অনিনা হন্নকপদা গোর সারবা উবদা ওকুনা পাওনা মেঙ্গোরনা চোংথা মেঙ্গোর ঐখোয় অনিনা গোর শাফম থি-গ্রিদৈদা ঐখোয়গী য়া তায়দনা কন্নিগী গোর শারহগে মকম অসিদি গরিবনিয়াজগী শাপ লৈবা লমনি। (১৪৬) নম অসিগী মীংস্তু যম তাবা লমনি। অদু তাবদা চোংথা মেঙ্গোর কর্ম্মনা লানয়নি না ইকাইয়ুনা য়া চাংগ্রিরে। মমানয়বা মেঙ্গোর ১ না তৌরহ্য কর্ম্মনিনা বেচায় চাকুবা য়াদ-রদগী পাওনা মেঙ্গোর মথা তান্না য়াং চাংখিরে মণিপুর মানবগী যৌরাং যৌরবনি।

শনৈশনৈ নিপাতিত দেখে সর্বজন।
পৃথ্বি শর্শিতে বাকি বহু পরিমাণ ॥ (১৪৯)
অন্তর্দ্ধা্ন হৈল রথ বিস্ময় সকল।
পণ্ডিত সকল ডাকি নৃপতি পুছিল ॥
পণ্ডিতেরা নিবেদিল শুনহ রাজন।
এদেশের উপদ্রব অদ্ভুত লক্ষণ ॥ (১৫০)
পিতামহ ঘরিষ্ঠের রথ যে ময়াঙ্গা।
আগে আসি নরঅস্ত্র পিছেতে মিলিব ॥
কোংখু কোংলে স্থানে হবে পুরাণ বচন।
একেরথ আগেপড়ে শুভের লক্ষণ ॥ (১৫১)
এইত বচণ যদি রাখৈ পণ্ডিৎ বলে।
করজোরে তাওরিয়া পণ্ডিত যে বলে ॥
"রামইন্দু বসুএক শাক শুভহয়।
রোধন করিতে রাজা কিছু কষ্টরয় ॥ (১৫২)
মালাধ্যক নিংথৌজাম্বা কহিল রাজারে।
পিতা চন্দ্রকীর্ত্তি আয়ু চল্লিশ বৎসরে ॥
এইশাকে পূর্ণহয় শুনহ রাজন।
শুনিয়োক শ্রুতাগণ পণ্ডিত বচণ ॥ (১৫৩)
পণ্ডিতের বাক্য মুদ্রা প্রহেলিকাময়।
ইহাতে নাহিক দোষ সাস্ত্রেতে কহয় ॥
অনাগত রামায়ণে বাল্মীক কহয়ে।
রাবণ ভয়েতে মুণিমুণ্ড নালিখয়ে ॥ (১৫৪)
সংগ্রাম মধ্যে রাবণ কিছু নিগ্রাহব।
সেইপ্রায় বলিলেন রাজে পণ্ডিৎসব ॥
সেদিনে কুজ্ঝটিকা সুর্যোতি নাবরণ।
মণিপুরের অমঙ্গল ঈশ্বর দিলেন। [১৫৫]
ওগা সরকার রণে প্রবেশ করিল।
খুনুদা গিরি হৈতে অস্ত্র কৌশি বিল ॥

(১৪৭) তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক সওসারগী কর্ম্ম অপুবাসে ঈশ্বরগী নোংমনি মীনা সেম্বা ১সুং ককপা ওম্বা নত্তে। চোওথা মেঙ্গোবগা নৈপাক মীয়ামগা তিন্দুনা সারিবা গোর শন অহগী মথক্ক পাওনা মেঙ্গোবনা থাং পায়হনা হন্দোক হঞ্জিন চংলগা কিগনু হায়না লাওই ॥ [১৪৮] অসিনা লানকগী রানি অসোমদা কোনুংদা তৌরকপা উংপাৎ অওকপনি। শজিবু থাগী ১৩ নি শানবা যুমজকৈশাদা ঝুমিৎ য়ুওবা মতমদা অওকপা অমা তৌরকই। পাখওবগী লাইশঙ অহগী মোইরাং শন্দোং পাংবা ঝুং য়ুম্বিদা। (১৪৯) অকাসদগী দোলাই অমা বিজয়বানা কিরান থেংতুনা তারকই। তপনা তারকপা অহ নৈপাক মীয়াম উনৈ য়েংনৈ। নৈপাক য়োংগদবা লম অমগী পরিমান রাং লিংওদা। (১৫০) অহুম উথিদ্রে মাংখ্রে। অহু উবদা নিংথৌনা পণ্ডিৎশিং কৌশিন্দুনা রা হংজি। পণ্ডিৎশিংনা হঙংলি মহারাজ ইবুঙো নৈপাক অসিগী উবদ্রোপ অওকপনি। (১৫১) ইবুধৌ পাখংবগী দোলাই ময়াম্বনি হৌজিক মানা হায়া লাক্লে, মতুংদা থুংলাই ৯ থ ওহনা তিন্নরগনি। কোংখু কোংলেন্দা তিনগনি হায়না পুরান্দ য়াওরি দোলায় হান্না লাক্লে অকবা খুত্তমনি। (১৫২) রাক্লোন অসি রাখৈ পণ্ডিতনা হঙংলি। অহগী তুংদা তাওরিয়া হিরও পণ্ডিতনা হঙংলি শোক ১৮১৩ শুবা কুম অসিদি য়াম্না অথুপ্পা মরম অমা লৈ অহুনা খিওবদা রাগনি। (১৫৩) অহুগী তুংদা নহারুপ লাকপা নিংথৌজাম্বনা হঙংলি মহারাজবু শ্রীযুৎ ঈশ্বর চন্দ্রকির্ত্তিগী চহি ৪০ শানগনি হায়নবা অদু। কুমসিকুম অসিদা শুরে হঙংলি। তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক পণ্ডিতশিংগী রা অসি অওকপনি। (১৫৪) পণ্ডিতশিং রাহৈ অসি অচুম্বা নত্তে প্রহেলিকানি করেমনবনি। অমহুং পাথোংজি

তেকচমগ্রাম পর্য্যন্ত বেড়িল সকল।
যতদূর দেখি তত সৈন্যময় হৈল॥ (১৫৬)
অশ্বয়ারা তুরুকেরা হৈলা মারুপ্রায়।
অন্যদিগে চয়োই গিরি অস্তিমে উঠয়॥
লাংগুথেগ গিরি আসি পাই খেজিংগিরি।
লামাস্থল গিরিগুহা রহে সরকারি॥ [১৫৭]
বিস্ময় পাই পাওনা মনেতে চিন্তিয়া।
আইস দুইজণ কহি সত্বরে ডাকিয়া॥
রাজাতে কহিয় তুরা যায়া দুইজণ।
এবার ম্লেচ্ছের সৈন্য বিস্ময় পায়েণ॥ (১৫৮)
অসংক্ষাত আইলেণ দেখিতে অপার।
আয়ুধ অধিক ম্লেচ্ছ হীণ মণিপুর॥
মণিপুর রাজ্যেশ্বর কুলচন্দ্র রায়ে।
হীণ ব্রজবাসি ভিক্ষা অকল পাতিয়ে॥[১৫৯]
একটা বমজার মাগি দেহগো আমারে।
স্ত্রীবাল বৃদ্ধক রোগী কারণ প্রকারে॥
প্রাণনাথ শ্রীগোবিন্দ সেবার কারণে।
বিলম্ব হইলে রাজা নাথায় সহনে॥ [১৬০]
খড়্গশুল মল্লদ্বারা সহিতে নারিল।
আজ্ঞাপাই ঘোড়াচড়ি সত্বরে চলিল॥
সাচাণ পক্ষির প্রায় পুরে প্রবেশিল।
প্রনামিয়া দুইজণ কহিল সকল॥ [১৬১]
বমজারেক মাগিয়াছে ব্রজবাসি বীর।
রাজা না কহিতে কহে কাণ্ডবা মেজর॥

অদুগি নিংথৌদা ওইদবা দুহক্সংলবদি দোষ লৈত্রা হায়গনি মহু দোষ লৈতে শাস্ত্রনা লাওরি। মাগী প্রমান অসেংবা ১ লেঙজগে বাম্মিক মুনিনা অনাগত পুরান রামায়ন লেঙবদা রাবন নিংথৌ কিবদগী রাবন শিগনিলেঙদে॥ [১৫৫] অদুগা খঙহনদবদি য়াদবনিনা রাবননা লানফমগী ময়াইদা পোৎথাদুনা তুমগনি হায়না লেঙডি। অদুগুম্না পণ্ডিৎশিংনা নিংথৌদা হঙ্গৎপনি। অদুগী মুমিৎ অসি লৈচিল্লা মরোন ৩ অদুম থাদুনা কুপথিদুনা মুমিৎ মশক উদে। মণিপুরগী অমঙ্গল অসি ঈশ্বরনা উৎপনি॥ [১৫৬] অসিনা কোনুঙদা তৌবা কর্ম্মনি। আসোমদা লানকমদা মণিপুর তেঙ্গোল পৈবা উবদা সরকার লাল চঙলক্লে। খুনুদা চিঙজিন্দগীনা লৌশিপাৎ থুংগ্রে। অদুদগীনা তেকচম খুঙ্গিন থেঙগ্রে অদুম য়েংথিরদা তেঙ্গোলমক্তা ডাইখ্রে। [১৫৭] শগোল তোংবা তুরুকশিংনা লাঙ্গাথা চেল্লিবদু পাংগুনদেম হুনবগুম্মী। অদুগা লাংগুথেন চীংদগী লাকপনা খেজিঙ চিঙ থনখ্রে চিঙখোং চিঙয়া লোকতাই পুন্নমক অসি সরকার সিকাই তেঙ্গোলনা থনখ্রে। ॥১৫৮॥ অদু উবদা পাওনা মেজোর অঙকপা ওইদুনা মুম্না খল্লগা থৌনা ফবা মুপা অনি কৌশিল্লগা লানবন থক্তা লেপ্পুনা য়েংহল্লি অদুগা মরোন তাকললকই। নথোয় অনিনা য়াঙনা চৎথিদুনা নিংথৌদা হঙ্গংলু উরিবা অসি অঙকপা কঙবা সরকার তেঙ্গোলনি। ॥১৫৯॥ অদুক য়াম্মী হায়নিংডাই লৈত্রে ইপাক ওইখ্রে অসিদা লান থেংনরকপদা থুংলায় সরকারনা হেল্লি ঐথোয়না বাংলে অদুনা মহারাজ ইবুঙো শ্রীযুত কুলচন্দ্র নিংথৌরেন্দা ননাই পাওনানা কিগাও শাদুনা ভিক্ষা নিজরি।
[১৬০] বমদিয়ার অমতং নিজরি ননাই পাওনাদা পিনবিরকউ। ননাইগী নত্তে গুপী অঙাং অসোন অনা তাকনবগীদমকনি অমসুং গোবিন্দগী সেবাগীদমকনি। অদুগা তপ্রবদি লান কাইখিবনা হানগনি। [১৬১] খাঙ্গ তাগা থেঙনবনা থাঙবা ওবা ওইরোই। অদুভাবগা উবগদা সগোল তোদুনা খুদু

বোমাণহি এই থাকু রক্ষিতে পুরের।
সমাধাণ নাহি বলি কহ স্থানে তার।[১৬২]
বিস্ময় হুইয়া রাজা মৌনেতে রহেণ।
দুইজন প্রেমধারা নৃপ নিরক্ষণ॥
উপায় নাদেখি দুহে ফিরিয়া আইল।
এথা সরকার সৈন্য চৌদিগে বেড়িল॥[১৬৩]
সৈন্যগণ হৈল যেণ অপার সাগর।
অশ্বয়াসি সেনাপতি কুম্ভির মকর॥
মণিপুর সৈন্য যেন হৈল উরুকালি।
উপায় নাদেখি তাহে ভয়ে রহে স্ফালি (১৬৪)
তাহাদেখি ব্রজবাসি দুত নিরক্ষণে।
চাটক পক্ষিন্দ্র যেণ মেঘ অকষ্মণে॥
হেণকালে দুতআসি মেঙ্গর স্থানেতে।
নৌমি কহে মাগিকালে রাজা না কহিতে(১৬৫)

থাঙ্গাল মেঙ্গর কহে রাজার সাক্ষাতে।
বোমানাহি এইথাকু পুরের রক্ষিতে॥
সমাধাণ নাহি এই কহে বারবার।
তাহাশুনি ব্রজবাসি বহেপ্রেমধার॥ (১৬৬)
মোর কর্ম্ম ফলে এই অঘট ঘটণ।
ধিকধিক মমজন্ম পামর জীবণ॥
শুণ পাত্র দুইজন জাও পুনর্ব্বার।
তোরাশীঘ্র চলিযাই রাজার গোচর॥ (১৬৭)
সেইবম পুররক্ষি গোবিন্দ সেবহ।
আয়ুধের হীনআসি নাহিক সন্দেহ॥
রাজাজ্ঞা শিরেতে ধরি সন্মুখে মরিব।
পারিলে যে ম্লেচ্ছ হৈতে বমকারি নিব।(১৬৮
প্রতিজ্ঞা পালণ লাগি না বাহুরি রনে।
অপরাধ নালইবে বোলহ রাজনে॥

থবং পাইবগুম থোরক্নুনা কোমুঙ চঙলগা নিংথৌ খুরমহুনা হঙংলি। [১৬২] হৌবদগী লোইব য়ারী অমসুং মখোয়না উরকপা পাও ব্রজবাসীনা নিঙ্গরকপা বমদার মরম অসি মুঙ্গা তারগা নিংথৌনা খুমত্রিঔদা থাঙ্গালনা খুম্মী। তুং অনিমক বমদিয়ার পিরোয় কোমুঙ ভাকুবনি মঙোন্দা বম পিবা য়াই য়াত্রি থম্মত্রি। অসি হায়না তম্মু হায়রকই। (১৬৩) অদু তাবদা নিংথৌ ঙক্নুনা য়া ভাংদনা লৈখ্রে। অদু উবদা তুং অনিসি থরায় চাকথিবনা মমিত্তা মপি তরং তরং চেনথরগা নিংথৌবু শঙতিক য়েংহুনা কপই অদু ফাওবদা নিংথৌনা য়া ১ ভাংত্রবদা উপায় লৈত্রহুনা হল্লক্লে। আসোমদা সরকার তেঙ্গোলনা মায়গৈ মরি কোয়শিল্লক্লে। (১৬৪) সরকার তেঙ্গোলনা সমুদ্র ওইখ্রে শঙ্গোল তোঙবা কেপতেনশিঙনা কুম্ভির মকর ওাকিহোম ওইখ্রে মণিপুরনা থজিং চোংবগুম উপায় লৈতহুনা চোংত্তি। (১৬৫) মতম অদু য়োরকপদা ব্রজবাসী পাওনানা তুং অনি য়েংববু নোঙগোবিনা নোঙ য়েঙবগুমখ্রে। মতম অদুদা তুং অনি চঙলক্নুনা মেঙ্গোরবু খুরুমহুনা হঙংলি। (১৬৬) হে ব্রজবাসী মেঙ্গোর পাও অদু হঙংপদা নিংথৌনা খুমত্রিঔদা থাঙ্গাল মেঙ্গোরনা খুম্মী বমদি কোমুঙ ভাকুবনি হায়হুনা পিরকত্রে। অদুগা বম পিবা য়ারত্রা য়াত্রিত্রা থম্মখিনি হন্না হন্না হায়রকই অদু তাবদা পাওদা মেঙ্গোর মিত্তা পিগী ইরা চেল্লগা। [১৬৭] হায়রকই ঐগী কর্ম্মগী কোলনা তৌরোয় দদা কর্ম্মবু তৌরবোরে খঙ্গোয়দবা রাথনবু থনগ্রবোরে তৌল্লিদা পাওনা ঐগী মপোক ওহ্বোক্লা তোয়া হিঙত্রেদা অসি হায়রগা হে তুং অনি অমুক হন্না চৎলু পনগমু কোমুঙ য়ৌখ্রে। (১৬৮) কিরুগমু নমিঙ তন্না হঙংলু বম অদনা কোমুঙ ভাকুনা গোবিন্দ সেবা তৌদ্রা লৈবিয় সরকারনা

সেবাক্য রাজারে কহি সেই পাত্রগণ।
ব্রজবাসি দগ্ধবাণী শুনিয়া রাজণ ॥ (১৬৯)
রাজাজ্ঞাতে দুইহস্তি উপরে উঠায়া।
দুইবম পাঠাইল যতন করিয়া ॥
চলিয়া থৌবাল গ্রাম তবে উত্তরিলা।
রণারম্ভ হেতু তাথে প্রবেশ নারিলা ॥ (১৭০)
ওথা সরকার একবমেতে মারিলা।
তাহাদেখি প্রজাগণ মেঙ্গর কহিলা॥
একবম অসিতেছে আকাশ মণ্ডলে।
উর্দ্ধমুখে নাচাইহ নগ্রহ সকলে ॥ (১৭১)
গুরুকৃপা দেখি আমি কাটীব একলে।
রনালির পরে রহে নিজ খড়্গ তুলে ॥
জয়নাহি প্রজাগণ স্মর কৃষ্ণণাম।
এতবলি ব্রজবাসি ফিরে দক্ষবাম ॥ [.৭২]

সাচান পক্ষির মত কিছু নাহি দড়ে।
আগেপিছে যায় বীর খড়্গ হাতকরে ॥
খড়্গময় দেখে সভে অঙ্গ না দেখয়ে।
অগ্নিময় সেইঅস্ত্র নিকট আসিয়ে ॥ [১৭৩]
শুন্যে তিনহাত উঠে গোবিন্দ বলিয়া।
কাটিয়া বমের দড়ি ভুমিতে পড়িয়া ॥
তাহাদেখি সর্ব্ববীর সাধুবাদ কৈলা।
তাদেখিয়া বিপক্ষেরা ভয়ে কম্পহৈলা [১৭৪]
অঙ্গুষ্ঠ চুম্বিয়া ম্লেচ্ছ সেলাম করেন।
হায়হায় মণিপুর অতি বিদ্যা বাণ ॥
বমের আগুণ দড়ি হেলায়ে কাটিলা।
এতবলি বিমর্ষিয়া দুইতি বাজিলা ॥ [.৭৫]
তাদেখি মেঙ্গরবলে দুইবম এলে।
একআমি কাটি অন্য ভুমিতে পড়িলে ॥

খুৎলায় হেনবগী ননাই পাওনানা চিঙনজদে নিংথৌ সনা য়াথঙ মতুঙ ইন্না লান্দা মায় ওন্দনা সিগনি ওন্নগা সরকার মথুৎবাক্তগী বমদিয়ার মুন্দুনা লৌগনি। (১৬৯) সনা মাঙদা য়াশক্রমবহু ননাই পাওনা ঙাক্তুনা থন্নায় থাগনি হন্দুনা চেল্লক্লোই অরাপ্পদা খুরুমজরি অপরাধ লৌবিগনু। অসি তম্মু হায়দুনা চুৎ অনি অমুক থারক্তুনা কোম্নুঙদা চংদুনা নিংথৌদা হঙ্গংলি ব্রজবাসীগী থম্মোয় চাকপা তাবদা। [১৭০] নিংথৌনা য়াথঙ পিদুনা শামু অনিদা বমদার অনি হাপ্তুনা য়াম্না থুনা থারকই। অদুনা লাকপাদুনা থৌবাল ম্যৌরকপদা লাল তৌনবনা হানখিদুনা চঙবা ঙমদ্রে। [১৭১] অসিনা কোম্নুঙগী পাওনি। অসোমদা সরকার তেঙ্গোলনা মণিপুর তেঙ্গোল য়েঙদনা বম অমা মৈনা চুদনা কাপ্লক্লে। অদু উবদা পাওনানা তেঙ্গোল য়েঙদুনা লাওরকই সরকারনা বমদার অমা কাপলক্লে কোম মন্নুঙদগী ওক থাজংকন্নু লুলুকথৌ। [১৭২] গুরুকৃপা য়েঙগে ককপা ঙমব্রা হায়দুনা অসি হায়রগা গোয় পন মথক্তা চুল্লোই থাঙ পায়দুনা লেপই। অদুগা কিগনু কৃষ্ণ শোল্লু লাওই। অদুগা ওইগী বাক্তা লৈ।

(১৭৩) খুনু খরংগুম অকিবা লৈতে নাকু য়েৎ মাং-তুং লৈঙ্গুনা থাংগী জগোই সাই থানো য়োম্বি মশা উদে মৈনা য়োম্নুনা বমু য়ৌরকলবদা (১৭৪) গোবিন্দ শোন্দুনা খুদুপ ৩ চোংথৎতুনা বমগী মৈনা ককুই অদুগা লৈপাক্তা থাদৈ অদু উবদা মণিপুর প্রজানা সাধুনি থাগৎলি। সরকার তেংগোলনা মৈনা কক্তুনা বম্ মাংহনখিবা উবদা কিবদগী মশা নিকনখি। (১৭৫) লানগী লুচিংবা জর্ণেল কর্ণেল সাহেব পুনমকু খুদি চিক্তুনা সলাম তৌনখি। অদুগা লাওনরকই হাই হাই মনিপুর ঙনথোক্লা মহৈ হৈব্রেদা

গর্ত্তহৈতে মুখতুলি নাচাইল সবে ।
সাধন করিয়া সভে রহ স্থিরভাবে ॥ [১৭৬]
শুনি চিঙলেনম্বা বলে শুনহ বচন ।
আমি এককাটী এবে রাখি সর্ব্বজন ॥
ব্রজবাসি বলে বাপু বমকাটা গুঢ় ।
চিঙলেন বলেন আমি কাটি অতিদঢ় ॥[১৭৭]
এতেক বলিতে বম আইল জ্বলিয়া ।
বাককরি রহে দুই চক্ষুপাক দিয়া ।
পুর্ব্ববৎ কাটিয়া মেল্ল বমঅগ্নি দড়ি ।
ডিঙ্গাইতে চিঙলেন শুন্যে অধিককরি [১৭৮]
বমের দড়িতে বেড়ি কতদুরে নিল ।
সমগ্রাম গ্রামেতে পড়ি আগুণি দহিল ॥
তাদেখিয়া ব্রজবাসি শীঘ্রেতে ধাইল ।
কিছুদুর পথলাগি ক্ষণেক হইল ॥ [১৭৯]

বমের আগুণ দড়ি কাটিয়া ফেলিল ।
সেইবম বের্থহৈলা চিঙলেন দেখিল ॥
দড়িকাটি টানিদেখে নাহয় মরণ ।
ব্রজবাসি বলেবাপু কিবাদুখ পাণ [১৮০]
উঝাদেখি নীরঝুরি চিঙলেন কহিলা ।
কহিতে নাপারি আমি কণ্ঠরুদ্ধ হৈলা ॥
আজ্ঞাকর ওঝা অগ্রে বৈকুণ্ঠ যাইবে ।
মেঙ্গয় বলেন বাপু বিমানে চড়িবে ॥ [১৮১]
মোরযুদ্ধ দেখ বাপু আমিহ আসিব ।
কৃষ্ণের চরণ তলে তুমি আমি যাব ॥
এতবলি কৃষ্ণমন্ত্র কর্ণেতে ফুকারে ।
হাকৃষ্ণ বলি চিঙলেন পরাণ বাহিরে ॥ (১৮২)
সকৌতুকে রণদেখে বিমানে চড়িয়া ।
মণিপুর সৈন্য রক্ষে গর্ত্তেতে রহিয়া ॥

বম্‌দার মৈনাবু লাইনা কক্‌খ্রেদা অসি হায়রগা খুৎলাই য়াৎতবা সরকার বম্ অনি মৈনা চুরকলে । (১৭৬) অদু উবদা পাওনা মেঙ্গোরনা নৈবাক্ মচা পুনমক্ বম্‌দার অনি লাকপা তারে যতন তৌ নরু কু উ অমদি ঐনা কক্‌লগনি অমদি হেনখিবা তাই । (১৭৭) অদু তাবদা চিংলেনম্বা ওঝাবু অমদু ননাইগী ওইজগে হায়দুনা পনয়াইদা লেপলরে । পাওনানা ইবুঙো ককপা লুবনি চেক্‌শিল্লু । চিংলেনম্বা কুপা য়েংগে । (১৭৮) অদুম তৌরিঙৈদো চপ মান্নবা বম্ অনি কাপলকলে মপু মনাই মিংকা মিংকা য়েংনদুনা থাংগী বাক্ চংদুনা নৈনৈ । চোংখৎদুনা পাওনানা হান্নগুম বম্ অমগী মৈনা কক্‌খ্রে । চিংলেন স্মাদি চোংখৎপদা থর হেনমনখিদুনা । (১৭৯) বম্‌দারগী মৈনা থৌয়িনা কৈবাক্তা চেন্দুনা পুখ্রে বম্‌গা মাগা মুন্নবদা তেঙ্গোল ময়াইদা তাগদবা অদুনা কৈনা চংখিদুনা সমগ্রাম্ খুনয়াদা তাদুনা মৈনা য়োম্‌খ্রে অদু উবদা ব্রজবাসি য়াংনা চেনসিল্লি লম্‌না থজিক্ লাপখিবনা ভহাক কান্নরে । (১৮০) থুনমক্ মৈনা থৌরি কক্তুনা লঙথোকখ্রে অদুগী তুঙদা চীলেনসনাবু য়েঙলকই । য়েংলিবা মৈনা থৌরি লোথোক্তুনা য়েঙবদা শিবদি শিরমদরি ব্রজবাসীনা ইপাগী ইবুঙো চিংলেনসনা থর য়ারক্রা । [১৮১] চিংলেনম্বা মাগী ওঝা উবদা মপি তরং চেন্দুনা খুম্মকই মৈগী মৈশানা চাকথিবনা য়া ভাংবা য়াক্রে ননায় হান্নমলগে সেবা লোয়রব্বা ভমমমজে । অদু তাবদা ব্রজবাসীনা ক্ষেত্রী য়চাগী সুনাতন ধর্ম্ম নৈগী দোলায়দা তোঙলগা । [১৮২] ইপাগী লানগী কুম্মৈ য়েঙখো ইপাসু লাক্লগনি ইপা ইচা অনি পুন্না কৃষ্ণ চরন্দা চঙমিন্নসি অসি হায়রগা নাকোঙদা কৃষ্ণ মন্ত্র কাম্মী গুরু কুপা কঙলবদা হা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শেন্দুনা থবায় থাখ্রে । [১৮৩] গুরু অজ্ঞানা কনবদু

পুণঃম্লেচ্ছ হুইবয় জংগায় করিয়া।
তাদেখি মেঞ্জর কহে দ্ুইতি আছিয়া (১৮৩)
এককাটে আরভাঙ্গে সৈন্য কিছুমরে।
তথাপি গড়ের সৈন্য ভাঙ্গা নাহিপারে॥
দেখি সরকার ভাবে বম না ভাঙ্গিয়ে।
চৌদিগের সৈন্যবেড় বেঙ্গুল বাজিয়ে (১৮৪)
বিপক্ষ সকল সৈন্য এক না রাখিব।
চলচল সর্ব্বসৈন্য সকল লুটিব॥
বেঙ্গুলের নাদশুনি বেগেতে ধাইল।
খড়্গাছুড়ি বন্দুকক অশ্বারোহি এল॥ (১৮৫)
গড়েসামাইল যত সরকার সৈন্য।
তাহাদেখি মণিপুর রন অগ্রগন্য॥
গর্ত্তহেতে উঠি সবে মুখামুখী কৈল।
বন্দুক সন্ধাণ নারে হাতা হাতি হৈল॥(১৮৬)
খড়্গো খড়্গা খুলে খুল মুষ্টিকি মুষ্টিকি।
ছুড়িছুড়ি পায়ে যুদ্ধে প্রাণ্ডি প্রান্তিক॥
খুন্ত্রিখুন্ত্রি সঙ্গিনাদি যুদ্ধে ঘোরতর।
মারামারি কাটাকাটি তুমুল অপার॥ (১৮৭)
শোণিতে হইল নদী মাংসে হৈ কর্দ্দম।
বিমুখ নাহয়ে কেহ রনেতে সঙ্গম॥
দ্ুইসৈন্য নাশ হৈল রণ সাজভেল।
কিবলিব রণকথা মহাগঙ্গা হৈল॥ (১৮৮)
পুষ্পগন্ধ সম বায়ুবহে মন্দমন্দ।
দেবতা গন্ধর্ব্ব শুণ্যে সুললিত নাদ॥
সেকালে শ্বেত বুদ্ধটি আকাশ উপর।
সৌরভ্য হইয়া উঠীশোভে চমৎকার॥ (১৮৯)
সনাতণ ধর্ম্ম হেতু বৈকুণ্ঠে গমণ।
অবশিষ্ট নারহিল ম্লেচ্ছ সৈন্যগণ॥

লৈগী দোলায়দা তোঙলগা লানগী কুম্মৈ য়েঙখি। মণিপুরগী তেঙ্গোল গর্ত্ত কোমদা চঙদ্না জীব হিংখি। আসোম্দা সরকারনা অসাওবগা লোইননা বমঅনি মৈনা অমুক চুখংলে অছ উবদা পাওনা মেঞ্জরনা চেন্নকতুনা পনয়াইদা লেপতুনা বমদিয়ার অনি অমুক্ লাকলে নসা নসাগী চেক্শিন্নৌ লাওরক্ই (১৮৪) অমদি পাওনানা কক্লে অমনা পোখাইদ্না তেঙ্গোল থরদি শোকই অদ্গা গোর কাইবদি ওম্দে অদ্ উবদা সরকারনা মমন ঃামথ্রবা বম্দিয়ারদা মাংদনা তোক্ই। অদুনদি কোইহুনা লান চংঙো হায়হুনা বেঙ্গুল খোঙহুনা মরোন পিরে॥ (১৮৫) মণিপুর তেঙ্গোল ' রশিন্দুনা হাৎলো লান চংঙো তোয়না তোয়না খোঙলকই। মরোন তাবদা সরকার তেঙ্গোল ত না চংলকই থাঙ পায়বা ছুড়ি পায়বা নোংমৈ পায়বা সগোল তোঙবা হুপ্ত্না চংক্রই॥ (১৮৬) মণিপুর গোর য়োরক্রবদা মাগী মাগী খুংলাই পায়হুনা গর্ত্ত গোড় মমুংদগী চোঙথোরক্লুনা মায়োকনহুনা পানরকই নোংমৈ কাপ্পা নওদে কুন্দানা কুহুনা হাৎন্ন॥ (১৮৭) থাঙ থাঙ য়ানথৎনৈ সিমিন্নৈ তাশোনগা তাশোনগা থিন্দংনৈ শিমিন্নৈ ছুড়িগা ছুড়িগা য়ানথায়নৈ শিমিন্নৈ, মপা মপা য়ান্নহুনা শিনবনা অমুনবা হৈপাদ্দগী হৈ কেনবাওমখ্রে। খুন্ত্রিগা খুন্ত্রিগা সঙ্গিনগা থিন্নবগা য়ান্নবগা অমম্বা ওইখ্রে হন্দুনা ১তা চেন্নখে অওকপনি॥ (৮৮) ঈনা তুরেন ওইখ্রে মীশানা লৈথোম ওইখ্রে কনা ১না চেন.প নিংদনা লান পানৈ। তেঙ্গোল ২ তুন্নহুনা লান লোয়রে খোমজোমগী লান অসিদি লৈংবদা লোন্নবা ওম্বা নত্তে মহা গঙ্গানি মহাপুন্য তির্থনি॥ (১৮৯) লৈগী মনম পুরবা মুংশিংনা তন্বি তন্বি লৈনা লৈনা শিংলি। আকাসদা লাই গন্ধর্ব্বনা জয়ধ্বনি লাওই। লৈগী দোলাই ময়ামনা অঙৌবা লৈচিন গুটহুনা অকাশদা থনখ্রে লৈগী চন্দনগী মনমনা অঙকপা কাংনা মুংশিখ্রে॥ (১৯০) শিগ্রিবা পল্লমক

তথাপি সমাধা নাহি সরকার সৈন্য ।
চতুর্গুণ আইসেণ রনে অগ্রগন্য ॥১৯০॥
অবশিষ্ট মণিপুরী শতজন মাত্র ।
চোংথা হৈরাংখোংজা পাওনা থাবন্ পাত্র ॥
চোংথা মেঞ্জঃ পার্ষি প্রাহি পিছেতে ফিরিল ।
ব্রজবাসি ডাকিকহে মণিপুর কুল ॥১৯১॥
তোরাসব প্রাণলয়া যাও স্বেচ্ছাচার ।
শুনিসভে প্রাণলয়া ফিরি তুরাতুর ॥
হৈরাংখোংজা থাবনসিং রহি দুইজনে ।
ব্রজবাসি বলে দুই ফিরো নিজস্থানে ॥১৯২॥
কড়জুরে দুইজন বলিতে লাগিল ।
এইত সময়ে পালাবার নহেকাল ॥
সম্মুখে সময় এবে জীয়ে মৈলেভাল ।
তাহাশুণি ব্রজবাসি বলে ভালভাল ॥(১৯৩)
এতকহি তিনজন রনে প্রবেশিল ।
দৈবযোগে তিনজন ভিন্নভিন্ন হৈল ॥
হৈরাংখোংজা থাবনসিং খেজিংগিরি দিগে ।
ব্রজবাসি প্রবেশিল সম্গ্রাম যে দিগে ॥(১৯৪)
সরকার বহুসৈন্য বেড়িল অপার ।
ভীমরূল বরুলী যে বেড়িল মেঞ্জর ॥
নির্ভয় শরীর বীর ভয়নাহি কারে ।
দেখি মেঞ্জ দেবী খড়্গমন্ত্র যোপ করে (.৯৫)
সেকালে মেঞ্জর বেড়ি ম্লেচ্ছ সৈন্যগন ।
গণ্ডপদে বেড়িযেন পিপিলিকা গন ।

সনাতন ধর্ম্মগী গুয়া লৈগী দোলাইদা মরি মরি কানখি তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক লৈগী দোলাইদা তোংহনা যমরাজগী থানা থনমহনা বৈকুণ্ঠদা কাবা অমুম্বা কর্ম্ম অসিদা থব্বার পামুনদবা অসিবু থাগংপা য়াবা ১নি । লানফম অহুমদি মণিপুরনা লাকচহনা সরকার তুমনা শি মণিপুরদি মী ১০০ রোম লেমহৌই । অহুদা ওইরবদি মণিপুরনা জয় ওইগদবনি অহুদা নত্তবা সরকার তেঙ্গোল মনিঙদা লৈখিবনা অরোইবা নাইদে শরুক ৪ হেনগংনা অমুক চঙলকলে ॥ [১৯১] অহুউবদা পাওনানা হন্দুনা য়েংবদা মনিপুর তেঙ্গোল ১০০ রোম্গা চোংথা হৈরাং খোংজা থাবন পাওনা মরি সিগদা মঙাইরে মনিপুরগী অনৌবা চংশিল্লকপা তেঙ্গোলসু উবা ফংদ্রে। অহুগী মথক্তা চোংথা মেঙ্গোর হন্দোক্নিংবা পুকচেন উই । অহু উবদা পাউনানা লাউরক্ই । (১৯২) মনিপুরগী হিংহনা লৈম্বিবা তেঙ্গোল য়ামদ্রে অহুনা হননিংবা মখৈ হনখ্রো চংগে হায়রগা নিংগী লৈহৌরিবা তেঙ্গোলগা চংমিন্নরকউ অমসুং তেংগোল খোমজিল্লকউ পাও হায়য়ু লাওরক্ই অহু তাবদা পূনমক লোয়না হন্দোক্খ্রে । অহুদা লৈহৌরিবা অসি হৈরাং খোঙজানে থাবনসিঙনে পাওনানে লৈহৌই পাওনানা মখোয় অনিবু হনখ্রো হায়রক্ই । (১৯৩) অহু তাবদা মখোয় অনিনা খুং লোন্নহনা হঙংলি মতম্ অসিদা হন্দুনা চেনবা থৌনদে । মায়োক্নদ্না লান পানগনি শিরে করে হিংডলে করে অদু তাবদা করে করে নবুক্না লেপ্লবদি (১৯৫) অসি হায়নদুনা লান চংলকই লাইগী নোংদম্ থিবনা চংবদি মান্নরগা মায়গৈদি তিন্নদ্রে হৈরাং খোংজাগা থাবনসিংগা অনিনা খেজিং চিঙ লোমদা চংডি । পাওনা মেঙ্গোরনা সম্গ্রাম লোমদা চংডি । (১৯৫) অহুউবদা সরকারগী তেঙ্গোলনা চঙলকপা অসিদি ভারেনখোই পান্নরকপগুম্মী । ব্রজবাসিবু কোয়খ্রে অহুউবদা অকিবা লৈত্রবা মেঙ্গোর তেঙ্গোলনা কোইশিল্লরবদা দেবীগী খড়্গ মন্ত্র থাংদা শোললে ॥ (১৯৬) মতম

দেখিমেঞ্জ কাটিলেন সৈন্য অগনন ।
ডাহিনে বামেতে লাম্ফি মারে কতজন (১৯৬)
মানকচু ছেদযেন শিখি নৃত্যতেন ।
শোনিতের ধারাবহে রাজ খালযেন ।
মন্ত্রশক্তে একধায়ে দশবিশ মারে ।
সহিতে নাপারে সৈন্য পালাইল দূরে [১৯৭]
শত্রুজিনি মেঞ্জদেখে পথ দুইজন ।
খেজিংগিরির নীচেতে সরকার গণ ॥
বেড়িয়া বন্দুকমারে অঙ্গে নাহিলাগে ।
বাক করি রহে দুইহাতে ধরি খড়্গে ।(১৯৮)
দেখি ব্রজবাসি ধায় বায়ুর সমাণ ।
নাভয় নাভয় মোআসি ডাকে ঘনঘন ॥
তাহাগুলি দুইজনবলাধিক হয়া ।
বাককরি সৈন্যগণ ফেলেন কাটিয়া ॥ (১৯৯)
দৈবৈতে যেকরে তাহা খণ্ডিতে নাপারে ।
পাদাঙ্গুষ্ঠে তৃনলাগি পৃথিবীতে পড়ে ॥
তাহাদেখি সৈন্যগণ খড়্গা ছুড়িদিয়া ।
সঙ্গিণাদি মারে তারে পায়ে চাপাদিয়া ॥(২০০)
দেখি লাম্ফদিয়া মেঞ্জ কাটিল বিস্তর ।
দশদশ পাঁচপাঁচ কাটে একবার ॥
থাবণসিং তারপাছে যুদ্ধে খড়্গাধরি ।
সাচাণ পক্ষির মত কতজন মারি ॥ (২০১)
দৈবে পিছে একগর্ত্ত আসি নাদেখয়ে ।
একপাদ নামি গর্ত্তে ভুমিতে পড়য়ে ॥

অহুদা ১তাঙায়বা মাবুদি নেৎথায়হুনা হাংকনি হায়হুনা সিকাইনা য়োম্বসি লৈভোংদা ককচেঙ ওমবগুম্মী । অহুদা পাওনা হুরাওবগা লোয়ননা সিকাই ককই য়েংতলৈবদা মায়গৈহুমা তুমা ককই ওইদা লৈবদা মায়গৈহুমা তুমনা ককই মাংদা চোংঙি ককই তুংদা লৈ তুংগীককই ॥ [১৯৭] ব্রজবাসি করিগী থাঙয়াননো য়েন্দেম থরম শেয়বগুম্মী থাঙগী বাক করিগী মফজনো রাহোংনা জগোয় শাবগুম্মী । মীয়াম্না তুনবসি মরোন মরোন হৈননবৈ ঈনা তুরেল খোংবানগুমখ্রে মন্ত্রগী শক্তিনা য়ানবা থাংনিনা অমুক হায়বদা ১০তরা ২০কুন ককই থাংবা ওমত্রহুনা তেঙ্গোল চেনখ্রে ॥ [১৯৮] মায়গৈ অহুমা হাঙলবদা ২বু য়েংলকই খেজিঙচিঙগী চিঙখোঙদা পানবা উরে। সিকাইনা য়োমহুনা নোংমৈ কাপই মন্ত্রগী শক্তিনা গুলি মরুনা পান্দে থাংগী বাক্তা লৈদুনা চংলক চংলকপা হাংলি। [১৯৯] অদুউবদা মুংশিং মরুম য়াঙনা চেল্লকুনা ঐ লাক্লে কিগনু তোয়না তোয়না লাওরকই অদুতাবদা পাঙ্গল হাপই লৈ লৈদুনা সরকার তেঙ্গোল ককই ॥ চুমনগী মহাৎনত্তে মপৈ মপৈ তুবনি য়ামমনখিবনা লোয়বা ওমদবনি ॥

(২০০) ঈশ্বরগী নোংদম অঙকপনি ককুনা খোংতুনা ওয়া নত্তে। পাওনা মেঙ্গোরনা য়ৌরকপদা হৈয়াঙ খোঙজাগী খোংবিদা পোরোম্না লৌহুনা লোংনা তুখ্রে। অহু উবদা সরকার সিফায়না য়োমহুনা নেংলগা থাঙনা ছুরিনা সঙ্গিন্না থিল্লি। (২০১) অহু উবদা ব্রজবাসীনা থাঙহাই অমুক্তা তরা মঙা ককুনা তানথোকলগা য়েঙলুবদা শিবনা হানখিরম্লে কনবা ওমহোত্রে। অহুগী তুঙদা মনাও ইবুঙো থাবনসিংগা অনিনা য়েৎকা-ওইগা খাবাঙননা চঙহুনা থুমু খরং পাইবগুম পাইশিন্দুনা ককই। (২০২) অহুদা সরকার সিকায় গুর্খাল পঞ্জাবী শিবা কিদবা মখোয় অমুক য়োমখ্রে। অহুদা থাবনসিংনা মাঙদা চোংশিন্দুনা ককপদগী তুঙদা হনবরা গর্ত্ত লৈহো লৈকুং অমা লৈরমহুনা

সিফাই মিলিয়া তাঁহায় শঙ্গিলে মারেণ ।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ বলি বীর বৈকুণ্ঠ গমণ ॥ (২০২)
ছোটভাই মৃত্যু আর শিষ্য মৃত্যু দেখি ।
অধিক কুপিল মেঙ্গ হৈল রক্তআক্ষি ॥
খড়্গাধরি খেদারয়ে সরকার গণ ।
তবেফিরি সৈন্যগণ মেঙ্গরে ঘেরেণ ॥ (২০৩)
করক সমাণ গুলি মারিল বিস্তর ।
নালাগে নাবিন্ধে গুলি শরীরে মেঙ্গর ॥
ক্ষনেদেখে ক্ষনেলুকি মেঙ্গর শরীর ।
মন্ত্রশক্তে গুরুকৃপা স্বতন্ত্র মেঙ্গর ॥ (২০৪)
খেদারিয়া সরকার মারিল অনেক ।
অক্ষয় অব্যয় ম্লেচ্ছ বেড়িল চৌদিগে ॥
যতকাটে ততআসি নাহি লেখাজোখা ।
গণ্ডপদে বেড়িযেন যত পিপিলিকা ॥ [২০৫]
ঘামে তিতিলেক অঙ্গ সর্ব্ব রাঙাময় ।
জয়রে গোবিন্দ বলি মুখনা ফিরায় ॥
রক্তবহে নদীযেন মাংস কাদাময় ।
রনমধ্যে ফিরেযেন ময়ুর নাচায় ॥ [২০৬]
গুলিঅঙ্গে নাবিন্ধয়ে খড়্গানা লাগয়ে ।
দেখিভয়ে ম্লেচ্ছসৈন্য পালাইয়া যায়ে ॥
কিছুভিরে সরকার বিচার করিল ।
এইনর নহিনহি ঈশ্বর কেবল ॥ [২০৭]
গুলি খড়্গা নালাগয়ে কেমন করিবে ॥
জর্নেন বলেন সৈন্য একত্রিয়া যাবে ॥
অস্ত্রবিনা সকলের পায়ে চাপদিয়া ।
একামাত্র নাহি ভয় মার সর্ব্বযায়া ॥ [২০৮]
এতবলি ঘনঘন বেঙ্গুল বাজিল ।
নাদশুনি ম্লেচ্ছসৈন্য চৌদিগে বেড়িল ॥

য়েঙহৌদবদগী খোঙ নামা পুংথখিহনা লোংনা তুখ্রে অহুদা সিফায় ময়াম্না য়োমহনা সঙ্গিন্না থিনবদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা থরায় থাখ্রে। (২০৩) মনাওগা মচা সেবোক্তা শিথিবা উবদা ব্রজবাসী মৈ চাকপগুম শাওহনা মিৎ ঙাংঙি। থঙ্গী জগোয় সাহনা সিফায় লৈহনা ককই। অহু উংদা সরকার সিকায়না অমুক কোয়শিন্দুনা য়োমখ্রে। (২০৪) গুলি মরুনা লেন তারগুম্মি মন্ত্রগী শক্তিনা গুলিনা পানবা ঙমদে। অহুগা মশক ঙাইহাক উহল্লি ঙাইহাক উহনদে মন্ত্রগী শক্তি গুরু কৃপানা তৌনিংবদা তৌবা ঙম্মী পাওনা মেঙ্গোর। (২০৫) ঙহাক অরাবা থাঙলগা সরকার তান্নহনা মশিং য়ায়দনা হাংলি। হাৎপদা লোয়রবা ঙম্বা সরকার তেন্গোল নত্তে মশিঙ নাংদনা হাংলি অহুবু চঙশিল্লকপনা হেল্লি লৈসৌবুঙ মতোন্দা লৈসোনা পৈবগুম্মী। (২০৬) ব্রজবাসী মশা অপুম্বা হুমাঙ্গা ঈগনা লুপখ্রে মীয়ামগী ঈনা নশাগী কি মচু ওন্দুনা ঙাংখ্রে অহু ফাওবা গোবিন্দগী নাম সিংহনাদ লাওহনা মায়ওন্দে। লানফমসি ঈনা তুরেন ওইনা চেনখ্রে মীশানা লৈথোম ওইখ্রে অহুগী মরক্তা পাওনা মেঙ্গোরনা রাহোংনা জগোয় শাবগুম্ম থাঙ্গী জগোয় সাই। (২০৭) গুলিনসু পানদবা থাঙসু চঙদবা মানদা হাৎপা কনা অমনা করিসু তৌরুবা ঙমদবা উবদা তেন্গোল কায়হনা চেন্নে। অহুগা থর হন্দোক্লগা থম্মে লৈরিবা মী অসি মী নত্তে তংশংবা লাইনী। (২০৮) থাংনা গুলিনা হাৎপা ঙমদ্রবদা হৌজিক করি তৌগনি হায়রহনা য়েঙনহনা লৈখ্রে। অহু উবদা জর্নেন সাহেপনা লৈরিবা তেন্গোল মথৈ পুন্দুনা লান্দা চংঙু খুংলাইনা য়াত্রবসু নেখায়হনা াংলু অমথক্তা ঙাইবা মাবু করিগী কিবগে। (২০৯) মরোন অসি লোন্দুনা বেঙ্গুলনা তোয়না

পঙ্গপাল প্যাটিজাল যেমন গমন
ডীমকলি উব্রিযেন আসিয়া বেড়েন ॥ [২০৯]
এসকল দেখি মেজ প্রলয় আগুণি ।
বাককরি মারিলেন অদ্ভুত লক্ষ্মী ॥
দক্ষবামে কিরাকিরি মারে কতজন ।
মানকচু ছেদযেন কাটি অগণণ ॥ [২১০]
শোণীতের ধারা বহে বড় যে নদীরে ।
মন্ত্রশক্তে একধারে দশ বিংশ মারে ॥
নাসহিয়া পাল্যাইল সৈন্য সরকারে ।
হেনকালে ব্রজবাসি চলিতে না পারে ॥ [২১১]
শ্লথহৈল কলেবর আর অনাহারে ।
ঘামিল সকল অঙ্গশ্বাস ঘনস্বরে ॥
বাহু জঙ্ঘ শ্লথ হৈল উঠীতে নাপারে ।
রক্তেতে হস্তের খড়্গ খষাইতে নারে ॥ [২১২]
এক উইচুলা বসি বিশ্রাম করিয়ে ।
বিপক্ষ পশিতে নারে মহাভয় হয়ে ॥
ব্রজবাসি রণমাঝে প্রবেশ নাহয়ে ।
এইমত দেখাদেখি করিয়া রহয়ে ॥ [২১৩]
সেকালে খুমন্থেম লক্ষ্মণ কহয়ে ।
পদবী সুবিদার সে কাচারেতে রয়ে ॥
সরকার পক্ষহয়া আইসে সমর ।
বিমরিষ করিতারে কহাই কথায় ॥ [২১৪]
হেহেশুর মণিপুরী কহত সভায় ।
আপনার কিবানাম বলহ নিশ্চয় ॥
সরকার পক্ষহয়া তুমিরয় এবে ।
বড়পদবী দিয়া বেতন বড়দিব ॥ [২১৫]
এইবাক্য সরকার বলে প্রতিতব ।
রণগঙ্গা স্থলে ক্ষেত্রি অসত্য নাকর ॥

থোংঙি। অদু তাবদা সরকার সিকায় হুপ্তুনা অমুক চওলক্রে কৌজেং ময়াম্মা চোংশিনলকপগুম্মী ডারেনখোই খোইবী নিংথৌগী খোইরূপ পাইবগুম্মী। (২১০) অদু উবদা পাওনা মেজোর মৈ চাকপগুম শাওহনা লৈহনা ককথৈ অঙকপা মশকনি ওইদা য়েত্তা হাঙ্গীহনা ককই পাংথোক য়েনদেম শোয়বগুম্মী মশিং নায়দনা ককই। (২১১) মীয়ামগী ঈনা তুরেন ওইনা চেনখ্রে মন্ত্রশী শক্তিনা থাংহাই অমুত্তা তরা তরা কুন কুন ককই। থাংবা ঙমদ্রহনা সরকার তেঙ্গোল কাইহনা চেনখ্রে মতম অসি ব্রজবাসী মেঙ্গোর রামনখিবনা লেপ্পা ঙমদ্রে স্বর শদৌ পকই। [২১২] শায়াম থেনবগী হকচাং হিকথবগা চাদবগী গর্ভদা করি অমা য়াওদবগনা হকচাংদা হুমাং কাহনা স্বরদা শদৌ পকই পাম্বোম চোকথখ্রে কৈ লেংবা য়াদ্রে ঈনা নপশিনখিহনা খুত্তগী থাংসু লৌথোকপা য়াদ্রে। (২১৩) ঈনা থনখিবনা ফমকম্ লৈতহনা অতোংবা য়েঙবদা লৈসোবুং মতোন্দা ফমহনা পোথা রে সরকার তেঙ্গোলসু য়েঙদুনা লৈয়ে অদুগ্গা লান চংবগী রাখল্ তৌনদনা য়েংদুনা লৈনৈ (২১৪) মতম অহুদা খুমনথেম্ লক্ষ্মনসিং জাতি মনিপুরিনি মানা লৈবনা কছারদেস ময়াং লৈবাক্তা লৈবনি সরকারদা সিকাই থম্দুনা সুবিদার কম্ কাজরবনি সরকারগী মিচং য়াওরুবদগী মনিপুরদা লান লাকপা য়াওরকপনি। মাবু কৌশিন্দুনা মরোন হংগু হায়হনা সরকার সাহেপক্তা লোইননা হংগকই। [২১৫] ওহে হে মণিপুর বহাদুর রা হংগে অরেপ্পা খুম্মু। মিংনা করি কৌবগে নহাক অসি জর্মেন সাহেপনা মাগী মি ওইরগে হায়রি নকম চাওনা হাপ্তুনা তো লোপ রাক্সা চাওনা পিজগে। [২১৬] হায়রিবা রা অসি এনা হায়বা নত্তে অচৌবা সাহেপ্পা

তিনবার সত্যকরি তুমারে কহিল ।
শুনিমেঞ্জ মন্দহাসি কহিতে লাগিল ॥ (২১৬)
মোরনাম নৌওলসিং পদবী মেঞ্জ হৈল ।
দশবর্ষ ব্রজেবাস কারনে আমার ॥
লোকেবলে ব্রজবাসি ডাকেন আমায় ।
পাওনম কুলেতে পাওনা নাম মোর ॥ (২১৭)
মণিপুর এইমতে তিননাম রয়ে ।
আরশুন বাহাদুর তুমার কহিয়ে ॥
তুম্রা ধরি নীয়া যাব যতণ করিয়া ।
তোমাদের শিরোপা দিব সুবর্ন্নে মণ্ডিয়া ২১৮
তাহাশুনি ম্লেচ্ছগণ অঙ্গুষ্ঠ চুষিয়া ।
মুকুট খসায়া সর্ব্বে সেলাম করিয়া ॥
তোমার সমান বীর আছে কতজণ ।
তাহাশুনি ব্রজবাসি হাসিয়া কহেন ॥ (২১৯)
আমাসম ক্ষুদ্রলোক নাহি মণিপুরে ।
অগণণ কতশত আছে রাজপুরে ॥
তাহাশুনি ম্লেচ্ছগণ অদ্ভুত মানিল ।
ভয়হেতু কোনজন রণে না যাইল ॥ (২২০)
মেঞ্জর দেখিয়া রহে কিছুদুর করি ।
ব্রজবাসি বিমরিষ গোবিন্দ সুঙরি ॥
মুঞিযদি ভাঙ্গিগেলে জীবণ পাইব ।
লোকে উপহাস মোরে কুযশ রহিব ॥ (২২১)
নিজধর্ম্ম ত্যাগ হেতু নরকে যাইবে ।
অমর নাহিক কারে নিশ্চয় মরিবে ॥
খাংঙ্নাম ভুমিস্তাপ উপরে দাড়ায়া ।
উচ্চশ্বরে ডাকি বলে বিপক্ষ শুনায়া ॥(২২২)
তোম্রাআসি মোরশীর কাটহ এখন ।
সরকার বলে তুমি খড়্গ না লাগেন ॥

হায়বনি রনগঙ্গা ময়াইদা ক্ষেত্রিনা ওইদবা ভাংবা হৌনদে অহুম্লক্ হন্না রাশকৃতুনা হায়রবনি অদু তাবদা পাওনা মেঙ্গোরনা নোক্কুনা খুম্নকই । [২১৭] হে মহাসয় ঐগী ইমিংনা নৌওলসিং কৌই ফমনা মেঙ্গোর অমাসু ওইজে ব্রজবৃন্দাবন্দা চহি ১০ লৈজরুবদগী ব্রজবাসি হায়না কৌবি পাওনম্ সাগৈদা পোক্পদগী পাওনা হায়নসু কৌই । [২১৮] মণিপুরদা মিং অহুম অসি থংনৈ অদুগা সাহেপ্পা ঐবু মখোইদা য়াও তোলোপ চাওনা পিজগে হায়বদো তাবদা য়াম্না হরাওখ্রে । অদুগা ঐগী রা অসি সরকারদা হায়যু সাহেব মাবু ঐনা ফারগে অদুগা য়াম্না লুনা তৌদুনা কোম্নুংদা থম্বিগে অদু য়ারবদি মকোক্তা সনা য়োম্বিগে হায়যু (২১৯) অসি হায়বা পাওনাগী রা অসি সাহেপ্পা হায়বদা সাহেপ পুনমক্ খুবি চিকই । মকোক্কগী তুবি লোথোক্লগা সলাম তৌই অদুগা মথা তানা হংখি হে মণিপুর বহাদুর মণিপুরদা নহাককুম্বা কয়া লৈবগে । অদু তাবদা পাওনা মেঙ্গোরনা নোক্কুনা খুম্মি । (২২০) হে সাহেব ঐদি য়াম্না অপিকপা জিবনি ঐনা মপাংদ্রে ঐভোন্দগী হেনবা ভাক্তা মশিং লাকপা ভম্নদনা লৈখ্রি । অদু তাবদা অঙকপা ওইনা খনখি । অদুগা পাওনাবু কিনবনা লান চংগে হায়বা কনা য়াওদনা য়েংবদুনা লৈখ্রে । (২২১) সরকার তেঙ্গোল থর হুন্দোকলগা য়েংদুনা লৈখ্রে অসোমদা ব্রজবাসি গোবিন্দ শ্বরনি তৌদুনা রাখল তৌরকই । হৌজিক ঐনা হন্দুনা চংলবদি শিরোই হিংগনি । অদুগা মীনদি থিনা ভাংনগনি ১সুং নোকনগনি মীংচং অথিবদি অহুম লৈহৌ-রগনি ॥ (২২২) অদুগা ক্ষেত্রিগী সনাতোন ধর্ম্ম চংতবগী শিরগা নোরোক তাগনি । অদুগা শিদ-বদি য়ারোই হোরেন হয়েঙ খণ্ডনা শিগনি অদুনদি কাম্নদে শিরগে সনাতোন ধর্ম্ম তানগ্রগে ।

গুলিও নাবিক্কে অঙ্গে মাল্লিব কেমন।
মেঙ্গুরবন্দে কাটা চিহ্নু জানাব এখন ॥ (২২৩)
এতবলি গাত্রমরি কণ্ঠ দেখাইল।
ত্রিরেখা ভিতরে মধ্যেরেখা জানাইল ॥
ক্ষনরাখ আমি একে গীতক গাইব।
গীতশেষ সেইকালে তোমারা কাটিব (২২৪)
ইবোলিয়া দুইবাহু নর্ত্তন করিল।
হাগোবিন্দ প্রাণনাথ উচ্চতে গাইল ॥
অধম পাপিষ্ট মুক্তি মরন সময়ে।
ললিত ত্রিভঙ্গ মুর্ত্তি এবার দেখয়ে (২২৫)
কৃপাজরি গলে বন্ধি চরণে টানিয়ে।
জন্মেজন্মে ওয়াদাস অনুদাস হয়ে ॥
ইবোলিয়া ব্রজবাসি নয়াল বহিল।
নিজদৃঢ় ভক্তিপাদ প্রাণ সমর্পিল ॥ (২২৬)

(লোচাড়ি)

ধন মোর নিত্যানন্দ, পতি মোর গৌরচন্দ্র,
প্রাণমোর যুগোল কিশোর।
অদ্বৈত আচার্য্য বল, গদাধর মোর কুল,
নরহরি বিলাসই মোর।

বৈষ্ণবের পদধূলি, তাহে মোর স্নান কেলি;
তর্পণ মোর বৈষ্ণবের নাম ॥

বিচার করিয়া মনে, ভক্তিরস আস্বাদনে,
মধ্যস্থ শ্রীভাগবত পুরাণ (১)

বৈষ্ণবের উচ্ছিষ্ট, তাহেমোর মননিষ্ট,
বৈষ্ণবের নামেতে উল্লাস।

বৃন্দাবনে চবুতরা, তাহে মোর মনঘেরা,
কহে দিন নরোত্তম দাস ॥ [২]

অসি খনলগা খাংগ্রা পুডগী পুন্তথক্লা লেপ্পুনা সরকার তেঙ্গোল য়েংহুনা হায়রকই ॥ (২২৩) ওহে সরকার ঐ শিরগে, চঙলক্লুনা ভক কল্লরো লাও। সরকারনা খুম্মকই হেবহাহুর নংদি থাভস্মু চংদে গুলিস্নু পান্দে করম্না হাংকনি ব্রজবাসিনা, হে সরকার থাঙ ককক্ম তাকে ॥ (২২৪) অসি হায়রগা ভক থাঙগংলগা তাকলকই গুক্ত লৈরিবা মথি ৩সিগী ময়াই থঙবা মযিদা ককউ শোয়দনা তুপকনি অহুগা ঐ প্রার্থনা গীত ১তং শকথিগে অহুগী লোয়রকপদা ককউ ॥ [২২৫] অসি হায়রগা পাম্বোম ২ থাঙগংতুনা জগোয় শারগা খোঞ্জেল রাঙনা গোবিন্দ কৌহুনা প্রার্থনা কংলকই। প্রাননাথ শ্রীগোবিন্দ লান অসি জয় ওইরগা হন্দুনা সেবা তৌগে নিঙজবৰু ননাইনা কৰ্ম্ম কংল্লবনিনা ভমদবা তারে ননাইদি পুন্সিগী অরোয়বা মতুম য়ৌরে। কৃপা তৌবিহুনা ললিত ত্রিভঙ্গ মুর্ত্তিহু দর্শন পিনবিয়ু ॥ (২২৬) ননাইনা কৰ্ম্ম কংতবা য়েংবিগনু কৃপাগী দরিনা ভক্তা পুল্লগা চরন্দা চিংশিনবিয়ু মপোক মপোক খুদিংদা ননাইগী ননাই ওইনা পোকচগে অসি হায়না প্রার্থনা তৌহুনা মিংলুদা পি শিনথহুনা অচেৎপা ভক্তি প্রেমনা আত্মা কংথ্রে। অহুগী তুংদা লালসা শকলকই ॥ (লালসাগীত প্রার্থনা) ॥ ১ ॥ শ্রীনিত্যানন্দনা ঐগী ইরনুনি শ্রীগৌরচন্দনা ঐগী মপুনি শ্রীরাধা গোবিন্দনা ঐগী থৱায় ওইরি। শ্রীআদ্বৈত আচার্য্যনা ঐগী পাঙ্গললি গদাধরনা ঐগী শাগৈনি নরহরিনা ঐগী সান্নকম্নি। বৈষ্ণবকী পাদধূলি তাবা মফম অহুনা ঐগী ইরুজকমনি। বৈষ্ণবকি নামনা ঐগী তর্পননি। পুক্লিংনা রাথল তৌরগা ভক্তি রসবু চুপকনি শ্রীভাগবতনা ময়াই লেপকনি। (২) বৈষ্ণবগী মহাপ্রসাদ অহুদা ঐগী পুক্লিংনা লেপচৈ। বৈষ্ণবকি

* [পয়ার] *

গীতশেষে কৃষ্ণস্মরি শিরে ধুলাইয়া ।
তাহাদেখি সেলক্ষণ খড়্গালয়া যায়া ॥
দ্বিতিয়বারে ডারে মাথাকাটা নাহি যায় ।
তাদেখি সকল সৈন্য ছিহি শব্দ হয় ॥ [১]
জানিয়া শ্রীব্রজবাসি যন্ত্র উত্তারেন ।
শির ধুলাইয়া দেন ইঙ্গিত লক্ষণ ॥
লক্ষণ ভাবেন আমি মহাপাপী হয়া ।
জয়রে গোবিন্দ বলি নাম উচ্চারিয়া ॥ [২]
প্রাণনাথ শ্রীগোবিন্দ নিজ দাস নেয় ।
ইবোলিয়া ঘনঘন গোবিন্দ দাকয় ॥
তৃতিয়েতে কোটিলেক মেঞ্জ শিরখান ।
কৃষ্ণকৃষ্ণ উচ্চৈস্বর ভুমিতে পড়েন ॥ [৩]

তাহাদেখি সরকার ধাইয়া আইল ।
মস্তক তুলিয়া স্কন্ধে জোড়করি দিল ॥
শিরহৈতে মুকুটক বাম হস্তে লৈয়া ।
সেলাম করিয়া সভে পুলকিত হৈয়া ॥ [৪]
মেঞ্জরের অঙ্গেবেড়ি বেঙ্গল বাজিল ।
ব্রজবাসি জয়বলি মঙ্গল করিল ॥
সেইত সময়ে দেব পুষ্পবৃষ্টি হৈল ।
সুমন্দ পবন বহে সেইরন স্থলে ॥ [৫]
মন্দমন্দ মেঘ বৃষ্টী হইল তখনে ।
জয়জয় শব্দ হৈল মণ্ডল গগনে ॥
শিক্ষাগুরু পাদপদ্মঁ ভজন সম্মতি ।
দীনহীন মঙ্গিসিংহ পূরাণে রচতি ॥ * [৬]
* [ইতি শ্রীকুলচন্দ্র চরিত্র সপ্তম সীমা] *

নাম শোনবদা ঐনা হরাওজে। শ্রীবৃন্দাবনগী মঙ্গুংদা লৈবা চবুত্তরা মাতুদা ঐগী পুক্লিংনা লৈখ্রে তোল্লবা নরোওমদাসনা শোজে। (পয়ার) (১) ব্রজবাসী লালসা গীত অসি শকপা লোয়রগা গোবিন্দ স্মরনি লোয়হুনা ওক হাইহুনা ইঙ্গিং পি অহু উবদা খুমনথেম লক্ষন সুবিদার থাড পায়দ্না চঙলগা অনিরক ককপবু করিস্তু চঙদে অদু উবদা সরকার তেঙ্গোল ওক্তুনা হি হি লাওনৈ। (২) অদু উবদা ব্রজবাসী ঐনা যন্ত্র লোথোক্তবননি খন্দুনা যন্ত্র লোথোক্তুনা থমখ্রে অহুগা ওক হাইহুনা ইংগিং অমুক পি। অহুগা লক্ষন সুবিদারনা খল্লি মানা ককউ পিরগা অনিরক কাওবদা তুপ্তবা অসিনদি ব্রজবাসীনদি কৃষ্ণ ভক্তি চৎপা সাধু ওইবনা ঐনদি ইবুঙোগী নাম সোন্দবা মহাপাপি ঐগী ইখুত্তা চংনিংদহুনা তৌরবনি খন্দুনা গোবিন্দনা জয় ওইরে হায়হুনা জয় ধ্বনি লাওরগা প্রার্থনা তৌরকই। (৩) প্রাণনাথ শ্রীগোবিন্দ ননাইবু চরন্দা চিঙশিনবিখ্রো হায়হুনা তোঙনা তোয়না কৌরগা গোবিন্দ শোন্দুনা ককুই। অহুমলক শুবা থাংকক্তা ব্রজবাসি কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা ওক কেনখ্রে ॥ (৪) অহু উবদা সরকার তেঙ্গোন চেনশিল্লকুনা ওক্ অহু খুমগংলগা অমুক্ পানসিল্লে। অহুগা মকোক্তগী লুহুপ লোথোক্লগা সলাম কৃংখি। [৫] ব্রজবাসী দেহবু কোয়শিল্লগা বাথায় বেঙ্গুল খোংহুনা পাওনা ব্রজবাসী জয় ওইরে হায়দ্না জয়ধ্বনি লাওই। মতম অহুদা আকাশদগী লাই খিবিকনা লৈ চাইথবগী মওঙদা মুঙশিং অইংবা শিৎতুনা ইংহল্লি। (৬) নোং মকুপ মকুপ তায় অকাশদা লায় শোভানা জয়ধ্বনি লাওই। শিক্ষাগুরুগী পাদ পদ্মবু কোঞ্জহুনা দীন হীন মঙ্গিসিংনা ইতিহাস পুরান অসি লেঙজে।

(বিজয় পঞ্চালী কৌবা ল্যয়রিক্তী ৫শুবা খণ্ডগী ৭শুবা আধ্যায় লোয়জরে)।

(পাংগ্রবা তোল্লবা ননায় মনিসিং মঙ্গিসিং অনিনা মৈতৈ লোন্দা হন্দোকচে অরানবা পুন্নমক ভাকপিয়ু)

* (অষ্টম লীলা) *

জয়জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥
জয়রূপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ।
জয়জয় শ্রীজীব গোস্বামী জীবনাথ ॥ (১)
জয়জয় শ্রীগোপাল ভট্ট মহাশয়।
জয় রঘুনাথ দাস প্রেমের আলয় ॥
অন্ধপ্রায় হয় মোর চিত্তের গমন।
কৃপাযষ্ঠি দেহ আলম্বন কারণ ॥ [২]
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
তোমাসভা কৃপাহৈতে করিয়ে রচণ ॥
শুভাশুভ মণিপুর যেহয়ে প্রসঙ্গ।
সুত্রমাত্র সর্ব্বরীতি কহিবেক সাঙ্গ ॥ (৩)
রামইন্দু বসুএক বৈশাখ পুর্ন্নিমা।
শুক্রবার অপরাহ্নে শুণ অনুপমা।
পাওনা মেঙ্গোর মৃত্যু যায়েণ বৈকুণ্ঠে।
সনাতণ ধর্ম্ম পায়া চড়ে পুষ্পরথে ॥ (৪)

অবষেব চোংথামিয়া আরণত জণ।
পিছে ফিরি নরবেহু রাখে সৈন্যগণ ॥
সেইকালে দিণশেষ রাত্রির সময়।
রাত্রি কালে ফিরিআসি থৌবানে রহয় ॥[৫]
পূর্ব্বগিরি সৈন্যমিলি মন্ত্রনা করিয়া।
রণজয় নাভাবিয়া দুঃখভাব হিয়া ॥
বার্ত্তা জানাবার লাগি লোক পাঠাইল।
রাত্রিকালে আসি প্রাতে পুরে প্রবেশিল [৬]
রাজস্থাণে প্রণামিয়া সকল কহিল।
শুনিয়া মণিপুরেশ্ব দুখিত হইল ॥
ব্রজবাসি মৃত্যুশুণি পূর্ব্ব গিরিসনা।
ফিরিয়া রনেরবার্ত্তা কহে বহুদৈন্য ॥ [৭]
রাজাকহে কতম্লেচ্ছ হবে কিবাকল।
পুরমধ্যে বীরনাহি শুন্যমাত্র রৈল ॥
মণিপুরেশ্বর শুণ আমার বচণ।
ফিরিঙ্গির সৈন্যগণ নাহিক গণণ [৮]

(নিপানশুবা আধ্যায়) (১) শ্রীগৌরাঙ্গ নিত্যানন্দ ইবুঙো অনিগী চরন্দা খুরুমজে। অদ্বৈতপ্রভুবু গৌরভক্ত খিবিপু খুরুমজে। শ্রীরূপ সনাতন ভট্টরঘুনাথ শ্রীজীব গোস্বামিগী চরন্দা খুরুমজরি। (২] গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথগী চরন্দ খুরুমজে ননাই পাওদবগী থম্মোয়গী অমম্বদা লেঙশিনবিদ্না কৃপাগী চৈশু ওইবিদ্না পাঙ্গল ওইবিয়ু। [৩] তাবিয়ু শ্রুতা খিবিক ননায়গী প্রার্থনা সভাগী কৃপাদগী লেংরবনি মণিপুরগী অফবা ফত্তবা প্রসঙ্গ পুম্নমক সুত্র ওইনা লেংজগে [৪] শোক ১৮১৩ গী শজিবু থাগী পুর্নিমা ইরাই নুমিৎকী নুমিদাংবাই অপরাহ্নদা পাওনা লান্দা মাই ওন্দনা থরায় থাদ্না সনাতন ধর্ম্মগী লৈগী দোলায় তোঙদ্না বৈকুণ্ঠদা কাখ্রে। (৫] লান্দা লেমহোবা চোংথামিয়ানচিঙবা নুপা ১০০ সি থর হন্দোক্লগা নরবেহু শাদ্না লৈরগা পাওনাগী লাল য়েংলহ অদ্ পাওনা মেঙ্গোর তুশ্রবদা অদ্গা নুমিৎনু তাখ্রবদা অহিঙ অদ্দা হন্দোরকুনা থৌবান য়োরে। (৬) হান্না লৈরম্বা য়েংথোয়রবনচিঙবা মেঙ্গোর কয়াগা নোংপোক চিঙদা লৈদ্না দরবার রা তারে। লাল জয় ওইনি হায়বা থজ্রদ্না কোমুঙদা লানগী পাও তম্মু হায়দ্না অহিঙ অদ্দা দূত থারকই। অহিঙনোঙসোইবা লাকুনা নোঙডানবা মতমদা কোমুঙ য়োরে। (৭) নিংথৌদা লানগী পাও হজংলি পাও তাবদা নিংথৌ পংথখিহনা য়ামনখিবনা রা তারে। অদ্ উবদা অমুক হয়া হজংলি মহারাজ ইবুংঙো ব্রজবাসী মেঙ্গোর শিখ্রবদা তেজোল হন্দোরক্লনা *

গর্ত্তহৈতে পিপিলিকা গমণ যেরূপ।
নাসহিয়া নিজপ্রজা দুঃখ ভাবিমণ ॥
তোরদাস ব্রজবাসি বীরেতে গমন ॥
গুরুখাল সৈন্যগণ অপার কাটেণ ॥ [৯]
তিণবার বোমকাটি অদ্ভুত লক্ষণ।
ম্লেচ্ছের সৈন্য সকলে সেলাম করেণ ॥
তারআগে কুনজণ সম্মুখ নাপারে।
জলআনি বন্ধযেণ রাখিল শত্রুরে [১০]
প্রভুস্থাণে বোমমাগি নাদিল রাজনে।
অস্ত্রশূন্য হয়াদাস তেজিল পরাণে ॥
কিউপাই কহ প্রভু নাজানি কারণ।
ইবোলিয়া প্রজাগণ প্রণামে চরণ ॥ [১১]

হাসিকহে কুলচন্দ্র মণে কিবা ভয়।
সুখেরহ প্রজাগণ মণে নাহিভয় ॥
অশ্বাসিয়া প্রজাগণে বহু শান্তাইল।
লাইখুরা পণ্ডিতের স্থানেতে পুছিল ॥ [১২]
কিউপায় কহপণ্ডিৎ রাজ্য রক্ষালাগি।
গোবিন্দ ছাড়িয়া কেমে প্রজাসব ত্যাগি ॥
লাইখুরা কহিলেণ শুণ নিবেদণ।
কুর্ম্মপৃষ্ঠে পিতামহে করহ পূজন ॥ ১৩ ॥
শুভাশুভ বার্ত্তা সর্ব্ব সকল জানিবে।
রাজাকহে শীঘ্রকর কপাল দেখিবে ॥
পূজাদ্রব্য নিয়া পণ্ডিৎ গমনে সত্বরে।
পূজালাগি আরম্ভিল কুর্ম্মের উপরে ॥১৪॥

থোবান নোংপোক চিংদা লান থাংহৌরি। লানগী পাও অসি হঙ্গংলু হায়দুনা ননাই ঐখোই লাকচবনি। (৮) নিংথৌনা সরকার তেঙ্গোল কয়া য়ামখ্রবগে করি ওইদৌরিবনো হৌজিক কোমুংদা অকনবা অমা কাওবা লৈত্রে। অদু তাবদা দুনা হঙ্গংলি সরকার তেঙ্গোল অসি মসিং লাকখিদ্রে। (৯) লৈক্রক্তগি ককুচেং থোরকপদা মসিং লাকপা গুমদবগুম্বনি। অদুনা ননাই প্রজানা রানদুনা মা মাংদ হঙ্গংলরিবা অসিনি লাক্লিবা ননাই ঐখোয়সি ব্রজবাসি পাওনাগী লান্দ য়াওজরবনি ননাই পাওনালান্দ থোবা অকনবা মরক্তগী অথোবা মাদা হাংপা সরকার সিফাই গুর্খাননা চিংবা অপারনি মসিং লাকপা গুম্মোই। (১০) সাহেবনা অহানবদা বম্ অমা কাপ্লকই পাওনানা ককই অমুক অনি কাপ্লকই অমানা পাওনানা ককই অমদি চিংলেন য়ানা ককনি চোংথংলুবদা মৈনানা চেন্দুনা মা সিদ্রে অদুসু ননাই ব্রজবাসিনা মৈথৌরি ককুনা বমদিয়ার মাংহল্লি। অদুগী তুংদা বম অনি অমুক কাপ্লকই অমদি ননাইনা ককই অমনা পোখাইদুনা তেঙ্গোন খর শিরে যতন তৌহৌবনিনা য়াম্না সিদে সাহেপ্না সলাম তৌই। ব্রজবাসিগী মাংদ কন্না থাংবা গুমদে ঈসিং পন থিংবগুম য়েরুবা চংহন্দনা থিংজি। [১১] মবুংতোনি হায়হনা ননাইনা বম দিয়ার নিজরুবদা শিবিরক্তবদগী ননাইগী খুংলাই রাংতুনা মানা গুম মখৈ হাংলমলগা থরাই থাখ্রে। শমনা পাও থর হঙ্গংচরিবা অসিনি য়া বুদ্ধি তৌবিরো হায়হনা খুরুমগা হন্দোকখ্রে। (১২) অহু তাবদা কুলচন্দ্র অরাবা উহন্দে নোতুনা হায়রকই, কিরুগমু প্রজা থিবিক মুংঙাইনা লৈয়ু শগোল তোংলগা পাও চেন্দুনা লৈপাক ইংহন্নু হায়রগা লায়খুরা পণ্ডিৎতা। [১৩] পণ্ডিৎ করি উপায় লৈরি লৈপাক কাইবা তাম্রে গোবিন্দ সেবা থাহুনা করম চেনশিগে লাইখুরা পণ্ডিৎনা মহারাজন্নু য়িরৈপাক ঙাক্রবা কাংলাদা ইবুদ্ধো খুরুমসি। (১৪) পূজা অহুদা অফবা ফত্তবা ফলদ থংলমি। নিংথৌনা

মন্ত্রপড়ি পাতাকালে অদ্ভুত হইল।
বহুকক্রে মক্ষি আসি অনেক বেড়িল॥
কিবামন্ত্র কিবাপাতা-সর্ব্ব ভাঙ্গাইল।
নাসাহয়া পূজাভাজি পণ্ডিত ফিরিল [১৫]
রাজাকহে কিবাফল কহত পণ্ডিত।
কান্দিয়া কহেণ প্রভু হইল উৎপাত॥
পূজাসব ভঙ্গহৈল ফল নাপাইলে।
পূজাভাঙ্গে দেশ ভঙ্গ গুরুজণ বলে॥ [১৬]
শুনিরাজ কুলচন্দ্র দুঃখিত অন্তর।
শ্রীগোবিন্দ পাদধরি হৃদয় অন্তর॥
মান্ত্রস্থানে কহিলেণ বচণ শুনহ।
আজাদণে শ্রীগোবিন্দে উৎসব করহ [১৭]
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ডাক পূজার কারণে।
আজিকালি নাহিকর গোবিন্দ সেবণে॥
আরম্ভস্মে প্রাণনাথ সেবার কারণে।
রাজাজ্ঞাতে প্রজাগণ কহিল সাজণে॥ (১৮
রন্ধন ঘরেতে হৃদ্ধিকরে সমাপণ।
রামকৃষ্ণ জগনাথে গোবিন্দে অর্পণ॥
চরিদিগ লোক আসি প্রসাদ পাইল।
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব বৃন্দে কত্দাণ কৈল॥॥১৯॥
শাসণ কারণে আম কুভাষা কহিল।
আরযত দোষগুণ ক্ষমহ সকল॥
নিজ জীবনের লাগ উপায় সাজণ।
যারতার সুখলাগি দিল আজ্ঞাদাণ॥॥২০॥
ইবোলিয়া বৃদ্ধাগনে বিদায় করিল।
পুর নারী বৃন্দ ডাকি কহিতে লাগিল॥
কল্যদিনে তুম্রা সব পিতৃর গৃহেতে।
জীবনের লাগি বহ দুঃখের কালেতে (২১)

অহুদি হৌজিকমক পূজা কৎলুরো লাইবক য়েংলসি। য়াথং তাবদা পূজাগী পোং লাংছনা পণ্ডিৎ পূজা কৎনবগীদমক কংলা কুর্মগী অথপ্পা লাইকমদা। [১৫] মন্ত্র শোন্দুগা পাথংবা পূজাগী লা থাবদা অঙকপা ১ থোরক্লে। কদায়দগী লাকপনো থঙদে বনথিদা তোংবা সংমুনবা হুম্বিং অহুনা থোই পায়বগুমনা য়োমগ্রে মন্ত্র শোনকম থংগ্রে অহুগা লা থাকম থংগ্রে কায়রে পূজা য়াত্রহুনা মা মাংদা হনলক্লে। (১৬) নিংথৌনা পণ্ডিৎ কমদোয়ে, পণ্ডিৎনা কপ্পনা হঙ্গংলি পূজা য়াগ্রে অঙকপা উৎপাৎ ওইখ্রে অহুনা কোল হায়বা ওমগ্রে। অহুগা পূজা কাইরবদি লৈপাক কাই গুরুজন্না তাকপিরম্মী। (১৭) অহু তাবাদা কুলচন্দ্র নিংথৌ থম্মোয় চাকুনা গোবিন্দ চরণ কোল্লগা য়াথল তৌরগা মন্ত্রি কৌহুনা য়াথং পি। ওসি গোবিন্দদা য়াম্না চাওনা উশোপ কৎলু॥ [১৮] ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব কৌশিন্দুনা গোবিন্দগী সেবা তৌ। হয়েন হয়েং হায়রগদু থুনমক হৌজিক কৎকদবনি হয়েংমুক্তি মপোক্তা সেবা কংজনবা য়াথং ফংবদা লৈপাক হৌহুনা লাংছনা। [১৯] ব্রাহ্মণা লুক হৌহুনা রাধা গোবিন্দ, রামকৃষ্ণ, জগনাথদা লুক কৎলি চাওনা কৎগ্রে মাইগৈ মরিগী মী অরাকপা মথৈ প্রসাদি কংহল্লি, অদুগা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমক মতিক চাবা দক্ষিনা কৎলি। (২০) অহুগী তুংদা নিংথৌ প্রজাদা প্রার্থনা তৌরকই। ঐনা লৈপাক পুবা ওমনবা হায়হুনা কন্নামরুম ওইবা দোষ গুণ তৌখিবা পুম্নমক ডাকপিয়ু। হৌজিকত্তি নংগী নংগী হিংনবা উপায় য়েংগ্রো অরোইবা বিদায় পিরমনি। (২১) অসি হায়হুনা হায়হুনা নহা অহল পুম্নমক্তা বিদায় তৌগ্রে। অহুগী তুংদা ইবেম্মসিং পুরনারী য়েঙহুনা য়াথঙ থাই। হয়েংগদগী নজি নজি উপায় য়েঙহুনা গুরুজনগী

আজুদিপে শ্রীগোবিন্দে ইজ্জা দাণকর।
জীবণ মরণ সেই ইচ্ছা যে যাহার॥
ইবোলিয়া আজ্ঞাদিল পুরবাসি গণে।
তাহাশুণি পুরবাসি পুরিল ক্রন্দনে॥ (২২)
হাসিয়া কহেণ রাজা বৃথা কেন কান্দে।
অসার সংসার সেই থাক্কে মায়া কাঁন্দে॥
চলহ তুরিতে তোরা গোবিন্দে বিদায়।
ইহজন্মে নাভাবিহ পরের উপায়॥ [২৩]
জীবণ মরণ কালে কৃষ্ণনাম সার।
কিবাপিতা কিবামাতা আর পুত্রদার॥
এসকল মিছাময় মায়ার কারণ।
আজিকালি নাহি জাণে জীবণ মরণ॥(২৪)
মৃত্যুকালে দেহছাড়ি জীবেতে গমণ।
ধণজণ পুত্রপতি সকল ছারণ॥
কেবল লইয়া যাই কৃষ্ণনাম মাত্র।
শ্রীকৃষ্ণ সবন্ধে ভক্তি মঙ্গল সর্ব্বত্র॥ [২৫]
ইহাজানি তুরাসবে গোবিন্দচরনে।
চলহ তুরিতে প্রিয়ে বিদায় কারনে॥
ইহাশুনি পুরবাসি অনেক কান্দিয়া।
আরযত প্রজালোক সকল মিলিয়া॥২৬॥
পুরবাসি আর প্রজা থালের সময়ে।
গোবিন্দ দর্শণ করি অনেক ক্রন্দয়ে॥
প্রাণনাথ শ্রীগোবিন্দ জীবের জীবন।
অনাথের নাথ প্রভু পতিত পাবন॥২৭॥
অগতির নাথ গতি দীনহীন বন্ধু।
তোমাবিনে আরকিবা আছে প্রাণবন্ধু॥
জীবনে মরনে যদি তুমা নাছারিব।
জন্মেজন্মে তুয়াদাসী চরণ সেবিব॥২৮॥

য়ুমদা কুমখ্রো অরাবা মতম অসিদা নথরায় হিংনবা হোৎনখ্রো। [২২] ওসি হুমিং অসিদা রাধা গোবিন্দদা নখোয় নখোয়না ওমজবা দান কংচরুরো হিংবা শিবা ইবুঙো মাগী কৃপানি। অসি হায়রুনা য়াথং পি অহুতাবদা কোমুং অসি কপ্পবনা নিনখ্রে॥ [২৩] অহুউবদা নিংথৌনা ইশি সিনা নোক্লুনা হায়রকই। করিরাহুনা কপ লিবনো অরেপ্পা নাইদবা সংসারনি মায়াগী লাংনা পুন্দুনা থম্বদনি অরেম্বা রাথল থাদোকউ। গোবিন্দদা বিদাই লৌরু হৌজিকী মপোক অসিগী থম্লবস্থু অমুক পোকপগী উপায় য়েংজো॥ ॥২৪॥ শিরবদসু হিংলিবৈদসু ইবুঙো মাগী নামনা লোইরে। ইমা ইপা মরুপ মপাং ইচা ইশু পুম্নমক অরেম্বানি মায়ানি শিব হায়বসে হয়েন হয়েং থংদবনি॥ ॥২৫॥ শিবা অরবদা দেহ হকচাং থনমগনি স্না লুপা লন-থুম লোয়না হন্দোক্লমগনি অসেংবা অরেপ্পা ইবুঙোগী নামতনা লেংলোয়দবনি অহুনা কৃষ্ণগা মরি শম্বন্ধি ওইনবা ভক্তি কংচো॥ ॥২৬॥ অসি থংনা নখোয় পুম্নমক চত্নুনা গোবিন্দগী চরন্দা বিদায় লৌজরু। স্নায়াথং অসি ফংবদা মখৈ লৈত্তনা কপ্লুনা গোবিন্দ মন্দিরদা লাকলে॥ ॥২৭॥ কোম্বুংগী ইবেম্মাশিং লৈকায় ৪গী প্রজা গাংল মতমদা পৈরে গোবিন্দ দর্শন তৌরগা কয়া মরুম কপনৈ। প্রাননাথ শ্রীগোবিন্দ জীবগী জীবা ওইবা ইবুঙো মপু লৈত্তবগী মপু ওইবিবা অতোনবগী মবুঙো॥ ॥২৮॥ পাজল লৈত্তবগী পাজল ওইবা হে দীনবন্ধু। ইবুঙো নত্তনা গতি লৈতে শীরবসু হিংলবসু চরনবু থাজরোই মপোক খুদিংদা মনাই ওইদুনা সেবা কংহনবু॥ (২৯) হে হে রাসেশ্বরি রাধে গোবিন্দ প্রিয়সিনী দাসীনী সখী খিবিককা লোয়নদুনা গোবিন্দ সেবা ওইরিবী ইবুঙো ইবেম্মাগী ওমজবা নিতি সেবা তৌজববু

শুনশুন রাসেশ্বরী গোবিন্দ প্রেয়সী ।
সখীগণ সঙ্গে সেবে প্রেম পরকাশী ॥
নীতিনীতি হুহুসেবা মনে অভিলাষী ।
কিবাদোষে দোষিহয়া দুঃখমাত্র ভাসি ॥২৯॥
তবইচ্ছা নাজানিয়া বহুদুঃখ হৈল ।
এইত প্রার্থনা করি অনেক ক্রন্দিল ॥
ফিরাইয়া আইলেন গৃহের মাঝারে ।
দুঃখভার হৈয়া রহে পুরের ভিত্তরে ॥৩০॥
এইমতে সেইরাত্রি জাগরণ রৈল ।
প্রভাত সময়ে সর্ব্ব প্রাতস্নান কৈল ॥
গোবিন্দ দর্শণ করি পুরনারী গণ ।
রাজারে বিদায় করি পিতৃগৃহে যান ॥৩১॥
অনেক প্রলাপ এই বর্ন্নিতে নারিল ।
গ্রন্থের বাহুল্য ভয়ে সুত্রেতে বর্ন্নিল ॥
গোবিন্দের লীলা এই কেমনে জানিব ।
সুখদুঃখ জীব মৃত্যু ইহা কি কহিব [৩২]

পদ্মপত্র জলযেন অথির জীবন ।
আজিআজি কালিকালি জীবন যাপন ॥
অজর অমর যেন কিছু নাহিজান ।
কিবারাজা কিবাপ্রজা স্বপন যেমন ॥ [৩৩]
হরেকৃষ্ণ কৃষ্ণনাম জীবনের সার ।
অপার সংসার পার এভুর সাগর ॥
বৈশাখ কৃষ্ণাদ্বীতীয়া রবিবার দিন ।
সেইদিনে রাণীবৃন্দ পূর্ব্বাহ্ণ গমন ॥ [৪০]
সেদিনের মধ্যাহ্নেতে কনিস্ত্র মন্দির ।
ফনিস্ত্রেতে সমর্পণ নৌতুন মন্দির ॥
খালের সময়ে যদি গোবিন্দ মন্দিরে ।
প্রজাগণ সর্ব্বমিলি কান্দে বহুতরে ॥ [৩৫]
রাজাকহে প্রজাগন নাকর ক্রন্দন ।
গোবিন্দের সেবা লাগি করহ সাজন ॥
ব্রহ্মপুর স্থান স্থিত রাজ পুরোহিত ।
পুরের দক্ষিণ ত্রিপুরা নদীর তট ॥ (৩৬)

করিগী দোষনা কাইগদৌরিবনো ॥ (৩০) ইবুঙোনা সাননগদৌরিবা লীলা অসি খঙদবনিনা ওনথোকপা ফঙনা অরাবা ওইখ্রে । অসিনাচিংবা প্রার্থনা কৎতুনা কয়া মরুম কপনৈ অহৃগা আরতি দর্শন তৌরগা কপনা কপনা হন্নথি, ইবেমসিংস্থ সঙ্গায়দা হন্নথি ॥ (৩১) অসুন্না কপ্লতুনা অহিং অসি লাঙবনা তুমনদনা নোঙঙাস্লে প্রাতগী স্নান কুয়া কর্ম্ম লোয়রতুনা গোবিন্দ দর্শণ তৌরগা নিংথৌদগী বিদায় নিতুনা তমপাক যুমদা লোয়না কুমথনখ্রে । (৩২) মতাং অসিদা কপ্লবা লাওনবা অসিদি লেঙবদা লোয়বা ওন্না কর্ম্ম নত্তে অমসুং লাইরিক অসি য়াম্না চাওপ্রগনি কিবদগী সুত্র ওইনা লেংজরে । গোবিন্দগী লিলানি মীনা খংবাঙবা কর্ম্ম নত্তে অরাবা নুংভাইবা পোকপা সিবা অসিবু কনানা তম্বা ওমগদগে ॥

(৩৩) তাবিয়ু শুত্তা থিবিক মীওইবগী জীব থমনা খেঙ্গোংদা হাপ্পা ঈসিংগুমনা লেপ্তবনি অসিদা মিওইবনা হোয়েন হয়েং খংত্রবা মপোক অসিদা অময়গুম্না থন্নরি নিংথৌ ওইবা প্রজা ওইব অনেম অরাং অচৌ অপিশক মংগুম্বনি । (৩৪) কৃষ্ণগী নামতনা জিবগী মচিনি ইবুঙোগী নামনা সংসার সমুদ্র লানগদবনি সজিবু থাগী ॥১৭॥ নি পানবা নোংমাইজিংগী পুর্বাহ্ণদা অয়ুক পুং ১০ তারা মতমদা মহারাণী ইবেমসিং ভম্পাক যুম পোকনকমদা লেংথখ্রে ॥৩৫॥ নুমীৎ অহুগী নুমীৎ নুংথদা লাইনিংথৌ সনামহিগী লাইসং হোংতুনা কৎলি খাল মতমদা গোবিন্দ মন্দিরদা লৈপাক প্রজা চোম্না পৈতুনা কপ্লে । ॥৩৬॥ নিংথৌনা প্রজা থিবিক কপ্লতুনা লৈবা মতম মতে ইবুঙো

ঠাকুর দাসের গৃহে গোবিন্দ গমণ।
সেবার কারণে তুম্রা করহ যতণ॥
সহস্রেক টাকা দেহ ব্রাহ্মনের হাতে।
সকল ঈশ্বর সহ সেবা কর তাতে॥ [৩৭]
কান্দিকান্দি নৃপমণি সেবা নিয়োজিল।
গুণগুরু দ্বিজবর তুমাতে কহিল॥
যদিকৃপা থাকে তবে সেবিব ফিরিয়া।
যদি ম্লেচ্ছ জয়হয়া হইল অজয়া॥ (৩৮)
ম্লেচ্ছস্থানে নাদিয়োক এই প্রাণনাথে।
মণিপুর এইদেশ সিংহাসন সাথে।
ভাগ্যচন্দ্র নৃপমণি গোবিন্দেতে দাণ।
আর নরসিংহ রাজা নবছত্র দাণ॥ [৩৯]
এইহেতু শ্রীগোবিন্দ মণিপুর রাজা।
মণিপুর পুরন্দর নামে যে বিরাজা॥
রাজবংস কুলজনে নাদিহ কাহারে।
এইদেশ নৃপহয়ে সেবহ তাহারে॥ (৪০)
ভয়না করিহ তুমি লক্রিয়া চলহ।
কারবাক্য নাশুনিয়া সেবন করহ॥
এইকথা কহিনৃপ আজ্ঞা দাণ দিল।
রাজাজ্ঞাতে শ্রীগোবিন্দ দোলেতে চড়িল [৪১]
হেনই সময়ে রাজা প্রেমে মুর্চ্ছাহৈল।
ক্ষনেক মুর্চ্ছিয়া নৃপ চরনে পড়িল॥
হাহা প্রাণনাথ প্রভু কেমনে ছারিল।
মুঞিকাহা যায়বলি বিদায় করিল॥
তুয়াসেবা নাজানিয়া কত অপরাধ।
সেইদোষে দোষি হয়ানয়নের বাধ॥
আমি নাছাড়িব প্রভু তুয়া শ্রীচরণ।
মরণেতে দেখাদাও সুচাঁন্দ বদণ॥ (৪৩)

লেংথনবা থোরাং তৌরো ব্রহ্মপুর তখেনথোং মপানদা লৈবা রাজপুরিং গুরুদেব। ।৩৭। ঠাকুর দাসগীদা লেংথরো সেবাগীদমক ব্রাহ্মন খিবিকনা যতন তৌবিয়ু। লুপা ১০০০ লিশিংঅমা পুরিং গুরু দেবদা পিথো জগনাথ রাম-কৃষ্ণনাচিংবা সেবা ফঙলসনু॥ (৩৮) অসি হায়তুনা কপ্পা কপ্পা সেবা শিন্নরকই। তাবিয়ু গুরুদেববু ইবুঙোগী কৃপা লৈরগনা হনলকুনা সেবা তৌরখিগে লাইবক থিতুনা সাহেপনা জয় ওইতুনা মণিপুর অসি লৌখিবা তারবসু॥ (৩৯) গৌরিয়া চংতবা সাহেপকি মখুংবাক্তা ইবুঙোবু লাম্থোকথিগনু। মণিপুর হায়বা দেশ অসিগী সিংহাসনগা লোয়ননা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা শ্রীগোবিন্দদা কংলমলবনি। অদুগা নরসিং নিংথৌনা নবছত্রদংমু কংলমলবনি॥ (৪০) মরম অসি লৈবনা গোবিন্দনা নিংথৌনি ইবেম্মনা মহরানীনী। ইবুঙোগী নাম মণিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দ কৌবনি। রাজবংস নিংথৌ মচা কনাদা পিগনু লৈপাক অসিদা নিংথৌ ওইবা অদুতনা সেবা ফঙসনু॥ (৪১) গুরুদেব কনাবু কিরুগনু হরাওবনা লেঙথতুনা কনা১না হায়বা তাদনা সেবা তৌ অসি হায়তুনা য়াথং থাখ্রে। য়াথং ফঙলবদা ব্রাহ্মন খিবিকনা ইবুঙো লেংথোরকুনা দোলাইদা লেঙখৎলি॥ (৪২) অদুউবদা কুলচন্দ্র নিংথৌ প্রেমনা থম্মোয় কায়খ্রতুনা রানথতুনা তুখ্রে। ঙহাক জ্ঞান মাংলুরগা হৌগংতুনা দণ্ডবৎতাই হা হা প্রাননাথ প্রভু কদায়দা লেংগদৌরিবনো মনাইবু কদায়দা চংলু হায়তুনা থনমগদৌরিবনো॥ (৪৩) ইবুঙোগী সেবা খংদ হৈতনবা কয়ামরুম অপরাধি ওইখিবা অদুগী দোষ অদুনা চাকখিবনা দর্শণ ফংলোয়দৌরেদো ননাইন্না অরাপ্পদা লৈরবসু শ্রীচরন্দি থাজরোই। ননাইনা দেহগা প্রানগা কায়নরমদাইদা দর্শণ পিয়ু॥

জন্মেজন্মে তুয়াদাসী হইয়া জনম।
দিবানিশি তুয়ানাম জপিব অধম ॥
বৃন্দাবনে বাসমুঞি তুয়ানাম জপি।
ইহজন্মে নাদিয়োক বিষয়ের তাপি ॥ [৪৪]
হেনকালে রাধেশ্বরী দোলেতে চড়িল।
দাবানল দগ্ধযেণ মনেতে জ্বলিল ॥
হাহারাধেশ্বরী যাই রাস মণ্ডলেতে।
নিজ প্রাণনাথ সেবাকারণ মনেতে ॥ (৪৫)
কিলাগি মলিণ হৈল সুচাঁন্দ বদনে।
রাসের নর্ত্তণকুরু দেখিব নয়ণে ॥
যুগল বিলাস সেই দেখিব হরিষে।
জীবণ সাফল্য হই যুগল দরশে ॥ (৪৬)
ইবোলিয়া কুলচন্দ্র প্রেমে মুর্চ্ছা হৈল।
গোবিন্দ লইয়া গেল ব্রাহ্মণ সকল ॥

ঠাকুর দাসের গৃহে গোবিন্দ রহিল।
ভাণ্ডারের সবদ্রব্য লক্ষিয়া থইল ॥ (৪৭)
সন্ধ্যার সময়ে রাজা টিকেন্দ্র ডাকিয়া।
কহিল সকলকথা দুঃখ মনহয়া ॥
শুণশুণ প্রাণভাই দুঃখের কাহিনী।
ব্রজবাসী গেল স্বর্গে ছারিয়া সেনাণী ॥ (৪৮)
রণভঙ্গ হয়াসৈন্য গেল পালাইয়া।
মোরা কিকরিব এবে কহ বিবরিয়া ॥
তুমামনে কিভাবিহ বলহ এখণ।
যুবরাজ কহে প্রভু শুনহ বচণ ॥ (৪৯)
কারণ করণ কার্ত্তা গোবিন্দের ইচ্ছা।
জণমে নিশ্চয় মৃত্যু ভয়যেই মিচ্ছা ॥
পালাইয়ে হবেমৃত্যু অপযশ হয়া।
রনকরি কপালের দেখি জয়াজয় ॥ (৫০)

[৪৪] মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইজবা পিনবিয়ু। ননাই অতোনবনা অহিং মুণ্ডথিন্দা ইবুঙোগী নাম শোঞ্জহনা শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকুণ্ডদা লৈজগে। মপোক অসিদা বিষয়গী মৈ অমুক পিরগনু ॥ (৪৫) অসি হায়না প্রার্থনা তৌজরিঙৈদা রাধেশ্বরী লেংথোরকুনা দোলাইদা লেঙথৎলে অচুউবদা নিংথৌ লামমৈ চাকপগুমনা থম্মোয় কাখ্রে। হা হা হেরাধে ইবুঙোগী রাসগী থৌগন লেংগদৌরিব্রা ॥ (৪৬) করিগী মাইথোঙ মকপগে রাসগী জগোই থোনবীয়ু ননাই য়েঙজগে। রাসগী যুগোল বিহারবু হরাওনা য়েঙজগে পোকপগী মহৈ য়াজগে (৪৭) অসি হায়না প্রার্থনা তৌরম্বদগী য়াম্বহনা লৈখ্রে। ব্রাহ্মন থিবিক্লা রাধা গোবিন্দ লেঙথহনা ঠাকুরদাস রাজ পুরিৎকী য়ুম য়োহনা মন্দিরদা ইবুঙো লেঙশিনখ্রে ভাণ্ডারদগী পোৎপূম্নমক হোনথহনা পৈখ্রে। (৪৮) অসোমদা কোমুঙদা সন্ধ্যা মতম মমথরক্লবদা নিঙথৌনা মনাও ইবুঙো কোইরেঙ যুবরাজ কৌশিন্দুনা রা তাম্নে। যুবরাজ অরাবগী ইপাক্ত তাওয়ে ব্রজবাসী পাওনা মেঙ্গোর মৃতু ওইখ্রে। (৪৯) মণিপুর তেঙ্গোল কায়হনা চেম্নরক্লে হৌজিক ঐখোয়না করি তৌশিগে ইনাও ইবুঙোগী পূক্লিঙদা করি লৈবগে ঈয়াম্বদা হায়য়ু। অহু ভাবদা কোয়রেঙ যুবরাজনা য়ামুঙ মহারাজবু। (৫০) মীওঈবগী শিনবী লাগবিরিবা কারনকরন কার্ত্তাদি শ্রীগোবিন্দ ঈবুঙোনি মাগী ঈচ্ছানি। পোক্লবদি শিবা হায়বাঅসি শোয়ত্রবনি শিবগী-দমক কিফম থোক্তে। চেল্লবমু শিগনি মিঙচৎমু থিগনি অহুনদি লাল পায়হনা লায়বক য়েঙবনা কৈ। (৫১) ক্ষেত্রী ধর্ম্ম ভাক্লনা শিত্রবমু করে মঙ্গল ওঈহনা ছিংলবমু করে লান্দা চঙ্গে নিংজৈ মাঙদমু সকম জোজৈ চেন্দুনা শিরোই হায়হনা। (৫২) অহু ভাবদা নিংথৌনা ইনাও যুবরাজ ঈয়াম্বগী রা

ক্ষেত্রিধর্ম্ম রক্ষাকরি মরিহৈল ভাল।
জন্মহৈলে শুভকালে থাকিব মঙ্গলে॥
মোরমনে এইইচ্ছা নিশ্চয় বচণ।
পূর্ব্বের সংকল্প এই নাহি পালায়ণ॥ (৫১)
রাজকহে ইহাহই গুণ মোরবাণি।
রণকরি মৃত্যু হবে শুনহ আপণি॥
বীরসব শ্রমপাত্রি সদা যুদ্ধকরি।
মণিপুর প্রজাগণ সর্ব্ব প্রাণ ছারি॥ (৫২)
এককুল রক্ষালাগি ত্যাগিবে জনেক।
একগ্রাম রাখিবারে তেজিবে কুলেক॥
আরগ্রাম ত্যক্ত একদেশের লাগিয়া।
আত্মারক্ষা লাগি যাব পৃথিবী ছারিয়া॥ [৫৩]
আরেক রাখিবে ধণ আপদের কাল।
সেইধণ দিয়া রাখি পুত্রপৌত্র দার॥
সততে রাখিবে আত্মা বহুধণ দিয়া।
এইমতে নীতিশাস্ত্রে আসয়ে লিখিয়া (৫৪)

এইত লাগিয়া সর্ব্ব ছাড়ি ধণজন।
নিজদেশ ছাড়িযাউ নাকরিমু রণ॥
তবেসে সুস্থির হবে সং[ প্রজাগণে।
সর্ব্ববীর শান্তহৈবে সবদুঃখ হনে॥ [৫৫]
যে জঞ্জাল গেলে পুণি করিমু যুধন।
বিনাশিতে আসিকাল দৈব নির্ব্বন্ধণ॥
সর্ব্বহৈতে শ্রেষ্ঠবাণ কালেসে প্রবলে।
বুধজনে দেশকাল দেখিকর্ম্ম করে॥ (৫৬)
পূর্ব্বে যৈছে যুধিষ্টির পঞ্চ সহোদর॥
শ্রীকৃষ্ণ সহায় তারে করে নিরন্তর॥
তথাপি লুকিয়া রহে বিরাট নগর।
কাল অনুরূপ রৈল এক সম্বৎসর॥ [৫৭]
রণমধ্যে মৃত্যুহৈল ঐশ্বর্য্যের পথ।
বৃন্দাবনে বাস এই মাধুর্য্যের পথ॥
ইহ মণিপুর দেশ রাজ্যভোগ শেষ।
চৌদিগের লোকবৃন্দ ছুভাইরে দ্বেষ॥ (৫৮)

তাও লাল চঙলবদি শোয়দনা শিরগনি হিঙবা ওইরোয় মণিপুরগী অকনবা পুন্নমকসু মথরায় শোক্লা লাল পানখিবদগী য়াম্না য়ানরে শিবসু তুম্বা হায়বা য়ানা শিখ্রে হৌজিক থর লৈরিবা অসি লোয়না শিরগনি (৫৩] মী অমা মাংলগা শাগৈ অমা কনবা য়াগদবা লৈরবদি মী অমচু পামুকদে। শাগৈ অমা মাঙলগা খুঙ্গঙ অমা কনবা য়াগদবা লৈরবদি শাগৈ অচুমা পামুকদে। অচুগা খুঙ্গঙ অচুনা মাঙলগা দেশ অমা কনবা য়াগদবা লৈরবদি খুঙ্গঙ অচুবু পামুফদে। অসুম্বা রাজনীতি নিয়ম লৈ। অচুগা ঐগী জীব হিঙ্গদবা লৈরবদি লৈকম থাহুর্না চেনগনি। [৫৪] অচুগা শামুনা থম্লিবা ঐগী ইরন ইথুম অরাবা মতম লাক্লবদা পামুফদে মাবু পিথোক্তুনা ঈচা ঈশু কনগদবনি। অচুগী মথক্তা মীওইবগী জীব আত্মা হায়বসে অথোয়বা লননী মাগীদমক মাংদনবা হোৎনগদবনি নিতি সাস্ত্রদা লাওরি। [৫৫] মরম অসিনা পুনমক থাহুনা চৎলসি জীব কন্নবগী দমক লান তৌরগনুসি অচুগা ঐথোইনা লৈবাক থাহুনা চৎখ্রবদি লান তোক্তুনা লৈপাক অসি ইংলগনি অচুগা অকনবা পুনমকসু লান তোক্লহুনা অরাবা কোকলগনি। [৫৬] অসিগুম্বা খুদোংথিবা অসিদা নমথেক্তুনা লান চংলবদি জয় ওইবা ওমলোই মতমগী মতুং ইন্না লাকলিবা কর্ম্মনি পুন মক্তগী কাল কৌবা লাইনা মকল্লে অচুনা পণ্ডিৎসিংনা দেস অচুগী মতম অচুগী য়েংদুনা কর্ম্ম তৌনৈ। ॥৫৭॥ মমাংঙৈদা যুধিষ্টির নিঙথৌ মনাও মরি পুচুনা চহি ১২ বোম্দা চৎলি জগৎকি

দুঃখকালে নাহিমিত্র শুন প্রাণভাই।
কালপায়ে দেহ ছারিজীব রখিযাই ॥
বিপদের সময়েতে শুনহ বচণ।
প্রথমেতে মাগি ঈশ্বে দেশের কারণ ॥ [৫৯]
সেদেশে নাশিলে মাগে আপণ গ্রামক।
গ্রামক বিনাশি মাগি আপনা গৃহক ॥
সেগৃহক নাশে মাগে নিজক জীবণ।
এইসে জীবের রীতি প্রতক্ষ বচণ ॥ (৬০)
তোরমণ নাহিজানি আমি দেশছারি।
ব্রহ্মার দেশেতে যায়া আত্মারক্ষা করি ॥
ইবোলিয়া যাত্রা কৈল সন্ধ্যার সময়ে।
রাজপিছে তিনভাই গমন করিয়ে। [৬১]
কাঙডবাদি প্রজাগন পিছেতে চলিল।
রাত্রিব্যাপি চলিযাই চশাতে পাইল ॥
গ্রামণিপুর মাঝে প্রভাত সময়ে।
রাজাগেল বার্ত্তাশুনি পরাণ উদয়ে। [৬২]
নিজনিজ জীবলাগি চৌদিকে পালায়ে।
মাওবাপ নাহিজাখে ফিরিয়া নাচায়ে ॥
বৈশাখ কৃষ্ণা তৃতীয়া সোমবার দিণ।
পশ্চিমার সৈন্যআসি পুরে প্রবেশণ ॥ (৬৩)
মেকলোপ বড়ম্লেচ্ছ ভাঙ্গি রাজপুর।
আপণ রাজণ হৈয়া লৈল মণিপুর ॥
রাজমাতা গৃহেরহি পুরিলুট কৈল।
আর চরিদিগে লুটি ধান্যাদি স্থাপিল ॥ [৬৪]
সেইদিণে হৈতে একমাসেক পর্য্যন্ত।
বাজার নাশিয়া বহে দুঃখনাহি অন্ত ॥
ক্রুর ম্লেচ্ছ সৈন্যসঙ্গে মর্দ্দণ করিল।
জিয়েথৈলে নাহিজাণি দুঃখেতে রাহিল ॥ (৬৫)

মবুঙো গোবিন্দনা সহাই তৌবা মনাই মঙানি অদ্‌বু বিরাত লৈবাক্তা মাগী মাগী মরোং হোং-দোক্লুনা চহি অমা চুপনা লোংখি। ॥৫৮॥ লান্দ শিব হায়বসি ঐস্বর্য্যানি বৈকুণ্ঠদা কাবনি অদ্‌গা শ্রীরাধাগোবিন্দ স্বরনি তৌবা হায়বা অসি সাধুর্য্যানি শ্রীবৃন্দাবন তান্‌বনি। তাব্রা ইনাও ইবুঙো মণিপুর অসিদা ইচিন ইনাওগী রাজভুগ লোয়রবনি, যুগ লোয়রবনিনা মাইগৈ মরিগী মীনা ইচিন ইনাওবু য়েক্লবা ওইরগদবনি।

(৫৯) ইনাও ইবুঙো অৱাবা মতম য়ৌরকলবদা মরূপ লৈবা হৌনদে অতৈ থমথো জীবত্মানা দেহবু মুংশিদহুনা হুন্দোক্লুনা চংখি। অৱাবা মতম লাক্লবদা মীওইবনা থনবা ৱাথম হায়গে। লৈপাক্কী বিরাৎ লাক্লবদা ঈশ্বরদা মাগী দেশ কনবিয়ু হায়না নিজে ॥ (৬০) দেশ শোকলক্লবদা মাগী খুনগং কনবীয়ুনিয়ে। মথুম লৈকায় শোক্লকলবদা মাগী ইমুংগী নিরকই ইমুঙ শোকক্ললবদা মথন্দগীনিয়ে। মসি মীওইবগী ৱাখন পূক্চেননি ॥ (৬১) মৱম অসি লৈবনা ইয়াম্বদি মণিপুর থাহুনা জীবা হিঙনবগীদমক অৱা লৈপাক্তা চংলগে অসি হায়রগা যাত্রা তৌখ্রে মুমিদাং সন্ধ্যা মতুংদা ময়ামবগী প্রেম থাবা ঙমদহুনা কোরেংনা চিংহুনা মনাওস্ত থোগন ইনখ্রে। (৬২) চিংঙাথম্বা নোংথোনবা; মাইস্না লুৱাঙনিংথোঃচোংথা অয়াংপুরেন; থাজাল মেঙ্গোরনচিংহুনা মনাই ২০০ ইনখি; অহিং অতুদা নোংপোকথোঙ থোক্লুনা চশাৎ হাও তাম্না লেংখি। অসোমদা মণিপুরদা নোংঙাক্লবদা নিংথৌ লেংখ্রে তাবদা প্রজা অপুম্বা থরায় ৱানখ্রে। ॥৬৩॥ মাগী মাগী জীব হিংনবা মাইগে মরিগী প্রজা চেল্লরক্লে। মমা মচা মচিন মনাও হম্না য়েংনবা ঙম্নখিদে; অতুগী মুমিৎ শজিবুগী ১৮নিপান্নবা নিংথৌকা বাদানোংচুপলোমদগী সরকার তেঙ্গোলনা কোমুং চঙখ্রে। (৬৪) নোংচুপ মাইথৌদা অাকপা

এথা কুলচন্দ্র রাজা চলাহে গ্রামেতে।
কুকিকহে শুনরাজা কহিল তোমাতে॥
এইস্থানে রহিতুমি নহিবে কুশল।
আর ব্রহ্মদেশ পথ বান্ধিয়ে সকল॥ (৬৬)
সেজসনে কুকিনাল একত্র হইল।
অর্দ্ধপথে তোরামৃত্যু নাহিক মঙ্গল॥
ইকথা কহিয়া পথ সর্ব্বরুদ্ধ কৈল।
কাল বলবাণ জানি ফিরিয়া আইল॥ [৬৮]
রাত্রিআসি ইয়াগ্রামে গোপনেতে রহি।
বিচার করেন মিলি কুনস্থানে রহি॥
সর্ব্বমিলি রহেযদি নাহবে কুশল।
এইলাগি বিচারিয়া হইল দুর্ব্বল॥ (৬৮)
রাজাকহে চলসবে আপণ জীবণ।
মোরলাগি নাভাবিহ দুঃখের কারণ॥
ইবোলিয়া প্রজাগণে বিদায় করিল।
তিনভাই স্থানে রাজা এমত কহিল॥ (৬৯)
কাঙবা কহেন প্রভু নিশ্চয় মরণ।
এইলাগি রনকরি তেজিব জীবন॥
টিকেন্দ্র কহেণ প্রভু এইসত্য কথা।
নিশ্চয় মরণ হবে পথনাহি বৃথা॥ [৮০]
রনকরি প্রাণতেজি বীরের প্রতাপ।
যুদ্ধ নাকরিয়া মৃত্যু হিয়া বড়তাপ॥
রাজাকহে শুণভাই তোমা ইচ্ছাকর।
মোরমুখে নাকহিব কারণ যুদ্ধের॥ (৭১)

মেকলোপ কৌবা বড় সাহেপনা কোমুঙ থুগায়হুনা মানা নিংথৌ ওইহনা কোমুঙদা লৈখ্রে। মাম সীজগী সঙ্গায়দা লৈহনা কোমুঙ লুং তৌহনা কৌ চেঙনাচিঙবা পোৎ পুম্নমক লৌশিনখ্রে। (৬৫). নোংপোক থৌবান্দ লান থীঙলিবা প্রজা অপুম্বা পাও তাহনা মাগী মাগী জীবা হিঙন হিঙনবা খুদোঙ য়েঙনহনা চংখ্রে। মুমিৎ অহুদগী থা ১ মণিপুর অসি সাহেপ্না নৈগদৌরি। কৈথেন কাদে মুংলি অহুদা প্রজানা রাবা লেঙবা ঙম্মোই মীবু মুঙসি হৈতবা সাহেপ্না নৈবদা হিঙগনি সিগনি থঙবা ঙমনদনা রানা লৈনে। (৬৬) অসোমদা কুলচন্দ্র নিংথৌ অহুম চংখিহনা চলাৎ হাওখুল য়োরে কুলচন্দ্র উমদা খোংজাই নিংথৌনা মহারাজ ইবুঙোবু মকম অসিদা লৈবসু ঐখোয়না থম্বা ঙম্মোই অহুগা অরা লৈপাক চংলু হায়বসু হায়বা ঙম্মোই। (৬৭) সাহেপকা লোয়নহনা হাওগী মথৈ অমত্তা ওইখ্রে অহুনা লমথাংদা শোয়দনা শিরগনি অসি হায়হনা লম্বি খিংখ্রে অহু তাবনা নিংথৌ মতম লোয়রবোরে খন্দুনা অহুদি অমুক হন্নসি হায়হনা হনলক্লে। (৬৮) অহুগা অহিং অথেংবদা চঙলকুনা ইয়াম মপান খুন্দা থুপ্লুনা লৈখ্রে অহুগা মকম কদায়দা লৈশিগে হায়হনা থৈন্নে অসিদা লৈরগা কগনি হায়বা খন্নবদা থোক্কে অহুনা খম্না খন্নরুরগা পাঙল মঙেং তাহনা শোনখৈ। (৬৯) নিংথৌনা প্রজা থিবিক নখোয় নখোয়গী জীব হিঙনবা চংনখ্রো ঐগীদমক অরাবা তুংঙাইবা খল্লুরগনু অসি হায়হনা লৈপাক প্রজাদা মনাও ৩ দায়াথং থাই। (৭০) অহুতাবদা থাংজাল মেজোবনা হজংলি মহারাজ ইবুঙো চেন্দুনা হিংঙরোই শোয়দনা শিবতারবনি অহুনদি সুরকায়দা লান চংহনা রয়াজ খাশি ফেজি থর্ম তাতুনা শিশি। অহুগী তুংদা কোয়রেং যুবরাজনা মেজো-রনা হায়রিবা অসি অরেম্বা অকবনি হৌজিক লম্বী পুম্নমক থীংখ্রে চেনকম লৈরে। (৭১) অহুনা লান চংহনা ঐনা ঐনা ওবা উৎলমলগা থরাঙ থাবনা পুক্নিঙ পেনগনি। লান পানদনা শিরবদি

মুখেহাসি অশ্রুনেত্রে রাজারে প্রণাম।
দুইজন ফিরি আসি অনন্ত শ্রম॥
যুদ্ধলাগি সংকল্পিয়া সাজি বহুতর।
সেইরাত্রি দৈবযোগে যুবরাজ বীর॥ [৭২]
অশ্বমূল ক্রনরোগ চলিতে নারিল।
প্রাতকালে মনকান্দি কাণ্ডবে কহিল॥
তোমিআমি জয়নহি আপনা ইচ্ছাকয়।
দুইজন্মে বাসিরোগ দেখহ মেজর॥ [৭৩]
মেজর কহেণ ইহা উপায় নাদেখি।
কপালে লেখিল মোরা এই মহাদুঃখি॥
এইমতে বিদাইয়া স্বচ্ছন্দ গমণ॥
টিকেন্দ্র আসিয়া রৈল ইয়াইর স্থাণ॥ [৭৪]

কাণ্ডবা চলিয়া গেল তৌবুল গ্রামেতে।
এইমতে সর্বজন রহিল গোপেতে॥
এথাতে ম্লেচ্ছের গণ পুরেতে রহিয়া।
সর্বগৃহ অধিকৈল স্বচ্ছন্দ হইয়া॥ [৭৫]
নৃপাস্থি থাক্ভগি কেত্রি মালম ভিতরি।
চৈরাপ বিজয়া গারোৎ পাণাগৃহ চারি॥
লৈকাই সাংসায়োই সংলেণ গৃহে চারি।
হাওমচা পাচ্ছনাম স্ত্রীলোক বিচারি॥ [৭৬]
অনাম কৈদারি আর তানরৈ অমেৎপা।
মাইবা সংলেণ কাংলা সামুসং খুভম্বা॥
অশ্বগৃহ উত্তরাসং রাজগৃহ আর।
গোবিন্দ মাণ্ডপ আর রুসইর ঘর॥ [৭৭]

থরায় চাকনি অহুতাবদা নিংথৌনা হৌজিক্কী মতম অসি য়োরবদা হায়নঙাই লৈত্রে নশা নশানা পামবা কর্ম তৌরো অহুগা ঐনা লান তৌ হায়বদি ওস্মোয়। (৭২) চিন্নবান কাংহুনা নোকই মিংলু ২ দা পৌগী ইরানা তরং তরং শিঙ্গরগা ময়ায়ুং চরন খুরক্সী। অহুগী তুংদা যুবরাজ থাঙ্গাল ২ হন্দোরক্নুনা হয়েংদি লান চংলসি হায়হুনা সংকল্প তৌহুনা লেপ্লে অহুগা থৌরাং তৌনরে। অওকপানি ঈশ্বরগী নোংদম অহিং অহুদা যুবরাজ কোরেং। (৭৩) কৈগন মকদা পোমলক্লে (বাগী-থ্ংলে) নোঙডানবদা থাঙ্গাল মেজোরনা লাক্নুনা লানগী যাত্রা হঙবা চঙলকই, মাবু উবদা যুবরাজ কণ্ডুনা হায়রকই মেজোর নওগী ঐগী জয় লৈত্রে, কৈগন ২দা ওসি অহিঙ বাগি থুঙঙমদ্না পোম্বিবা অসি য়েঙঙ্ লেংবা য়াত্রে অসি হায়দ্না য়েঙহল্লি॥ (৭৪) থাঙ্গাল মেজোরনা কণ্ডুনা হঙ্গংলি অদ্দি উপায় উত্রবনিনা লাইবক য়েঙখ্রগে অসি হায়নদ্না বিদায় তৌনখ্রে। কোয়রেং যুবরাজ অহুনসী হি তোংহুনা লাকলগা য়াইস্কুলদা লাক্নুনা লৈররে। [৭৫] থাঙ্গাল মেজোরনা হায়রখিহুনা তৌবুল খুন্দা লৈখ্রে। অস্থমনা মহে মহে ক্লোইচাই চাইনা লৈনখ্রে। অসোমদা কোম্নুংদা সাহেবশা লৈহুনা মনিং মথা তম্মা লোইশং পূম্নক থ্গায়রক্লে। [৭৬] নিংথৌসেনবা লোইসং থাংসুব সং কেত্রি সং মালম সং ভিত্রাসং চৈরাপ লোয়শং বিজয়াগারোত থুরায় রাংথৈ থ্রায় য়াইস্কুল থানা মপ্নিগী লোইসং লৈকায় সংসায়োয় সংলেন কুয়া লংনায়নচিঙবা সঙ মরি। হাও মচা লোয়সং পাচ্ছহনবা লোয়সং কুপীগী বিচার তৌনকম। [৭৭] অনামসং কৈদাসং তানরৈসং অমেৎপায়সং পূকস্থকসংবু অমেৎপাসং কৌই। মায়বা সংলেন কাংলো সামুসঙ খুভমবা সং সগোল সং উত্তরাসং থাবায় সঙ নিঙথৌগী মন্দির গোবিন্দ মাণ্ডোপ য়ানহৌসং অসিনচিব সং পূম্নক থ্গায়খ্রে। ॥৭৮॥ মাইপৈ মক্নিগী প্রজা নৈহুনা হুম কুয়াদগী কো-চেংনচিংবা য়া-পুপা চানাথক্কবা মুনহুনা লুং তৌহুনা লোই। মী কয়ানা কাহুনা

চৌদিগের প্রজাগণ মর্দ্দণ করিল।
প্রতি ঘরেঘরে পশি ধনাদি লুটিল।
গৃহের সম্বল আদি কারি বালাংকার।
কতজণ ধরি মারি থৈল বন্দিঘরে ॥ [৭৮]
গুরখালি নেপালাদি সিকাই অনেক।
কোড়ারপ্লটন কতসৈন্য বহুলোক ॥
তিনক্রোশ সহরেতে নাসহে প্রতাপ।
গৃহছাড়ি দূরগ্রামে বহিয়া বিলাপ ॥ [৭৯]
নাসহিয়া প্রজাগণ হাহাকার করে।
বলকারি ম্লেচ্ছগণ বহু জণ ধরে ॥
ম্লেচ্ছকহে কুলচন্দ্র ধরিয়া আনহ।
তারভাই টিকেন্দ্রজিৎ ধরি আনিদেহ (৮০)
এইবলি প্রজালোকে অনেক গর্জ্জিল।
প্রজাকহে ইহানাহি দূরদেশ গেল ॥
ম্লেচ্ছকহে নাহিযাই কোণ পথ নাই।
চৌদিগের দেশসর্ব্ব মোরা কার্ত্তা হই [৮১]
বহুমুদ্রা স্বর্ণকত সম্পদ দিবেক।
প্রজাকহে পিতৃমারি আছে কোণলোক ॥
মারবলি আজ্ঞাদিয়া মারি প্রজাগণ।
প্রতাপ নাসহে প্রজা গোবিন্দ স্মরণ ॥ [৮২]
কতদিণে ম্লেচ্ছগণ লোকে আজ্ঞাদিল।
টিকেন্দ্রজিৎ কুলচন্দ্র থাজাল যেথৈল ॥
সেজণ স্বগোষ্ঠি সহ লইব পরাণ।
এইবার্ত্তা প্রতিগ্রামে করিল ঘোষণ ॥ [৮৩]
এথাতে কাওভবা স্থাণে গ্রামিগণ কহে।
গুণমেজর তুমালাগি নাশি মোরাতাহে ॥
কিউপায় দেখতুমি ধরিনেহ বলি।
অন্যস্থানে জীবলাগি তুমি চলিবলি ॥ [৮৪]

বন্দি থম্মি। (৭৯) গুর্খাল নেপাল পঞ্জাবিনা চিংবা সিকাই কয়ানি কোরা প্লটন সিকাইনা কয়ানি। ক্রোশ ৩ গী লম অকোয়বা মাগ্নিন ৬ অসি থাওবা লৈবা ওমত্রহনা মহুম মকৈ হন্দোকুনা অরাম্বদা চেম্নরগা কপনৈ। (৮০) সাহেপকি মৈচাক থাওবা ওমদহনা হা হা কার লাওনখ্রে। নমদ্না নমদ্না মী কয়া ফাই মথোয়দা হায়রকই নথোয়গী নিংথৌ কুলচন্দ্র ফাদ্না পিয়ু। অদুগা মনাও কোয়রেং যুবরাজ ফাদ্না পিয়ু। [৮১] অসি হায় য়াম্মা ভংদ্না চৈ থাংতি প্রজানা অসিদা লৈত্রে মীরৈপাত্তা চেনখ্রে খুম্মি সাহেপা কদাইদম্ব চংথিদে মথোয়গী লম্বি চংকম লৈতে। মায়পৈ ৪ গী দেশ অসি ঐথোয়গী কর্ত্তননি। [৮২] লুপা পিগে স্না পিগে নুকম হাপপিগে হায়বনাচিঙবা কন্না হায়দ্না থেম্মি। অদ্তাবদা প্রজা খুদিংমক্না খুম্মি মমাবু মপাবু হাৎপা ওমগদবা জীব লৈতে ইলাই লাইনা খুম্মি অদ্তাবদা য়ৈয়ু হায়দ্না কয়া য়ৈ কুই। প্রতাপ থাংবা ওমদদ্না শ্রীগোবিন্দ খরনি তৌই। (৮৩) অদ্ম্মা হোৎনবদা কওবা ওনত্রবদা মুমিং কয়ানিগী তুংদা পাও অমুক চেনখোয়ক্রে। কুলচন্দ্র কোয়েং থঙ্গাল ৩ অসি থনবা ইমুং খুনগং অদুদি তুম্না হাৎকনি হায়দ্না খুনগং খুদিংদা পাও চেন্নে। (৮৪) পাও অসি অহিং মুওথিন নাইদনা চেনশিনলক্রবদা থুম্না কিরক্লদ্না তৌবুল খুনগংনা থাজাল মেজোরদা হঙংলি হে মেজোর নহাকি মরিদগী খুন অসি মাংখদা তারে ফাদ্না পোরকউ হারে অদ্না মেজোরগী কনবা উপায় অমা য়েংথিবনা কয়গনি।
॥৮৫॥ অহ্ তাবদা থাজাল মেজোরনা হে প্রজা খিবিক করি অমতা চিংনগদ্ব মথোয়না কাম্রবম্ব ঐনা চংগনি সিববু করিম্ব কিদে অসি হায়রগা খুৎথক অহুদা মসাগী মতিক চাবা নিংথৌগী মনাফি মতিক চান্না

ম্লেচ্ছকহে শুনলোক মনেনা ভাবিয়। ইচ্ছামতে যাইআমি মৃত্যু কিবাভয়॥ ইবোলিয়া বেশভুষা সাজন করিল।, জয়রে গোবিন্দ বলি শুভ যাত্রা কৈল (৮৫ মনেভাবে কিবাকাজ মরনেতে ভাল। রাজপথে আসিশীঘ্র পুরে প্রবেশিল॥ কাণ্ডবা দেখিয়া পুছে তুমি কোণজন। হাসিকহে মোরনাম থাঙ্গাল কহেণ॥ ॥৮৬। চমকিয়া ভয়ে পুছি কিআছা তোমারে। হাসিকহে গুলিমার আমার শরীরে॥ মোরদেশ নাহিরক্ষা জীবণে কিকাজে। প্রতাপ দেখিয়া ম্লেচ্ছ ধরিবারে সাজে॥ [৮৭] তোরখড়্গ দূরেরাখ রহ এইস্থান। হাসিকহে শুনম্লেচ্ছ নাযুক্ত বচণ॥

ক্ষেত্রিধর্ম্ম অস্ত্রছাড়ি কিম্বিয়া পালাই। মৃত্যুকালে যমদণ্ডি অধমুখ যাই॥ (৮৮) গুলি চালাইয়া মার আমার জীবণ। ম্লেচ্ছকহে কিছুসাত্ত শুনহ বচন॥ তোমারীত্তি নাজানিয়া কেমনে মারিবা। ইবোলিয়া ধরিরাখে ম্লেচ্ছ কাণ্ডবা॥ [৮৯] বৈশাখ কৃষ্ণা ত্রয়োদশী বুধ সেদিণ। সেইদিনে কাণ্ডবাকে ধরিয়া রাখেণ॥ ওথা কুলচন্দ্র স্থাণে গ্রামি গণ কহে। শুনপ্রভু ম্লেচ্ছগণ প্রতাপ নাসহে॥ [৯০] দিবারাত্রি সিকাইযে গতাগতি রহে। বালকের স্থাণে পুছে খয়িলভু দিছে॥ অবুধ কহিলে তাহে জঞ্জাল অনেক। প্রভুর কুযশ হবে প্রজার নাশক (৯১)

শেংলদ্না গোবিন্দগী নাম জয়ধ্বনি তৌদ্না লাকই। ॥৮৬॥ মবুক্তা থল্লি ঐ হৌজিক হিংভুদনা কান্নব্রে সিখিবনা কন্নগনি। অসি খন্দুনা রাজ পথ লমজাওদা কোংনা লাকই লোম্না লাকতে অহুম লাকুনা কোনুংদা চংলকই। থাঙ্গাল উবদা হংই নং কনানো হায়রুনা নোক্কুনা খুম্মি মণিপুরগী থাজাল মেজোর হায়রহ্ন ঐহাক্লি। ॥৮৭॥ অহু ভাবদা অকিবগা লোইননা ওকুনা হংত্তি নংনা অসিদা লাকপা অসি কৃম্মি পান্বগে থাঙ্গালনা খুম্মি সাহেব নংগী গুলি অহুনা কাপউ ঐগী ইরৈপাক ভাকপা ভমব্রবা ঐ অসিনা হিং লুহুনা কান্নদে শিরগে। মাগী প্রতাপ উবদা সাহেপ্পা কাগে নিংহুনা। ॥৮৮॥ মেজোর নথুংতগী থাং থাহুনা অসিদা লৈরো লাও। থাঙ্গালনা খুম্মি হে সাহেব হায়রিব অহু ইনবা ওন্মোয় ক্ষেত্রি মচানা খুংলাই থাবা হন্দুনা চেনবা হৌনদে সিবগা নোরোক ভাই যমনা লাকনৈ ঐখোয়গী ধর্ম্ম মতে। (৮৯) নখুংতা পায়রিবা নোংমৈ অদু কাপউ ঐবু হাংলু। সাহেপ্পা মেজোর য়াম্না ভপঙ্খৌ ঐগী রা তাও নহাক্কী মওং মতৌ খঙদনা হাংপা হৌরদে অহুনা সুংভাইনা লৈখো হায়দ্না কাদ্না থমগ্রে। (৯০) শজিবুগী ২৮ নি পানবা য়ুমশকৈশদা থঙ্গাল মেজোর সরকার মখুং চনগ্রে। অসোয়দা ইরাম মপান খুন্দা লৈরিবা কুলচন্দ্র নিংথৌদা খুনগাও প্রজানা হজংলি মহারাজ ইবুঙো কংজবা সাহেপকি প্রতাপ ননাই ঐখোয় খাওবদা য়ারে। [৯১] অহিং মুংখিল নাইদনা অতং অকাং লৈতনা লাকগ্রে অদগা অভাং অলংবদা কযোক লদু পিজদ্না। থেমদ্না হংত্তি অসিদা অপংবা অভাংবিনা কক্তি- শুম্বা হায়দোরক্তা হায়দ্না ননাই ঐখোয় য়াম্না চিংনরে ইবুঙোহ্ন মিংচংথিগনি ননাই ঐখোয়হ্ন তুময়গনি। [৯২] নিংথৌনা হে প্রজা খিবিক পুক্লিং চিঙনগম্ন হল্লেও চংলগনি রাজবস্থ ভসি অহিংও;

রাজাকহে কালিন্দিণ যাইবেক আমি।
আজিরাত্রে দুঃখেসহ প্রান্তে শুখিভুমি॥
প্রজার জঞ্জাল দেখি রাজা দুঃখিমন।
লৈমখোং নদীর জলে সঙ্গে কতজণ॥ [৯২]
নৌকার উপরে রহি সেরাত্রি প্রভাত।
স্নান ভোজনাদি করি সঙ্গে জনকত॥
জয়রে গোবিন্দ বলি আসি রাজপথ।
অবিঘ্নে পুরের মাঝে উত্তরিল তাঠ॥
সর্ব্বনাশ হৈল পুরি গোবিন্দ মন্দির।
নিরবধি নরপতি কান্দে বহুতর॥ (৯৩)

* (লাচারি ছবি) *

জয় শ্রীনন্দ নন্দণ, অখিল জীবন ধন,
কৌতুকেতে অবনী বিহারী।
তুমার কটাক্ষে হয়, শৃজন পালন লয়,
ভক্ত। বৎসল বংশী ধারী।
তোরনাম গুণ গাই, সর্ব্বপাপে ত্রাণ পাই
নাহিরহে শমনের ভয়া।
শ্রীগোবিন্দ রাজা ধরি, মণিপুর রক্ষা করি
এবেহৈল সব করিক্রয়া। (১)
হাকৃষ্ণ করুণাসিন্ধু, দুঃখিত জনারবন্ধু,
দাসীরূপ পক্ষীর জীবণ।
বিবিধ সৃঙ্কটে ঘোরে, রক্ষাকৈলে বারেবারে
প্রাণনাথ, জীবের জীবণ।
হে দুঃখ বিমোচণ, কুলচন্দ্র প্রাণ ধন,
তোমাবিনা কেআছে আমার।
অনেক প্রলাপ করি, মনেতে গোবিন্দ স্মরি
নির্ভয়েদাড়ায়া রৈল দ্বার॥ (২)
মণিপুর রাজ্যেশ্বর; কুলচন্দ্র নরবড়,
আসি বলি হৈল গোলমাণ।

অসিথাংডো হয়েঙ নোংঙালবদগীদি অরাবা কোকলগনি অসি হায়রগা লৈপাক্কী চিংনবা উহুনা লৈমখোং তুরেলদা মনাই কয়াগা লোয়ননা। (৯৩) হী তোঙদুনা অহিঙ অদুমা থাঙখি। নোংঙালবদা প্রাত স্নান ক্রিয়া লোয়দুনা প্রসাদি সেবা কললগা মনাই কয়াগা লোয়নদুনা গোবিন্দগী নাম জয়ধ্বনি ভৌদুনা ইকোং কোংনা কোন্নুঙ তম্না লেংলকই। লম্বিদা অকায় অতোয় লৈতনা লাকুনা কোন্নুঙ রৌরকই। য়েংখিবদা সর্ব্ব নাশ ওইনা মাংলমমে গোবিন্দগী মন্দির মাঙোপ মাঙবা উবদা নিংথৌ মিৎলুদা ভারকপা পিনা হকচাং চোংখ্রে। (লাচারি ছবি ছন্দ) (১) খুরমজরি নন্দগী নন্দন ওইবা গোবিন্দ সংসারগী জীবন ধন। হয়াঙনা নরলীলা সান্নরিবা ইবুঙো ইবুঙোগী নেত্রনা য়েংবদা লঙসার সেম্বীবা য়োকপিবা প্রলয় ওইহনা মাঙহনবা মনাঙ্গিনা খুহুম চনবা হে বংশীধারি। ইবুঙোগী নাম শুনবু শোঙবদা পাপ পুম্নমকপু কোকুনা যমরাজগী অকিববু কোকনরিবা। ইবুঙোনা নিংথৌ ওইবিহনা মণিপুর অসি মতম পুম্নমক্তা ডাকপিবনি অহুবু করি দোথননো মাঙলেদো। (২) হা কৃষ্ণ করুনা সিন্ধু য়ারবা জীবগী চান্নথোয়বা মরুপওইচেককুম্না পান্নহনা লৈরিবা ননাইগী হিংনবা ওইবা। মথন কয়াগী অরাবা চিংনবদা হন্না হন্না ঙাকপি কন্বিরবা হে প্রাননাথ জীবগী হিংনবা জীব ওই-বিবা। অন্নাবনি ইবুঙো ননাইবু অরাবদগী কোকপিয়ু কুলচন্দ্রগী প্রানধন ইবুঙো নঙনা করি উপায় লৈগদগে। অসুম্না বিলাপ প্রলাপ প্রার্থনা তৌই অহুগা থম্মোয়দা গোবিন্দ চোয়োন কোল্লগা অকিবা লৈতনা চংলকুনা; কংলা থোঙজিন্দা লেপই। (৩) মতম অদুদা মণিপুর লৈপাক্কী মবুঙো শ্রীকুল চন্দ্র নিংথৌরেন লাক্লে হায়রুনা নিরৈ। অদু তাবদা বড় সাহেবা তিংহনা সাহেপ পুম্নমক্তা

বড়বড় ম্লেচ্ছগণ, সিকাইর অগনণ,
চৌদিগেতে দাঁড়াইয়া রণ।
নিরস্ত্র দেখিয়া সৈন্য, নাহিকরে অগ্রগন্য,
দেখাদেখি অদ্ভুত মানি।
মেকলোপ কহেশুন, কুলচন্দ্র গুণবান,
কিবাবাঞ্ছা কহত আপনি। [৩]
শত্রুর গৃহেতে আসি, নিরস্ত্র হইয়া পশি,
যুদ্ধবাঞ্ছা নাহিকর তুমি।
তবদেশ মণিপুর, রাজ্য সিংহাসন তোর,
ছাড়িবার আসা করি তোমি॥ [৪]

* দুলাড়ি *

রাজা কহে শুণ, ম্লেচ্ছ বড়গণ,
কহিয়ে তোমার স্থান।
শ্রীগোবিন্দ কৃপা, কত দিন হৈবা,
এই দেশেতে রাজন।
অভাগ্য হইয়া, দেশ ভাজাহৈয়া,
উপায় নাদেখি আর।
জীবের চঞ্চল, পদ্ম পত্র জল,
কিআসে এসার সার॥ (১)
দেখ এইপুর, অমার মন্দির,
এবেহৈল তোমাঘর
উপায় নাদেখি, রহি দেখা দেখি,
হীনবল হইমোর।
মন করি মৃত্যু, পালাইয়া মৃত্যু,
মৃত্যুসে কপাল মোর।
আসিকাসে তোর, কিবা ইচ্ছাকর,
যেতে আছা সে তোমার॥(২)
গর্ব্ব নাহিকর, শুন ম্লেচ্ছ বড়,
জয়া জয়ের কারণ।
পূর্ব্বে বামায়নে' পর্ব্বত টিলানে,
পলাইল ম্লেচ্ছগণ।
ইক্ষানক ধরি, রাখি যত্নকরি,
ভুলিলা তোমার মন।

লৈরিবা সিকাই পুন্নমকা থোরক্নুনা কোইরে। নিংথৌগী খুঙা খুংলাই পায়দবা উবদ কনাগুম্বা ১ না চংশিললক্কে মুন্না য়েংঙি অঙকপা ওইনৈ। অছুগী তুংদা মেকলোপ কৌবা বড় সাহেপ্পা হংঙি। হে মণিপুর রাজ কুলচন্দ্র অসিদা নঙনা চঙলকপা করি থন্দুনা লাকপগে। (৪) য়েংবগী ময়ুমদা তেজোন্দা চঙলগা নথুত্তা খুংলায় পায়দনা লাকপসি লান তৌগে নিংঙ্গে বড়া। নরৈপাক মণিপুর অসিগী রাজ সিংহসন থাদোক্লগে হায়না মবূক্লিংদা আছা তৌব্রা থন্নব্রা। * ( দুলরী ছন্দ্র ) * (১) কুলচন্দ্রনা হে বড় সাহেপ ঐগী মা ভাও গোবিন্দগী কৃপানা মণিপুর অসিদা ছুমিৎ থরদগু নিংথৌ ওইজরে। লাইবক থীবনা হৌজিক লৈপাক অসি কায়রে থনবদা ঐগী উপায় উত্রে। মীওইবগী মপোক থমনা থেজোংদা হাপ্পা ঈশিংগুমবনি অরেপ্পা নাইদবা সংসারনি। (২) য়েংঙু অসিদা লৈরিবা কোমুং অসে ঐনা শাবনি ঐগীনি অছুবু হৌজিক নজি ওইছনা নঙনা লৈগ্রে। উপায় লৈত্রবনিনা য়েঙলগা তোক্লে, পাজল লৈত্রবননি। হৌজিক লান তোরো শিরগনি তৌরছনা চেক্লে শিরগনি ঐগী শিংয়ু হায়বা মতম লাক্লবনি। হৌজিক নখোয়গী মনাক্তা লাক্লে নখোয়না পাম্বা থবক তৌরো, নখোইনা তৌবা কর্ম্ম অছু য়ায়গে হায়ছনা লাক্লবনি। [৩] মনাক্তা চংলক্লে হায়ছনা নাপন তৌগছু জয় ওইবা মায়থীবা ঈশ্বরগী নোঙমমনি। অছুঙৈ কছার লৈপাক্তা অয়ানা লান তারক্নুনা টিলান চিংগী চিঙথক্তা তেজোন শায়গা সরকার নখোয়গা লান পানবদা নখোইনা

গম্ভিরসিং আর, নরসিংহ বীর,
কাড়িয়া লইয়াদান ॥ (৩)
কহিমান যুদ্ধে, তোমারা দলবদ্ধে,
নাগাগনে দুঃখদিলা।
নাগাজয় করি, ম্লেচ্ছ কারিকরি,
ভুলিলা ম্লেচ্ছক দিলা।
এবে তোমাজয়, মোরা নাহি জয়,
উপায় নাদেখি মোর।
মারিবেক মার, শক্তি নাহি আর,
যথা ইচ্ছা কর তোর ॥ (৪)
রাজার বচন, শুনি ম্লেচ্ছগণ,
বহুত সম্মান করে।
দুই পংতি রহি, ধরি বন্দু তহি,
জয় দুর্গামায় করে।

করি সলামিয়া, রাজারে আনিয়া,
রাখিল যতন করি।
শ্রীরাস মণ্ডলে, ভিন্ন যে রাখিলে,
বহুত সম্মান করি ॥ [৫]
থইবন্দি করি, শৃখলা নাধরি,
যতনে রাখিল তাহে।
গোবিন্দক স্মরি, কাল যাপ করি
নিরানন্দ রহিয়াছে।
দেখহ মানব, তাহে কিকহিব,
কিগতি আছয়ে তাতে।
এধন সম্পদ, গর্ব্ব অপ্রমিত,
মায়াতে ভুলিল তাতে ॥ [৬]
জল বুদ্‌বুদ্দ, ক্ষনেকে নাশিত,
কেআছে জগত সার।

মায়থীরে লাব্দা চেন্নে। নখোয়গী লানগী মকোক ইস্কান সাহেপ ফাহুনা অন্নানা থমখ্রে। মতাং অহু নখোয় কাওরব্রা,। নখোয়না লান নেকুনা, গম্ভিরসিং নরসিং ২ না অয়াদগী ইস্কান সাহেপ মুন্দুনা পিখিবদো।(৪) অহুগা অমসু হায়গে, কোহিমান হাওগা লান থেংনবদা হাওগী মথৈনা কোইহুগা সাহেপ নখোয় শিবতান্নবদা, চন্দ্রকীর্ত্তি পাবুঙনা হাওয়াম চায়থান্নহুনা সাহেপ নখোয়বু হাওদগী নথরায় ক্ষিখিবহু কাওব্রা। হৌজিক নখোয়না জয় ওইরে ঐখোয়না জয় ওইদ্রে ঐখোয়না মায়থীরে য়েঙবদা উপায় উদ্রে। হৌজিক নখোয়গী নাক্তা লাক্লে, ঐগী পাজল লৈত্রে অপাম্বা কর্ম্ম তৌনিঙবা থবক তৌরো। (৫) রাডাং অহু তাবদন সাহেপকী মথৈনা য়াম্না সম্মান বেভার তৌহুনা পঙতি অনি লেপ্পুনা মথুংকি নোংমৈ থাংগৎতুনা দুর্গামায় জয়সিংহনাদ লাওই। চপ মান্নগা নিংথৌদা সলাম তৌই। অহুগা নিংথৌবু কোইহুনা পূরক্লগা য়াম্না যতন তৌনা রাস মণ্ডলদা তোঙান্না লৈহন্নে য়াম্না বেভার তৌই। (৬) থব্বদি বোন্দিনী অহুগা য়োংহ্মিও থাংহুনা থমদে য়াম্না বেভার তৌনা কনাগুম্বা অমনা য়াহে অখিবা হায়হন্দনা থমখি। কুলচন্দ্র নিংথৌ গোবিন্দগী নাম শো-ন্দুনা অয়াবা মতম থাংহুনা অরাম্বুংশি য়ান্নগা লৈখি। তাবিয়ু ক্রুতা খিবিক মীওইবগী মপোক করিবু হায়গদগে অসিদা করি উপায় লৈগদগে। অসিদা পংলবা জীব ঐখোয়না ইরন লৈ, মাল, চাং, য়ামনা লৈ হায়রহুনা নাপন তৌহুনা ময়ামদা তৌহুনা লৈনৈ। (৭) লেংঙ্গিবা পাল্লিবা পুম্নমক অসে ঈশিংদা কাবা কোজোলগুম্বনি ঙাইহাকতদা মাংখিগদবনি অয়েম্মা মচি কনা লৈব নত্তে। প্রমাদি মঙদা তৌরবা কর্ম্মবু মিকপ থোক্লগা করি অমতা লৈরমদবগুম্বনি মঙগুম্বা কর্ম্ম

স্বপনে দেখিলে, জাগর মাশিলে,
ইহাতে বিশ্বাস সার।
ভজহুক মন, গোবিন্দ চরণ,
মুখেতে শ্রীকৃষ্ণবল।
হুই পরলোকে তরাইল শোকে,
নামেবে প্রবল বল।
বৈষ্ণব বন্দনা, শ্রীগুরু স্মরনা
অধমেরে কৃপাদেহ ॥
তোম্বাওসিং পুত্র, ব্রহ্মপুর স্থিত,
বিরচিত মঙ্গিসিংহ ॥ [৭]
* [ইতি কুল্লচন্দ্র চরিৎ অষ্টম সীমা] *
* (নবম সীমা) *
জয়জয় শ্রীচৈতন্য জয়নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্রজয় গৌরভক্ত বৃন্দ ॥
জয়রূপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ।
শ্রীজীব গোপালভট্ট দাস রঘুনাথ ॥ [১]
এইছয় গুরুবন্দকরি চরন বন্দন।
যাহাহৈতে বিঘ্ননাস অভিষ্ট পূরণ ॥
শুনিয়োক শ্রোতাগণ করি নিবেদন।
নবম সীমার কথা বর্ণিবে এখন ॥ (২)
এইদেশে ম্লেচ্ছরাজ হইয়া রহেন।
মেকলোপ বড়সাহেব আর যে কর্ণেল ॥
যত ম্লেচ্ছগণ যুক্তি পুরভাঙ্গা হৈল ॥
চারিপানা লোক ধরি কর্ম্মকরাইল ॥ (৩)
কোড়ামারি বেত্রমারি কুলি কারকৈল।
পুরিঅগ্রে দুই সিংহ ভাঙ্গায়া ফেলিল ॥
হোগাইবী নাম যার ভাঙ্গি নাশহৈল।
লোকগনে কোড়ামাড়ি কর্ম্ম করাইল ॥ (৪)

অসিদা অরেম্বা ওইনা থাজনরিদো অহুনা অপংবা হে মন পুম্নমক থারগা গোবিন্দ চরণ কোল্লু। কৃষ্ণগী নাম কাংদনা শোনশি। হৌজিক পাল্লিভৈদসু হয়েং শিরবগু লানগনি ইবুঙোগী নামভনা ঐখোয়গী পাঙ্গলনি। বৈষ্ণব খিবিকপু খুরুমজরি শ্রীগুরুগী চরনবু কোঞ্জরি ননাই পাংদববু কৃপা পিখিয়ু। তোম্বাও সিংহনা পোকপা ব্রহ্মপুরদা লৈজবা দীণ হীণ মঙ্গিসিংনা ইতিহাস পুরান অসি লেঙজে।

মতাং অসিদা বিজয় পঞ্চালী কৌবা লাথিকী ৫ শুবা খণ্ডগী ৮ শুবা অধ্যায় লোইরে পাংব্রবা তোল্লবা ননাই মণিসিং মঙ্গিসিং অনিনা মৈতৈরোন্দা হন্দোকচে অরাম্বা পুম্নমক তাকপিয়ু

* ( ৯ শুবা অধ্যায় হৌরে ) * (১) শ্রীগৌরচন্দ্রবু শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজে। অদ্বৈতবু ভক্ত বৃন্দ খিবিকপু খুরুমজরি। শ্রীরূপ সনাতন ভট্টরঘুনাথ শ্রীজীব গোপালভট্ট রঘুনাথ দাসবু খুরুমজরি। [২] গুরু গোস্বামী তরুকপু খুরুমজবগী কৃপানা বিঘ্নি অকাই অতোই মাংহনা নিংবা থংজগনি নিঙজে। তাবিয়ু শ্রোতা খিবিক ননাইনা প্রার্থনা তৌজরি। ৯ শুবা অধ্যায় অসি লেংজরগে। [৩] মণিপুর অসিদা সাহেপা নিংথৌ ওইহনা পান্নে। মেকলোপ বড় সাহেপকা কর্ণেল সাহেপকা তানহনা কোংমুং থংগায়রকই। পানা ৪ গী মী কাহনা থরুক শিজিন্নৈ। [৪] লমহেনবা য়াদববু কিবুম্না শিচৈনা য়ৈয়ে। কোমুংগী মমামগুদা লৈবা লোংখা অনি থংগায়রে। লুপ্রবা মুংগোইবীগী মুংথোঙ থংগাইরে। মী কয়া কাহনা কিবুম্না য়ৈহনা থরুক শিজিন্নৈ। (৫) মমুঙ কাঙজেবুঙদা মণিপুরগী পুরাণ পুনমক হোন্দোকতুনা লাইরিক পুমনক

অন্তপুর রত্নস্থলে পুরাণে আনিয়া।
সর্ব্বশাস্ত্র ক্রকক্রিয়া গ্রন্থে অগ্নিদিয়া॥
সপ্তদিন পর্য্যন্ত সে আগুণ রহিল।
হায়হায় সর্ব্বলোক অনেক কান্দিল॥ (৫)
মণিপুর গ্রন্থনাম সংক্ষেপে কহিব।
মূলমাত্র কহি নাম প্রত্যেকে নারিব॥
শিংকক্ শিংথা যে শিংথিক হিংশিক।
সঙ্গাইফম্মাম নাম সে সলাই সগোক॥ (৬)
কম্বানলোন আর শিংথারোণ পুদিন।
কোন্থারোন কুম্বাবা সে লাংথবান লোন॥
তাওরোইনাই য়াংবী পাথংবা নাওয়োম।
তাওরোইনাই পিচা স্নামহি নাওয়োম॥ [৭]
পাথংবা য়াংবী নাম স্নামহি লাইহুই।
স্নামহি লমহিং সে পাথংবা লাইহুই।
স্নামহি লাইকল্লোন লৈথক লৈখারোন।
নোংলেন লাইচম যে লৈখা পেংথারোন (৮)

নোংলেন ক্লাথোং নাম লৈচিনলোন মুখী।
নোংলেন লৈচিনলোন সে নোংলোন মুখী॥
লৈরেন মুমশেৎপা যে নোংদোন লাংবুম।
লৈমদা হাউবা লৈচিনলোন সে নাম॥ (৯)
লৈচিনলোন নাওয়োম পাতাল লাংবুম।
থিরেন সাকোক নাম থিরেনলাইচম॥
থিরেন মৈরাঙ্গিবা থিরেন শিংকাপ।
থিরেন লাইয়্যাং নামযে খুমুং শিংকাপ (১০)
থিরেন ক্লাথোং নাম সে থিরেন থিরোংবি।
শিবিকা লাইসাবা যে থিরেন চেকপি॥
নোংসাবা খুম্থোক নাম পাথংবা থিরেন।
মুংবী মুংহারন আর স্নামহি থিরেন॥ [১১]
থরানমিচাক থেঙ্গুংলোন মুমিংকাপ্পা।
থা থেঙ্গুংলোন নাম যে থিরেন নানম্বা।
তাওমা হিগাই কোল্লোন্নাম যণগাও।
নোংগুমৈ পুরান নাম চৌদিং লাইকাও।(১২)

পৈশিল্লগা মৈ থায়ে মুমিং ৭ নি শুবা কাওবা মৈ চাকপা লোইদে মণিপুর মীপুম খুদিঙমক মিৎতা পিতাহুনা কপ্পে হাই হায় তোনখ্রেদা মপোক হায়হুনা থম্মোয় চাকথি। (৬) থাগ্রিবা লাইরিকশিঙগী মমিঙ থরুদঙ লেঙঙ্গগে লোইনা থাবা লেঙবা ওম্মোয় মরু মরু ওইবা থরদঙ লেঙঙ্গরি। শিঙকক শিংথা, শিথেক হিঙশিক, সঙ্গাই ফম্মাঙ সলাই সগোক, লাইরিক মমিঙনি। (৭) কম্বানল্লোন শিংথারোন পুদিন, কোনথারোন; কুম্বাবা লাংথবান লোন তাওরোইনাই য়াংবী পাথংবা নাওয়োম, তাওরোইনাইপিচা স্নামহি নাওয়োম। (৮) পাথঙবা য়াঙবী, স্নামহি লাইহুই, স্নামহি লমহিং পাথংবা লাইহুই, স্নামহি লাইকললোন, লৈথক লৈথারোন, নোঙলেন লাইচম লৈথা পোনথারোন। [৯] নোঙলেনক্লাথোঙ, লৈচিন লোন মুখী, নোংলেন লৈচিনলোন, নোঙলেন মুখী,, লৈরেন মুমশেৎপা, নোংদোন লাংবুম, লৈমদাহাওবালৈচিনলোন,। (১০) লৈচিনলোননাওয়োম, পাতাল্লাংবুম, থিরেন শাকোক, থিরেনলাইচম, থীরেন মৈরালীবা, থীরেন শিঙকাপ থীরেনলাইয়াং, খুমুংশিংকাপ। [১১] থীরেনক্লাথোং, থীরেনথিবোঙবি শিবিকা লাইশাবা, থীরেন চেকপি লাইরিক মমিংনি। নোংশাবা, খুনথোক পাথংবাথিরেন, মুঙবিমুঙহারোন, স্নামহি থিরেন। [১২] থোরানমিচাক থেঙ্গুংলোন, মুমিংকাপ্পা, থাখেঙ্গুংলোন থিরেন্নানম্বা, তাওমা হিগাই কোলোন যণগাও নোঙ্গুমৈ পুরান চৌদিং লাইকাও। [১৩] লৈশাঙখোঙথিরেন, লাঙ্গোল থীরেন মুখীথীরেন,

নৈশাংখোং খিরেন আর লাজোন খিরেন।
নোমাইজিং খিরেন আর য়ুখী খিরেণ॥
হৈবোপ খিরেন নাম ললাস্থুং লানথৈ।
কৌত্র লাইথৈ থোইমহো থাংজিং লাইথৈ (১৩
চিথৈ সেকনিং চান্দামহো নোংলোনয়ুখী॥
চিঙগা লানথৈ স্থংলোনগ্রা স্থংনোন য়াংবী॥
য়াংবয়েন সেকনিং স্থংলোন লাইচম।
স্থংলোন লমুবা যে শগোক লাইচম॥ (১৪)
মহো লাংবুম মহো শেকনিং য়ুখীমহো।
মহো চান্দাখেল আর লেমথোক মহো॥
মহোকাকী শাকোক নাম ভানথোং মহো।
নৈহো মায়োক আর খেলখেল মহো॥ (১৫)
নোঙয়াই মহো নৈচাইমহো থেনগা মহো।
নোঙলোমহো নৈরোমহো চাকপরোন মহো॥
চঙপারোন থোঙভাবা হিরি লঙস্থঙ মহো।
কোমাস্থংবু কোইবা আর কিমবুমহো॥ (১৬)

চকপারোম থেবরোণ খিয়াইরোণ।
নোঙদোন হিরি খুমুঙ শমুমরাম লোন॥
চুড়াক লোন মরাকলোন পাকলোন।
ভাপোক লাংবুম লোন খাবী থেন্নেলোণ [১৭
খাবিরোন চরাপলোরাম চোংখুয়োন।
নোঙমাইজিঙ চিজোয়লোন উয়োনরায়োন॥
হৈপোপ চিজোয়লোন যে গ্রীলঙঙংলোন।
কৌত্র চিজোয়লোন চিখাং চিজোয়লোন [১৮
সমযোকঙস্বা জিলাপৰ্ব্ব চোঙথুলস্বী।
কুমজেং কুককাইলোন খুস্থোক য়াইবী॥
খুমুঙ পুজোয়বা শিবিকা চিঙশংলোন।
সঙবুম লাঙবুমলোন থায়াঙহিবুক্লোন॥ [১৯]
শিখন লাখনলোন শিঙদা পূজীয়ান।
পোইরৈত্তোন খুস্থোক য়াবা লাঙ্গালোন॥
পোয়রৈত্তোন নিঙচিং খাবক থাঙজিঙলোন।
পাকন উহৌয়োন স্থমিং খেলচঙলোন [২০]

হৈপোপ খিরেন, লাজোল থীরেণ, নোংমাইজিঙ খিরেন, ললাস্থং লানথৈ, কৌত্র লাইথৈ, থোই-মহো, থাঙজিঙ লাইথৈ। [১৪] চিঙথৈ সেক্লিঙ, চান্দা মহো, নোংলেন য়ুখী, চিঙডা লানথৈ, স্থঙ-লোনগ্রা স্থঙলোনয়াঙবী, য়াঙবয়েন শেক্লিং স্থঙলোন লাইচম, স্থঙলোন লমুবা, শগোক লাইচম। [১৫] মাহা লাংবুম মহো শেক্লিং, য়ুখী মহো, মহোচান্দাখেল, লেমথোক মহো মহো কাকী শাকোক ভানথোং মহো নৈহো য়াইয়োক খেলখেল মহো।[১৬] নোঙয়াই মহো নৈচাই মহো থেনগা মহো, নোঙলোন, নৈরোন মহো, চকপারোন মহো, চঙপরোন থোংভাবা হিরি লঙস্থঙমহো কোননা স্থঙবু কোয়বা, কিমবুম মহো। [১৭] চকপারোন, থেবরোন;খীয়াইরোন নোঙদোন হিরি, খুমুঙ শমুং মরামলোন, চুড়াকলোন মরাকলোন,পাকলোন ভাপোক লাংবুম লোন, খাবী থেন্নেলোন। লাইম্রিক মমিঙনি। [১৮] খাখিয়োন চরাপলোন চোঙখুরোন নোংমাইজিং চিজোয়রোন, উয়োন রায়োন। হৈপোপ চিজোই লোন, গ্রীলংস্থংলোন কৌত্র চিজোইলোন, চিংখাং চিজোই লোন। (১৯) সম-যোকঙস্বা, জিলাপৰ্ব্ব চোংখুলস্বী॥ কুমজেং কুককাই লোন, খুস্থোকয়াইবী; খুমুঙ পুমগোইবা, শিবিকা শিঙশংলোন, সংবুম লাংবুমলোন, থায়াংহিবুলকোন। (২০) সিখন লাঙখনলোন, শিঙখা পূজিয়ান; পোইরৈত্তোন খুনথোক. য়াবা লাঙ্গালোন, পোইরৈত্তোন নিঙচিং, খাবক থাঙজিংলোন, পাকনউহৌরোন স্থমিংখেলচংলোন। [২১] সেললোই নিঙচিংলোন, মহো য়াঙবী য়া লেক্লিঙ

সেলনোই নিংচিংলোন মহৌরাঙবী মাশেরিঙ
মামহি খিরেন খংজোই মাঙজোই শেক্লিঙ ॥
কুমজন ইয়াঙ আর পাখঙবা কথান।
লাঙওন লাংলাই আর লাইস্না কথান ॥ [২১]
নারোংগীতা নাম সেই সুংলোন থথান।
সুমিৎ লৈচিল্লোন নাম গ্রন্থ অগনণ ॥
ইত্যাদি অনেক গ্রন্থ কহিবারে কতি।
ছোটবড় গ্রন্থগণ ঈশ্বর শ্রীমূর্ত্তি ॥ [২২]
পর্ব্বত প্রমাণ গ্রন্থ আগুনে দহিল।
সাতদিন ব্যাপি অগ্নি জলিয়া রহিল ॥
চৌদিগের লোকধরি রাখেন আনিয়া।
কুলিকাম করাইল কুড়ালাদি দিয়া ॥ [২৩]
কোড়ামারি বেত্রমারি বিশ্রাম নাদেন।
খাথোং লায়খোং মরোখোং যে গুঢ়স্থান।
ছোটবড় সুরোবড় মাডি চালি দিল ॥
আরবত স্থানগণ উজার হইল ॥ [২৪]
জৈষ্ঠের শুক্লা দশমী সোমবার দিন।
কাংলার শুকল বন্ধ করে ম্লেচ্ছগণ ॥
সেইদিনে খাংজেং শিলা উফারি ফেলেন।
শিলা সর্ব্বলয়া করি কর্ম্ম করায়েন [২৫]
অনেক উৎপাতে রাত্রি নিদ্রা নাপারিল।
মহামারি সিকাইর অনেক মরিল।
নাসহিয়া ম্লেচ্ছগণ ভাঙ্গিয়া পালাই ॥
ঈশ্বর লক্ষণ দেখি মণে ভয়পাই ॥ [২৬]
তথাপি কালের বলে ম্লেচ্ছেতে মঙ্গল।
দিনেদিনে ম্লেচ্ছজয় ভাঙ্গিতে নারিল ॥
জিলাঙম্বা নাম সেই রাজার নন্দন।
দ্বাদশী বুধবারেতে আপনা গমন ॥ [২৭]

মামহি থৌরেন খঙজোই মাঙজোই শেক্লিঙ কুমজন ইয়াং পাখঙবা কথান লাঙওন লাঙদায় লাই-মাকথান। [২২] নারোং গীতা সুঙলোন কথান সুমিৎ লৈচিনলোন অসিনচিবা লাইরিকয়ানি মশিং থাহনা লোইবা ওম্মোয় মণিপুরগী লাইগা মা ভাংনবা ওম্বা গুরুশিং খিবিরা শমাঙদা ওইখ্রবা তুঙদা ওইরকদবা ইহনা তুঙদা লাক্কদবা মচা মনারশিংনা থংহৌনবা হায়নহনা থনম্বা পুরাণ ইতি-হাস কয়ানি থাহনা লোইবা ওম্মোয়দবনি। অপিকপা অচৌবা লারিকশিঙ অসি ঈশ্বরগী শ্রী-মুর্ত্তিনি। [২৩] পৌবদা চিংগুয়া উই অহুব্ ধর্ম্ম লৈতবা সাহেপ্পা অমা পাথোকহন্দনামৈ থাবদা সুমিৎ ৭নি চাকপবু লোইবা ওমখিদে। মায়গৈ ৪গী অউ অউবা মী ফাহনা য়ৈহনা, চৈহনা মথোইনা তৌনিংবা কর্ম্ম তৌই কনানা খিঙবা ওমখিরে। (২৪) হায়বদা খজিঙা য়াদবা অমসুং শোইবদা ফি-বুননা লীচৈনা হাৎকদগুম য়ৈ পোংথাহন্দে। মণিপুরগী অথুপ্পা লাইফম, খাথোঙ লাইখোঙ মরোংখোং। লৈপাক হৈহনা কুজিল্লি অচৌবা অপিকপা পুখ্রিশিং লৈপাক হৈহনা কুজিল্লি। অসি-নচিংবা লাইফম উজার ওইনা মাংহল্লে খুংলাই পুয়মক মাঙহনখ্রে। [২৫] কালেন থাগী ১০-নি পাম্বা নিংথৌকাবদা সাহেপকী মথৈ তাম্নহনা কংলা গুরুং যেক্লে। সুমিৎ অহুদা খাংজেং সুং কুত্না লংথোকই। সুংকয়া কত্তুনা তৌনিঙবা কর্ম্ম তৌই। (২৬) সুমিৎ অহুগী অহিং অহু অঙকপা উপদ্রোপ তৌহনা কিনবনা তুম্মবা ওয়ত্রে। অহুগা পুকচত্না (মথোং হামহনা) সিকাই য়াম্না হোল্লোকপা ওয়ৎনা শিয়ে অহুগা সাহেপ কয়াসু শিয়ে লৈবওমহনা কায়হনা চেল্লি ঈশ্বরগী তৌবঙবা শক্তি উবদা য়াম্না কিনাখি। (২৭) অহুমদি ওইবদা কালবলবান ওইখিবনা ম্লেচ্ছনা জয় অহুব

এইমতে কতজন ধরিয়া রাখিল ।
জ্যৈষ্ঠের পূর্ণিমা শনি টিকেন্দ্র ধরিল ॥
টিকেন্দ্রের কথা এবে কহিব এখন ।
বাঘীরোগে যুবরাজ ছুটী বলহীন ॥ (২৮)
ঈয়াঙ্গীর স্থান সেই খোকচোম পাড়াতে ।
খোকচাও দেৱানের রহিল গৃহেতে ॥
পিতা কনিষ্ঠ রাণীর খোকচাও নাম ।
পৌত্রের গোপণে রাখি যতনে পরম ॥ (২৯)
মেকচুয়েন টিকেন্দ্র ধরিতে ভাবিয়া ।
মণিপুর প্রজা আর হোন্দারে ডাকিয়া ॥
টিকেন্দ্র ধরিয়া আন হুকুম করেণ ।
সবেকহে শুণম্লেচ্ছ আমার বচণ ॥ [৩০]
টিকেন্দ্রজিৎ ধরিবার সামন্ত নহিল ।
উড়িয়া যাইতে পারে অনেক জঞ্জাল ॥
যারলাগি কমেৰণ নাশ হৈল প্রায় ।
সামন্ত পুরুষঃ নহি ঈশ্বর সহায় ॥ (৩১)
ম্লেচ্ছ কহে সুবিদার শুন বীররায় ।
যেজন ধরিতে পারে অধিককেতন ॥
যথাশক্তি কর বলি পুন আজ্ঞাদিল ।
দিবারাত্রি বিচারেতে এক বার্ত্তা হৈল ॥ (৩২)
বস্ত্রক বান্ধিয়া রাখি কস্তুরী তিলক ॥
রূপনাহি দেখি তবু ব্যাপিল গন্ধক ॥
তেমন টিকেন্দ্রগন্ধ হইল উদিত ।
গোপনে রহিল তবু হইল প্রকট ॥ [৩৩]
ঈয়াঙ্গী স্থানেতে রহে দেৱান ঘরেতে ।
ইকথা শুনিয়া গুপ্তে সাজিল ধরিতে ॥
ক্ষেলেন্দ্রসিং সুবিদার সঙ্গে কতজণ ।
সন্ধ্যাহৈতে বেড়াইয়া সকল রহেন ॥ [৩৪]

ওইথি নোংমা মোমো লাকশিলজুনা সাহেপ্পু থ,গায়বা ওমখিন্রে। মচা ইবুঙো জিলাওয়া উপায় লৈত্রত্নুনা দ্বাদশী যুমশকৈশদা মপানা চংখি। (২৮) অসুম্না কাহুনা ময়ম্লাই চংদুনা বন্দি শংদা লৈনন্ত্রে। কালেন থাগী পূর্নিমা থাংজ হুমিত্তা কোইরেং যুবরাজবু কাই। অমিগী প্রসঙ্গ অসি থরদগু লেংজগে। কাল কৌবা লাইনা য়েক্লবা ওইবনা যুবরাজ অসি বাগী থ,হুবা চংপা য়াদে। (২৯) মরম অহুনা উপায় লৈতহুনা য়াইকুলগী খোকচোম লৈকাইদা লৈবা খোকচাও দেৱানগী ময়ুমদা লৈয়ে। চন্দ্রকির্তি মহারাজনা লৌহুনা মহারাণী ইতোন তোম্বী ওইরবী অসি খোকচাও দেৱানগী মচা মুপীনি অহুগী মরিদগী যুবরাজনা চঙহুনা লৈবনি মশুনিনা য়ায়া লুনা তৌহুনা লোং-তুনা থম্মী। (৩০) অসোমদা মেকচুয়েন সাহেপ্পা পুম্নমক কাবা লোইরবদা কোইরেং য়াংকু করম ফাসিগে থম্নুনা সরকারগী হোন্দারনচিঙবা অহুগা মণিপুর প্রজাশিঙ কৌশিন্দুনা হায়রকই যুবরাজ কোইরেং কাও। অহু তাবদা পুম্নমক্কা খুম্মি সাহেপ ঐখোয়গী য়া তাও। (৩১) কো-রেং যুবরাজবু ফাবা হায়বা কর্মসে অয়াম্বা নত্তে। পায়বা ওবা মুপানি কাবদা জুই। মাগী মরিদগী কমেৰণ শিত্রিবনি অহুনা ইচম চম্বা মুপা নত্তে ঈশ্বরগী শক্তি লৈবনি। (৩২) অহু তাবদা সাহেপ্পা সুবীদার খিখিক কোইরেং ফাবা ওবা অহুসি তোলোপ হেনগনি অহুনা নখোয় নখোয়না ওবা শক্তি তৌহুনা কাদবা য়াদে হুকুম পি। অহুনা অহিং মুংথিল নাইদনা থিনরকই অহুদা পাও অম্মা তারে। (৩৩) প্রমান্দি কস্তুরী চন্দনবু থশুহন উহরোম হায়হুনা কিনা য়োমহুনা থমলবদু মশক্তি উত্রগা মনমদি কাওবগুম। কোইরেং যুবরাজগী মগুম কনা লোংতুরম্ থ,গুনা থম্মা

ভয়ে যত্র বীরগণ প্রবেশিতে নারে।
কুনজন নাপারিয়ে ঘরের ভিতরে॥
প্রভাত সময় কালে ক্ষেলচন্দ্র প্রবেশে।
লঘিগুর্ব্বি লাগি যবে বাহিরে আইসে (৩৫)
দুইজন আঙ্গিনাতে দরশন হৈল।
ক্ষেলচন্দ্র দেখিয়া যবে টিকেন্দ্র কহিল॥
কিলাগি আপন আসি কহ সুবিদার।
ক্ষেলচন্দ্র কহেন প্রভু আসি ধরিবার॥ (৩৬)
ধরিবার নামগুনি অন্তরে ক্রোধিত।
আরতার অমর্য্যাদা অতিসে গর্ব্বিত॥
হাসিকহে তুমাশক্তি ধরিতে পারিবে।
ক্ষেলচন্দ্র কহেন শক্তি এখনে দেখিবে॥ (৩৭)
ইবোলি বিস্তন সহি যুবরাজ আগে।
তাদেখি লম্ফিয়া ধরে সনে বিস্তনকে॥
কেশধরি স্কান্নেতে ভুমিতে পড়িল।
তৎক্ষনে উঠিয়া ভয়ে ফিরি পালাইল॥(৩৮)
টিকেন্দ্র ডাকিয়া কহে শুণ সুবিদার।
ভয়না করিহ তুমি মন সুস্থকর॥
মোরজয় নাহি এবে ম্লেচ্ছ দেখিঈশে।
মোরে ধরিনাম তুমি রহু এইযশে॥ [৩৯]
বাক্যগুনি অবিশ্বাসে কম্পিয়া দাড়ায়ে।
টিকেন্দ্র কহেন তুমি নাকরিহ ভয়ে॥
সত্যকহি ধরিনেহ চতুর্দ্দলোপরে।
সত্যকথা শুণিতবে সুখিত অন্তরে॥ [৪০]

য়াদ্রে মনিন ফাওরে। (৩৪) য়াইস্কুল থোকচোম লৈকাইগী দেয়ানগী ময়ুমদা লৈ হায়বা পাও তারে অহুদি করম ফাশিগে হায়হুনা মুন্না তান্নহুনা ক্ষেলচন্দ্র সুবিদারনা সিফাই য়াম্না পুহুনা চুমিং তাখিবা সন্ধ্যা মতমদা ইখোল অহু কোইরে। (৩৫) মহৈ মহৈ কিনবনা মিং ভকনদে কনা অমা চঙশিন্দুনা য়ুম কাওবা চঙনবা ওমদে অসুয়া লৈনবদগী নোংভাল্লবদা ক্ষেলচন্দ্র সুবিদারনা চঙলকই। মতম অহুদা কোইরেং যুবরাজনা মমুঙ অচৌবা মচা লেংশিন্না থোয়কপদা। (৩৬) দুমাঙদা মপু মনাই উনরে ক্ষেলচন্দ্র উবদা যুবরাজনা হঙজি; সুবিদার অসিদা কদৌবা লাকপনো কহি হায়নিংবা লৈবগে ক্ষেলচন্দ্রনা ইকোম কোম্না ইবুঙো কাবা লাকপনি হায়হুনা খুম্মি। (৩৭) কাব লাকপনি হায়বা তাবদা পুরিঙদা শাওই অহুগী মথক্তা বেভার লৈত্তবা মবুক্তা য়াম্না য়াংবা নাপন অহুমগা উবদা থোয়না শাওখ্রে। নোক্লুনা হায়রকই সুবিদার নঙদি কাবদি ওমজগত্রা ক্ষেলচন্দ্রনা ওমত্রা য়েঙবা তারেদনা। (৩৮) অসি হায়রগা বিস্তন সন্ধান তম্মি অহু উবদা যুবরাজনা চোঙশিন্দুনা বিস্তন অহু মুন্নগা মশম পায়হুনা হায়বদা লৈপাক্তা তুইয়ে। অহুদগী থোগৎলগা হন্দুনা চেল্লে। (৩৯) অহু উবদা যুবরাজনা কৌরকই সুবিদার চেনুখিগনু ঐনা কহি অমত্তা তৌরোই কিগনু তপথো চেনগনু হৌজিক ঐখোয়গী জয় লৈত্রে সাহেপকী জয় ওইখ্রে। অয়াঙবা তানথৎচয়রিবা নহারি অহুনা ঐবু কাজো মতিঙ চাওনা লৈগনি তোলোপ হেনগৎনা কঙগনি ঐনা শিরবহু নঙবু শেম্বীরমগে চেনগনু চঙলকউ। [৪০] অহু তাবদা থাজবদি য়াংলি অহুগা কিবদগী মশা নিক্লা লেপই অহু উবদা মুঙশিরহুনা যুবরাজনা নোক্লুনা হায় করিগী কিরি ঐদি নঙগুম্না হাও নত্তে অশেঙবা লিংথো মচানি নঙতনবু সরকারগী মিনাই ওইহুনা লৈতে নঙনা নরৈপাক মণিপুর মাংনবা শিবনি ঐদি নঙবু শেমবীগে অহুগা কাহুনা পুন্দুনা পুগনু,

চতুর্দ্দল সাজাইয়া উঠি যুবরাজ।
দেখি ম্লেচ্ছভয় সনে টিকেন্দ্রক পূজ॥
এইমতে টিকেন্দ্রজিৎ রহে বন্দিঘর।
ম্লেচ্ছাগনে পুর হৈল নাশ মণিপুর॥ [৪১]
শুণিয়োক শ্রুতাগণ টিকেন্দ্র কথন।
দ্বাপরেতে ধনঞ্জয় প্রতাপ প্রবীন॥
শ্রীকৃষ্ণ স্বধাম গেলে দুর্ব্বল শরীর।
কৃষ্ণের প্রেয়সী লয়া আসি বীরবড়॥ [৪২]
পথেতে রাক্সস্ যুদ্ধে গাণ্ডিব ধরিতে।
নাপারিয়া নাউধারি রাক্সসের হাতে॥
যাবজ্জয় রহিকাল পৃথিবী বিজয়।
জয় শেষকালে সর্ব্বে বল নাশহয়॥ [৪৩]

মোরবলি কাজনহে ঈশ্বরের লীলা।
শীতে শীত গ্রীষ্মে গ্রীষ্ম সর্ব্ব আয়ুলোলা॥
নাজানিয়া লোকবৃন্দ অমরবৎ মানে।
সব মিছামায় সেই জানিয়া নাজানে॥ [৪৪]
রাজা যুবরাজা আর প্রজাগণ ধরি।
বন্দিঘরে রাখি ভবে পুনঃ তারাকরি।
কলিকতা বড়লাট বার্ত্তা জানাইল।
বিচার কারনে বড় হুকুম করিল॥ [৪৫]
আজ্ঞাপাই তিনজন মণিপুরে এল।
সেন্ট জোনকার কাউন্ট মায়কেল॥
কামতেন্ট আর কে রিজওয়ে মেজর।
এ ডব্লিউ ডেভিসডি কমিশ্নার আর [৪৬]

দোলাইদা হাপ্‌না পূ অহু তাবদা হরাওজহুনা ফেলন্দ্র সুবিদারনা চঙলকুনা খুরুম্মী অহু উবদা যুবরাজনা নোক্কুনা হায় অহুগুম্মা মপূ মশক থংঙু হায়বনি ঐনা কনাগী মপোং ফুরুহুনা কাগদৌ-রিবনো ইরৈপাক মচাবু মীথা পোলহম্নিংদহুনা হোংনরুবনি হৌজিক য়াদ্রে অসিবু তাহুনা য়েংহুনা লৈগদবগি শরুক্তি শিজরগে। (৪১) অহু তাবদা ইকায়হুনা খুমদে অহুদগী সিকায় ময়াম কৌ-শিন্দুনা দোলাই পুশিল্লকুনা থাররে যুবরাজনা অলঙ্কার হোংহুনা দোলাইদা লেংখৎলি যুবরাজ উবদা সাহেপ্পাচিংবা তেঙ্গোল পুম্নমক যুবরাবু সলাম কৎতুনা সেবা পুজা তৌহুনা থমখি হুমিং অহুদা মণিপুরগী মাংবা লোইখ্রে। (৪২) তাবিয়ু শ্রুতা থিবিক মণিপুর কোইরেং হায়রগা চমখ্রেদা হায়বা প্রমান্দি দ্বাপরদা অর্জ্জুন প্রতাপ চাওবনি, অহুবু গোবিন্দ লৈত্রবদা মানা শোন-হাবু ইবুঙোগী ইবেম্মাসিং (১১০০) পুহুনা লাকপদা। (৪৩) লম্বিদা গোপরাক্সনা মুন্না কান্দ হিংচাবা হাৎকে হায়হুনা লিরুং থাজৎপবু শুমখিদে মাগী মাগী জয়না লৈরিঙৈদা পৃথিবী বিজয় ওম্মি। মাগী জয়না লৈরকত্রবদা পাঙ্গল লৈবা হৌনদে, অহুনা কোইরেংবু অচম্বা ওইনা খোক-খিরনি। (৪৪) অসিগুম্বা মপোক অসিদা অহুয়া মরোইরে হায়বা য়াবা নত্তে ঈশ্বরগী লীলানি। অহুদা অয়িংবদা ইংথ্রেদা অশাবদা শাথ্রেদা হায়হুনা লেপ্পী পুন্সিদি ডাইবিদে, অহুবু জীবনদি অমরগুম্বা নিংনরি পুম্নমক অসি অরেম্বনি অহুবু থওনা থওনা থওনদে। (৪৫) যুবরাজনচিঙবা কাবা লোয়রবদা মরোন পুম্নমক টেলীগ্রাম তৌহুনা কলিকটাগী বড়সাহেপ্তা হায়খ্রে মরোন তাব-দা বড় সাহেপ্পা বিচার তৌরু হুকুম পিহুনা। (৪৬) মণিপুরদা বিচারগীদমক সাহেপ অহুম থোরকুনা থংডরে। অমনা, সেন্ট জোনকার, কাউন্ট মায়কেল কোই অমনা কামতেন্ট- আরুকে রিজওয়ে মেজর কৌই। অমনা এডব্লিউ তেভিস ডিঃ কমিশ্নার কৌই। (৪৭) অসুম্বা সাহেপ অহুম

এইতিনজন আসি পাই মণিপুর ।
মেজরমেক চুয়েনাদি মিলি ম্লেচ্ছবড় ॥
বিচার কারনে তবে যুগতি করিয়া ।
একদিন সভাকরি প্রজাকে ডাকিয়া ॥ (৪৭)
পুর্ব্বের প্রসঙ্গ কথাযতনে পুছিয়ে ।
প্রথমে অঙোম রাজা বচন কহিয়ে ॥
অঙোম রাজন কহে সত্য কহিআমি ।
কমেশণ আসি বাংগ্লে প্রবেশি উত্তমি (৪৮)
ভাইগণ সঙ্গে নৃপ যাই দরবার ।
দ্বারনা খুলিয়া রহে মাঝেতে পথের ॥
যুবরাজ দেহে তাপ রহিতে নারিল ।
রাজারে বিদায় করি নিজ গৃহে গেল ॥ (৪৯)
পরদিনে আয়বলি পুনঃ আজ্ঞাদিল ।
পরদিন যুবরাজ সুস্থ নাহইল ॥
তেকারনে দরবার নাহি রাজাগনে ।
পুনঃআজ্ঞা কালি যাব মোর গণসনে (৫০)
আজিরাত্রে রাসনৃত্য করহ দেখিবে ।
ভালবলি রাসকরে নৃত্যদেখি সর্ব্বে ॥
নিশান্তে রাসক অন্তে ফিরি প্রজাগণ ।
কিছুক্ষণে কোইরেং গৃহে বেড়ি ম্লেচ্ছগণ (৫১)
রণ আরম্ভিয়া মারে বন্দুক কামান ।
সেইরাত্রি ঘুররণ প্রভাত হয়েণ ॥
যুদ্ধক্ষেমা না করিয়া গ্রামে অগ্নিদিল ।
সেইদিন ঘুরযুদ্ধ অনেক মরিল ॥ (৫২)
রাত্রিহৈলে রণসন্ধি বেন্ডুপ বাজিল ।
ভালবলি মহারাজা সান্তনা হইল ॥
রাজাকহে রনবাঞ্ছা নাহই আমার ।
তোমারম্ভে রক্ষালাগি হইল সমর ॥ (৫৩)

অসি মণিপুরদা থংলহনা লৈরে অহুগা মণিপুরদা হান্না লৈরম্বা সাহেপ মেজোর মেকচুয়েন্নাচিংবগা তান্নহনা বিচার তৌগদবগী থৌরাং তৌহনা নোঙমা নিংথৌবু কোথোক্লনা বিচার হৌই। (৪৮) মাঙদা ওইখ্রিবা কমেসনগী প্রসঙ্গ হংতি। অহান্বদা অঙোম নিংথৌনা থোক্লনা খুম্খি হে সাহেপ অচুম্বা অরেপ্পা রা হায়গে তারো। সাহেপ লাকই তাবদা ঐখোয়গী হৌনবী অথেনপোৎ লাং-হনা ওক্লনা বাঙ্গালাদা লৈখ্রে। (৪৯) দরবার তৌসি হায়রক্লনা নিংথৌ মচিন মনাও দরবার লাকপদা থোং হাঙদহনা লম্বীদা য়াম্না কুইনা ভায়হনা লৈ। মনাও ইবুঙো যুবরাজদি শা হক-চাং ঙমদহনা কুইনা লৈবা ঙমত্রহনা নিংথৌদগী বীদায় লৌহনা সঙ্গায়দা লেঙল্লে। (৫০) অহু-দগী কুইনা লৈরগা থোং হাঙলগা কোইরেং য়াওল্লে তাবদা হল্লেঙ তৌসি হায়হনা, হল্লক্লে, । অহুগী নোঙাম্বা অহুম্ যুবরাজ শা হকচাং ইরিবা ফত্তহনা পাও হায়রুবদা অহুদি দরবার তৌরগমুসি হায়রক্লে। অমুক হায়রকই ঐখোয় হয়েং অরারোমদা চৎলগনি।(৫১)ঙসি অহিং নথোরগী রাস কুম্মৈ য়েংগে হায়রক্লনা রাস য়েংহল্লি। রাস লোইহনা হন্নখ্রবা মতুং নোংভাল্লমদায়দা যুবরাজগী সঙ্গায় কোয়হনা। (৫২) নোংমৈ কাপ্তনা লান হৌরকই, খুলায় থোক্লবনিনা হন্দুনা চেনবা য়াদবনিনা অহিং অহু লান পানরে অহুদগী নোংভাল্লবদা লান তোকখিগত্রা হায়রগা তোক্লহনা মুপী অঙাং হাৎলি মীশীমুম মৈ থারে কোম্মুং কোয়দনা থোং ৪দা লান পানৈ রামনা শিনৈ। (৫৩) মুমিৎ তারবদা লাল জোক্লসি হায়দনা বেন্ডুল থোংলকই। করে হায়দনা নিংথৌনা প্রজা অপুম্বা লান থাম্মদনা পোৎথারে নিংথৌনা ঐখোয়দি লান পাম্বা নত্তে নথোয়না হৌরকপগি চেনবা য়াদদনা পানবনি।

আসিহ নিরস্ত্র হয়া বাম্বাই পুরেতে।
ভালবলি স্বীকারিয়া আইল তাহাতে॥
পঞ্চমেঞ্ছেক বেজ্‌ল আসি ছয়জন।
মোরাসনে বসাইয়া কহিল বচন॥ (৫৪)
আরকহে কমেশন নিরস্ত্র নাহয়।
কথাগুনি লুটি দেখে বিস্তন রহয়॥
প্রতিস্থনে বিস্তনক নিত্রংব এঁকৈক।
বিস্তনের গুলিরহে অঙ্গেতে অনেক॥ (৫৫)
অস্ত্রছার রনসন্ধি কহিল তখন।
নামানিয়া কতক্ষণ কানা কানি কন॥
সেইকালে একজন কহিল তাহাতে।
শুনহ মেজরগন লাম্বোবী স্থানেতে॥ [৫৬]
উপুর করিয়া সিকায় হস্তে বন্দুধরি।
অনেক রহিল তাহে রন সাজা করি॥

তাহাগুনি প্রজাগন রুধিতে নারিল।
তেকারনে কমেশন পরান তেজিল॥ ॥৫৭॥
ইহাভিন্ন আরকথা নাজানি কারন।
মুংডিতে মস্তক রাখি দেহে খ্‌য়েঘন॥
এইকথা মণিপুর একবাক্য হৈল।
পরদিনে খ্‌াইহৈতে দেহ উঠাইল॥ (৫৮)
বর্ম্মের খোলাতে রহে এক পত্রপাই।
যত্নকরি খুলি দেখি কারণ জানাই॥
ম্লেচ্ছের ধর্ম্মক করি ম্লেচ্ছ জাতিগণ।
এইমতে রিচারের সর্ব্ব সাঙ্গ হৈল॥ (৫৯)
পূর্ব্বেহৈতে কমেশন অপরাধ ময়।
ধর্ম্মনাশ কর্ম্মনাশ সর্ব্বদোষ হয়॥
তথাপিহ দুঃখি হয়া প্রার্থনা করিল।
অস্ত্রহীন বলহীন ফিরি পালাই (৬০)

(৫৪) অদ্‌গা নখোয়না সন্ধি চান্নবা পামলগা খুংলাই য়াওদনা বাম্বাই শংদা চংক্রউ দরবার তৌসি হায়বদা করে হায়দ্‌না য়াদ্‌না সাহেপ ৫ গা বেজ্‌ল খোংবা ১গা তরুক অসি চংলকুনা কম্মি॥ (৫৫) মতম অহুদা প্রজা পাত্র অমনা হায়রকই, কমেসন সাহেপ খুংলায় য়াওরি হাগম্ব হায়না অহুদা চিংনবা পোকুনা মশাদা য়েঙনবদা, সাহেপ ৫ মক বিস্তন অম্মম্মগা গুল্লি ময়ামগা য়াওরম্মি। (৫৬) খুংলায় য়াওদনা দরবার তৌনসি হায়রগা করিগী খুংলায় পায়রগে হায়নহুনা লৈনরিঙৈদা প্রজা পাত্র অমনা, স্নখোং মপান লাম্বোবীদা। (৫৭) সিকাই ময়াম্মা নোংমৈ পায়হুনা উপ্রাক্রা উপতুনা লানগী থৌরাং তৌহুনা লৈরে। পাও অহু তাবদা নিংথৌনা যুবরাজনা খাম্বা য়াথিত্রে লৈপাক হোহুনা সাহেপ হাংখ্রে। (৫৮) তৌখিবা থোদোক অসিনি অসিদগী হেনবা খঙদে মুংগোয়বীদা মকোক কুম্মি খ্‌াইরম্বন্দা মশা কুম্মি। অহুগী তুংদা মী কয়াদা হংবদস্থ অহুদগী অমা হোংত্রে। অহুম তোক্লে অহুগী নোংঙানবগা থ্‌াইরম্বন্দগী সাহেপ কুক্তোকুনা য়েংঙ্লি। {৫৯} মশাহু য়েংঙ্লি অহুগা কোইনা য়েংলকপদা মাগী কোংকী ফুরিৎ খাওদা লাইরিক অমা য়াওরম্মি। চেকশিন্না হোৎনহুনা পাহুনা য়েংবদা মরম পুন্নমক খঙলখি। অহুগা সাহেপকী জাতিগী হৌনবী তৌখি। অস্নুম্মা বিচার অহু লোইশিনখ্রে। {৬০} অহুগী তুংদা হুকুম হায়দোরকই। কমেশন সাহেপ্না হোবদগী লোইবা কাওবা লাল্লী, ধর্ম্ম কায় কত্তে পুন্নমক মানা লাল্লী। অহুদি ওইবদা মানা উপায় লৈত্রহুনা হায়জয়ে খুংলায় থারে মপাজন লৈত্রে, হন্দুনা চেল্লে। {৬১} অহুবা মাবু হাংপা মথ্‌ায় লোবা হৌনদে অদ্‌গী মথক্লা মাবু থাজহন্দুনা কৌশিন্নগা হাংপা মহাপাপনি বিশ্বাস ঘাটক হায়বা অহুনি। মরান লৈবা মাদি কাহুনা

মেকলোপ দণ্ডিকুরি সুন্দরি নাশিল।
এইমতে কত্তদিন সহিয়া রহিল ॥ (১৭)

ম্লেচ্ছগন বিচারেতে প্রতাপ নাসহে।
রাজা রাখিবার লাগি সুনিশ্চয় তাহে ॥

পুনঃ পণ্ডিৎগন ডাকি সবিনয় করি।
আর প্রজাগন ডাকি মিলি সভাকরি ॥ (১৮)

ম্লেচ্ছকহে শুনপণ্ডিৎ আমার বচন।
তোরা মণিপুর দেশ কেমন লক্ষণ ॥
কোনকোন রাজবংশ মহারাজ হৈল।
একঅংশ কোন হেতু অনেক হইল ॥ (১৯)

সরাং আর তাওরিয়া যতেক কহেন।
ইংরেজীতে অনুবাদ সে বামাচরন ॥

শুনম্লেচ্ছ মোরাখানি এই মণিপুর।
পূর্ব্বহৈতে রাজাছিল এইদেশ বড় ॥ (২০)

যবিষ্ট হইতে ক্রমে চরাইরোংব রাজা।
তারপুত্র গরিবনি হুই মহা রাজা ॥

তারপুত্র অষ্টাদশ জনম হইল।
তারমধ্যে সাতজনি সাতভেদ হৈল ॥ [২১]

শ্যাম সাই তৌরাম সাই অনন্ত সাই।
সত্রুঘন সাই শ্রীহরি চরন সাই ॥

গদাধর সাই আর শ্রীদুল্লভ সাই।
এইসাত ভেদ করি কহে সাত সাই ॥ (২২)

প্রথমসে শ্যামসাই পুত্র ভাগ্যচন্দ্র।
মণিপুর রাজা হৈল যেন পূর্ন্নচন্দ্র ॥

তৎপুত্র লাবন্যচন্দ্র আর মধুচন্দ্র।
চৌরজিৎ মারজিৎ গম্ভিরসিং যেনচন্দ্র ॥ (২৩)

গম্ভিরসিং রাজ পুত্র চন্দ্রকীর্ত্তি নাম।
তারপুত্র শূরচন্দ্র কুলচন্দ্র নাম।

অদুগী দোযনা মথোয় শিরিবনি শিরগা করিগী কিদুনা য়া হংলি নথোয় তুম্না শিগদবনি। মণিপুরগী মগুন খংদনা লৈপাক মাংহল্লে, তুমহল্লে, অদুগী দোযনা নথোয় লোয়না তুম্না শিগদবনি। [১৭] অসি তাবদা সাহেপ কিবনা নশা নিকই খাম্না থাজগ্রে। অদুগী তুংদা পুয়ান থাবগী বিচার তৌরকপদা মণিপুর বড়সাহেপ ওইরিবা মেকলোপ মাগী হুকুম্না থাবা ওইরমহুনা মকম লৌথোক্লে দণ্ডি তৌখ্রে অমুম্না চুমিং থর অমুক লৈখ্রে। য়ারবদি নিংথৌ পাম্বদুনা থমগে নিংদুনা। [১৮] অদুগী তুংদা নিংথৌ পাম্বগী দোযনা সাহেপ্তা মথং মথং লৈরকপদা থাংব ওমগ্রদুনা নিংথৌ হাল্লসি হায়দুনা সাহেপকী মথৈ থররবদা লোয়বা, লোয়রদুনা। অমুক লোংম পণ্ডিৎ কৌশিন্দুনা ভক্তি রেভার তৌনা হজংতুনা লৈপাক প্রজা কৌথংতুনা তিল্লে। [১৯] সাহেপ্না হংজি হে পণ্ডিৎ থিবিক নথোয়গী দেশ অসিগা চংনরিব মরোং অসি করিনো, কয়া রংসনা নিংথৌ ওইবনো অমত্তা ওইগদবদা রাজ বংসনা মশিং য়ামলিবা অসিনা করিনো। [২০] অদু তাবদা সরাং তাওরিয়া পণ্ডিৎ ২ না খুম্মী মরোন অসি বামাচরনা সাহেপ্তা হায়। হে সাহেপ মণিপুর দেশ অসিদি নিংথৌ পাম্রবদি লৈবা ওমদদুনা মমাংঙৈদগী নিংথৌ পাল্লি। [২১] যবিষ্টনা পানবগী মখত মখত পাম্লকপা অদুনা চরাইরোংবা নিংথৌ মাগী মচা গরিবনী য়াজনা পাল্লে। মচাইবুঙো ১৮ থোকই। অমাসিং অদুদা সাই ৭ থারগ্রে। [২২] শ্যামসাই, অনন্তশাই সত্রুঘন সাই, হরিচরনসাই, গদাধর সাই। দুল্লভ সাই। অমুম্না সাই ৭, বংস ৭ থোকখ্রে। মশা ১তনি [২৩] মচাইবুঙো শ্যামসাইগী মচাইবুঙো ভাগ্যচন্দ্রনা থাগুম্না ওন্দুনা মণিপুর অসিদা নিংথৌ ওইরে। নিংথৌ ওইদবদি থারুদুনা কায়দে থাররোই অপানবদা থাগে মচাইবুঙো, অহন লাবন্য চন্দ্রনা নিংথৌ ওই। মতুংদা মধুচন্দ্রনা নিংথৌ ওই। অদুগী তুংদা চৌরজিংনা নিংথৌ ওই। অদুগী তুংদা মারজিংনা নিংথৌ ওই। অদুগী তুংদা গম্ভিরসিংনা নিংথৌ ওই। নিংথৌ মজা

এইরাজবংশ খ্যাত কার্ত্তাবংশে বলি।
আরসেই শ্রীঙৌরাম সাই মহাবলি (২৪)

তারপুত্র ভদ্রসিংহ গুন অনুপম।
তারপুত্র নরজন হইল জনম॥

তৎমধ্যে নরসিং আর দেবেন্দ্র রাজত।
রাজানাম লৈয়া সেই নরসিং কহিত (২৫)

আর সে অনন্তসাই বড়মন্ত্রি হৈল।
মন্ত্রিপুত্র গুণবান অনেক রহিল॥

মন্ত্রিনাম লৈয়া সেই মন্ত্রি ময়ুমনাম।
আরসেই মক্রুঘন সাই যেইনাম॥ [২৬)

উরুপুরেন নাম সেই উপাধি দিল।
উপাধির নাম লৈয়া যেনাম কহিল॥

আরসে হরিচরন রাজার নন্দন।
লৌরুংপুরেন পদবী তাহারে দিলেন॥ (২৭)

পদবীর নাম লৈয়া যে নাম রাখিল।
বড় লৌরুংপুরেন যে তাহাতে হইল॥

আর সে গদাধর দুই পদবী দিল।
লৌরুংপুরেন সেনাপ্তি দুই নাম হৈল॥ [২৮]

সেইনাম লৈয়া থৈল অদ্যাপি রহিল।
আর সে দুলভ সাই দুঃপদবী দিল॥

লৌরুং পুরেন উরুং পুরেন দুই নাম।
পদবীর নাম লৈয়া থৈল সেইনাম॥ (২৯)

এইমতে সাতনাম সাত্ত সাই কহে।
একহৈতে সাতবংশ হইলেক তাহে॥

এই রাজ বংশ মধ্যে একজন লৈয়া।
এইদেশে রাজা দেহ সুখ মনহৈয়া॥ (৩০)

দেবস্থান নাশহৈল আর দেশ নাশ।
রাজা রাখ দেশ শাস প্রজাদুঃখ নাশ॥

---

অসি ভাগ্যচন্দ্রগী মচা ইবুঙো ঙাকতনি। [২৪] গম্ভিরসিং নিংথৌগী মচাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিনা নিংথৌ ওইরে। অদুগী তুঙদা মচাইবুঙো অহন শুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরে। অদুগী তুং অসিদা হৌজিক পাল্লিবা কুলচন্দ্র অসিনি। অসিগী বঙ্স অসিনা কার্ত্তা বঙ্স কৌই। সাই ১গী রা লোইরে। মথং অমা হায়রগে। ঙৌরাম সাইনা। (২৫) ভদ্রশিংহ পোকই। ভদ্রশিঙনা মচাইবুঙো ৯ পোকই। অদুগী মরক্তগী নরসিংনে দেবেন্দ্রসিঙনে অনি মথঙ মথঙ নিংথৌ ওই। অদুনা বঙস অসিবু নরসিং বঙস হায়না খঙনৈ। (২৬) অদুমগুবা সাইগী রা তারো অনন্ত সাইনা বড় মন্ত্রি ওই। নচাইবুঙো য়াম্মি। মন্ত্রিদুগী মিং লৌদুনা মন্ত্রিময়ুম হায়না খঙনৈ। ৪ শুবা সাইগী রা হায়গে সক্রুঘণ সাই। (২৭) লৈপাক অসিগী উরুং পুরেন হাপই। কম অদুগী মিং লৌদুনা উরুং পুরেন ময়ুম হায়না খঙনৈ। ৫ শুবা সাইগী রা হায়গে। মচাইবুঙো হরিচরন সাই। লৈপাক অসিগী লৌরুঙ পুরেন হাপই। কম অদুগী মিঙ লৌদুনা। [২৮] লৌরুঙ পুরেন ময়ুম কৌখ্রে। লৌরুঙ পুরেন অচৌবা হায়নসু খংনৈ। তরুক সুবা সাইগী রা হায়গে। গদাধর সাইনা কম ২ ওইরে। অমনা সেনাপতিনি, ১ না লৌরুং পুরেননি। কম অদুগী মিং লৌদুনা সেনাপতি ময়ুম হায়না খংনৈ। (২৯) লৌরুংপুরেন সেনাপতি ময়ুম কৌখি। ৭ সুবা সাইগী রা হায়গে। দুলভ সাইসু কম অনি ওইয়ে। লৌরুং পুরেননে উরুং পুরেননে। কম অদুগী মিং লৌদুনা লৌরুং উরুঙ পুরেন ময়ুম হায়না খংনৈ, কৌনৈ। (৩০) অসুমা বঙস অমতনা ৭ থায়দুনা লৈবনি অদুগা গরিবনিরাজগী থারানি। অসুবা রাজ বংস অসিদগী অমা থল্লগা লৈপাক অসিগী নিংথৌ হাপউ, য়াম্মা হরাওনা।

(৩১) মণিপুরগী লায়কম অসি থ্‌গায়গমু শেমগৎলু অদু নত্রবদি দেশ মাংগনি।

ম্লেচ্ছকুহে ব্রহ্মারনে ইস্কান ধরিল।
সেইকালে গম্ভিরসিং নরসিংহ বল॥ (৩১)
দুইজনে রক্ষাকরি আমারন জয়।
দুইমধ্যে কার্ত্তাবংশ মোরা ঐরিহয়॥
নরসিংহ বংসদেহ তারে রাজ্য দিবে।
এইবলি আজ্ঞাদিল পণ্ডিৎ প্রজা সর্ব্বে॥ (৩২
নরসিংহ ধারা খুজি লোক গোলমান।
কেহকহে মারিবারে খুজে ম্লেচ্ছ গন॥
কেহকহে নৃপলাগি খুজি রাজবংশ।
কেহকহে লটপট মহাক্রুর ম্লেচ্ছ॥ (৩৩)
এইমতে কানা কানি মণিপুর লোক।
ভয়াতুর লোকগণ বহু দুখঃ শোক॥
কতদিনে মেজোর মেক চুয়েন বড়।
নরসিংহ রাজপুত্র বৃদ্ধক পুস্কর॥ [৩৪]
ডাকিয়া কহেন তারে বংশের কারন।
তেহকহে বড়সাহে শুনহ বচন।
রাজপুত্র বাইশক রহে মণিপুর।
জৈষ্টপুত্র ভুবনসিংহ প্রধান পুত্রের॥ [৩৫]
তারপুত্র তিনজন হইল প্রসব।
স্নাহন স্নায়াইমা ডুম্বরসিং স্নাভোম্বা॥
জৈষ্ট আর কনিষ্ট দুংনাহিক তনয়।
ডুম্বরসিংহ তারপুত্র পঞ্চজন রয়॥ [৩৬]
ম্লেচ্ছ কহে ভালহয় কন্য দেহমোয়ে।
ভালবলি আশ্বাসিয়া আসি পৌত্রঘরে॥
শুনিয়োক শ্রুতাগণ করি নিবেদন।
চুড়াচান্দ রাজকথা কহিব এখন [৩৭]
ডুম্বরসিং দুইনারী সেবনে পত্তির।
জ্যৈষ্টনারী ললিত মঞ্জুরী নামআর॥

নখোয় লৈবা ওম্মোয় নথরায় মাংহুনা তোকনি নিংথৌ থম্মু লৈপাক শেম্মু প্রজাদা অরাবা পিগমু। অহু তাবদা সাহেপ্পা হায় অহুডৈ টিলানগী লান্দা অরানা ইস্কান সাহেপ কাপ্রবদা গম্ভির সিং নরসিং অনিনা অন্নদগী মুন্দুনা পিথি। (৩২) মখোয় অনিনা মিচং ওইহুনা অরাবু ওম্মি। অহুগা অরাদগী মনিপুরস্থ মুন্দুনা লোবনি। অনিগী মরকতগী কার্ত্তাদি ঐখোয়গা য়েরুরে। অহুনা মা থম্মো নরসিংগী ধারা অমা পিয়ু নিংথৌ হাপকে অসি হায়হুনা হুমিৎ অহুদা পণ্ডিৎশিং লৈপাক প্রজাদা হুকুম পিরে। [৩৩] অহুগী তুংদা লৈপাক অসিদাসাহেপ্পা নরশিংগী ধারা থিরি হায়হুনা নিমগ্রে। অহু তাবদা কয়ানা হায়নৈ হাংকদবগী থিরিবনি। খরনা হায়নৈ নিংথৌ হাপকদবগী থিবনি। খরনা অমুক হায় অমা হায়রগা অমা তৌবা কংতবা সাহেপনি কহুনা খিবা ওইরম্মোয়। (৩৪) অসিগী রা অসি মণিপুরদা নিনমগ্রে কিগবা কাংবুদি মপান খোরুখিদ্রে হুতবদা তারুখিদ্রে। অম্মা লৈনহুনা মা লৈ হায়বা তারুবদা মণিপুরগী বড় সাহেপ মেজোর মেকচুয়েননা নরসিংহ নিংথৌগী মচাইবুঙো পুস্করম্না। [৩৫] নোংমা কৌহুনা হংডি। পুস্করম্নানা খুম্মি হে বড়সাহেপ নরসিং নিংথৌগী মচা ইবুঙো ২২ গী ধারা মণিপুর অসিদা হৌজিক লৈ। অহুগা পুম্নমকী অহনদি ভুবনসিং কৌই। (৩৬)ভুবনসিংনা মচানিপা অহুম পোকই। স্নাহন মথও স্নায়াইমা ডুম্বরসিং অহমম্বা স্নাতোম্বা। অহম্নে অতোনবনে অনিসিদি মচা পোক্তে ধার লৈতে। স্নাইমা ডুম্বরসিংনা মচা মঙা পোকই। (৩৭) বড়সাহেপনা হায় অহুদি য়াম্না ফরে নঙ ৫ অহু হয়েং ঐঙোন্দা পিয়ু। অহু তাবদা করে পিগনি হায়হুনা মঙশিংগী য়ুমদা লাকই। তাবিয়ু শ্রুতা থিবিক চুড়াচান্দগী মাংগী রারী থরদং মতাং অসিদা লোংজগে। (৩৮) স্নায়াইমা ডুম্বরসিং রমনী অনিনা সেবা তৌই। অহুম্না ললীত মঞ্জুরী কৌই। মোইরাংথেম চনুনি। অতোপ্পা অসিনা নিত্রপতি কৌই। খাংজম চনুনি। সীজ অনিনা সেবা তৌহুনা লৈয়ে। (৩৯) অহন অসিনা মচাইবুঙো

কনিষ্ঠ রমনী নাম মিত্রপতী কহে।
দুইত রমনী হসবী সুখ মনরহে॥ [৩৮]
জৈষ্ঠ চারিপুত্রা কন্যা দুই হইলেন।
শ্রীডম্রুসিংহ ভিত্তরসিং চন্দ্রহাস তিন॥
শ্রীমুক্তাম্না তকোনম্না কন্যা দুইনাম।
তারপরে চুড়াচাঁদ হইল জনম (৩৯)
মিত্র পতী একপুত্র জিতেন্দ্রসিং নাম।
এইমতে রহিলেন মণিপুর ধাম॥
দৈবেতে বোড়াজাওবা হৈল যোবরণ।
তারসঙ্গে যুদ্ধকালে ভাজিয়া গেলেন (৪০)
কাচারেতে ললাং গ্রামে রহিতে মরিল।
পতিমৃত্যু দুইনারী দরিদ্র সহিল॥
জৈষ্ঠনারী যারপিতা রামানন্দ কুত।
পৌত্রগণ দিবা নিশী যত্নেতে পালিত॥ (৪১)
তথাপিহ পিতৃহীন সর্ব্বদুঃখ ময়।
শয়ন ভোজন কালে স্বচ্ছন্দ নাহয়॥

জৈষ্ঠপুত্র দুর্দ দিহ মাতার জননি।
মাতাদুঃখ দেখি কহে কিবাদুঃখ মতি॥ [৪২]
চারিভাই বল হেলে মাতারে সেবিয়া।
মহাসুখে রহিবেক কিবা দুঃখ হিয়া॥
ক্ষণে হাসে বহুকান্দি কাল গুঞ্জাইল।
পুত্রীর অবস্থা দেখি পিতা হীনবল॥ [৪৩
রামানন্দ কহে পুত্রী দুঃখ না ভাবিহ।
পিতৃআছে কিবা দুঃখ সুখমনে রহ॥
তথাপি মনের মাঝে নাঘুচে দুঃখিত।
সর্ব্বকালে সুখনাহি হয়ে মলিনত॥ [৪৪]
মিত্রপতী পুত্রসনে মনিকচান্দ গৃহে।
ভগিনী পালন করি রহিলেন তাহে॥
শুনিয়োক শ্রুতাগন সেই পুর্ব্বে কথা।
পিতৃগৃহে মানহীন থকে যথা তথা॥ (৪৫]
পরগৃহে থকে পর গৃহেতে পালিত।
জীবনে তাহার ধিক মরন উচিত॥

মসিগা মচা ইবেম্মা অনিগা পোকই। অহুম ডম্রুসিং কোই মথং জিমত্রসিং কোই ও সুবা চন্দ্রহাস কোই। মথওদা মচা ইবেম্মা মুক্তাম্না মথঙ তকোনম্না ঈতোন তোনবনা চুড়াচান্দ ও অসি পোকঈ [৪০] অতোপ্পা মীত্রপতী সীজদি মচাইবুতো অমা থক্তা পোকঈ জিতেন্দ্রসিং কোই। অসুম্না মণিপুর অসিদা লৈবদগী মচাঈবুতো বোড়াজাওবগী লান রাওরুবদা ভমদহুনা কারহুনা চেনখিহুনা ময়াঙ লৈপাক্তা লৈখ্রে। [৪১] অহুদগী ললাংদা লৈবদা পুন্সি তেনলমহুনা কৃষ্ণ চরন তানখ্রে। মবুতো মগুরোইবা লৈত্রবদা লাইরবী হায়বদু খম খেঙনা ওইখ্রে। সীজ অহুম অসিবু পোকপা রামানন্দ কুৎ মচাগা মশুপগী অরাবা উবদা য়াম্না লুনা তোদুনা ইগুবু কবাক্লদা লোম্লগে হায়দুনা লোকঈ। [৪২] অদু ওইমুনসু মপাবুং রাওদনা লোকপা কানিনা অরাবী কারি। তুমদা চাবদা মনিঙ মথা তম্বা ওমদে। খর অনান তাবা মচা ইবুঙো অহুম ডম্রুসিংনা মমাসীজদা হৃৎখিং ইথাগীজ অরাবা য়েংবা ওমদ্রে রাগনু। [৪৩] ইচিন ইনাও ৪ মা চাওরগা ইমাবু সেবা তৌদুনা সুখওনহনগনি রাগনু।

মচাগী দুখৈ য়েংলগা তারহাক লোকই অকমনা মপাঙ ওইহুনা কেপ্পি মচা তুপিনা অরাবা উবদা (৪৪) রামানন্দ কুংনা ইপাগী ঈবেম্মা লাকিত্তা অরাবা থনগদু ইপানা লিত্রিভৈদা ঈচাগী করি রাংকনি হায়দুনা থাবগে দুখায়না ঊলেবু থাকপি। অদুবু অরাবা কোতুনা মুখায়বা তমদে মতম পুন্মক্তা লেংপা চাবা মনিং খুংদবনা অরাবা অনক্তা ওয়। (৪৫) অহুগা মিত্রপতী শিজ্র পুত্রগা লোজহুনা মোপা মনিকচান্দ সিংগী য়ুমদা য়ামা লৈরে মচে জিজবু য়াম্না সুম্না তোহুনা থম্মি। [illegible] মাংগী থাবক প্রলজনি মুপি ওয়বিনা কচাগা লোইনহুনা অপামদা লৈবা হায়বসে থম্মা [illegible]

কষ্টেতে বঞ্চেন তথা দিবস রজনী।
শান্ত্বনা করেন পিতা কহি প্রিয়বানী॥ [৪৬]
বহুকাল গেলদুঃখ আছে অল্পকাল।
অচিরে পাইবে সুখপুত্রগণ পাল॥
সুজ্ঞানী রমনী কভু কাতর নাহয়।
স্থিরহয়ে ধর্ম্মকরে ঈশ্বরে ধেয়ায়॥ [৪৭]
সুখদুঃখ দেখ পুত্রী সহযোগে কর্ম্ম।
সুখে উপার্জ্জয়ে ধর্ম্ম দুখেতে অধর্ম্ম॥
ইহাবুঝি প্রাণপুত্রী সান্তচিত হও।
নিরবধি কৃষ্ণনাম বদনেতে লও॥ (৪৮)
এইমতে দুঃখসহি এল শুভকাল।
শোভবার্ত্তা শিরে ধরি লঞিয়া মঙ্গল॥
কৃষ্ণনাম জপকরি আইল পুষ্কর।
রামানন্দ কুতগৃহে প্রবেশি সত্বর॥ (৪৯)
কুতসহ দেখাদেখি করিল সম্মানে।
মনসুখে দুইজন বসিল আসনে॥
পিতামহ দেখি পৌত্র প্রণাম চরনে।
আদিঅন্ত ম্লেচ্ছকথা কহিল তখনে।(৫০)
সেইরাত্রি তথারহি মন্ত্রনা করিল।
সরাং তাওরিয়া দুহে যতনে ডাকিল॥
আর জ্যোতিষাধি কারি রাহেংবা পণ্ডিত।
রামানন্দ সনে রাত্রি হইল যুগত॥ (৫১)
গুণিতে শোভের ফল নিশ্চয়ে জানিল।
ভালবলি সেইনিশি সকল রহিল॥
প্রভাতে সকলসনে তিন জন লয়া।
মেঞ্জর মেকচুয়েন স্থানে যত্ন দিয়া॥ [৫২].
তিনজন দেখিতবে পুনঃ পুছিলেন।
ইহাভিন্ন আরনাহি কহত এখন॥

লৈহনস্থ সুডাইবা ওয়দে। (৪৬) বেদনা লাওরি মিগী ময়ুমদা তাংহুনা লৈবা মিনা থাকুনা চাহুনা লৈবা অসিদি হিংবগী ফোল লৈতে শিবনা ফবনি। মরম অসি লৈবনা অহিং সুংথিন অনিদা অরাবা রাথন্দ পূহুনা লৈ অহু উবদা রামানন্দ কুংনা মচাদা সুডশিবা রাহৈনা থেম্মী। (৪৭) ইপাগী ইবেম্মা য়েংবদা রাখ্রেদা নচাশিং চাওরক্লে, অরাবা মতম লোয়রক্লে। নচাগী মপাল চাহুনা সুঙডায়না লৈরগনি। অহুগা মবুক তপ্পী জ্ঞান লৈবী সুপীশিঙনা অরাবা খন্দনা মবুক ফাহুনা ঈশ্বর নিংহুনা লৈনৈ। (৪৮) ইবেম্মা সঙসার অসি অরাব' সুঙডাইবা কঙঙ্গগে লাক্লিবনি। অহুনা রাথন রারগা ধর্ম্ম কায় পাপ তাল্লি। রাথন সুঙডায়রগা ধর্ম্ম কায়দে পুণ্য কঙ্ঘি। অসিনা ইবেম্মা পুক্লিং ইঙনা লৈহনা গোবিন্দ কৃষ্ণগী নাম শোল্লু অসি হায়হুনা লৈরকই। [৪৯] অসুম না লৈরকতুনা লৈবদগী মতম ওইরকতুনা অকবা পাও কোকত পুহুনা কৃষ্ণ নাম শোন্দনা পুষ্কর স্নানা রামানন্দ কুংকি য়ুমদা চঙলক্লে। [৫০] মোইরাঙ কুংনা তরাম কৌশিন্দুনা খুদাদা লেঙশিহন্দুনা হরাও হরাওনা রারি শায় মবুক্কো উবদা মঙশিঙ চঙলকতুনা খুরম্মী। অদুগী তুঙদা সাহেপ্পা হায়বা রারি পাও পুম্নমক হায়দুনা রারি শান্নরে। [৫১] অহিঙ অদুমা মফম অদুদা পুষ্করপ্পা লৈহনা রা তাৈন্নে সরাঙ পণ্ডিৎ তাওরিয়া পণ্ডিৎ ২ কৌদুনা তাৈন্নে অদুনা ফোল তানবা রাব্রদুনা রাহেঙবম পাঞ্জি সঙলাকপা কৌরুদুনা রামানন্দ কুং চেকশিন্না তান্নবদা। [৫২] থরবদা অকবা ফোলদা লেপ্পদুনা, ফরে হায়দুনা অহিঙ অসি সুংডায়না পোৎথানরে অদুদগী নো-ঙডান্নবদা প্রাতঃস্নানক্রিয়া কর্ম্ম লোয়রদুনা মপু ২ মঙ ৩বু ভুমব্রসিংনে, ভিক্তরসিংনে, চন্দ্রহাসনে পুদুনা বড়সাহেপ্তা পিন্নে। [৫৩] অহুম অসি কৌশিন্দুনা খোঙদগী কোক কাওবা মেৎতুনা খোংতুনা য়েঙবমখৈ য়েঙলগা অমুক হঙ্ঘি অসিনা লোইরব্রা, লৈরিব্রা রামানন্দ কুংনা সাহেপ ২ লৈরি,

রামানন্দ কহে ম্লেচ্ছ দুইভাই রহে ।
বালক কারনে মোরা না আনিল দুহে (৫৩)
ম্লেচ্ছকহে দুইজন আনহ সত্বরে ।
পুনঃফিরি দুইজনে দিল ম্লেচ্ছ বড়ে ॥
পঞ্চজন যত্নকরি রূপ নিরক্ষন ।
তিন ফিরাইয়া দুহে রাখিল রতন (৫৪)
ডিগেন্দ্রসিং চুড়াচাঁন্দ এমত রহিল ।
তারপরে আত্মাকরি বার্ত্তা শীঘ্রদিল ॥
বড়লাট আজ্ঞাদিয়া তারা ফিরাইল ।
বার্ত্তাপাই মেকচুয়েন আনন্দ হইল ॥ (৫৫)
তৎপরে পণ্ডিতগণে ডাকিয়া পুছিয়া ।
শুভদণ্ড শুভক্ষন পুর্নদণ্ড লয়া ॥
রামইন্দু বসুচন্দ্র বামাগতি শাকে ।
আশ্বিণ কৃষ্ণা সপ্তমী গুরু যে দিনকে (৫৬)
সেইদিনে চুড়াচাঁন্দ হইল রাজন ।
তোপরাজি প্রজাগণ আনন্দ হয়েন ॥
জন্মহৈতে সাতবর্ষ প্রবেশ কালেতে ।
মণিপুর রাজ্যেশ্বর হৈল চুড়াচাঁদে ॥ (৫৭)
আরকথা শুনিলোক সব শ্রুতাগণ ।
স্থানের নির্ন্নয় কথা কহিব এখন ॥
চোংথা নিলমণি নাম পদবী মেজর ।
নিংথি গঙ্গামুল পুর্ব্বে তার বাড়িঘর ॥৫৮॥
বাড়ির অর্দ্ধেক পুর্ব্বে ঈশ্বর অর্পিয়া ।
মন্দির নাট্য মন্দির স্থাপন করিয়া ॥
গুরু অরিবম জাতি সুধর্ম্মা ব্রাহ্মণে ।
গোপাল দেবেরে স্থানে সুখ অনদানে [৫৯]
পশ্চিম অর্দ্ধেক তাহে নিজ গৃহে রহি ।
ধনবান সেইগৃহ দেখি মনমুহি ॥
সেইস্থানে রহিলেন চুড়াচাঁন্দ রাজা ।
তাহাদেখি মণিপুর আনন্দিত প্রজা ॥৬০॥
তৎপরে পণ্ডিতগন বিচার করিয়া ।
ত্রিপুরা নদীর টটে গোবিন্দ বহিয়া ॥

অঙাংনি হায়দুনা পুরকতবনি । [৫৪] অদু তাবদা ২ অদু লৌক হান্নদুনা থারক্লে । রামানন্দনা লাক্লদুনা মশু ২ বু লৌরলুবা সাহেপ্তা পিরে । বড় সাহেপ্না ৫ অসি অচিকপদা পুশিন্দুনা রান্না চেকশিন্না য়েংড়ি । অদুদুগী ময়াম্বা ৩ পুখ্রো হায়দুনা পিথোরক্লে । [৫৫] অদুগা ডিগেন্দ্রসিংনে চুরাচাঁন্দনে অনিবুনা থমজিনহোরে । অদুগী তুঙদা কলিকাটাদা মরোন পিদুনা টেলিগ্রাম থাগ্রে । মরোন কঙবদা বড়লাট সাহেপ্না টেলিগ্রাম হল্লক্লে । মরোন তাবদা মেজোর মেকচুয়েন বড়সাহেপ হরাওরদুনা । [৫৬] অমুক মণিপুরগী পণ্ডিৎ কৌদুনা হুকুম পি নখোয়গী নিংথৌ হাপ্পগে অফবা মতম পিরো অহু তান্নবদা পণ্ডিৎসিংগা পাজি সংলাকপাগানা অকবা মুমিৎ পিদুনা । শোক ১৮১৩গী সাথেন থাগী ২২ নি পানবা নগোলসেন্দা । (৫৭) অকবা কনদণ্ড য়েংদুনা শ্রী চুড়াচাঁন্দসিংবু নিংথৌ হাপই তোপ কাপদুনা মঙ্গল তৌই মণিপুর প্রজা হরাও সুগুন্নবৈ পোকপদগী চহি জরক্লবদা চুড়াচাঁন্দনা মণিপুরগী নিংথৌ ওয়রে । (৫৮) তাবিয়ু শ্রাক্ষা থৈবিক নিংথৌনা লৈরমকা মফম লোঙরক্লে । চোঙথাম নিলমনিসিং কমনা মেজোর লৈবা মফমনা নিংথি গঙ্গা মক্কদা মাগী লৈকমনি । (৫৯) মাগী মঙংদি মাগী ইংথোল অসি রান্না পাক চাওদুনা মসানস্থ ঈশ্বরদা ভক্তি লৈদুনা নোংপোক থংবা ইংথোল তংখায় অমা ঈশ্বরদা কৎথোকলে অদুগা মন্দির অমনে মাণ্ডোপ অমনে রাজহৌশং অমগা শাদুনা শ্রীগোপালদেব অমা অভিষেক তৌরগা পুন্নমক কৎলে । গুরু অরিবম সুধর্ম্মা ব্রাহ্মণা সেবাকারি ওইদুনা লৈরে । [৬০] অদুগা নোঙচুপ থঙবা তংখায় অদুমদা মাগী যুম শাদুনা লৈজে । ইনাক খুম্বানিনা য়েঙবদা অয়াংপা লৈজনা রান্না খুনা কজে । অসিগুবা মেজোর অসিনা মফম অসি চুড়াচাঁন্দ নিংথৌদা কৎথোকত্রা লেঙশিন্দুনা লৈগ্রে রাজবাসি ওইগ্রে । অদু উবদা লৈপাক প্রজা হরাওনগ্রে । (৬১) অদুগী তুঙদা পণ্ডিৎশিং লৈদুনা বা তাননুনা ত্রিপুরা তথেন

লইবার লাগি প্রজা সাজন করিল।
গীত চতুর্দ্দোল সাজে দেখি মনভোল ॥৬১॥
মোইরাং রামানন্দ কুং চোংথাম মেরাসিং
কনিষ্ট পঙ্গোই আর পুত্রস্বা তোম্বাসিং ॥
নিংতোম্বা ইয়াইপতি সরাডাদি পণ্ডিৎ।
জ্যোতিষ্যের অধিপতি রাহেংবাদি পণ্ডিৎ॥৬২॥
ইত্যাদি অনেক লোক মিলি অগনণ।
লাইময়ুম সেঙ্গোই রন্থুয্যা প্রধান।
গুরুময়ুম রাজবাপু পূজারি গণ।
ব্রহ্মচারি অনিকথম্বা অনেক ব্রাহ্মন ॥ (৬৩)
সংগুণ রতন কত মিলিল সকল।
নববেশ সাজি করি নব ছত্র দল।
জগনাথ এক দোল আর বলভদ্র।
সুভদ্রার একদোল প্রত্যেক এছত্র ॥ (৬৪)
রামকৃষ্ণ একদোল আর একছত্র।
বৃন্দাবন চন্দ্র একদোল আরছত্র ॥
শ্রীরাধা গোবিন্দ উঠে দলের উপর।
নবছত্র দোলো পরে দেখি চমৎকার ॥ (৬৫)

একদোল বিষ্ণুদেব উঠি শুশোভন।
একদোলে চারিচারি চামর ব্যজন ॥
সর্ব্বগৃহ প্রতিদ্বারে ঘটাদি স্থাপণ।
সাজি মাজি পুষ্পফেলি প্রদীপ জ্বালন [৬৬]
আগেপাছে সঙ্কীর্ত্তন পালাগন যাই।
থইপম্পা ফেলাফেলি দেখি প্রেমমত্তি ॥
এইমতে চলি পায় নিলমণি ঘর।
সর্ব্বদেব রাখিলেন মন্দির ভিতর ॥ [৬৭]
চোংথা নিলমণি মেঙ্গঃ কতপুত্র করি।
যারগৃহে শ্রীগোবিন্দ আপন বিহার ॥
নিজগৃহে রাজ্যেশ্বর সুখেতে রহিল।
এইমতে সেইদিন প্রজা সুখহৈল ॥ [৬৮]
মণিপুর শুভকাল সুময় মিলিত।
তমনাশি মঙ্গলের ভাস্কর উদিত ॥
অরাজকে শুষ্কছিল যত পুষ্পবন।
রাজাছিলে সর্ব্বপুষ্প ফুটিল তখন ॥ [৬৯]
পুনঃ রাজা দরশনে জীব সঞ্চারিল।
পুর্ব্বমত সর্ব্ব পুষ্প বিকসিত হৈল ॥

থোঙ মপান্দগী রাধা গোবিন্দ লেঙথংনবা হুমিং অকবা য়েঙদুনা থোরাং তোদুনা চতুর্দ্দোল তুরেং লাঙলে। [৬২] মোইরাঙথেম রামানন্দকুং চোঙথাম হেরাসিং মনাও পঙ্গোয়শিঙ অদুগা পুত্রম্বা তোম্বসিং নিঙতোম্বম য়ায়স্কুল্লাকপা সরাঙ পণ্ডিৎনচিঙবা পণ্ডিৎ থিরিক পাজি সঙলাকপা রাহেঙবা পাজি। ॥৬৩॥ অসিনাচিঙদুনা মণিপুরগী প্রজা খিবিকনা চেন্না পৈদুনা গোবিন্দ লেঙথংগা লাক্লে। লাইময়ুম সেঙ্গোয় পুজারি সুঙলাকপনা চিঙদুনা গুরুময়ুম রাজবাপু শর্ম্মনাচিঙবা পুজারি মেথারি, কয়াগা, ব্রহ্মচারী ময়ুম অনিক থম্বা ব্রাহ্মন খিরিক পৈদুনা লৈ। (৬৪) সংগুন গুইবা ব্রাহ্মন রতনসিংনা রাধা গোবিন্দনাচিঙবা লাইপুম্নমকী অলঙ্কার থোক্লে। নবছত্র দণ্ড শেম শাদুনা লাঙলে। শ্রীজগনাথগী দোলায় ১ বলভদ্রগি দোলায় ১ নে। সুভদ্রাগী দোলায় ১নে। দোলায়গা কোননবা ছত্র অমম্মমগা (৬৫) রামকৃষ্ণগী দোলায় ১ নে ছত্রনে। বৃন্দাবনচন্দ্রগী দোলায় ১ নে ছত্রনে। মথঙ মথঙ দোলায়দা লেঙথংলে। রাধা গোবিন্দসু দোলায়দা লেঙথংলে নবছত্র দণ্ড থাক্লে। (৬৬) দোলায় ১দা শ্রীবিষ্ণু লেঙথংলে। দোলায় অম্মম্মমদা চামোর ৪ ৪না থৌগল্লি। মণিপুরগী থোঙ্গাল খুদিঙদা লম্বু চুযুঙদুনা থেট লাংতুনা লম্বী থুদিঙ শিত্তোক্ক শেঙদোক্কুনা লৈ কবোক চায়দুনা মঙ্গল তৌই। (৬৭) মাঙগা তুঙগদা সঙ্কীর্ত্তন পালা শক্নুনা লৈ কবোক চায়দুনা অস্থুম্না লেঙঙকপা অদুনা নিলমণি মেঙ্গোরগী লৈফম য়ৌদুনা মন্দিরদা রাধা গোবিন্দনাচিঙদুনা ঈশ্বর পুম্নমক লেঙশিন্দুনা লৈম্রে। (৬৮) তাবিয়ু প্রজা খিবিক চোঙথাম নিলমণি সিং মেঙ্গোর কয়ামরুম পুনা তৌরকপনো মানা কংপা মন্দিরদা রাধা গোবিন্দ লেঙশিন্দুনা ঙানথি। মাগী ময়ুমদা মণিপুরগী নিংথৌনা লেঙশিন্দুনা লৈথি। অস্থুম্না মণিপুর প্রজা গুঙাইনরে। ॥৬৯॥ অদুদগী মণিপুরগী অরাবা দবালোইরদুনা অকবা মতম লাক্লে—

পুষ্পগন্ধে অলিকুল যায় মধুআশে।
পক্ষিগন কলরব করিছে হরিষে ॥ (৭০)
এতদুরে শমাপিল গোবিন্দ চরিত।
প্রভুভক্ত দুইলীলা অতি অদভুত ॥
আকাশত পক্ষীউড়ে যত দুর উড়ে।
মুঞিপদ করি বোহো মতি অনুসারে ॥ (৭১)
মণিপুর রাজেশ্বর বোধচন্দ্র রায়।
নৃপআজ্ঞা শিরেধরি মনত স্মরয় ॥
তন্দ্রধা দাউজি পটু আজ্ঞার পালনে।
ব্রাহ্মন চরনে মুঞি বহুত বন্দনে ॥ (৭২)
মণিপুর পুরান কথা মনেতে লভিয়া।
বর্ষকার্ত্তা গ্রন্থকথা দেখিয়া লঞিয়া ॥
আর শ্রীগোবিন্দ পাদে রাজা প্রজা সেবা।
নিজপ্রান নাথ বলি ভক্তি প্রেমসেবা ॥ (৭৩)
বৈষ্ণবের রীতি আশা বাল বৃদ্ধ যুবা।
দরিদ্র দুঃখিনী লোক করে প্রেমসেবা ॥

অপটু কারনে হাস বর্জিত নাবোধি।
শুনিতে আমার মনে কান্দে বহুদুখি ॥ (৭৪)
অপটু কারনে বৈষ্ণবের গুননাশ।
পতিত জানিয়া মোরে ক্ষেম সর্ব্বদোষ ॥
চুড়াচাঁন্দ রাজা কালে যেবড় পণ্ডিত।
তারপুত্র চন্দ্রসিংহ নাম যে পণ্ডিত ॥ (৭৫)
তারসঙ্গ কলে লিখি এইগ্রন্থ সার।
কবিতার শক্তি সেই নাহিক আমার ॥
শিক্ষা দীক্ষা গুরুকৃপা লিখিয়ে পুরান।
মুঞিঅতি দুপামর অতিশয় দীন ॥ (৭৬)
মোরজিহ্বা বীনাযন্ত্র গুরু যন্ত্রধারি।
কিছুই নাজানি মুঞি গুরু আজ্ঞাকারি ॥
অপরাধ নালইবে বৈষ্ণব সুজন।
দীনহীন মঙ্গিসিংহ লিখিয়ে পুরাণ ॥ {৭৭}

* (ইতি গুরচন্দ্র, কুলচন্দ্র ও টিকেন্দ্র কথা সমাপণ) *

* ( পঞ্চম খণ্ড সমপুর্ণ ) *

অহিংদগী, দুমিংথোকুনা ভাবগুম ভাল্লে, অরাজক ওইদুনা হৈ-নৈ কংলম্বা লোইনা য়েন্নিং হুল্লে শাংলে। (৭০) নিংথৌ পান্দহুনা লৈবদগী পাল্লবদা শিখিবা লোয়না হিংলে, লৈনম কংদুনা খোইমু মপৈ পায়দুনা ভংলরে উচেকশিংনা হরাওনা খোংঙে (৭১) মতাং অসিদা শ্রীগোবিন্দচরিং থক্তা হোৎখিবা য়ারী লোয়জরে শ্রীগোবিন্দনা মনাই নিংথৌ প্রজাগা শান্নবা লিলা অভকপনি। লেংবদা লোইবা ভম্বা নত্তে। উচেক্না আকাসদা ভম্বামথৈ পায়বগুম অভম্বা থরদং লেংজবনি (৭২) মণিপুর নিংথৌ বোধচন্দ্রনা লেংঙ্ তাকপিবা য়াথং কোক্তা পুজদুনা কাওজদনা নিংসিংজদুনা ডাওজি তন্দ্রধারগী য়াথং ভাকচদুনা কোটি প্রর্থনা তৌজদু-না (৭৩) মণিপুর ইতিহাস অসিবু পামজদুনা চৈথারোন কুম্বাবগী মোং লাইরিক অসিদা লেভজবনি। মণিপুর পুরন্দর শ্রীরাধা গোবিন্দগী সেবাদা প্রজানা থরায় কৎতুনা প্রেমসেবা কৎপদা ফজবা। (৭৪) নহাঅহন থাজনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎতুনা প্রেমসেবা কচ্চবা অরূবা মশাক্রি। অহুবু পাংজদবনা চংথোম্না লেংবা ভমজত্রে থল্লুবদা ননাইনা কপচৈ [৭৫] পাংদবনা বৈষ্ণবকী গুন লেংবদা মপুংফাবা ভমজত্রে দোষ পুন্নমক সাধু বৈষ্ণম্না ভাকপিয়ু। চুড়াচাঁন্দ হাক্তক্তা পণ্ডিৎ ওইবনা পোকপা চন্দ্রসিংহ [৭৬] ওম্না ইবুঙো পণ্ডিৎকী কৃপানা লাইরিক অসি লেংজবনি কবিতাগী শক্তি ভমজবা নত্তে পাংদবনি শিক্ষা গুরুগী কৃপানা লেংজবনি। [৭৭]ঐগী লয়েংনা বিণাযন্ত্র ওইরগা শ্রীগুরুনা বিনাধারি ওইদুনা খোংবিবনি, করিমতা থংজদে গুরু অজ্ঞা কারিনী। বৈষ্ণব খিবিক্তা অপরাধ লোৌবিগনু দীনহীন মঙ্গিসিংনা পুরান অসি লেংজে। * *

( বিজয় পঞ্চালিগী ... গুরচন্দ্র কুলচন্দ্র কোইরেংগী প্রসঙ্গ লোইজরে )

(পাংত্রবা তোল্লবাননা ... হন্দোকচৈ অমাঙাপ পুন্নমক ভাকপিয়ু )

((ইতি পঞ্চম খণ্ড সমপুর্ণ))

